


# Daksha Yagna

**An Epic by**: *E. Sonamani singh*

ফোঙ্দোকচরী : এলাংবম কমলাসনা রাজকুমারী
রাইর্টস ফোরম ইম্ফালগীদমক,
মঞ্জিৎ পব্লিকেসন্স মোইরাংখোম
লোক্লাউবুং, ইম্ফালনা ফোঙবা

এলাংবম কমলাসনা রাজকুমারী

অহানবা ফোঙবা : মে ২০০০ ইং

কোপী মশীং : ১০০০

মমল : লুপা ১০০/-

নম্ফম : **সুচেতা প্রিন্টিং ৱার্কস,**
*মোইরাংখোম লোক্লাউবুং, ইম্ফাল ৭৯৫০০১*

ঁএলাংবম মঞ্জিৎ সিংহ

(জুলাই ২, ১৯৫৭—এপ্রিল ২০, ১৯৮৯ ইং)

---

*"অমত্তা পোক্‌চবা*

*নাঙোন্দা তম্‌জবা*

*বীংশিং খুদোল্‌বি*

*"দক্ষ যজ্ঞ" অসি।"*

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

রাইটর্স ফোরম্, ইম্ফাল অইবশিংনা লাইরিক ফোঙ্বদা মায়োক্লরিবা অৱাবশিংদু খরগী মথৈ কোক্হনবা ঙম্লবগী পান্দম মাঙদা থম্লগা ১৯৮৮দা লিংখৎখিবা অইবশিংগী সংস্থান্নি। হৌজিক ফাওবা লেপ্তুনা ফোঙলকখিবা মেম্বরশিংগী লাইরিক মশীং পূন্না ৫৩ শুখরে। হন্দক পুথোকচবিবা শ্রী এলাংবম সোনামণিগী 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা খণ্ড কাব্য অসিনা ৫৪ শুবা লাইরিকনি। অইবা অসি সাহিত্য অকাদমী মনা ফংখ্রবা মণিপুরী সাহিত্যগী মমিং লৈরবা, রাইটর্স ফোরম্, ইম্ফালগীসু প্রসিদেন্ত ওইবিরম্বা ফোরম অসিগী মেম্বরনি। মহাক মশাগী ওইনা ফোরমগী মায়কৈদগী হন্দক্কী অসিনা অনীশুবা পুথোক্পা লাইরিক্নি।

মমিং লৈরবা অইবা কয়ানা পূল্লগা শেমখিবা রাইটর্স ফোরম্, ইম্ফালনা থল্লিবা পান্দমশিংগী মনুংদা লাইরিক ফোঙবদা নত্তনা থা ৩/৩ গী সাহিত্যগী পাউ কৌবা দোক্যুমেন্তেসন্দা যূম্ফম ওইবা অখন্নবা চেফোঙ অমসু পুথোকচরি। মসিদসু নত্তনা মতম মতমগী চানবা ৱার্কশোপ কয়াসু পাঙথোকচৈ। মসিদসু নত্তনা মণিপুরী সাহিত্যবু অতোপ্পা মীওইশিংদা হেন্না খঙহনবদা মতেং ওইনবগীদমক ট্রান্সলেসনগী মায়কৈদসু অঙম্বা থবক পায়খৎচরি। হন্দক্কী চহী অসিদা পান্দম অসিগী মখাদা 'ট্রান্সলেসন সেল' অমসু হাঙদোকখবে। অথুবা মতমদা অইবশিংগী দিরেক্তরি অমসুং মণিপুরী টর্মিনোলোজীগী গ্লোসরী অমসু পুথোক্লবা থৌরাং তৌজরি।

শ্রী এলাংবম সোনামণিগী 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা খণ্ড কাব্য অসি সাহিত্য নুংশিবিবা খুদীংমক্কী মফমদা পাবিনবা নোল্লূক্লা লান্থোকচরি।

**বি. এস. রাজকুমার**
সেক্রেটরী
রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল।

ইম্ফাল,
জানুয়ারী ১৬,২০০০ ইং

# ৱাহৈ খরদং

অৱাং অপা লৈতবা মফমদা শান্তি লৈ । অৱাংপতনা থল্লবা মফমদা শান্তি লৈতে । শান্তি লৈতবা মফমদা খংনচৈনবা, মীহাৎ-মীপুন্, হাৎন-শুনবা, লান, তত্তনা থোক্ই । মালেম পৃথ্বিবী অসি মীশিং য়াম্না হেল্লক্পা মতম্দা অৱাং-অপানা থল্লক্ই । মীওইবনা মশা-মশাগী কা হেন্না য়েংলক্ই, অতৈগী খল্লক্তে । মতমদুদা মহৌশা ফিভম্ কায়রক্ই । খংনচৈনবা, মীহাৎ-মীপুন, হাৎন-শুনবা, লান শোয়দনা থোক্ই । মদুনা মীওইবা জাতি অমসুং মালেমগী অমাঙ্-অতা থোকহল্লি । অসুম্না থোকখি লিরবা মতমদা লাই হায়না কৌরবা মী জাৎ অদুনা লৈরম্বা স্বর্গ হায়না কৌরবা মালেমগী মফম্ অমদা। মদুগী ৱাৰীনি **"দক্ষ যজ্ঞ"** ।

শ্রী আরবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মনা লাইরিক্কী মখুম য়েকপীবা অমসুং বাইটর্স ফোরমনা শেম্থুং পীবিদুনা লাইরিক অসি ফোংদনা খ্বাই মাঙ্দা পুথোকপা ঙমজবগীদমক্ তৌবিমল্ খঙ্বা উচর্ৱি

ইম্ফাল,

জানুয়াৰী তাং ১৬,২০০০ ইং

সোনামণি সিংহ

# দক্ষ যজ্ঞ

ম্নশক্ লাক্ পা ঙমদবা
মহাক্পু মমীং য়াম্বা
অফ - ফত্ত পূল্লিবা
অৱাৎপা কৌ ' নৈতবা;

লেঙ্দবনি হায়্নবা
পরমাত্মা ওইরিবা,
শেম্বা, য়োক্পা, মাঙ্হন্বা
মাগী মথৌ ওইরিবা;

পূম্নমক্তেং অথোইবা
জগৎ মশক্ ওইরিবা
বিষ্ণু হরি বাসুদেব
খুরুম্জরি নখোঙ থম্বাল্!

যুগ খুদীং পোক্পিরিবা
অচুম্ববু ঙাক্পিবা
ফত্তববু লাক্পিবা
অফববু য়োক্ খৎপিৱা;

বিষ্ণু হরি বাসুদেব
পোক্ পা শিবা নাইদবা
ঋাইদৈ হেন্না থোইরবা
ইকোক্ নোঙ্জে নকাদা।

শিল্লৈরোম্বা ৱাক্মনা
ইতিক্ নত্ত' ইঙল্হাপ্
মরোল্ ইশু শুদনা
তান্সু মেন্সু চাদনা;

## ২ / দক্ষ যজ্ঞ

শৈশাজগে নীংজরুই,
শৈরেংজগে খঞ্জরুই,
মতীক্ মগুণ্ চাউরবা
প্রজাপতি অথোইবা;

দক্ষ কৌবা মহাক্কী
পক্সৌ ওইবা সতীগী
অদুনোঙ্ তৌখি' স্বর্গদা
সুমেরু চীং নাপোম্দা।

মরোল' হুম্ হূপ্না ফাওবা
"দক্ষ যজ্ঞ" অচৌবা
শঙ্কর তাণ্ডব শাখিবা
পৃথি থক্ থক্ নীক্খিবা।

হায়্জবতা ইথৌনি
নিজবনা ইশিন্নি
তাবিবনা নঙ্ গীনি
পীবিবনা নথৌনি।

থৌদাবিয়ু ভারতী
চিংবিনবা খুৎ পায়্'
ঈশৈ শৈরেং লেংবদা
ফশ্বিনবা লৈয়েংদা।

শুর তান্ মেন্ চান্না চানা
শৈরেং শৈশক্ তম্নজবা
গঙ্গা লাইজ ঈচেলগুম্
তাংথক্ নাইদ চেস্লজ-

শৈথাজগে তেংথাবোল্
দক্ষ যজ্ঞ শৈরোল্দো
লেঙশিন্বিরো ইমা ভারতী
হায়্বিরো তাক্ পিরো শক্চগে ঐ। ●

# ১বা মতাং

সৃষ্টি কযা তৌখবে প্রলয় কয়া তৌখরে
ব্রহ্মা কয়া পোক্‌খরে ব্রহ্মা কয়া শিখরে,
জগৎ কয়া শেম্‌খরে জগৎ কযা মাঙ্‌খরে,
লেঙ্‌দবা মা' মঙায়্‌রে শিদ' মাত লৈহৌরে ।

প্রলয়গী মতম্‌দা লৈতে অহিং নুংথিল্‌ আকাশ্‌
পৃথ্বি; লৈতে নুমিৎ-থা-গ্রহ থবান্‌মিচাক্‌
লৈতে মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ, অমম্‌ অঙান্‌ অমত্তা
কৈশু লৈতে শূন্যনি-অহাঙ্‌বনি পুম্নমক্‌ ।।

হৌবক্‌ফম্‌ ওইবা মাতদি লৈবি মাঙ্‌নাইদ্রবা
হৌফম্‌ লোইফম্‌ লৈতবা ভগবান্‌গী শক্তম্‌ কাল্‌
লৈবিবরনে প্রকৃতি পুরুষ অমা' ব্রহ্ম
মাঙ্‌নাইদ্রবা বিষ্ণুগী তোঙাল্লবা শক্তম্‌' মা ।।

হরি বিষ্ণু বাসুদেব মাগী অতোপ্‌ শক্লোন্না
তিন্নহল্লি প্রকৃতি পুরুষ লৈশেম্‌ নোংশেম্‌ 'তম্‌দা
অনিবু হেক্‌ খাইদোক্‌ই প্রলযগী মতমদ্‌না;
খাইদোক্‌ খাইজিন্‌ তৌবিবা মহাক্‌পু কৌই মতম্‌ ।।

অহৌ অরোই লৈতবা মতম্‌ শক্লোন্‌ লৌবিবা
মাঙ্‌নাইদ্রবা ভগবান্‌ হরি বিষ্ণু বাসুদেব
লৈবিনে লেঙ্‌দনা সৃষ্টি স্থিতি প্রলয' হুমদা
ওইবিনে মাগী থৌদাং শেম্বা, ঙাক্‌পা, থুগাইবা ।।

সৃষ্টি হৌরে পরমেশ্বব, হরি বিষ্ণু বাসুদেব্‌
মানা নীংবা মতৃং ইন্‌, চঙ্‌লে পুরুষ্‌ প্রকৃতি'
শেল্লে মহত্তত্ত্ব' হুম্‌ -সাত্ত্বিক্‌, রাজসিক্‌, তামসিক্‌
য়োম্‌শিন্দুনা থল্লি মখোয়্‌' হুমু প্রকৃতিনা ।

মহত্তত্ত্বগী অরোইবা শক্তম্ সাত্ত্বিক্ বিকার,
তেজস্ রাজসিক্ বিকার, তামসিক্ ভুত্তগী
থোরক্লে অহঙ্কার্ তত্ত্ব-মহত্তত্ত্ব নুং' লৈরিবা
তামসিক্ অহঙ্কার-তন্মাত্র মঙাই হৌফম্নি ।

খোঞ্জেল্ হায়বা তন্মাত্র আকাশ্কী হৌরক্ফম্নি
খোঞ্জেল্ হৌফম্ আকাশ্ তামসিক্ অহঙ্কার নুংদনি।
আকাশ্তৈ থোরক্ই শোক্পা খঙ্হন্ কল্প নুংশিৎ,
পাক্লবা আকাশ্সিনা য়োম্দুনা থম্লি নুংশিৎ।

শোক্পা তন্মাত্র নুংশিৎ শক্উ মঙাল্ হৌফম্লি,
মঙাল্ থোক্হল্লিবা মৈগী গুণ্দি শক্ উৎপনি,
তন্মাত্র মৈসে তন্মাত্র নুংশিৎনা কুপ্শিল্লি
শক্ উৎপা মঙাল্, শক্উদবা নুংশিৎনা য়োম্লি ।

তন্মাত্র মঙাল্ মৈ, তন্মাত্র মহাও হৌফম্নি।
রসকী গুণ্ লৈবা ঈশিং তন্মাত্র মৈদৈ পোক্লি ।।
মহাওগী তুংফম্ ঈশিং মঙাল্ মৈনা কুপশিল্লি।
মশক্তংগী মহাও, মৈদগীনা ঈশিং থোক্লি ।।

ঈশিংনা মহাও পোক্হল্লি-মনম্ লৈবাক্কী গুণ্নি,
মনম্ তন্মাত্রদগী-পৃথ্বি তন্মাত্র পোক্লি,
মহত্তত্ত্বদগী শেম্লক্ই-তন্মাত্র পূম্বা,
তন্মাত্র হায়বসে গুণ্নি পোত্তুই নুংদা লৈবা ।।

মহত্তত্ত্ব অহুম্মা তন্মাত্র মঙা ওইরে,
মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, তিয়া, পৃথ্বি ভুত্ মঙা ওইরে
তামসিক্ অহঙ্কারনা ভুত্ শিতনি শেম্লিবা;
মখোয়্গী লৈতে মশাই'-হরাও-নুংঙাই-অঈংবা

অকি-অখং, অৱা-অনা, হৈত-শিংদ-পঙ্বা
তরং-মালঙ্ শুম্মৎপা লৈতে থোইদোক্ গুণ্' মত্তা;
জ্ঞান্-কর্ম্ম ইন্দ্রি মঙা মঙা-ইন্দ্রি তরাদি
পোক্লক্ই রাজসিক অহঙ্কার, সাত্ত্বিক্ অহঙ্কারদৈ ।।

তরামাথোইশুবা ইন্দ্রি পুক্নীং হায়বদুদি
খায়দোক্ই মরি থোক্না-মন্-বুদ্ধি-চিত্ত 'হঙ্কার;
অশুম্না মশাই গুণ্ লৈরক্ই তন্মাত্র মঙা
খঙ্জৈ মশাই গুণ্ জ্ঞান্ ইন্দ্রি মঙাই মতেঙ্না।।

শক্তিঃ পুন্বনা তিল্লসু, তোঙান্ তোঙান্ ভুতনা
পুন্না তিন্নদ্রবদি-ঙম্দে প্রজাবু শেম্বা;
অমগা অমা'-তিন্ন-তোংনা অমনা 'মৈ মতেং পাং
প্রকৃতি-পুরুষ তিন্ন'দৈ ওইরক্ই ব্রহ্মাণ্ড।

ঈশিংগী মরীক্লুম্ মতুম্ তারবা ব্রহ্মাণ্ড
ভুতশিংগী মতেঙ্না ওইরক্ই চাওরেন্ চাওরবা,
মদুই নুংদা লৈফম্নি হিরন্যগর্ভ শক্ ওইরবা
হরি বিষ্ণু বাসুদেব-ঈশিং ঈপাক্ য়াহিপ্পা।।

শক্ উদবা মহাক্না শক্ উবা ওইরদুনা,
লৈরি মরূম্ মনুংদা-ব্রহ্ম শত্তম্ ব্রহ্মাণ্ড
তন্মাত্র ভুত ওইবা-মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, পৃথি' কাশনা
য়োম্শিল্লি মরূম্সিগী মপান্দা কোয়না-কোয়না।।

'সিগুম্' তন্মাত্র ভুতপুম্' য়োম্শিল্লি মহত্তত্ত্বনা,
'সিগুম্' মহত্তত্ত্ববু য়োম্শিল্লি প্রকৃতিনা,
'সিগুম্' মরূম্সিদা প্রকৃতিনা য়োম্লিবা
চীং তুরেন্ উমং-ঝামং দ্বীপ্ সমুদ্র লোয়নবা,

স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল্ কৌ' মী লাই হিংচাবৈ লৈফম্
শেম্খি হরি বিষ্ণুনা ব্রহ্মা শক্লোন্ লৌদুনা:
ভগবান্ শ্রী হরিনা সত্ত্ব গুণ্দা লৈদুনা
ঙাক্লি য়োক্লি ব্রহ্মাই' অরোই' নুমিৎফাও।

জনার্দন শ্রীহরিনা তমোগুণ্দা লৈদুনা
কল্পনা লোইরক্পা ব্রহ্মাই' অরোইবা নুমিত্তা
রুদ্র-রূপ্ লৌদুনা চাথোক্ই লোইনা ভুত্ পুন্বা
জগৎপু মাঙ্হন্দুনা ওইহল্লি ঈশিং ঈপাক্।।

## ৬/ দক্ষ যজ্ঞ

ঈশিং ঈপাক্তনুদা চেপ্' লৈখি লীন্‌গী ফমুংদা
অমুক্ মিং পাঙ্‌লক্‌পদা ব্রহ্মা শক্লোন্ লৌদুনা
শেম্মী অমুক্ জগৎ-ব্রহ্মাণ্ড মরোল্ অহুম্‌সে
য়োক্‌চৈ মশানা মশা' মাঙ্‌হন্দ্রিফাও মশানা'শা।

*শিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লৈশেম্বা' হায়্‌বা অহান্‌বা মতাংগী 'মালেম্ শেম্বা কৌবা অহান্‌বা শরুক্ ।*

১ (২)

ঈশিং ঈপাক্ য়াহিপ্পা পুরুষোত্তম্
হরি-বিষ্ণু-বাসুদেব শত্তংম্ পুবা
উখি মানা লাইজনুংদা লুপ্তুনা
লৈরিবী; লৌখৎকে খন্খি লৈবাক্ লৈমা।

ওক্কী শত্তংম্ লৌ-লেঙ্থৈ লাইজনুংদা,
উজবদা মাবু দেবী বসুন্ধরা
স্তব তৌজৈ, কৌজৈ লাইজ লৈখানুংদা;
''ঙা থেঙ্গু ওইখিবা হৌখ্রবা কম্লদা

খুরুম্জৈ হে শঙ্খ চক্র গদা পায়বা!
নঙ্গী ঙা শায়োন্দা মধু কৈতব্ দানব্
এচীন্ মনাওনা ব্রহ্মাদৈ মুন্খিবা
লৌখৎপীখ্রে বেদ মরি ঈরোন্নুংদৈ;

দানব্ অনিনা লংথরম্বী ঐবুদি
কন্বিদ্রি নঙ' ঙশিফাও-হে পুরুষোত্তম্!
নঙোন্দৈ থোরক্পীনি ঐসে, নঙ্গীনি,
কন্বীরো লৌখৎপীরো পাতাল্দগী।

মমাঙ্ঙৈদ' কয়ারক্ কন্বিশ্রবনি;
আকাশ্-ঐ-জগতপুম্বা নঙনা কোন্বীরি,
শেম্বা-য়োক্পা-মাঙ্হন্বা নঙ্গী ননীংনি
লৌনিংবা অবতার শক্লোন্ লৌবা নঙনি।

নঙনা ঐগী চঙ্জফম্নি হায়্জফম্নি,
নঙ্গী তত্ত্ব কনানা খঙ্বা ঙম্গনি।।
মাধবী কৌবী ঐসে হে পুরুষোত্তম্!
কন্বীরো ঐবু ঙশি পাতাল্সিদগী।''

না-তারে পৃথিবী মানা হায়জবা
যুগ পুরুষ্ মহা বরাহ্ ভগবান্,
ঙংলক্লে মতেক্ মতেক্ ঙরং ঙরং
ময়া-না কোংখংলক্লে লৈবাক্ লৈমা।

..ঈনুংবুংদগী ফাওরকপী মালেম্ লৈমা
উজদুনা নুমিৎ-থা, থবান্, অতিয়া
মতু-মমান্ খীংজরে, নোক্চৈ মোমোন্না
কচৈচ থবায় হকচাং বরাহ্-মকাদা ।

ব্রহ্মা-শক্ ওইবা রজোগুণ্না তিল্লবা,
পুরুষোত্তম্ ভগবান্ হরি কৌবা
খায়দোক্লে মালেম্সে দ্বীপ তরেৎ থোক্লা
চীং তুরেল্ পূম্বা শেম্লে হান্নগুম্মা ।

শেম্লক্লে অচৎ-চত্ত থবায় পান্বা
উ-বা নাপী-শীংবী তীন-কাঙ্ শা-উচেক্
মালেম্ থন্না লৈরক্লে খুরক্ হাঙ্দা;
ব্রহ্মাগী খুৎশেম্শে চিঙ্গাক্লী খ্বাইগী ।

মথংগী খুৎশেম্নি চাদ্রসু হিংবা,
অকোন্বা খুৎশেম্মি চাদ্রদি হিংদবা,
অরোইবা খুৎশেম্মি তাইবঙ্ মীওইবা,
অথোইবা খুৎশেম্মি খ্বাইদৈ থোইরবা ।।

* * *

খুৎশেম্শৈনুং পোক্খি ব্রহ্মাই মচা মাপল্,
ভৃগু-পুলস্ত্য-পুলহ-অঙ্গিরা
মারিচি-ক্রতু-দক্ষ-অত্রি-বশিস্থ,
মখোয় খুদিংমক্ প্রজাপতি মতুনি;

ব্রহ্মা মশামক্তা হেক্ মান্নংবা।
মখোয়্বু কৌই ব্রহ্মা হায়্না পুবাণ্দা
ব্রহ্মাই খুবীদৈ পোক্খিবা মচা দক্ষ
কণ্ডু মুনি মশুনি মরিষাই মচা ॥

মীগী লক্তু অথোইবনি প্রজাপতি,
প্রজাপতি লক্তু অথোইবা দক্ষনি;
ব্রহ্মাই য়াথংনা শন্দোক্খি চাদা-নাওদ
মালেম্ পৃথিবী শীন্দুংনা-পাক্-ছন্না,

প্রজাপতিনা যজ্ঞ হেক্ হেক্ তৌদুনা
হেন্গৎহন্খি প্রজাগী মশীং য়াম্না.
মরীক্ চূম্হন্খি মহৈয় মবোং পুম্বা
পাক্থোক্ -ছনদোক্হন্খি মালেম্ পুম্বা থুংনা

অশুম্না মমাঙ্ঙৈদা সুমেরু চীংদা
যজ্ঞ অমা তৌখি দক্ষ প্রজাপতি
'শুম্বা যজ্ঞ মমাঙ্দা অমা তৌখিদ্রি
'তুংদা অমা তৌখিদ্রে অমুক্ হন্না।

মরোল্ অহুম্মক্তা ফাওখি শেৎ কায়্না
যজ্ঞ অদো-'দক্ষ যজ্ঞ' হায়্দুনা;
শীংথানখি, শোন্নখি পুরাণ্ কয়াদা
শক্লখি অছৈবা চারন্ কয়ানা।

নিংথৌ পুম্বগী কোক্লেন্ লুহপ্ থোন্বা
নিংথৌরেন্ দক্ষ প্রজাপতি,-লোয়ননা
মহারানী বিরন্ মমোম অসিক্লী,
লৌরে যজ্ঞ দিক্ষা অফবা ক্ষেন্ফম্দা।

পিতামহ ব্রহ্মা মশামক্ অমদি
আচার্য্য লাইগী গুরু বৃহস্পতি,
লোয়্ননা মহর্ষি বশিস্থ, ভৃগু,
ওইখিদো যজ্ঞগী ব্রহ্মা, উদগাতা,

*অধ্বর্য্য অমদি হোম্ তৌবা হোতা;*
পুন্যাহ বাচন্ তৌদুনা অয়ুক্তা
পুজা তৌরে যজ্ঞ যুম্ফম্ অশেংবা
শাগৎখরে যজ্ঞ মণ্ডপ্ চাউরবা।।

সুমেরু চীংগী নাপোম্‌দা নীংথিরবা,
নীংথিরি দক্ষ যজ্ঞ মণ্ডপ্ চীং-লেম্না,
পাক্-শন্না চাউনা শেম্‌খ্রবা চেক্‌শিন্না
নিংথি-ফজনা লৈতেংলবা তাঙ্‌লবা,

বিশ্বকর্ম্মাগী খুৎশেম্‌নি অথোইবা,
জগৎ পূম্বা তিন্‌ফম্‌নি উনফম্‌নি,
নুঙাই মরাং হৌফম্‌নি, পেন্নফম্‌নি
নীংথি পূম্বা শুরবনি ব্রাৎত্রবনি।

থোইরেন্ থোইবা নিংথৌরেন্ প্রজাপতি
দক্ষ প্রজাপতিনা য়াথং পীখি,
মন্ত্রি মকোক্ য়েংনা চেক্‌শিন্না,
"বড় মন্ত্রি নহাক্না নিংথৌ ওম্বা

মখোঙ্ য়াঙ্‌বা মরম্ ওক্‌পা দুত পূম্বা
মায়কৈ শুনা থুনা য়াঙ্‌না থাবা হৌরো।
নিমন্ত্রণ্ তৌননবা জগৎ পূম্বা
যজ্ঞ পাউবু শন্দোক্লবা মফম্ পূম্বা।

লৈবাক্‌সিদা লৈরিবা নিংথৌ ঐগী
ইকাই খুম্ননীঙাই ওইরবা অথোইবা
ব্রাহ্মণ্ ক্ষত্রিয় বৈশ্য শুদ্র পূম্বা,
চিথবা য়াদে, চিথফদে অমত্তা।

স্বগর্দা হেক্ লৈরিবা লাইয়াম্ পূম্বা,
মুণি, ঋষি, যোগী লাইনীংবা পূম্বা,
অথোইবা দানব্, কিন্নর, গান্ধর্ব্ব পূম্বা
চিথবা য়াদে, চিথবা য়াদে 'মত্তা।

মরোল্ অহুম্ হুপ্না স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল্,
তৌখো বার্ত্তণ্ চিখদনা অমত্তা,
মর্ত্তদা লৈবা নিংথৌ, পাথৌ কয়া
পাতাল্পুরী লৈঙাক্পা অকন্বা অথৌবা

মরু মরু ওইরবা মমিং লৈবা
চিখফদে মী লাই হিংচাবা পুম্বা;
মহাদেবতদি তৌরুনু, তৌরুনু
মাবু নিমন্ত্রণ্, পীরুনু তাক্লুনু;

তাক্খো ইচানুপী পুম্বা থিন্দনা
কৌরু লাক্লুবা অমত্তা চিখদা,
চৎলু লাক্উনু কনামত্তা কৈলাসতা
তাক্লুনু লমহেন্বী সতী মাবুতা।। ●

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লৈশেম্বা' হায়বা অহানবা মতাংগী 'অধিবাস' কৌবা অনীশুবা শরুক্ ।*

১ (৩)

নিংথৌগী গুণ্ তরুক্পা তিল্ল' নিংথৌরেন্ দক্ষ
শোম্থ'-কোক্ল' উপায় তরেৎ শীজিন্নে তত্তনা
পাঙথোক্পী নিংথৌগী থবক্ নিপান্ লেপ্তনা
শোম্নরী লৈবাক্ থুংনা মহাক্পী য়াইফ-থোইবা ।।

অদুবু ঙম্বা লৈতে লাক্শিন্বা দোষ অমত্তং
নিংথৌগী দোষ তরামরী-নুংদা অমা ওইবা
"শাওগন্বা" হায়বা শাগোম্লজরবা সিমত্তং
'সিমত্তনা ওইরি মাগী তুম্মা মাঙ্‌ননবা ।।

মরম্ ইচা-চাদনা শাউখি মানা শঙ্করবু
মচানুপী সতীগী মপুরোইবা মমাক্পু,
হৌফম্ লাক্ফম্ খঙ্দবা, পোক্পা শিবা নাইদবা
মথন্তা ঙায়্বা, মহেশ্বর ভগবান্ মহাদেব ।

তুক্কচচখি মানা মপা মশক্ খঙ্দে হায়্না
হঙোইখি থোইদোক্পা ফিজেৎ-লাক্চেৎ লৃদে হায়্না ;
"মীনা হঙোইনরবা মোংফম্দদা য়াহিপ্পা,
উৎ-ব্রাই তৈয়্বা, গঞ্জা ভাঙ্ থক্পা, কৈ মউল্ শেৎপা

মীরক্ তিন্দবনা হৌন-লোন্চৎসু খঙদ্রবা
অচৌ-অশাং খঙ্দবা, শাগৈ-জাৎসু নাইদবা
হৌফম্-শাৎফম্ খঙ্দবা, ময়ুম্ লৈবাক্ লৈতবা
'সিবু করম্ পাম্লুবা ঐগী ইচা সতীনা ।

করম্বা যাদুনা শুন্দৎখ্রবা ঐগী ইচা
করম্বা মন্ত্রনা ফাবিখ্রবা ঐগী সতী
পাম্মুখ্রেদা কল্লখ্রেদা নুংনাংখ্রবা কয়া ।"
মুরুম্ মুরুম্ শোল্লি 'থন্তা দক্ষ প্রজাপতি ।।

নীংশিংলক্ই মথং মথং হৌখ্রবা ব্রা কয়া
কাউবা য়াদে তৌখিবদু সয়ম্বর নুমিত্তা,
"ইকায়্বা নাইদবদো করম্ হায়না লৈরম্বা
ঐহাক্না নিংথৌরেন্, করম্ হায়না মায়থীখিবা

বিরভদ্র কনানো ? করম্বা ভুৎকী যাদুনো ?
মিৎকুপ্তা তাক্খি দক্ষগী পাক্-চাউরবা তেঙ্গোন্
লোইনা তুম্খি ঐগী কম্ব্লৈারবা পাথৌ কয়া,
দলাই 'থক্তা ব্রাম্থখি ঐ, থৌর' তেন্' পান্বদা ।

জ্ঞান লাক্পদা উখি -- তুম্খ্রে ঐগী লাম্মী তেঙ্গোন,
ইমাঙ্ মত্তা চৎখি নোক্ল-নোক্লা ষঞ্জাউথত্তা
তোংদুনা ঐগী ইচা সতী মাগা লোয়ননা
গঞ্জা-ভাঙ্নম্ নম্বা খুৎনা কোন্খি সতী লেংজুম্ ।

উৎ-ব্রাই তৈরবা, লীন্ খাউওন্ ওন্বা, ফিজেত্তবা,
শাগৈ জাৎসু নাইদবা মপা মশ্ক খঙ্দবা,
হৌফম্ শাৎফম্ খঙ্দবা ময়ুম্ লৈবাক্ লৈতবা,
মাবু করম্ পাম্লুবা ঐগী ইচা সতীনা ।

করম্বা যাদুনা শুক্ষৎপ্রবা ঐগী ইচা,
করম্বা মন্ত্রনা ফাবিখ্রবা ঐগী ইচা সতী,
লাক্চৈদা পাম্মুইদা, দক্ষ ঐগী ইমায়মত্তা
অমুবা কালিনা তৈরম্লগা হেক্ চৎখিবা ?

পুখরে নম্দুনা মিৎ মাঙ্দা হুখরে উনা উনা
চেক্শিন্না থম্জবী মণি, তাবু-নুংদা চেৎনা,
পাম্মুইদা লাক্চৈদা, থম্মোই কায়না নুংনাংইদা ?
তক্সি শোল্লি দক্ষ মুরুম্ মুরুম্ শোল্লি 'থন্তা ।

"ঐগী ইচাদো নোক্খিবরনে ষঞ্জাউথত্তা
ঐনা লান্শীংনবা তাদ হুন্না ফাও' য়েংলম্দা,
চৎখি অদুম্ তপ্না তপ্না মপা'মা লৈতবা
শাগৈ জাৎসু নাইদবা মোংফম্দদা য়াহিপ্পা

উৎ-ব্রাই তৈরবা হৌনবা খঙ্দবা অদুগা
হন্না য়েংলম্দ' চৎখিবী লম্কেৎপী লম্হাইবী
মপা মমাই 'জ্জৎ ঙাক্তবী নত্তে মা ঐ' ইচা
শিখ্রবনি, মাঙ্খ্রবনি, লৈরম্দে ঐগী সতী ।।'' ●

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লৈশেম্বা' হায়বা অহানবা মতাংগী 'দক্ষনা শাউবা' হায়বা অহুমশুবা শরুক্ ।*

## ১ (৪)

সুমেরু চীংগী নাপোম্' তম্থিরবা লান্বন্নি
য়েক্লবনা চঙ্ঙম্দবা ব্রাং-চাউর' চেক্পন্নি'
লান্মী সম্ত্রি তৌরি থুংনা মিকুপ্-নাহুম্ শিংনা
কনাগী লান্বন্নো ? খ্বাই-পূম্বনা য়েংনৈ ঙক্লা ।।

নিংথৌ পূম্বে কোক্লেন্ লুহুপ্ থোন্' দক্ষে লান্বন্নি,
প্রজাপতি লক্তেংই 'থোইবা দক্ষ প্রজাপতি
মরোল্ অহুম্ নিংথৌনা মকোক্ নোন্বা মহাক্কি
মী-লাই-হিংচাবা শা-ঙা, দক্ষ মাগী প্রজানি ।।

ব্রাং-চাউরবা চেক্পন্না কোয়শিল্লী লান্বন্ কোয়না
অকল্-অথৌ কয়ানা খুৎলাই শুনা পায়দুনা
চেক্শিন্ন-ঙাক্ল' সনথোঙ্ লৈ মায়কৈ মরিদা
কনা চঙ্বা ঙম্দে নিংথৌ য়াথং ফংদ্রবদা ।।

লান্বন্সিগী চেক্পন্সে কোয়শিল্লি থাঙ্গপাৎনা
থব্রায় মাঙ্নিংঙাইনি লান্গে হোৎনরুবা কনা,
লুরবা থাঙ্গপাৎ খুৎলাইতনা শৌ শারিবা ;
লৈরি থাঙ্গপাৎথক্তা থোং অমা পাক্ চাউরবা

তৌরি থোং লৌথোক্ লৌশিন্ মরৈতনা শেম্দুনা
থোংসি রাজপথ মক্তনি চঙ্লিবা কোনুং তম্না ।
লম্বীগী নাকল্ য়েৎ-ওই লেংলি উগী পরেংনা
উশিংদা শাৎলি শীঙেল্ মতম্নি-নক্তে খন্দনা ।।

ফিঙাং লদীং তাবগুম্ কোনুং তম্না চৎলিবা
লম্বী' নাকন্ অনিদা চাং মান্ননা কক্লবা
অশং' তিংথৌ লম্পাক্কি য়েং'দা পুক্লিং হুরিবা,
মরক্ মরক্তা লৈরি খুৎশেম্গী লৈকোন্ কয়া

মরাক্ ময়ুং মান্নবা ময়ুংনা শাংবা, 'কোয়বা,
থরো-থম্বাল থল্লবা পুখ্রি সরোবর কয়াদা,
হৈনম্ লৈনম্ পুর' মালঙ্বনা হুন্নক্পদা
হাইনা হুম্না খাঙ্লিবা লৈইনা জগোয় শারিবা

থম্বাল্ লৈরাং য়েংদুনা খোঙ্ফম্ চোইর' খ্বাংজেংবা
কোয়না ঙংনা পাইজরি-পুক্থেম্ নাওথেম্ হায়জরি
'তারিবরা চান্নবী, খোইমু য়াব্রা তাগদ্রা
মালঙ্ মাবু থেম্গদ্রা লৈরাং থম্বাল্ খোয়রাংলি ।।

খুৎশেম্ লৈকোন্ মরক্তা ঈশিং চাইবী মপান্দা
সনাই তাঙ্বল্ থারিবা কুঞ্জবন্দি কয়ানি
য়েংব' পুক্লিং হূরবা হৈনম্ লৈনম্ চূরবা
শাবী শানৌ কয়াগী হরাও মথোই কাফম্নি ।

অশংবা তিংথৌ লম্পাক্ 'শংবা ফরাংজি ব্রাংমদা
লশ্বী' নাকন্ অনিদা তাম্না উরি 'থাপ্নদা
ফুরা-দলাল্ পরেং পরেং ইনাক্ কৈরাক্ খুল্লবা
ফম্নাই-ফানাই অচৌ'শাং লৈরি 'দুদা নুঙাইনা ।

লশ্বীসিদা চৎলি কোনুং তম্না শগোল্ শামু
রথ্-দলাই খোঙ্মী লাম্মী লৈশা-পাখঙ্ হনু-হনা;
নোংপোক্ অতিয়ারোম্দৈ কোরৌহন্বগা লোয়ননা
মীয়াম্-লক্তা চৎলি ঙসি দেবর্ষি নারদ

খুত্তা বীণা পায়্দুনা হরি কোলোয় শোন্দুনা
দক্ষ নিংথৌ কোনুংতম্ লাইগী থবক্ পাঙ্নবা ।
প্রজাপতি দক্ষ নাপন্না মথোই কারবা
য়ৌরক্লে মতাং ব্রাতোন্ন ব্রাংল' কাক্লা ফমদেক্পা ।।

"নারায়ন্ নারায়ন্" শোন্ বীণা শুরগা লোয়ননা
দেবর্ষি নারদ ব্রহ্মাগী মচা লাইনীংবা
য়ৌনিং' ফম্ য়ৌরিবা চৎলি অথিংবা লৈতনা
দক্ষ কোনুং তম্না লাইগী থৌদা পাঙ্ননবা ।।






অমদৈ অমা চত্তুনা অমৈ পাউ অমদা তম্
পৃথ্বি' শান্তি থম্নধা থৌরাংলিবা মহাক্কী,
অহেন্‌ববু লৌথোক্‌পা অৱাংপদা হাপ্‌চিন্‌বা
লৈতেম্ মান্ন-থম্বনা মপু মাগী থৌদাংনি ।

থৌদাং অসি পাঙ্‌নবা মপু মাগী য়াথং ইন্
অশীন-অরাঙ্ ওইরিবা দেব ঋষি মহাক্কী,
"নারায়ন্ নারায়ন্" হরি কোলোই পৃম্নীন্ নিন্
ভাংথক্ নাইদ চঙ্‌লক্লি দক্ষ কোনুং তম্নদি ।

শক্তি পৃম্বা তিন্নবা 'মত্তা ঙায়বা মহাক্কী,
অচৎ-চত্ত জীব-পৃম্ মালঙ্-পাতাল্ তাইবঙ্ পৃম্
মাগী লীলা তৌফম্‌নি মানা নীংবা মতুংইন্
কাল্‌চক্র মনুংদা কোয়রৈ লৈয়না শান্নরী ।।

মাগী পাউ পুরিবা দেব ঋষি নারদ
মাগী নীংবা মতুংইন্ পাউ তম্‌থোক্ তম্‌শিন্দা,
খৎন-চৈন থোক্‌পনা মথৌ ওইরি নারদ
কুম্মৈ পাম্বা মহাক্কী কুম্মৈ লাঙ্‌ই মহাক্না ।।

দক্ষ নিংথৌ য়াইফবা নিংথৌ পুম্বেই কোক্লেন্ ওইবা
প্রজাপতি অথোইবা ব্রহ্মাগী মচা তৌওম্বা
খুবীদগী পোক্‌খিবা-নুপা নুপী ফম্‌দিন্না
জীব শেম্বা হৌদোক্‌পা মাগী মচা মশুনা

মালেম্ থুংনা খুন্দাবা ব্রহ্মা য়াথং তুংইন্না
মমা লক্ষ্মা মরিফু মরিনা পোক্‌পা মচানা,
মালেম্ অসি থল্লক্লে দক্ষ মথোই কারক্লে
পৃম্নমক্ মকোক্ নোন্‌বনা হেন্না ময়াই কারক্লে ।

কাউখ্রে দক্ষ প্রজাপতি পৃম্নমক্ মানা শীনবনি
থৌওইদ্রে মাগী য়াথং মঙোন্দা শিন্ন' পৃম্বা,
নাপন্' লুতোন্ কা-দুনা অফ-ফত্ত খঙদরে
"ঐনা তৌরি" হায়বনা মাগী থবক্ ওইখরে ।

চীরোন্ তৌবা কয়াগী লৈশি-লৈথোন্ কয়ানি,
"তাইবঙ্ জীব শেম্লিবা ব্রহ্মামক্কী নহাক্তিং,
চীরোন্ মখোঙ্ নাইবগী যাদু মন্ত্র তেন্বাল্লে
দক্ষ নাপল্ খিঙ্গারে মপু মাবু শীংনরে ।"

"নুপা-নুপী ফম্দিন্না তাইবং জীব শেম্লিবা
দক্ষ ঐগী থৌরাংনি ব্রহ্মামক্না তৌদবা
মমা লক্ষা মরিফু মরিগী চাদা নাওদানি
মালেম্ থুংনা লৈরক্পা দক্ষ ঐগী খুজিল্নি ।"

ঐহাক্ প্রজাপতিনি মরোল্ অহুম্ নিংথৌরেন্
নোল্লুক্পনি ইমাঙ্দা নিংথৌ পূম্বৈই লুহুপ্না
মী-লাই-হিংচাবা শা-ঙা প্রজাপতি ঐ' প্রজানি
ঐগী য়াথং ইন্দবা তাইবঙ্দা কনা লৈনি । "

"নারায়ন্ নারায়ন্" হায়' শোল্লি চিন্দা দেবর্ষি
খুম্লি বীণা খোঞ্জেল্না খুৎখত্তা দেবর্ষিগী,
নিল্লি বীণা ঝংকারনা দক্ষ কোনুং রাজপথ্
য়েংনরি লম্বী চৎপা দেব ঋষি নারদ্তা ।

রীতি ঙাক্না চৎলিবা দক্ষ নিংথৌ কোনুংদা
যোগী ঋষি ব্রাহ্মণ্না থিংবা লৈতে চঙ্বদা,
য়ৌরক্লে নারদ ঋষি, দক্ষ নিংথৌ সভাদা
"নারায়ন্ নারায়ন্" হায়' হরি কোলোই শোন্দুনা ।।

সনাই-থাক্ চাম্মনিপান্থক্ মণিগী বেদীনি,
হীরা মণি মুক্তানা মফম্ চানা থা-ম্লবা
তাইবঙ্ ফাওর সিংহাসন্ ফজ' মপা লৈতবা,
ঙাঙ্‌ল মণি যুম্বীরক্তা অশং' মণি উরী য়েৎলি,

মুক্তাগীদি ঝালরনা তনিক্ তনিক্ লংলিবা
মশাই মঙাল্ লৈজবা স্বর্গদতা ফংলবা,
মখল্ মচু মণিমুক্তা হিরানা লৈতেংলবা
মশানা পূম্লং লংজ' লৈরোং লৈনা হৎলবা

থাওমৈ থান্‌বা নাইদনা মশাই মঙান্না' লংলবা
ফজরবা সিংহাসন্‌ নিংথৌরেন্‌গী সিংহাসন্‌
নুমিৎ থাগুম্‌ লংলবা ঈরং লংনা ঙাল্লিবা
সিংহাসন্দা ফম্‌দুনা লৈরম্মী দক্ষ নিংথৌ ।

জীব পূম্বৈই নিংথৌরেন্‌ হক্‌শেন্‌বনা ঙাক্লিবা,
নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা পাথৌ কয়া ইকোয় কোয়
হক্‌চাং তেক্‌খৎ সোম'মহী থক্লা য়েংলম্মী জগোই
শারি' স্বর্গেই ফজবী জগোই শাবী অপসরা

অহল্‌ ওইবা লৈত্রবী, রম্ভা, উর্ব্বসি, মেনকা,
তিলোত্তমা, পূংশেল্‌ বীণা যন্ত্র শুর্‌ তান্‌ চানা;
গন্ধবর্ব তুম্বুরুগী পূংলোন্‌, হাহা-হুহুনা
খোংলিবা য়ৈরিবা রাগ রাগীনি কায়দনা।

পূম্নমক্‌ নুঙাইবৈ সাগরনি পূক্লীং মরাঙ্‌ হৌবনি
পোত্থা' লৈত্র' মতম্‌ফাও চপ্‌ লেপ্তুনা লৈবনি।
ফজর' সভা শীংথান' ব্রাহৈ লৈতবনি
উরগতা খঙ্‌বা, খঙ্‌লগতা পূক্লীংদা ফাওবনি।

সিংহাসন্দৈ হৌগৎলে দক্ষ নিংথৌ থোইখোইবা
তারাম্না ওক্লে নারদ -"লেঙ্‌শিন্‌বিসি আসন্দা"
অর্ঘ্য কৎলি মুণিদা, পাদ সেবা লোইরবা
হংজরক্‌ই নোল্লুক্লা প্রজাপতি অথোইবা-

"করি কদোম্‌ লেঙ্‌ঙুবা লেঙ্‌বিরক্‌পা মুণিনা
লাইবক্‌ ফরে ঐহাক্তি তাক্‌পীয়ু করি তৌজৌগে ?"
"মঙ্গল্‌ ওইয়ু য়াইফবা মতম্‌ কুইনা পুন্‌সিয়ু।
চৎলুই ঐসে বৈকুন্ঠ শ্রী নারায়ন্‌ খুরুম্মুই-

মাগী মপাউ পুদুনা লাক্লিবনি নকাইদা
অরু' ব্রাফম্‌ খরদং হায়বা তারি নকাদা ।"
"লেঙ্‌শিন্‌বিসি অন্তপুর পীবিরম্মু আশীর্ব্বাদ
মহারানী অশিক্লী মনু বিরন্‌ মমোম্‌লোই,

# ১(৫)

দক্ষ কোনুং অন্তপুর্ অশিক্নীগী সঙ্গায়নি
ফজ' পৃম্বা তিল্লবা মহারানী লৈফম্‌নি
মরোল্ অহুম্ নিংথৌরেন্ দক্ষ মাগী লোয়নবী
মনু বিরন্ মমোম্লোই মহারানী অশিক্নী

নীংথিবী ফজবী, চির যৌবন্ ওইরিবী
অহল্ ওইবা লৈতবী নৌদুনতা লৈরিবী,
দক্ষ' নিংথৌ চান্নবী মহারানী মরুপ্সী
লীশীং তরা মমানি লৈমা হুম্ফু পোক্‌পীনি।

হান্না পোক্‌পা লীশীং মণ্ডা হর্ষশ্ব কৌরবা
দক্ষ অশিক্নী মপারী শক্তি লৈবা মচা,
নারদ পাউতাক্ তুংইন্না প্রজা শেম্বা তোক্তুনা
তত্ত্ব জ্ঞান্ ফংননবা চৎনখ্রে মায়গৈ ফাংনা;

মুক্তি লম্বী থিখরে অরান্ খুভম্ য়েংখরে,
তুরেন্না সমুদ্রদা চেম্থগুম্ চেম্থখরে
'মুক্ হল্লক্‌পা লৈখিদ্রে কদায় য়ৌপ্লে খঙ্‌খিদ্রে ।
চেম্থগ্রবা ঈচেল্‌নি হঙৎলক্‌পা ওইথোক্লে ॥

মথং পোক্‌পা লীশীং মণ্ডা শ্ববলাশ্ব কৌরবা
মচা মশু পোক্তুনা প্রজা শেম্‌গে খল্লক্‌পা
মখোয়সু থেংনখি নারদ ঋষি দেবর্ষি,
মুণিগী বা লৌদুনা মুক্তি লম্বী' চঙ্‌শিন্‌খি

ময়াম্বশিং থাক্ য়ৌনবা হন্‌বা নাইদ' চৎখরে,
সমুদ্র তম্‌থ্র' তুরেল্‌গুম্ 'মুক্ হল্লক্‌পা লৈখিদ্রে;
পূম্নমক্ লোইনা মাঙ্‌থ্রবী, নারদ উবদা খোয়রাংলে
করি অমুক্ থোক্লগবা মিপাই-মিৎয়েং য়েংজরক্লে।

মচা লৈমা হুম্ফুদি লৈরি মমাই মনাত্তা,
রানী অশিক্লী শক্‌হেন্‌বী অন্তপুর লৈকোন্দা
লৈরম্মীনে য়েংলদুনা মচাশিংগী কুম্মৈ;
পুংকক্‌ চাউরক্‌পা, মপুং ফারক্‌পা, কুম্মৈনি কুম্মৈ।

অন্তপুর মনুংগী মহারানীগী লৈকোন্নি
নুংশির' লৈনম্‌ চেল্লবা স্বর্গ লৈরাং কয়ানি,
মফম্‌ চানা-চানা হৌরি শাৎলি লৈরাং কয়া,
লৈমন্‌ চন্নাইদ্রবা নীংথি' শীঙেল্‌ কয়া কয়া।

কোয়চেন্‌ চেন্‌ কোয়চোং চোং দক্ষ কন্যাশিং শান্নরি,
কনানা জগোই শারি কনানা ঈশৈ শক্লি ;
প্রকৃতিগী মচানি প্রকৃতিদা শান্নরি
মতম্বাত্তা ওম্থোইরি ওইরি মশা প্রকৃতি ।

দেব ঋষি নারদ দক্ষ নিংথৌ লোয়ননা
অন্তপুর মনুং য়ৌরক্লে চঙ্‌লক্লে লৈকোন্‌ তম্না;
মহারানী অশিক্লী ফম্‌ফম্‌ লাংদৈ হৌগৎনা
খুরুম্‌জৈ দেবর্ষি মচাশিংগা লোয়ননা।

লেঙ্‌শিল্লে দেবর্ষি নারদ কুশ আসন 'থত্তা
হাম্‌দোক্‌চরে দেবর্ষিই খোঙ্‌ লূরবা লাইজনা,
লৈ-চন্দন্‌-ধুপ্‌ অচা-অথক্‌ হাপ্তুনা শেঙ্গা থত্তা
কচ্চরে ঋষি অর্ঘ্য নিংথৌ-রানী অনিনা।

"পুন্‌সি নুংশাং পান্‌বীয়ু অনা-অয়েক লৈরনু"
মঙ্গলাশীর্বর্বাদ, পীরক্লে দেবর্ষি নারদনা,
মচা লৈমশিং য়েংদুনা, লাইবক্‌ ফবী ওইয়ু
পীরগা আশীর্বর্বাদ হংই "কৈদা লৈখ্রে সতীনা ?"

মুণি কোয়না য়েংলক্‌ই-মাগীদমক্‌ লাক্‌পনি
তাইবং মপ য়াথংনি মহেশ্বরগীদমক্‌নি,
তাইবং শান্তি থম্লবা সভ্যতা 'নি পূন্‌বনি
ষন্দন্‌বগা লোয়ননা সুরভী পুজা তৌবনি ।

"মুণি লেঙ্‌শিন্‌বিরকপা লাইবক্ ফরে ঐখোয়দি
করি সেবা তৌগনি য়াথং নঙ্গী তাক্‌পীসি।"
লৈমা-নিংথৌ অনিনা হঙ্গচরকই মুণি'।
কুশ আসন্দা ফম্‌থ'-হায়রক্‌ই দেব ঋষি

"নুংঙাইরে পেল্লে-নিংথৌ পূম্বে কোকলেন্ লুহুপ্পা
বিরন্ কন্যা মহারানী নখোয় অনি উবদা,
নচা কন্যা যুবতী শীঙেল্ লৈরাং মাল্লবী
লাইবক্ ফবী ঙাক্তনি নুংঙাই পেল্লে য়াইফবী।

পাউ পুবা ইশিন্নি মপূগী পাউ পুরক্পী
পৃথ্বি শান্তি থম্বনা মপূ মাগী আশানি।
ঙাইহাক্ লৈত-খৎনবা খা-অৱাং অনিমক্
ইমু-নাইমু তানবা নোংপোক্ নোংচুপ্ অনিমক্।

অঙৌবা-অমুবা সভ্যতা অনি মুক্লবা
অৱাওবা 'মদি নাপু কৃষ্টি কয়া শীংনবা,
তোপ্ তোপ্পা সভ্যতা তোঙান্ তোঙানবনি খন্‌বা
তোঙান্ তোঙান্‌বা কৃষ্টি অতোপ্পনি নীংনবা

মায়-মায়তৈ খন্নবনা য়েংশিন্নবৈই মরুনি
খৎনবনা কায়নবনি য়েক্লবনা হাৎনবনি
মশাগীতা খন্দুনা মীরম্ পাম্মা লান্দাবনি
লাম্থিনবৈই মরম্মি মাঙ্‌ন-তাক্ল' শীন্‌বনি;

লাম্থিনবা-সভ্যতা মাঙ্‌হন্‌গে হোৎনবনি
খৎনবনা মাঙ্‌বনি হাৎনবনা তুম্বনি
পাম্‌দে মানা সভ্যতা 'মদি কৃষ্টি মাঙ্‌খিবা
পাম্‌দে মানা লাম্থিন' ইমু নাইমু তানবা,

পূম্নমক্ মাগী খুৎশেম্মি মাতনা ঙাক্‌পনি
অঙৌ-অমু অৱাও-নাপু পূম্নমক্পী লম্‌নি পৃথ্বি;
মালেম্‌গী জীব পূম্বা মহাক্তনা শেম্বনি
মীওইবা পূম্বা মমা অমত্তগী মচানি,

পাম্‌দে মানা মীওইবা মশেল্ লাম্থিনবা
মাগী খুৎশেম্ লত্তা তোখাই-তোখাই তানবা .
'মত্তা ওইনা পূন্‌বনা চান্ন-চিন্ন লৈবনা
পৃথ্বি-শান্তি ওইগনি খল্লিদো মপু মানা ।

থোক্করনি শোয়দনা অমৃত মুন্নবৈ লান্
অঙৌ-অমু লাই-হিংচাবৈ হক্ মুন্নবগী লান্,
লাই-হিংচাবা মচীন্-মনাও নঙ্গী নশু ঙাক্তনি
লাম্থিনবা থিংবনা জগৎ শান্তি ওইগনি ।

শান্তিতনা চাওখৎপা অফ-নুঙাই ফংবনি
শান্তি লৈগে হায়রবা চান্ন-চিন্ন লৈগনি
অমৈ মতেং 'মনা পাং অৱাৎ অপা মেন্‌শিন্না
নুংশিনন-লৈমিন্ন পূন্না-নুঙাই হিংমিন্না

পৃথ্বিদা লৈনা ফংগনি নুঙাইবদু স্বর্গগী,
মপু মানা পাম্বসু পৃথ্বি শান্তি ওঁ শান্তি,
অহিংবা, অতপ্পা, পূকচেল্ খোয়জেল্ তিন্নবা
ইমা 'মত্তে মচানি ঐখোয়্ পূম্বা কাউদবা ।

শঙ্কর কৌবা লাইনিংথৌ লাইগী লাই ওইরিবা
শিব মহাদেবসে খ্বাই পূম্বদৈই থোইরবা
খা-নোংচুপ ছল্লিবা সভ্যতা কৃষ্টি অসিগী
অমত্তা ঙায়বা মপূনি তাইবং পূম্বা খঙ্‌নরি ।

অমু-অৱাও-নাপু য়োক্‌খৎলি, ঙাক্কী মহাক্না;
মহৌশা বিজ্ঞান্ চাওখৎ শীংনরিনে তত্তনা
অৱাং নোংপোক্ লমদম্‌গী অধ্যাত্মিক্ সভ্যতা
মীগী লাইগী খল্লিবা রীতি নীতি মায়োক্তনা

শঙ্করগা য়ানরবা লৈররোই লাম্থিনবা
মীওইবা সমাজসি শান্তি ওইনা হিংননবা
খা-অৱাং পূন্নবা নোংপোক্ নোংচুপ তিন্ননবা
শঙ্কর' চান্নবনা লৈররোই য়েংথিনবা ।

নজাইবেম্মা সতী' মতৌ লৈবী ফজবী
গুণ্ পূম্বনা তিল্লবী চাংদম্মীঙাই লৈত্রবী,
রাশি লৈবী শক্হেন্বী তাইবঙদা 'মত্তা ঙায়রবী
শিব শঙ্করদা থাজবা মপু মাগী অপাম্বনি ।

অসি থোক্ল' শীন্নবা পাউসি পুদুনা লাক্পনি
সভ্যতা অনি পূল্লনি তাইবং শান্তি ওইরনি,
যন্দম্বগা লোয়ননা সুরভী পুজা তৌরনি
'সি থোক্লবা শীন্শীনে হে দক্ষ প্রজাপতি ।

মপূই য়াথং ঙাক্সি লাম্থিনবা তোক্লসি
পূন্না নুঙাই' হিংমিন্নসি তাইবং শান্তি থমসি
অঙ্গীংবা অতপ্পা পূকচেল্ খোয়জেন্ তিন্নওইসি
জগৎ শান্তি ওঁ শান্তি মপূ মাই য়াথংনি ।''

দেবর্ষি নারদ মপাউ তা হায়জরক্ই ব্রাখল্ তৌনা
নিংথৌরেন্ দক্ষ প্রজাপতি মুণি মায়কৈ য়েংনা,
''খঙ্জরে মুণিনা তাক্পীবা মপু মাই য়াথং
অদুবু ঐনা ব্রাশক্চখিবা লেপখি 'মত্তং

হঙ্গৎপিয়ু মপুদা নীংশীংবীয়ু মুণিনা,
পাম্জবনি ঐনা মহারানীগা লোয়ননা
ঐগী ইচা সতী নুপী লক্তুগী অথোইবী
খ্বাইদৈ হেন্না নীংথিবী মাগুম্বী 'মা লৈত্রবী,

উজনীংই ঐখোয়না মানা' পাম্বা খঞ্জবা,
মদুইদমক্ ঐহাক্লা লাঙ্জরুই স্বয়ম্বর 'মা;
মহারানী ঐ-ঐখোয়্ অনি তত্তনা খন্নজৈ
খন্নজৈ লেপ্লজৈ মতম কুইনগী মমাঙ্দৈ

স্বয়ম্বর তৌনি সতী' ঐখোই নীংজ' থুংনবা,
হঙ্গৎপীয়ু মুণিনা পাম্জবসি পাঙ্নবা;
কাঙ্দোং ফারে ইচা সতী থাজ-য়োন্র্জ য়ারক্লে
মচেম্পূম্ মা-মানা পাম্বদ-লোইনা থাজখ্রে ।

লুহোংখোংদোং মখোয়গী শোয়দনা পাঙ্থোক্ল' কুম্শি
ওল্লক্' চহি সতী মাই স্বয়ম্বর দক্ষ ঐনা লাঙ্জরি,
তাইবং মপু নারায়ন্ লক্ষ্মী মবুংঙো ওইরিবা
হরি বিষ্ণু বাসুদেব সঙ্খ চক্র গদা পায়বা,

হঙ্গৎপীয়ু মুণিনা দক্ষে নীংবা থুংনবা
পীনবীয়ু আশীব্বার্দ অশোয় অঙাম্ লৈতবা ।
খুরুম্ খাজংনরগা বিদায় তৌরে প্রজাপতি
"নারায়ন্ নারায়ন্" শোন্ চৎখরে দেব ঋষি । ●

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লৈশেম্বা হায়বা' অহানবা মতাংগী*
*'অন্তপুরদা নারদ' কৌবা মঙাশুবা শরুক্ ।*

## ১ (৬)

ঙসি কৌবা নুমিৎসে লাইরৈবাক্কী মেলানি
শিদ' পুম্বা তিল্লরে সায়ম্ভুব মেলাদা;
কৈলাস' মবুঙো ! লেঙ্লক্লি মনাইশিং' লোয়ননা
ষন্দম্বা খোঙ্নেৎনা ত্রিশুল্ খুত্তা পায়দুনা
পেরে শিঙ্গা খোংদুনা দমরু দ্রংদ্রং থীন্দুনা।
লুপা কুচু লম্য়ৌবা পাখঙ্ মথোক্ কারক্পা
দৈত্য-দানব পুম্বগী ঈরাৎনফম্ মহাক্কী
ফজবগী তৃংনফম্ মিৎফম্ হোং' য়াদবনি,
মালেম্দা লৈবা ফজবীশিং মী-লাই-হিংচাবী
শঙ্কর মাবু উরুবা থম্মোই ইনোৎ কাবনি
কাউঙম্দবা শক্ফম্লি কাম্না ইকায়নফম্লি।
কোরৌহন্বা সেন্তরেং খুমন্ গুরুনাক্ তন্নক্লে,
কৈলাস চীংদোন্ থাদোক্লা মানস সরোবর তন্নক্লে।
লুপা চীংজাও কৈলাস চীং সিদয়াই নাদয়াই চীং
শিব সম্ভু মরান্য়ায় মালেম্গী অথোই তীর্থস্থান্
পুণ্য চেনবর্ত য়ৌঙম্বা পাপীশিং য়ৌঙম্দ-চীং
ঋতু তরুক্লা থৌগন্ চীং অৱা-অনা-লৈত-চীং।
কৈলাস চীংগী ফজ' য়েং-নন্দি ভিঙ্গী থৌগল্ তৌ
পেরে সিঙ্গা খোংদুনা য়ৌরক্লে মানস মেলা।
স্বর্গ লৈবাক্' ফাওরিবা ফজ' হায়নিংঙাই লৈতবা
সরোবরনি মানস কৌবা-লুপা চীংজাও মরক্তা
অশংবা মণি থাম্বগুম-শংবান্ন' লাইজ ঈপাক্তা
লুপাই কাঙ জুরা-জুরা শান্নরি "গে গে" খোংনা ।
সনাই থম্বাল্ মরক্তা শংবান্নবা ঈয়ায়দা
স্বর্গে লৈরাং সনা থম্বাল্ স্বর্গে চেক্লা লুপা থাঙ্গোং
অশংবা মণি ঈপাক্ সরোবরদি মানস
দিনমণি নুমিৎনা নোংচুপ চীংদোন্ তন্নকপা

ঙাঙ্গানবা মশেক্না সনা চীংদোন্ ওইরক্পা
নোংজাবীনা ছীল্লক্পা শাবী শানৌ পূম্বগী
কুচু হেন্বা মতমনি্ থম্মোই মাল্হৌনবানি;
দক্ষ কন্যা সতী কৌ' লৈশা মপূং ফারক্পী
অশংবা লাইজ ঈপাক্তা সনা' থম্বাল্ মরক্তা
লুপা থঙ্গোং জুরাদা মিৎয়েং শাংখৈনরিবী,
থঙ্গোং ওইনা মহাক্সু ইপাক্ য়ায়দা তাউরিবী
তথক্-তথক্ মিৎয়েংনা থঙ্গোং জুরা য়েংলক্পা
শঙ্কর মাবু উরুরে, মিৎস্না মরি চা-নবা,
কৈলাসগী মবুঙোদো তনৌ তনৌ ফজবী
সনা থম্বাল্ মাল্লবী সতী মাবু উরুবা
মিৎফম্ হোংবা য়াখিদে,পঙ্থ-লায়চুখরবা
মিৎস্না মরি কুপ্খিদে, বিধি মানা শেম্খিবা
লাই-হায়বা লৈবরা' মদন্ মাগী তেন্দুনা
পাল্লেদো অনিমক্, পূংশুম্ শুক্ষৎখরে অনি ।
রতি মাগী শৈহেক্না খোইমুনা ঙংনা পাইরিবা
বসন্ত কৌবা মতম্নি থম্মোই পূম্বা খোয়রাঙ্বা
শিব-সতী অনিমক্‌ থম্মোই মালহৌনখরে ।
অনি মতৌ উবদা নন্দি ভীঙ্গী মোমোন্নে,
মালঙ্সু লিরি হুল্লি খোইমুসু ঙংনা পাইরি,
উচেক্ ৱায়া কোয়রাঙ্ লাঙ্ই উনা-উপাল খুবাক্ খুরি
খোইমুনা ঙংন-ঙংনা শৈথারী সতী' ফজবা;
চেক্লাশিংনা শোল্লি সম্ভু মাগী নীংথিবা।
ঈপাক্' তাউরিবা থঙ্গোং জুরা-জুরা খোংলি গে-গে।
মখোয় মশেন্ হায়নরি মমায় থাঙ্গৎ য়েংনরি--
"য়েংউ অসে লৈরে আদা
থঙ্গোং জুরা 'মা কংফান্দা।"
দক্ষে তালোই নীংথিবী মহারানী অসিক্লী
থৌগন্-লাঙ্গল্ লোয়ননা মচা তোম্বী থিরক্লী,
মানসক্লী পাৎপান্দা মচা তোম্বী উবদা
কৌজরক্ই মমানা-"থেঙ্খ্রে চৎসি ইবেম্মা
সুমেরু চীংশাং য়ৌদৌনি নপাবুংনা ঙাইহৌরি।

কোরৌহন্‌বা য়ুম্‌জঙ্‌লক্লে থেঙ্‌লে চৎসি সতী।''
মিকপ্‌ থোক্লুম্‌ খংপ্রেক্‌ খং কাইদ-খোঙ্‌দোই হুল্লক্লি
মহারানী প্রসুতী বিরন্‌ মমোম্‌ নীংথিবী
মচানুপী পুদুনা দলাই-থত্তা হাপ্পুনা
নুরা খোংদোই হুন্‌খরে থৌগন্‌ তৌনা মনাইনা ।
চৎনীংদনা চৎখরে সতী হুন্না হুন্না য়েংদুনা,
য়েংলি শম্ভু মিৎকুপ্তা উরি মখৈ মিৎসিনা ।
শমু হক্‌চাংদি চৎখরে-মিৎয়েংদি থৱায়দি
লৈহৌরি লেঙ্‌দনা শিব-মাগী থম্মোই-নুংদা ।
শিব মশা লৈহৌরি মানস সরোবর পাৎপান্দা
শিব মাগী হুরান্‌ মিৎয়েং ইন্নখরে মতুংদা,
থম্মোই থৱায় ৱাখল্‌ লোইনা পূন্না পুখরে
দক্ষ কোনুং পাংখরে ৱাখল্‌ পূক্লীং লৈহৌদ্রে ।
অদু নুমিৎতুদগী সতীগী ৱাখল্‌ শিবনি
অদু নুমিৎতুদগী সতীগী থম্মোই শম্ভুনি
অদু নুমিৎতুদগী সতীগী হকচাং শঙ্করগী
অদু নুমিৎতুদগী সতীগী থৱায় শিবগী
সতীগী ৱাখল্‌ মহাদেব থৱায়-হকচাং মহাদেব
মাগী লৈজবা পূম্বা লৈতনা অখাক্‌পা অমা
মবুঙো শিব-শম্ভুগীনি-মশামক্‌ শিব শঙ্করনি ।
অসোম্‌দা কৈলাস চীংদা মহাদেবৈ ৱাখল্‌দা
য়েংলু য়েংলু খুদীংদা মায়কৈ শুন্দাই তরাদা
চীংদা হৌরিবা উশিংদা উদা তোংলিবা চেক্লাদা
কৈলাস চীংগী লোক্‌তায়, উমং, ঈশিং চাইবী, তুরেল্‌
হৈপাল্‌ লৈপাল্‌ পূম্বদা থম্মোই লাইয়ুম্‌ নুংদুদা
শিবগী মিৎতা মতম্‌পূম্‌ সতীতনি উরিবা ।
উগী উখোংদা লৈগী লৈরক্তা লৈকোন্নুংদা
ঈশিং চাইবীদা ঈফুৎতা পাৎকী থম্বাল্‌লক্তা,
মন্দাকীনি তোবর্বান্‌, মানস সরোবর পাৎপান্দা
থঙ্গোং জুরা মরক্তা য়েংলু মফম্‌ পূম্বদা
উরি তারি সতী মাদ' শিব শঙ্করগী মিৎতা ;
পুক্লীং ৱাখল্‌ থম্মোই হক্‌চাং সতীগী সতী...

মীগী পূক্লীং খঙ্লবা লাইগী পূক্লীং উরবা
থৌদাং পাঙ্ন হোৎনরিবা পোত্থা-লৈত চৎলিবা
নারদ কৌবা দেবর্ষি বিনা যন্ত্র পায়দুনা
"নারায়ণ্ নারায়ণ্" শোন্দুনা বৈকুন্ঠে লক্ষ্মীদা
য়ৌরক্খি সুমেরু চীংশাং দক্ষ কোনুং লমদম্দা।
চীং নাপোম্ লৈকোন্দা দক্ষ কোনুং উদ্যান্দা
ৱাখল্না হা-রবী সতী, মবুঙো শিবৈ ৱাখল্না
উংলবী মাবু উবদা চঙ্শিল্লক্লে নারদ ;
শিবৈ ৱাখল্দা লুপ্লী' সতী উদে নারদ
হরি বিষ্ণু বাসুদেব-মাগী কোলোই নারায়ণ্
বিনা ঝংকার লোয়ননা নারদ চিন্দে থোরক্লি।
শুক্মৎলবী সতী খংপ্রেক্ খং, মিকপ্থোক্, তপ্পা
য়েংলক্খি নারদ মায়কৈ,- সতী চরণ্ খুরুম্মা
নারদনা হঙ্গৎলি-"শিব নাম্ তাঙ্লবা নাম্
আহবান্ মন্ত্রদি মাগী -'ওঁ নমঃ শিবায়ঃ'
ওঁ নমঃ শিবায়ঃ -য়ৌনি খোঞ্জেল্ শিবৈ-মকা,
বিল্ব পত্র কত্তুনা শিব লিঙ্গ লাৎপনা
বর পীনহৈরবা শম্ভু মাবু ফংনবা
উপায়নি অথোইবা য়াওরি বেদ তন্ত্র পুরান্দা।"
অরাধনা তৌনবা জপ মন্ত্র ফংবদা
হরাওজরে সতী, হায়রকই নোক্লা-নোক্লা
"নুংঙাইরে নারদ! নঙ্গী জপ মন্ত্রনা
সুমেরু চীংশাং লান্ কৈলাস চীংদোন্তম্
সতীগী থম্মোই ৱাকৎ তম্লুনবা ইবুঙোদা
নঙ্না তাক্পা মন্ত্রসে পুন্শিচুপ্পা শোঞ্জবা
পীনবীয়ু আশির্ব্বাদ থোজান্বীয়ু ঋষিবর ;
ঐগী লৈজবা খিবিক্ কৎশ্রবনি মকাদা
ঐনা শোঞ্জবা জপ মন্ত্র নঙ্গী বিনাদা হাপ্তুনা
নিল্হন্বীরো কৈলাস নঙ্গী বিনা ঝঙ্কারনা
ওঁ নমঃ শিবায়ঃ
ওঁ নমঃ শিবায়ঃ

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লৈশেম্বা' হায়বা অহানবা মতাংগী 'মানস মেলা' কৌবা তরুক্ শুবা শরুক*

# ২ শুবা মতাং

স্বর্গগী লক্ষ্মীনি সোয়ারেন্‌গী লৈবাক্তি
অমরাপুর কোনুংনি নীংথিবনা তিন্‌বনি ।
পূক্লীং হুর' হৈনম্‌-লৈনম্‌ লিরি হুম্‌লি মালঙ্‌না
বসন্তগী মতম্‌নি পূক্লীং নৌরি য়েন্নীংনা ।
বিদ্যাধরী লৈরাং পরেং লৈনম্মা ঙাওরবা
দুর্ব্বাসা মুণি অথোইবা মুণি মানা নিরক্‌পা
লৈরাং পরেং কোক্তনা থেং লাক্লী লক্ষ্মী অদোম্‌দা
স্বর্গ নিংথৌরেন্‌ সোয়ারেন্‌ থেংনরুরে লম্‌খাঙ্‌দা ।
ঐরাবত তোংদুনা রানী শচী লোয়ননা
লাইয়াম্‌ খিবিক্‌ থৌগল্‌তৌ চৎলি ময়াইকা' নোক্‌খেনা
নুমিদাংবাইগী মতম্‌দা, উদ্রি মুণি লাক্‌লিবা ;
সন্তানক্‌ লৈরাং লৈনম্মা ঙাওর' মুণি দুর্ব্বাসা
লংখি লৈরাং পরেং লাইনিংথৌ ইন্দ্র তম্‌দুনা--
"লৌজৌ ইন্দ্র দেবেশ্বর লৈরাং পরেং সন্তানক্‌
পীরক্‌পনি বিদ্যাধরী নঙ্‌গীদমক্‌ তম্বনি ।"
শচীগা ব্রারী শারিঙৈ উদে মুণি মাঙ্‌জৌনা
লৈরাং পরেং ওক্লগা মুন্‌খিবনা ব্রারীদুদা
কাউখি লৈরাং শিনি হায়বা থম্‌খি ঐরাবত কোক্‌থক্তনা
লৈরাংদুদা খংলবা লৈনম্‌দুনা ঙাওরবা
শামু নিংথৌ ঐরাবত মখোল্‌ হৌনা খোংলক্‌পা
মঙক্‌ হাইনা য়েংলক্‌পা তাখ্রে লৈরাং লৈপাক্তনা।
খঙ্‌হৌদনা শাউরক্‌খি শাউগন্‌বা মুণি দুব্বাসা
খন্‌খিদুনা উশিন্তে,-তৌখি শাপ্‌ দেবেশ্বর
"হে ঐশ্বর্যনা ময়াই কার' ফত্রবা বাসব !
নাপল্‌ য়াম্মা তৌরে নঙ্‌সে, খঙ্‌দ্রে ঐসে কনানো ?
ঐনা পীবা লৈরাং পরেং লক্ষ্মী লৈরাং পরেং
থৌশাদরে নহাক্না, নরাইবক্‌ কৎনা লৌদক্লে

"প্রসাদ" খুরুম্‌দুনা, নঙ্‌না খল্লিনে ঐ অসে
অচম্বা ব্রাহ্মন্ অমনি, পীরি ঐবু ইকায়বা,
লংখায়দুনা লৈরাং পরেং ঐনা পীবা লৈরাং
লক্ষ্মীগী লৈরাং, মরোল্ অহুম্‌দা ফংঙদবা,
অদুনা-মাঙ্‌খ্রসনু ঙসিদৈই নঙ্‌গী রাজলক্ষ্মী ।"
অশাও' মীচৈ তারবা শাপ্ ফংলবা বাসব,
জ্ঞান্ খংতা তারক্‌ই, শামু থক্তে কুম্‌থরে
খুরুমদুনা মুণিদা হায়জরক্‌ই ঙাক্‌পীনবা ।।
'ঙাক্‌পীয়ু ঙাক্‌পীয়ু ঋষি ঐগী ইরাল্ ঙাক্‌পীয়ু'।
খুম্‌খি পেল্লবা দুর্ব্বাসা-'তাও ইন্দ্র ! ঐহাক্তি
থৌজাল্ হৈবা মী নত্তে, হৈতে ঐদি ঙাক্‌পীবা,
খঙ্‌ঙু ঐ দুর্ব্বাসানি, নত্তে ঐ গৌতম্ বশিস্থ
স্তুতি তারগ, নঙ্‌না মখোয়গী থৌজাল্‌হৈবা
চাউথোক্লবা নঙ্‌না ঙশি পীরে ঐবু ইকায়বা
কাম্নরোই নঙ্‌গী হায়জবা ঐদি হৈতে ঙাক্‌পীবা ।'
হায়রম্লগা ব্রাসি, চৎখরে মুণি ফেৎ হাইনা-
মানা লাক্‌পা মায়্‌গৈদা। হঞ্জিন্‌খরে দেবরাজ
নুংশুক্ নুংজাননা, ব্রানা, অমরাপুর কোনুংদা;
মিপাই চাউবী শচী দেবী হঙ্গৈচে উপাই থিনবা-
"হায়্‌জরুসি পিতামহ ব্রহ্মা মাগী মাকাইদা।"
নুমিৎ অদুমক্তগী-মাঙ্‌খরে রাজলক্ষ্মী,
চঙ্‌খরে সমুদ্রনুংদা-শোম্থরে নংথরে
তৌফম্ খঙ্‌দ্রে বাসব, লাইয়াম্‌পুম্বা ব্রাখরে।
লাইগী ময়েং তারক্‌পা হিংচাবগী মতোল্‌নি।
লান্দারক্‌লে অমরাপুর দৈত্য-দানব পুম্বনা
মায়্‌থীরবা ইন্দ্র চেল্লি অমরাপুর থাদোক্তুনা
লাইয়াম্ সভা লোয়নননা অব্রা মায়থী নংলবা।
চেনখৎলক্লে ব্রহ্মলোক্ তম' খুরুম্মুরে ব্রহ্মা'।
পিতামহ ব্রহ্মাই য়াথং চেল্লক্লে লাই পুম্বা
ক্ষীরোদ সাগর মপান্দা লুচিংদুনা ব্রহ্মানা,
তৌজরক্‌ই স্তুতি লাইয়াম্পুম্ খোঞ্জেল্‌মক্তা ওইনা

''ওঁ-হরি বিষ্ণু বাসুদেব ঈশিং যায়দা য়াহিপ্পা
চঙ্‌জফম্ লৈত্রবৈ চঙ্‌জফম্, অহৌ-অরোই লৈতবা!
ব্রহ্ম শাপ্ নংলবা রাজ লক্ষ্মীসু মাঙ্‌খ্রবা
দৈতা-দানব মখুত্তা ঐখোয়নি অৱা-নংলবা
চান্‌বীয়ু কন্‌বীয়ু অৱাবা ঈপাক্ লান্‌বীয়ু,
রাজলক্ষ্মী ফংহন্‌বীয়ু ব্রহ্ম শাপ্তে কোক্‌হন্‌বীয়ু,
হে গতি লেত্রবৈ গতি চঙ্‌জরি নখুয়াদা
থৌজাল্ লাইজ খিকপীয়ু চঙ্‌জরিবা ঐখোয়দা
তোল্ল-তারৈ মৱুঙো ওঁকারৈ মশক ওইরিবা !
শেম্বা য়োক্‌পা থুগাইবা নঙ্গী আশা তুংইন্‌বা ।
লাইশিংগী স্তুতি তারবা পেন্‌বীরবা ভগবান্
ফাওরক্লে মঙান্‌গী মপৈ ওইনা ঈয়ায়দ ।
অনন্ত শয্যা য়াহিপ্পা ফজ পুষ্পৈ তৃংনফম্
হায়রক্‌ই মোমোন্ নোক্লা দেব সভা য়েংদুনা
''হে লাইয়াম্ পুম্বা নখোয়গী পাঙ্গল্ হাপ্লনি ঐনা
ঐনা হায়রিবা ৱাসি পাঙ্‌থোক্‌উ য়াম্না থুনা--
তারো ব্রহ্মা, লাইয়াম্ পুম্বা অসুরগা চান্নৌ থীন্দনা,
লাই হিংচাবা নচিন্-ননাও পোকপনি মপা 'মত্তনা
লৈতে খৎনফম্ য়েৎনফম্, সন্ধি তৌ মখোয়গা
পাঙ্গল্ থৌনা হাপ্লবা অমৃত' ফংননবা
চেক্‌শিন্না হোৎনৌ নখোয়না দানবশিংগা লোয়ননা ;
নৈগদবনি সমুদ্র মাথন্ চৈ-ওই মন্দর চীংনা
বাসুকীনা থৌরী ওই নৈয়ু কন্না সমুদ্র;
দানব মতেং য়াওদনা ঙম্‌লোই নখোয়তনা নৈবা
মখোয়' মতেং ফংনবা হায়জৌ থেম্‌জৌ নুংশিনা :
নৈর-নৈর-ফংনি অমৃত লক্ষ্মী' লোয়ননা
অমৃতদো থক্লগা কন্‌খৎকনি নপাঙ্গল্
অমৃত ফংনি নরৈবাক্ রাজ লক্ষ্মীগা লোয়ননা
ঐন শীন্নি ফননবা লাই নখো কান্নন ।
সান্ধি তৌরো হিন্দনা নৈবা হৌরো সন্দে ।
লাইগী লত্তা থোইরেন্ থোইবা পীরম্লগা সনা য়াথং

চেপ্‌খ্রে অমুক্ যোগ নিদ্রা উখিদরে অমুক্ হন্না
ব্রহ্মাগা লোয়ননা মখোয় হল্লক্লে স্বর্গ তম্না,
ৱা তান্নৈ লাইয়াম্ পূম্বা কনা থানি দৈত্যনাত্তা,
হঙ্গচ্চরক্‌ই বাসব পিতামহ ব্রহ্মাদা
"তাক্‌পীয়ু পিতামহ ! ৱাঙাং-হৈবা কনা
থা-রগা হৌদোক্লু নি দৈত্য নিংথৌ সভাদা
সন্ধিগী ৱাফম্, য়ানবা বিপ্রচিতি নিংথৌনা
লোয়ননা বৃষপর্ব্ব, সম্বর, অসুরবানিপাল্
মালী-সুমালী, মাল্যবান্ দৈত্য-দানব অপূম্বা।"
বাসব য়াৱা তারগা পিতামহ ব্রহ্মানা
নীংশিংলক্‌ই নারদ-দেবগুরু বৃহস্পতি।
"চৎলু নখোয় উনরু দানব গুরু শুক্রাচার্য্য,
হৌদোক্লু সন্ধিগী ৱাফম্ দেব সভাই ৱারোল্
শুক্রনা য়ারবা দৈত্য-দানব-অসুর পূম্বা
য়ারক্কনি শোয়দনা দেব-সন্ধি ৱাফম্সি,
হায়য়ু শেংনা শুক্রদা অমৃতবু ফংনবা
নৈগদবনি সমুদ্র লাই-হিংচাবা পূন্না,
তম্মু ঐনা হায়রক্‌ই হরি মাগী য়াথংনি
চুম্‌দে হৌজিক্ খৎনবা মচীন্-মনাও ওইবনা।"
লাইয়াম্‌গী ৱা পুদুনা বৃহস্পতি নারদ
লাক্লে থীন্দনা দৈত্য কোনুং শুক্রাচার্য্য মকাদা.
তারাম্' ওক্লে অনিবু দৈত্য গুরু শুক্রাচার্য্য
পাদ অর্ঘ্য কৎলগা পাউহংজৈ দৈত্যগুরু
"লেঙ্‌বিরক্‌পা ইকাইদা লাইবক্ ফরে ঐহাক্তি
করি করম্ লেঙ্‌ঙক্‌পা করি সেবা তৌগনি,
তাকপীসি দেবগুরু য়াথংবিসি দেবর্ষি।"
"তাবীয়ু দৈত্যগুরু, দৈত্য কোক্‌থক্ মণি !
পুজরক্লি সন্ধিই ৱাফম্ দেব-দৈত্য চান্নবা
লাম্থিনবা তোক্তুনা চান্ন-চিন্না লৈমিন্নবা
দেব-দৈত্য পূন্ন-চঙ্ নৈমিন্নবা সমুদ্র
অমৃতবু ফংনবা লাই-হিংচাবা অনিনা ;

পিতামহনা হায়রক্‌ই হরি মাগী য়াথংনি
দৈত্যগুরুনা শীন্‌বীয়ু সন্ধিই ব্রাফম্‌ কাঙ্‌বীয়ু
বিপ্রচিতি সভাদা দৈত্য নিংথৌ য়াহন্‌বীয়ু।"
দেবগুরু দেবর্ষি অনিগী ব্রারম্‌ তারগা
দেব-দৈত্য অনিগী সন্ধিগী ব্রাফম্‌ অদুদা
দৈত্য গুরু য়ানীংলে-"য়াম্না ফরে হায়দুনা"
দেবদূতকা লোয়ননা লাক্লে বিপ্রচিতি সভা'।।
সনাগী থাক্‌ চামনিপাল্‌ থক্‌ মণিসিংহাসন্‌ থক্তা
দৈত্য নিংথৌরেন্‌ বিপ্রচিতি কাঙ্‌হাই চামর থোগল্‌তৌ
হক্‌শেন্‌বনা তুংদা কোয় অঙম্‌ অথৌ কয়াগা
খন্নরম্মী সভাদুদা লাইগী থক্তা লান্দানবা ;
পাতাল্‌ মরোল্‌ তরেৎকী দৈত্য-দানব-অসুর কয়া
সভাদুদা য়াওরম্মী লান্‌গী মতম্‌ লেপ্লবা ;
দৈত্যগুরু দেবগুরু দেবর্ষি উরবদা
বিপ্রচিতি নিংথৌরেন্‌ সিংহসন্দে কুম্‌থরে
পাদ অর্ঘ্য কত্তুনা সেবা তৌজে অহুম্‌দু
"মঙ্গল ওইয়ু নিংথৌরেন্‌" অহুম্‌দুগী আশিবর্বাদ ;
খুরু খুদক 'কূন্দুনা হংজরক্‌ই নিংথৌরেন্‌
"দেবগুরু দেবর্ষি লোয়ননা গুরুদেব
ননাই ঐগী ইকাইদা-লাইবক্‌ ফরে ঐহাক্তি
করি সেবা তৌগনি তাক্‌পীসি গুরুদেব।"
দৈত্য নিংথৌ য়াথংনা ব্রাহৌরক্‌ই দৈত্যগুরু
চীং-লেম্না ফজনা দৈত্য সভা ঈনিন্‌ নিন্‌।
"তাবীয়ু মহারাজ ! দৈত্য পূম্বে কোক্‌থক্‌ মণি !
লাইগী গুরু বৃহস্পতি দেবর্ষিগা লোয়্‌ননা
পিতামহ য়াথং পু-দৈত্য কোনুং অসিদা
হঙ্গচচরি সন্ধিই ব্রাফম্‌ বাসবনা হায়্‌জরক্‌পা ;
দেব-দৈত্য চান্নসি অমুক্‌ লাম্থিনরনুসি
লাই-হিংচাবা চঙ্‌দুনা সমুদ্রবু নৈরুসি
অমৃতবু ফংনবা, ফংনবা মাঙ্‌খ্রবা শ্রী"।

"তাবিয়ু দৈত্য নিংথৌ-ফেঞ্জিল্লক্ই দেবর্ষি
দেব-দৈত্য মচীন্ মনাও কান্নদে খৎনবা
চান্ন-চিন্না লৈবনা পুরক্কনি শান্তি মালেম্দা
য়াবিয়ু সন্ধি প্রস্তাব লাইশিংনা হায়্জরক্পা
দেব-দৈত্য পূন্দুনা সমুদ্রবু নৈরবা
লেপ্পা ফংনি অমৃত,অমৃতবু ফংলবা
নুংঙাই-মরাং কায়গনি মালেম্ শান্তি ওইগনি,
চান্ন-চিন্না লৈগনি, পিতামহ য়াথংনি।"
"হঙ্গচরি নিংথৌরেন্ !" ৱাথংলক্ই বৃহস্পতি,
"লাইগী নিংথৌ বাসবনা হায়জরক্পা ৱাফম্নি
য়াবিগনি নহাক্না; লাই-হিংচাবা পূল্লসি
হরাও-হরাও পুল্লপ্পা সমুদ্রবু নৈরসি ।"
দেবদুতকী ৱা না-তারে দৈত্যগুরুই ৱা খঙ্জরে
অঙম্-অথৌ তান্নরে দানব লুচীং খন্নরে,
চীং-লেম্মা হায়রক্ই দৈত্য নিংথৌ বিপ্রচিত্তি
'তাবিয়ু গুরুদেব সন্ধি অসিগী ৱাফম্সি
বাসবনা হায়জরক্পা, লাই-হিংচাবা চান্নবা
গুরুদেবনা তাক্পীয়ু করি তৌজৌ হায়বগে,
দৈত্য-দানব য়াইফনবা গুরুদেবনা তাক্পীবা
ফিগাও শানা য়াজনি পাঙ্থোক্চনি চিংনদা ।"
"দৈত্য-দানব মবুঙো বিপ্রচিত্তি নিংথৌরেন্ !
মুন্না তাও ঐগী ৱা, শুক্র ঐগী য়াৱাসে
শ্রী অমদি অমৃত তঙাইফদে দৈত্যগী
সন্ধি অসি তৌদুনা সমুদ্র নৈবা য়াওবদি
তৌফম্ থোক্ই খল্লিনে; চেক্শিন্গদবা ৱাফম্দি
সমুদ্রদৈ ফংলক্পা দৈত্যগী শরুক্ তংখাইনি,
দৈত্যগী হক্ থা-ফদে অমৃত শরুক্ মাঙ্ফদে;
হৈশিংলবা দেবতা লৌনম্ চাউবা মখোয়নি
লাইগী লৌনম্ চেক্শিল্লু পঙ্থক্নু অরেম্বদা
শেম্ শারো দৈত্য-দানব সমুদ্র নৈবা য়াওনবা
হন্খরে দেবদুত থবক্ মঙ্গল্ ওইরদুনা।

স্বর্গগী লাইয়াম্ পূম্বা ইন্দ্রনা লুচিংদুনা
চৎখরে থীন্দনা থুংখরে সমুদ্র তোবর্বান্দা;
হিংচাবগী কাঙ্‌বুসু রাহুই লুচিং মখাদা
থুংখরে থীন্দনা ক্ষীর সমুদ্র তোবর্বান্দা,
চিখ্রদরে দৈত্য-দানব মালেম্ লৈমায়দা লৈরিবা।
কুশদ্বিপ্‌কী ঘোরাসুর, অসুরগী অসুরবানিপাল,
ভদ্রাশ্বগী তেমুজি, মায়াগী মন্তেজুম,
হরিবর্ষে থুদমো, লঙ্কাগী মালী সুমালী;
পাতাল্‌দগী কয়ানি শুরে চিথদ্রে'মত্তা,
অমৃতবু মিহৌদবা শ্রীবু পাম্মোইদবা
কনা লৈনি মালেম্‌দা। লাক্লিবা পূম্নমক্কী
চপ্‌মান্নবা আশানি-মীপূম্ খুদীং খন্‌বনি
"থক্কনি অমৃত খৌবুম্ থন্না, ওইনি শ্রী ঐগী।"
আশাগী মপান্ নাইবরা খন্‌বগী লোইবা লৈবরা ?
বাখল্ লীশাং থাবরা থম্মোই হীরী কোন্‌বরা ?
হরাও-মোমোন্ লাই-হিংচাবা খুরুম্ খাজংনখরে
লাই-হিংচাবা পূন্ন-চৎ ফুক্লুরে মন্দর চীংজাও
মাখন্ চৈবু ওইনবা, বাসুকীনা য়েৎশিল্লে
মাখন্ থৌরী ওইদুনা, জগত্‌সিদা লৈরিবা
হিদাক্ লাংথক্ মনামশীং খোম্লুরে লাই-হিংচাবা
থাদরে সমুদ্র য়ায়দা, হৌরম্‌দাইদা সমুদ্র নৈবা।
বাসবনা হংখি রাহুদা-'কল্ট্টোরবা দৈত্য সেনা
বাসুকী থৌরীসিগী করম্বা নাকন্দনো
দৈত্য শিংনা পায়্‌বীদৌবা ?' নাপল্‌না ময়ায় কারবা
দৈত্য সেনাপতি রাহু, খল্লি মপুক্লীংদা
কল্ল' দৈত্যশিং করিগী পায়্‌নি মমৈরোম্‌দা,
খুন্নক্‌ই চীং লেম্না বাসব ইন্দ্র য়েংদুনা
'তাবিয়ু দেবরাজ ! কল্ট্টোরবা দৈত্যশিংনা
পায়জগে মকোক্লোম্ নাকন্দা, পায়বিয়ু লাইশিংনা
মমৈরোম্‌দা।' 'অদুদি হৌরসি সমুদ্র নৈবা।'
হরাওরবা বাসবনা ময়াম্ পূম্বা তানবা

লূম্না হৌর' খোঞ্জেল্না তপ্ন-শেংনা হায়রক্‌ই-
'লাইনা নাকন্ অমা হিংচাবনা নাকন্ অমা
পায়বীরো বাসুকী থৌরী নৈরসি সমুদ্র ।'
দৈত্যশিংনা মকোক্লোম্দা দেবশিংনা মমৈরোম্দা
পায়রে বাসুকী থৌরী থাদরে মন্দর চীংজাও,
মাখন্ চৈনি সমুদ্র য়ায়দা চিংনরক্লে নাকন্ অনি-
লূম্ন' মন্দর চীংজাও লুরবা সমুদ্র য়ায়দা
উন-উনা লূপ্থরক্লে, মরৈ হা-হা তম্লবা
বাসুকী থৌরীনা ফাঙমলক্ত্রে, লূপ্খ্রদ্রা মাখন্জৈ-
হরি বিষ্ণু বাসুদেব স্তুতি তৌনা খুরম্জৈ,
লাইয়াম্ পূম্বা পূন্দুনা কন্বীনবা অব্রাবদৈ;
তারুরে মন্দর চীংজাও চাউরবা থেঙ্গু থক্তা
থেঙ্গুনা ঈন্খৎলক্‌ই হরিগী শয়োন্ ওইবা।
মন্দর চীংজাও লৈয়রক্লে লাই-হিংচাবনা চিংনবা
থৌরী অদু বাসুকী, নৈরক্লে ক্ষীর সমুদ্র।
তক্‌খায়দুনা মন্দর চীংগী উরী উনা জীব পূম্বা
চেম্থরক্লি মহী ওইনা তিন্থি সমুদ্র লাইজ,
লাই-হিংচাবা চিংনবা শদৌ থোংলে বাসুকী
মরৈয় হা-হা তম্লক্লে নুংশা ফূয়না হোল্লক্লে,
মচীন্ লীশীংদুদগী কাম্থোরক্‌পা হূগী স্বর
খাঙ্ঙম্দ্রে হিংচাবা মতু ইপোন্ পোল্লক্লে।
নৈখায়রবা সমুদ্রদৈ কাপ্খৎলক্লে হূগী মৈখু
কূপ্শিল্লক্লি হূ তপ্না তপ্না শীন্থুংনা মালেম্,
জগতকী জীব ব্রাম্থরী থেংনরুবা হূদুগা
লেক্থরক্লে লাই-হিংচাবা পায়না পায়না বাসুকী থৌরী।
মী-লাই-হিংচাবা শিনীংবা কনা য়াওবগে
হিংবমুক্ নুঙাইবা মফম্ কৈদা লৈবগে ?
স্তুতি তৌজৈ মখোয়না কন্বিনবা হরিদা,
'কন্বীয়ু হূগী মৈচাক্‌সিদগী হে অথোইবা !
গতি লৈত্রবগী গতি-অমত্তা ঙায়র-চঙ্জফম্।'
মখোয়না হায়জ' তারবা পুরুষোত্তম্ হরিনা

য়াথংলক্ই মখোয়দা 'তাও হে দেব দৈত্য-দানব !
হূগী মৈচাক্ কন্বা ঙম্বা মহাদেব নত্তনা
অতৈ লৈতে কনা'মত্তা স্তুতি তৌজৌ মঙোন্দা,
দেব-দেব-মহাদেব হায়্জৌ শিব শঙ্করদা।'
হূগী লম্দা খঙ্লবা দৈত্য-দানব মবুঙো
শিব শঙ্কর মহাদেব লৈশি-লৈথোঞ্জরক্ই
লাই-হিংচাবা পূম্বনা -'হে দেব দেব মহাদেব
শিব শঙ্কর ভুতনাথ ! থৌজান্বীয়ু চান্বীয়ু
হূগী মৈচাক্তে কন্বীয়ু, থৌজাল্হৈবা নহাক্কী
অরাববু কোক্পীহৈবা, নচা-ননাই ঙাক্তুনি,
পিনাক্ খুত্তা পায়রিবা মফম্ অমদৈ লেঙ্দবা
মফম্ পূম্বা শীন্থুংবা মিৎস্না অহুম্ লৈতেংবা
জগত পূম্বে লোইশিন্ফম্ তাইবঙ্পান্বৈ পোক্লফম্
জগতকী মঙ্গল শীল্লিবা মঙ্গল পীনবা বিধাতা;
হে ভগবন্ মহেশ্বর লাই পূম্বে লাই ওইবা
নখোঙ্খাদা চঙ্জরি, ভুত পূম্বগী নিংথৌরেন্
শিব শঙ্কর মহাদেব হন্না হন্না খুরুম্জৈ
হূগী মৈচাক্তে কন্বীয়ু, থৌজাল্ হৈবা নহাক্কী
লাই-হিংচাবা ঐখোয়সে নচা-ননাই ঙাক্তুনি,
থৌজান্বিয়ু কন্বীয়ু হূগী মৈচাক্তে ঙাক্পীয়ু
নখুয়াদা চঙ্জরি হে দেব দেব মহাদেব !'
লাই-হিংচাবৈ স্তুতি খোঞ্জেল্ হিক-হৈরবা খোম্থাং
শিব শঙ্কর না-তারে কৈলাস চীংগী নাপোম্দা,
স্তুতি খোঞ্জেল্ মায়কৈদা মিৎয়েং শাংখৈনরক্লে,
উরে থীন্দনা হূ ক্ষীর সমুদ্রদৈ শন্দোরক্পা
য়ৌরক্লে সুমেরু চীংশাং নাপোম্; নুংশা থীরে
শিব শঙ্কর, য়ৌররিদ্রা হান্না সতী নাক্তা
সমুদ্র নৈবা য়েংলিবী সুমেরু চীংশাং নাপোম্দা।
পাখৎপগা লোয়ননা খুৎলৈ থুনা মহাদেব
থক্চিন্খরে হূ পূম্বা জগত থুংনা শন্দোক্লিবা,
থম্খ্রে হূদু খৌনাওদা । অদু নুমিত্তুদগী

খঙ্‌নখরে মহাদেব, 'নীলকন্ঠ' মিংথোল্‌না।
হূগী মৈখু তাক্‌খ্রবদা লাই-হিংচা'মশা খীংলে
লাউনরক্‌ই থম্মোই পেন্না-'নীলকন্ঠনা জয় ওইরে।'
অনৌবা থৌনা লোয়ননা বাসুকী থৌরী পায়নরে
লাই-হিংচাবা চিংনরে সমুদ্র অমুক্‌ নৈরক্লে।
হুরু-হুরু লৈয়রি মন্দরচীং, কুম্বং শারে সমুদ্র
থুক্‌-থুক্‌ লাউরে লৈখোম্‌ লৈনাঙ্‌ মথক্‌ মখা ওল্লে;
জীব কয়া তুম্‌খরে লাইজনুংদা লৈঙম্‌দরে।
থোরক্লে মথং মথং লাইজ কুম্বং নুংদগী
মুশিন্‌ মুবী, মমিৎ ঈগুম্‌ ঙাঙ্‌লবী, তীঙ্গং য়াঙ্গংবী
ফ্রা-ফ্রা লাউবী নাপু উৎমান্‌ শম্‌পান্‌বী অলক্ষ্মী,
হংলক্‌ই দেবী অলক্ষ্মী 'ইনুংবুংদা লৈজবী
কৌথোক্‌পীরে ঐহাকপু করি তৌজৌ হায়বগে ?''
বিরিঞ্চিনা হায়্‌রক্‌ই -'তারো হে দেবী জ্যেষ্ঠে !
খৎন-চৈন-থল্লবা মীওইবগী ইমুংদা
পীরবনি নঙ্‌গী লৈফম্‌ লৈবীরুরো নুঙাইনা
ফত্ত-ব্রা ঙাঙ্‌নবা ওইদবতা হায়নবা,
সন্ধ্যা মতম্‌ চাক্‌চাবা লৈবীরু মখোই য়ুম্‌দা,
পীবীরু অব্রা-অনা; মীগী কোক্‌, শম্‌, উৎ-ব্রাই,
মৈতান্‌ অচাক্‌পা লৈবা মফম্‌দা লৈফম্‌নি নঙ্‌গী,
লৈখা-তার-মীওইবা, অহল্‌-লমন্‌ শক্‌খঙ্‌দবা
লাই-গুরু-অতিঠি, থৌওইদ্রবা য়ুম্‌দুদা
হুরান্‌পোৎ থম্ফম্‌ ওইরিবা লৈরু কলিগা লোয়ননা;
লায়র-চুদৎনবা পাপ্পা থল্লবা ওইদুনা
লৈরুরো মতম্‌ পূম্বা-হে অমঙ্গলগী মশক্‌ ওইবী!'
অশুম্না হায়রম্লগা-হৌখ্রে অমুক্‌ সমুদ্র নৈবা।
মথংদা থোরক্লে ঐরাবত-উচ্চৈশ্রবা শগোল্‌-
ইন্দ্রনা ফাদুনা থম্‌খি মাগী ওইনি হায়দুনা;
মথংদা থোরক্‌পা পারিজাৎ লৈরাং, সুরভী,
অপ্সরাশিং খোপ্‌চিন্‌খি লাইনা স্বর্গগী ওইনা;
শাঙাঙদে য়েৎলুদে-য়েংদ-য়েংই দৈত্যাশিংনা।

অমৃত-তনি মখোয়না পাম্বা, শ্রীতনি মখোয়না খোয়দাবা,
অতৈ অমা মিহৌদ-কন্ন-নৈবি সমুদ্র-
মথং থোরক্পা কৌস্তুভ ঙান্খ্রে বিষ্ণু থবাক্তা
মথং ইল্লক্পা চন্দ্র-থা ঙান্খ্রে শঙ্কর যটাদা;
মথংগী অযুক্তা তরানিথোইনি পান্বদা
নুমিৎনা নোংপোক্তা থোক্লক্কৈ ফিঙৌ শেৎলবা
ধবনন্তরী-অমৃত-থল্ল-চফু পায়রদুনা
থোরক্লে তুং-ইন্না, থম্বাল্দা ফম্বী থম্বাল্ পায়বী
অরংবা মঙাল্ লৈতেংবী মহালক্ষ্মী শ্রী;
হরাওরবা মহর্ষিশিংনা স্তুতি তৌজৈ সুক্তনা
ঈশৈ শক্লে বিভাবসু জগোই শারে ঘৃতাচি
গঙ্গাজল্না শেংদোক্লে বিশ্বকর্ম্মানা লৈতেংলে।
পেল্লবী দেবী লক্ষ্মী তপ্না তপ্না চঙ্শিল্লক্লে
হরি চরণ্ খুরুম্না বিষ্ণুই থবাক্তা ঙান্থোইখ্রে।
লাইশিংনা হায়জরক্ই -'পেন্বীযু দেবী লক্ষ্মী
পূম্নমক্কী মমা ওইবী হরিগী চান্নবী শ্রী!
নঙ্-লৈত' স্বর্গ শূন্যনি-কন্বীরো জীব পূম্বে থরায়।'
শ্রীগা লোয়নরবা হরি থৌজান্বীরে জীব পূম্বা।
মখোয়না খোয়দাজবী অশুক্ কুইনা ঙাইরক্পী
অতৈ পূম্বা লৌখ্রবসু মখোয়গীনি খল্লিবী
লক্ষ্মীনা হরি নাক্তা লৈখিবা-বিপ্রচিত্তি
নিংথৌরেন্, শাউবগী ঙম্খৈ লৈখিদ্রে, মৈ হৌরে,
মমিৎ থা-না য়েংদুনা দৈত্য পূম্বা হৌরক্লে।
থাদোক্লম্' বাসুকী থৌরী খুদুম্ শীংন-চেন্শিল্লক্লে
হিংচা পূম্বা লাউরক্ই-'অমৃতগা শ্রীগদি
ঐখোয়গী শরুক্কি-হান্না লৌখ্রে নখোই শরুক্তি-
ঐরাবত, উচৈচশ্রবা, পারিজাৎ, অপ্সরা,
সুরভী, কৌস্তুভ, লাই নখোয়না লৌবদা
ঐখোয়্না য়েৎপা লৈবরা? ঐখোয়গী শরুক্কি
অমৃতগা শ্রীগদি-'' লাউনা-লাউনা চেন্শিল্লক্লে
দৈত্য পূম্বা বাহুনা চিং' পায়খ্রে অমৃত চফু।

মুন্থরে ধবনন্তরী খুত্তগী-ঙক্ল য়েংনৈ লাই পুম্বা,
নিংদোন্ চোংই পাখৎনৈ,-অমৃততবু ফংননবা
অশুক্ য়ানা হোৎনবা-অরেম্বদা তারদরা ?
লাউনরক্ই লাই পুম্বা-"য়ারোই নখোয়না লৌবা
অমৃতদি ঐখোয়গীনি।" হোৎচিল্লক্লি লাই পুম্বা।

অমৃত মুন্নবে লাম্থিনবা লাইগী করি দষা !
অমৃত য়াওদবা লাই হিংচাবগী থাঙ্শোইনি।
গতি লৈতে কম্দৌনি? "থৌজান্বীয়ু শ্রীহরি
ফংহন্বীয়ু অমৃত" লাই পুম্বে স্তুতিনি ॥
হরি বিষ্ণু বাসুদেব না-তারে লাইগী স্তুতি ;
ওইখরে থীন্দনা শুন্দৎনা ফজরবী-
পৃথিবীদা মাগুম্মা কনা লৈতে ফজবী,
খুজি নাচি-ফিজেৎ লৈতেং মঙোন্দা তাংজবনি,
জগত্পু শুন্দৎপী কৌই মমিং 'মোহিনী'।
বিষ্ণু শায়োন্ 'মোহিনী' মী পুম্বেই থম্মোই হূবনি।
অনৌবা থম্বাল্ কুচুনি হক্চাং কায়াৎ নীংথিবী
নাদ-নাইন্ ইরং-লং চুবা-নাপ্প-ঙান্বনি,
মথোক্ কা-বা মায়থোংনি পীক্ল-তুম্বা নতোন্নি,
নুংশি লৈনম্ চেন্বীনি খোইমু শঙ্গু ইন্বিনি,
কোয়রৈ লৈয়বা মিৎস্নানি খোয়রুম্ মোমোন্ চিন্বান্নি
মুর'-শম্লাং উচান্ মনা শম্জি মালিকা থেৎলবী
য়াং-চাউর-থাবোম্মা চেংল-খ্বাংথক্-ঙাল্লিবী,
খোঙ্দা নোপুর ঝন্ ঝন্ খুত্তা খুজি-নাচি শৃং শৃং
থেক্ক-থেক্ নৌগ-নৌ মিৎচি-হাইনোক্ লময়ৌবী,
চঙ্শিল্লক্লি কাইদ-কাইদা শক্হেন্বী ফজবী,
কোইরপ্-হাইনোক্ মিৎয়েংনা হিংচা-পুম্বা য়েংলক্ই:
উরুবদগ মাবু ফজবী লাই-হিংচাবা শুন্দংখি।
পঙ্থরে হিংচাবা পুম্বা, মখোয় খুদীং ম'বু পাম্মী;
"ঐতনা মাগী ওইগনি" মখোয় খুদীং আশানি।

নুপীগী ফজবা নুপাগীদি মোংফম্‌নি
মিৎচি হাইনোক্‌ অমদা জগত্‌ পূম্বা তুম্বনি।
মূক্লরক্লে মখোয় মশেল্‌ হায়নরক্‌ই মখোয় খুদীং-
"আহঃ কয়াদা ফজখ্রবা !" মনাক্‌ তান্না চঙ্‌শিল্লক্‌ই;
মিহৌরবা মখোয় পূম্বা ৱাহং কয়া হংলক্‌ই-
"হে ঙক্ল ফজবী নুপীমচা থম্বাল্‌ মিতা তাবী!
কনানো নহাক্‌পু, কদায়দগী লাক্‌পা, কনাগী ?
চাংদম্লীঙাই নৈতনা ফজবী ফৈবোম্না নঙ্‌গী ওইবী,
নঙ্‌বু উবদা মথূম্‌-মরাঙ্‌ হৌরে ঐখোয়দি,
পিশুম্‌ ফজবী ! নঙ্‌সে ঈশ্বরনা থাবিরক্‌পনি।"
ৱা মখা তাদনা লান্‌শিল্লক্লে অমৃত চক্ষু,
হায়রক্‌ই-"য়েন্‌বীয়ু অমৃতসে হে নীংথিবী !
অমৃত মুন্নবৈদমক্‌ ঐখোয় ইশেল্‌ মূক্লরে
ঐখোয় ইপা 'মত্তনা পোক্‌পনি ইমুং'মত্তে মীনে,
ঐখোয় লাই-হিংচাবা ইপা কশ্যপ্‌না পোক্‌পনি
ঐখোয় ইচিন্‌-ইনাওনি, অদুবু কন্না মূক্লরি
অমৃত মুন্নবৈদমক্‌ থৱায়না পোম্থা ওইনরি,
সমুদ্র নৈবগী মখোই' শরুক্তি লৌখ্রবনি
ঐরাবত, উচ্চৈশ্রবা, পারিজাৎ লৈরাং, সুরভী,
অপ্সরা, কৌস্তুভ মণি মখোয়গী ওইখ্রবনি ;
ঐখোয়গী ওইফম্‌ থোক্‌পা শ্রীফাও ওইখ্রে মখোয়গী ;
লেম্‌হৌরিবা অমৃতদি হিংচাবা ঐখোয়গীনি ।
বিচার তৌবিয়ু নঙ্‌না হে শ্বাংজেংবী নীংথিবী।"
নুপীগী ফজবা নুপাগীদি মোংফম্‌নি
শুম্ভাৎ ৱাঙাং অমদা জগত্‌ পূম্বা কাউবনি,
পূম্‌পঙ্‌ পঙ্‌থৈ দানবশিং খন্‌খিদ্রে অফ-ফত্তা।
"হে হিংচাবশা ! নখোয়না অমুত্তা উদ্রিবা ঐসি'
হেক্তা থাজবা ঙম্বরা ? অমৃতসে য়েন্‌বদা
নখোয়দা থুংলোই খন্দরা ?" মিৎচি হাইনোক্‌ মোমোন্‌ নোক্‌
খোয়থুম্লরা ৱাহৈনা হায়খি দৈত্য-দানবশিংদুদা।

"অশুক্ ফজবী নঙ্না হে ৱাঙাং ৱাতা ফজবী
নম্থাক্ তৌনি থাজদে।" দানবশিংনা হায়রক্ই।
"হে কশ্যপ মুণি মচাশা ! ঐদি ওক্তবী অমনি,
করিগীনো নখোয়না ঐবু শুক্ থাজরিবা ?
অখঙ্-অহৈ নুপানা নুপীদা থাজবা থম্লদে,
য়োং, হূয়, লম্হূয়গী অরেপ্পা নুপী লৈনদে,
নুমিৎ খুদীংগী অনৌ অনৌবা নুপী থিবনি;
নীংখা-তম্না লৈবী নুপীদি নুমিৎ খুদীংগী
অনৌ-অনৌবা নুপানা মাগী মরুপ্ ওইবনি,
অসিগুম্বী নুপীদা লৈতাবা মরুপ্ লৈতবনি ।"
অশুম্না ফাগী ওইনা হায়রিবা মোহিনীগী
ৱা-তারবদা থৱায় তানা নোক্চৈ দানবশিং,
চিংনবা লৈতনা লান্শিল্লি অমৃত চফু-
মোহিনীনা লৌরে অমৃত চফু, -হায়রক্ই
মোমোন্ নোক্লা পৃক্লীং শুম্মৎ খোয়থুম্লর' ৱাহৈনা --
"হে নুংশিরবা হিংচাবাশা ! ঐনা তৌবা খুদীংমক্
অচুম্-চুম্দ থিদনা নখোয়না য়ারবা,
নখোয়দা অমৃত য়েন্বৈ থবক্সে ঐ তৌগে ।"
থবক্ থৌরম্ শীন্বদা খন্থবা ৱাৎপা হিংচাবাশিং
ফজবী নুপী উবদা পঙ্থরবা ঙাক্তনি,
মোহিনীই শুম্মৎ-ৱাঙাং তাবদা খুল্লক্ই পূন্না-
"হোয় য়ারে ঐখোয় নঙ্না তৌনিংবতা তৌবদা ;
অশুক্ ফজবী নঙ্না নম্থাক্ তৌনি থাজদে।"

লাই-হিংচাবা ঈরু মায়থজ তরু-তরু ফিজোন্ শেৎ
ফম্লে পরেং শান-নোংপোক্ ওন; অমৃত চফু পায়,
চঙ্লক্লে ফজবী, খোঙ্দ-নোপুরনা ঝন্-ঝন্
চাউরবী নীংদু নেম্পক্তা থবাক্ চাইশেল্ লেংতক্ লেংতক্
কোয়রৈনবী মিৎচি তেম্থা, মীশুম্বী তুম্তক্ নাতোন্
নাদ-নাইন্ ইরং-লং নাল্ল-চুবা লৈতেং ওই
চেংলবা খাঙ্ নোম্তক্লা শামু নাতান্ কৈরুনম্,

থেক্ক-থেক্ নৌগ-নৌ চৎলক্পা, থাবোম্ খুন্নিবী
শাড়ী ফীজিন্ খিত্তং হাইদোক্, উরুবদা সিগুম্বী
হকচাং কায়াৎ, পূংশুম্ শুম্খ্রে হিংচা-পূম্বা ।।
ফম্হল্লে মানা লাই-হিংচাবা তোঙান্ তোঙান্ থাগুক্না,
পরেং নাইনা মথং-মনাও মকোক্ মথং কায়দনা।
ফজরবী মোহিনী লাক্লে হিংচাবৈ নাত্তা হান্না,
হায়্রক্ই মিৎন নোক্ নুংশি খোয়থুম্ ৱাঙাংনা -
"হে নুংশিরবা হিংচাবশা ! লাইশিং অসে
কল্লক্ মিহৌ চাউবনি নখোয়গুম্বা নত্তেদো
মখোয়দা হান্না য়েল্লগে নখোয় খিত্তং ঙাইবীরো।"
"আহঃ কয়াদা নুংশিখ্রবা ! লাইদা খিত্তং য়েল্লগা
অয়াম্বনা ঐখোয়গী" হিংচাপূম্বৈ ৱাখল্নি।
মোহিনী য়েল্লক্লি অমৃত লাইদগী হৌনা।
ৱাশক্খ্রবনি হিংচাবশিং অচুম্-চুম্দ থিদনা
মানা তৌবা থবক্তা য়েৎপা তৌরোই হায়দুনা।
হিংচাবা লত্তা লৌশিংবা সিংহিকাগী মচানুপা
দৈত্য সেনাপতি রাহু-'ঐদি শোয়বা য়াদে হায়বা'
থাজবা ঙম্দে লাইশিংবু চিংনখি মোহিনী লৌনম্,
ফম্খ্রে লাইরক্তা লোন্না লাইগী ফিজোন্ শেত্তুনা।
লাইগী পরেং লোইরুক্পদা অমৃত লোইথোক্খরে,
হিংচাবশিং ফংহৌদ্রে লাইনা নম্থাক্ তৌবিরে।
লাইরক্তা রাহুনা অমৃত থক্খিবা উহৌবা
নুমিৎ-থানা লাউরক্ই-'হিংচাবা রাহু থক্খ্রে অমৃত।'
অনা-অয়েক্ কোক্হন্বা অহল্ ওইকা তোক্হন্বা,
শিবা কৌবা লৈহন্দবা অমৃতনি থক্লবদা।
মোহিনী শক্লোন্ থাদোক্ চক্রপায়বা বিষ্ণু ওই
লংলক্লে চক্র রাহুতম্, অমৃতনা খৌরী লান্দ্রিদৈঙে,
কক্খ্রে রাহুগী ঙক্;-অশিবা মশানা লৈবাক্তা
অহিংবা মকোক্লা অতিয়াদা লাউরক্ই হৌনা নিন্না-
"খঙ্ই ঐ লাইগী লৌনম্ লমন্ খুম্লী নুমিৎ থা।'

লৌনশ্বীর' হিংচাবা শাউবৈ ঙম্খৈ লৈখিদ্রে,
অফং-অফং খুৎলাই পায় হোৎচিল্লক্লে লাই তম্ন।.
অকন্‌বা লান্ থেংনরে ক্ষীর সমুদ্র মপান্দা ।
কাপ্নরে, থানরে, লংনরে, লাম্বা লাম্বা থোক্তুন।
য়ান্নরে, শুনরে, থিন্নরে অমনা অমা য়েংনদ্রে;
অকন্‌বা লান্নি লাই-হিংচাবৈ, থব্রায়না পোম্থা ওইবনি।
মোইবুং বেঙ্গুন্ খোংগৎনৈ পূং দামামা য়ৈখৎনৈ.
শগোল্ শামু খোংলক্‌পা লাম্বা-লাম্বা লাউনবা
চৈনবা, শীংনবা, খুৎলাই মশেল্ থেংনবা খোঞ্জেল্‌না
পূম্নীন্ নিন্‌খরে লান্‌ফম্ অদো । দোলাইগা দোলাইগা,
শামুগা-শামুগা, শগোল্‌গা-শগোল্‌গা, খোঙ্‌মীগা
খোঙ্‌মীগা, লাম্বা লাম্বা পানখরে য়ান্নখরে;
কাপ্‌থোরক্‌পা লংথোরক্‌পা, হাইনরক্‌পা য়ান্নরক্‌পা
থিন্নরক্‌পা খুৎলাই, নুমিৎ মঙাল্‌দা ইরংলং
হোৎচিন্নরক্‌পা লাম্মীশিং' খোঙ্‌দৈ হাইগৎলক্‌পা উফুল্‌না
অতিয়া পূম্বা পূম্মম্ মম্ অকন্‌বা লান্‌ফম্ ওইরক্লে ।
জগত অসি তুম্লদ্রা থগৎনরে লৈয়তাদ্রে।

হিংচাবগী লুচিংলেন্ বলি কৌবা নিংথৌরেন্
অতিয়া থুংনা পাইঙম্বা নীংবদা য়ৌবগা মান্নবা
ময়দানবনা শাখিবা খুৎলাই থন্না য়াওরবা
অমুক্‌সু উবা অমুক্‌সু উহন্দবা ঙম্বা
"বৈহায়স" কৌরবা দলাই অপাইবী তোংদুনা
দানব লুচিংবা কয়াগা অতিয়াদা থোক্‌পা থাগুম্না
মায়্গৈ পূম্বা ইরংলং চঙ্‌শিল্লক্লে লান্‌ফম্‌দা।
মাগী মাগী দোলাই তোং খুৎলাই শুনা পায়রবা
হিংচাবৈ লাম্মী লুচিংবা বিপ্রচিতি, নমুচি
সম্বর, বান্, অয়োমুখ, তেমুজি, হেটি-প্রহেটি,
দ্বিমুর্ধ, কালনাভ, ইল্বল্, শকুনি, ভুতসন্তাপ,
ব্রজদ্রংষ্ট্র, বিরোচন্, হয়গ্রীব, শঙ্কুশিরঃ
কপিল, মেঘদুন্দুভি, তারক্, চক্রদ্রক্.

শুম্ভ-নিশুম্ভ, জম্ভ, উৎকল, অরিষ্ট, মন্তেজুম,
অরিষ্টনেমি, ময়, ত্রিপুরাধিপ, পৌলম,
থুদমো, ঘোরাসুর, অসুরবানিপাল, হামুরায়,
কালকেয় নিবাতকবচ অমৃত ফংহৌদ্রবা
চঙ্শিল্লক্লে সিংহনাদ লাউদুনা বলিগা লোয়ননা।

•

লাইশিংগী লুচিংলেন্ ইন্দ্র কৌবা নিংথৌরেন্
হিংচাবে মতৌ উবদা অশাওবনা থম্মোই থন্
ব্রজ খুত্তা পায়দুনা য়ৌনিঙ্ফম্দা য়ৌঙম্বা
য়ু-ঈশিং ব্রাত্ত'পুবা ঐরাবত শামু তোংদুনা
লাইয়াম্মা ইকোয় কোয় নুমিৎকুম্মা ইরংলং
হোৎচিল্লক্লে লান্ফম্দা হিংচাবশিং মায়োক্লনা।
মাগী মাগী শাদোং তোং, খুজু খুৎলাই শুনা পায়,
চঙ্শিল্লক্লে বায়ু, অগ্নি, বরুন্, ইন্দ্রগা লোয়ননা।
মশীং লাক্ঙদ্রবা লান্মীশিং থোম্জিন্নরক্লে লান্ফম্দা
লাম্বা লাম্বা থেংনখ্রে অকন্বা লান্ফম্ ওইরক্লে।
"কক্উ, থাও, হাৎলু-য়াল্লু, কাপ্উ, লঙ্ঙু থিল্লু,"
খোঞ্জেলতনা পৃম্নীন্, অকিবা মশক্ ফংলক্লে।
ইন্দ্রগা বলিগা, কার্ত্তিক্কা তারক্কা, বরুন্গা
হেটিগা, মিত্রগা প্রহেটিগা,যম্গা কালনভগা
বিশ্বকর্ম্মাগা ময়দানবকা, টম্বাগা সম্বরগা,
সূর্য্যগা বিরোচনগা, অশ্বিনীকুমারগা বৃষপর্ব্বগা,
বৃহস্পতিগা শুক্রগা, শনিগা নরকাসুরগা,
রাহুগা থাগা, মহৈ-মহৈ অকন্বা লান্ য়াম্নখ্রে।
তেন্গা তেন্গা, থাঙ্গা থাঙ্গা, তাগা-তাগা, য়োৎশুক
নৃংশুক্, গদা,চক্র, ভুশুন্দি, পট্টিশ, শক্তি,
উল্মুক্, প্রাস, পরসবদ্ধ, নিস্ত্রিংস, পরিঘ, মুদগর,
ভিন্দিপাল্, খুৎলাই মখল্ মখল্না থানরে য়াম্নরে :
শাগোল্ শামু রথ-দলাই কক্থৎনরে য়াম্থৎনরে
কক্লবা মীগী মখোঙ্ মখুৎ, মঙক্, শিরবা মী, শা,
খুৎলাই অতেক্ অকায় থাঙ্তা, লীরুং তেন্, ফিরান্ লুহুপ.

লানফম্ অদু কৃপ্লক্লে, অশিবা মীগী ঈনা
লৈখোম্ থ্বোক্ থ্বোক্ লাউরক্লে; অব্রা-অনা খোল্লাওনা
অতিয়া ফাওনা নিল্লক্লে-অকিবা পোক্ল' লানফম্‌নি
পুক্লীং তুজুং নিঙায়্‌নি থাবতনা ব্রাৎলবনি।
অদুবু হন্নদে লাই-হিংচাবা য়ান্নরি হাৎনরি।
বলিগা ইন্দ্রগা অকন্‌বা লান্ পাখরে।
বলিনা ইন্দ্রদা তেন্ তরা ঐরাবততা অহুম্ থাই।
তেন্ মরিনা শামুখোঙ্ ঙাক্লিবা শগোল মরিদা থাই।
তেন্‌শু হৈবা ইন্দ্রনি ভল্ল কৌবা থৌর তেন্না
বলিগী তেন্ পুম্বা লমখাঙ্‌দা কত্তুনা থাদখি;
মাগী তেন্না অরেম্বা তারবদা শাওর বলি
পায়খৎলি শক্তি কৌ খুৎলাই মচীন মৈ ফ্রি ফ্রি হৌরবা,
অদুবু ইন্দ্রনা খুৎলাইদুসু কক্‌থৎলি মচেৎ মচেৎ
বলিগী খুৎমত্তা লৈরিঙৈ-অশুম্না কক্‌থৎখি মথং মথং
বলিনা পায়বা খুৎলাই-তা, প্রাস, তোমর, ঋষ্টি পুম্বা।
হৌজিক্ বলি উখিদ্রে হৌরক্লে মায়াগী লান্,
খঙ্‌হৌদনা পাইরক্লে চাউরবা চীংজাও অমা
লাইগী লান্মী কোক্‌থত্তা হৈথরক্লে লংথরক্লে
চাউর-চাউর-নুং-উ-মৈবুল, চাক্ল-শার নুংকুপ্,
য়েখায়রে লাই লান্মী মকোক্ চাক্‌থেক্লে পুম্নমক্।
লাইগী লান্মীথত্তা হৈথরক্লে মহু কল্ল বৃশ্চিক্
লিন্, নোংশা, কৈ, শওম, শামু; মখোয়না চীক্‌খায়রে
নেৎখায়রে লাইগী লান্মী; মফি মরোল শেত্তবা শাহিং চাবা
হিংচা-য়াইতম্, মখুত্তা ত্রিশুল পায়দুনা হাৎলো
থিল্লো, শেগায়রো, লাউর-লাউর চেনশিল্লক্লি;
অকন্‌বা নোংলৈ নুংশিৎ অখাক্-অরাওগা লোয়ননা
পাক্লা খোন্না চাক্লক্লে লম্মৈনা লাই লান্মী পুম্বা;
শক্‌উদবা হিংচাবশিংগী শিগুম্বা মায়া লান্দা
লাই-লান্মী হা-হা-কার লাউনরে জ্ঞান্ মাঙ্‌লে ব্রাস্থরে।
তৌফম্ খঙ্‌দ্রে ব্রাবগী ঙমখৈ লৈত্রে লাই পুম্বা।।
গতি লৈত্রবা ইন্দ্র নীংশিংলক্লে 'মত্তা ঙায়বা

মখোয়গী চঙ্‌জফম গতি লৈত্রবগী গতি
খুরুমজরক্লে মঙোন্দা থৌজাল হৈবা শ্রী হরি ;
মাগী ভক্ত ওইবা লাইশিংগী তাবিরে স্তুতি
ভক্তে মখা পোন্‌বা ভগতবৎলল চানবী হৈবা !
লাক্লে লান্‌ফম্‌দা খুৎলাই-শুন-পায় গরুর শদোং ওই,
শক্তি পূম্বে তিন্নফম্‌ মায়া পূম্বে হৌরক্‌ফম্‌
মপা লৈত' মাই-শক্তিনা মাঙ্‌হন্‌খরে হিংচাবৈ মায়া।
মমিৎ-মনা তশিং তশিংলে লাই পূম্বা মশা খীংলে
মায়াই খুৎলাই মাঙ্‌খিবা হিংচাবৈ খুদোং থীবনি।
উরবদা লান্‌ফম্‌দা গরুর শদোং ওইবা শ্রীহরি
মৈ হৌনা শাউরে নোংশা শাদোং ওইবা কালানেমী,
লৈয়না লংলক্লে মাগী ত্রিশুল্‌ গরুরৈ মকোক্‌ তম্লা;
বিষ্ণুনা ফায় ত্রিশুলদো 'দুমক্লা হাৎলি কালানেমী,
হোৎচিল্লক্‌ই বিষ্ণুতম্‌ হিংচাবা মালী সুমালী
মঙক্‌ কক্‌খ্রে অনিমক্‌ শ্রীহরিগী চক্রনা ।
'তোপ্পা হিংচা' মাল্যবান্‌ মাবুসু কক্‌খে চক্রনা।

ভক্তে চঙ্‌জফম্‌ ওইবা বিষ্ণুনা মমাঙ্‌দা লেপ্লবদা
লান্‌ফম্‌দুদা লৈরিবা ভক্ত ওইবা লাই পূম্বা
অনৌবা থৌনানা থন্‌ অকি-অখঙ্‌ লৈতনা,
শিদ-নাদবা অমৃতগী শক্তি লোয়ননা
লান্দারক্লে কন্না হিংচাবশিংদা নৌহৌননা,
মায়াই' খুৎলাই মাঙ্‌খ্রবদা চঙক্‌নর' হিংচাবা,
হিংচাবা কয়া হাৎখ্রবা চক্র উবদা কিরবা
মায়্‌থিরুরবা লাইগী অনৌ' থৌনাদা ঙক্লিবা
বলি কৌবা নিংথৌরেন্‌ পাঙ্গল্লবা অথৌবা,
থৌনা ফনা মায়রোং য়ারি লাইগী নিংথৌ বজ্র পায়বা।
ঙংলাও লাউরক্‌ই বাসব-'খাঙ্‌ঙু ফত্রবা হিংচাবা !
ময়া লীশীং পাল্লবা ঐগী বজ্রনা থৌরবা
মতূপ্‌-মতূপ্‌ কত্তুনা থাগে নঙ্‌বু অশি লৈবাক্‌'
মায়ানা স্বর্গ জয়তৌবা শুক্‌ঙম্‌ ঙম্লোই খঙ্‌দরা ?

খাঙ্‌ঙু ঙসি ইমাঙ্‌দা।' বাসবকী খোল্লাউ তাবদা
ঈংনা-লেম্না হায়রক্‌ই বলি কৌবা নিংথৌবেন
"লৌনম্ চাউবা লাইগী নিংথৌ লমচৎ নাইদবা বাস
জয় ওইবা মায়থীবা মতম্‌গী মখা পোন্‌বনি ।
মতম্‌গী মগুণ্ খঙ্‌বনা নোক্‌পা কপ্পা তৌদবনি
জয় ওইবা মায়থীবা নখোয়না লেপ্‌নি খঞ্জরি
নখোয়্‌গী পঙ্‌ল' ৱাখল্ য়াবা ঙম্‌দে ঐহাক্তি
ঙসি খাঙ্‌ঙু ইমাঙ্‌দা ।' হায়না-হায়না ৱাহৈসি
লীৱী নাকোং ফংনা চিং নারচ কৌবা তেন্ খুবাম্
কাপ্লক্লে ইন্দ্র তম্না । খোয় থীৎন-শাউর' ইন্দ্র
লংলক্লে বজ্র বলি তম্না- বজ্রনা পাল্লবা বলি
দলাইগা লোয়ননা তারে লৈমায়থক্তা ৱান্থদুনা;
মাগী মরুপ্ বলিনা ৱান্থখিবা উবদা
পান্থোম্ কল্ল' জম্ভাসুর নোংশা শাদোং ওইরিবা
গদা খুত্তা পায়দুনা হোৎচিল্লক্লে ইন্দ্র তম্না
থারে গদা ইন্দ্রে লেংজুম্ নোত্তুনা থাই শামু কোক্তা
গদানা থাবদা শামু খুক্‌উ খুদক্ কুন্ ৱাম্থখি।
ইন্দ্রে শাথৌবা মাতলি পুশিল্লক্‌ই ইন্দ্রে দলাই
নোক্লা-নোক্লা জম্ভাসুর ত্রিশুল্‌না থিল্লি মাতলি।
শাউরবা ইন্দ্রনা থারে বজ্র জম্ভাসুরদা
থৌর' বজ্রনা পান্দুনা জম্ভাসুর শিরবদা
হোৎচিল্লক্লে হিংচা ' অহুম্ নমুচি, বল্ অমদি পাক্,
কাপশিল্লক্লে তেন্ মনম্ মনম্ ইন্দ্রদা,
বলগী তেন্না শগোল্‌দা, পাক্‌কী তেন্না সারথিদা
নমুচিনা ইন্দ্রদা থারক্লি তেন্ নম্‌থা নম্‌থা;
হিংচাবগী তেন্তনা কৃপ্‌খ্রে লাইয়াম্ অপূম্বা
শাথিনা শোক্লে ইন্দ্র মাতলি শগোল্ পূম্বা;
লাইয়াম্ পূম্বা নুংশা থীরে ইন্দ্রবু উদবদা ।
তেন্‌শু হৈবা ইন্দ্রনি নাম্থোরক্লে ইরায় লায়্‌না
হিংচাবৈ তেন্ লাংদগী, অহিংগী মম্বা লোইদুনা
নুমিৎনা তরং থোক্‌পগুম্ অয়ুক্ নোংপোক্ অতিয়াদা।

উবে মাগী লাম্মী পূম্ হিংচাবশিংনা নৈরম্বা ।
মখৈ লৈত' শাউব' ইন্দ্র পায়্খৎখ্রে মাগী বজ্র
হাৎলক্লে যেক্ল-পূম্বা; বজ্রনা থাখি বল্-পাক্
কক্খি মঙক্ মখোয়্' নিগী, ৱা-ৱা কায়্রে হিংচাবা।
বল্-পাক্ হাৎখিবদা শাউরবা নমুচি দানব
চাউর'তাবাক্ পায়্দুনা হোৎচিল্লক্লে ইন্দ্র তম্না
লংলক্লে তাদু-'হৌজিক্ নঙ্ শিরবনি-'হায়না ।
মচীন্দা মৈ ফৃ-ফৃ হৌনা পাইরক্লিবা থৌর' তা
ইন্দ্রগী তেন্না কক্থৎলি মচেৎ মচেৎ লম্খাঙ্দা।
শাউরবা ইন্দ্রনা বজ্রনা থাই নমুচিদা।
অঙক্পনি ! বৃত্রাসুর হাৎখিবা, চীং মশা কক্খিবা
থৌরবা ইন্দ্রগী বজ্র চঙ্বা ঙম্দে নমুচিদা,
বজ্র ময়া কুম্খ্রে করিসু তৌবা ঙম্খিদ্রে;
নুংশা থীরবা ইন্দ্র চেল্লে লান্নীং হন্খরে ।
'কল্ল' থৌর' কয়া কযা হাৎখিবনি বজ্রসিনা
করি' লৈত্রবা দানবসে হাৎপা ঙম্দ্রে বজ্রসিনা
পায়রবোই ঐ বজ্রসে থৌদুনসু ব্রহ্মাস্ত্রগুম্না ।"
ইন্দ্রগী ৱাবা উবদা লাউরক্ই খোঞ্জেল 'মনা-
'দানব নমুচি হাৎপা ঙল্লোই অকং-অচোৎ খুৎলাইনা
ঐনা বর পীখ্রবনি খল্লু অতোপ্পা উপায় 'মা ।'
কান্নবা ৱাসে তাবদা খল্লে ইন্দ্র মুন্না কৃপ্না,
খঙ্লে 'কোঙ্গোল্নি' চোৎসু চোত্তবা কংশু কংদবা।
ইন্দ্র অমুক থৌজিল্লক্ই মাঙ্দা নমুচি দানব।
কোঙ্গোল্না শেম্বা শক্তি পূম্বা তিল্লবা খুৎলাইনা
থাদুনা হাৎখ্রে নমুচি, হরাউরে লাইপূম্বা ।
বায়ু, ইন্দ্র, বরুন, যম্, বাসব ইন্দ্র লোয়ননা
লাইগী লাম্মী পূম্বনা হাৎলক্লে হিংচাবা তাক্তক্না;
লান্দা মায়থীর হিংচাবা চেন্নখ্রে মায়কৈ ফাংনা
লোত্তুনা খাঙ্লে পূম্মক্ লৈকুৎ কোঙ্গুৎ ঈনুংদা ।

লান ঙম্লবা লাইপূম্বা হরাও মথোই কারে
লাই নিংথৌ ইন্দ্র ঋষিশিংনা লৈসি লৈথোল্লে,

বিশ্বাবসু, পরাবসু গন্ধর্ব্ব 'নিনা শৈহেক্লে,
স্বর্গে অপ্সরা পূম্বনা লৈইনা জগোয় শারক্লে,
দুন্দুভি দামামা য়েরক্লে স্বর্গ পূম্বা নিল্লক্লে।
য়েক্ল-তিংখং লৈতনা স্বর্গদা লাইনা পান্খরে,
ঐরাবত থক্তা বাসব কাঙ্হাই থৌগল্ তৌখরে,
পারিজাত লৈরাং খুজোক্ চাই অমরাপুর কোনুং তম্খরে।
চত্রিথৈঙে মমাঙ্ লাইয়াম্বা মন্দর, হান্নে 'ফম্ থনম্লে।
লানফম্দা হিংহৌবা দৈত্য নিংথৌরেন্ বলি পুখরে
অষ্টগিরি য়ৌখরে শির' হিংচাপূম্ পুদুনা।
মফম্দুদা শুক্রনা সঞ্জিবনি মন্ত্রনা
হিংচাপূম্বা হিংহম্লে-বলি নিংথৌ জ্ঞান্ লাক্লে,
শুক্রনা তম্বা তারগা থোক্খি-থৌদোক খঙ্খরে।
মায়থীরবা মহাক্লী অমুক ব্রাবা তৌরুদ্রে।
স্বর্গদে তান্থোকপীরক্লবা, মখোয়গী হক্ মৎম্বরা,
মায়্থীরবা হিংচাবা কাউবা লৈতে মায়থীবা
লম্মন্ খুম্বে মৈরিনা চাক্লী থম্মোই মকা ফন্না। ●

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'সমুদ্র নৈবা' কৌবা অনিশুবা মতাং*

# ৩ শুবা মতাং

অত্রিগী মচা চন্দ্র অহিংগীদি মবুঙো
নুত্তি নুমিৎ খুদীংগী নোংপোক্তগী নোংচুপ্ পাং
থৌরি দলাই লেপ্তনা সুমের চীংশাং লান্দুনা
মপূই শিঙ্খা পাঙ্থোক্লি লৈয়হল্লী কাল্ চক্র।
শক্লৌবা সোম্ চন্দ্র কৌবা-মিৎয়েং শাংথৈনরক্পা
উরক্লে দক্ষ কোনুং সুমেরুগী নাপোম্দা -
পূক্লীং তনৌ তনৌই- 'ইঃ কনানো ফম্লিসে ?
মিৎস্না কোয়রাওনরবী মচীন্ তবা-তবা নীংথিবী
থীক্ থা ফন্না খ্বাঙ্জেংবী কুচুনা থাবল্ হেল্লবী
অমুক্ লূক্থ-অমুক্য়েং ঐবু মুন্না য়েংলিবী,
অপাম্ মিহৌ মিংয়েংনা পূক্লীং খ্বাখল্ উংলিবী
ঈন্খৎলক্পী ফজবী, সোম্ ঐ' থম্মোয় হূরিবী
নঙ্তনা ঐগী ওইগনি থাজগী থব্বায় ওইরিবী ।'
মিৎচানরুই থাজগা দক্ষ কন্যা রোহিনী ।
মিৎচিনা ফল্লপ্ য়েং মমায় অদু ঙাংলি ঙাংলি,
খ্বাখল্ পূক্লীং য়াওরবা কোইরপ্ য়েংবা মিৎয়েংনি
মচীন্দ শোনবরা মুরুম-মুরুম ইকাইথীবী-
'থব্বায় মবুঙো নুংশিবা ! কৈদৌঙৈ ফংনি নুংশি থৌজাল্'।

থাজনা উই অতৈসু লৈরি মঙোন্দা য়েংলি,
মখোয় কুন্তরেৎনি ঈন্খৎলক্লিবী ঙাক্তনী,
লৈমকোন্গী লৈরাংনি নিংথৌকোনগী শীঠৈল্নি,
দক্ষ কন্যা ঙাক্তনি থাজ মাবু মিতারি;
নুংশি মিৎয়েং ঙাক্তনি থব্বায় হক্চাং লূপ্পনি।
য়েংজবনা মখোয়গী পাম্জবসু মখোয়্গী
থাজ মাদি থৌশাদে মাগী খ্বাখল্ অমনি ;
মিৎস্না মাগী থল্লিবী মা-নি, মহাক্লি, মথম্ভনি-

মঙোন্দা মিৎচাননা য়েংবা ঙমজদে মাদি
অমুক্ য়েংই অমুক্ লূক্থৈ, কদাইদনো মানা চৎলি,
মায়পুননা য়েংঙম্দে; য়েংদশিন্না মিৎলাওবী
দক্ষ কন্যা লক্তা নায়তোম্ তোপ্ তোপ্ তারিবী,
মদোম্ কাইদ চৎখরে য়ৌখরে কোনুং পুখ্রি।
দক্ষ কোনুং মপূংয়াই রাস মন্দল পুখ্রিনি,
মরাক্ ময়ূং মান্নবা লূর'লাইজ থল্লবী,
অহিংগী লৈরাং থরো, মকা ফন্ন শাৎকায়রি,
হৈকোল্ লৈকোল্ য়ায়দনি নূংঙৌগী শিড়ি থক্তনি,
নূরা মদোম্ ফম্জরি পাখঙ্ ব্রাখল্ লূপ্চরি।

ফূগায়না শাৎলবী অহিংগী লৈরাং থরোনি,
আতিয়াগী থাজনা ঈরোন্নুংদা চঙ্লক্লি,
লৈরাং থরো নাক্-তম্না মোমোন্ নোক্ল-চঙ্লক্লি,
মবুঙো থাজ উবদা হরাওজবী থরোনি
লৈরাং খোয়রুম মোমোন্ নোক্ মাঞ্জ মায়রোং য়াজরি;
'লেঙ্শিন্বীয়ু মাঞ্জও ! ননাও ওইবী ঐহাক্লি
ননাও খোয়বাঙ্ ঙাইজরি মেলন্ খুদোন্ লাঙ্জরি,
অহিং কৌবী লাইরেম্মা তাইবং খুত্তা তাঙৈগী
ননাও ঐনা লাঙ্তক্লা নোংপোক্ মায়গৈ য়েংলক্লি।'
'নুরা লৈরাং নুংশিবী ! পাখঙ্ শিম্থা কাওহন্বী
অহিংগীদি মবেম্মা থাজ থম্মোই হূরিবী,
নহাক্তগী আশানি চান্নথোইবী শক্হেন্বী।'
য়ৌখরে লৈরাং থরোনাক্, পাখঙ্ মাবু উবদি
পাখঙ্না নাক্তা লেপ্লবা, হরাও তুজংনরবী
মেলন্ খুদোন্ কৎলিবী থরো কৌবী লৈরাংদি
হাইনা হুম্না নোক্চরি পূক্লীং তুজুং হরাওরি;
মালঙ্না লিরি হুম্লি থাজসু হরাওনা নোক্লি।
থরোনাক্তা থাজনি মুরুম্ মুরুম্ শোল্লিবা
খোঞ্জেল্ অসি তাবদা লিরিবনা পুরক্পা,
পুখ্রি মপান শিড়িথক্ নুরা মোম্নু অপিখক্

কল্লক্লোই কৌবা ঙম্খিদে, নুরা মাগী পায়মনুং
পুক্নীং ৱাখল্ চিনবান্ থোক্ নুংশা মপী ফূইন হোন্
'লাইবক ফৈদা লৈরাংও'-হায়খিবরা নুরাও !
নুবা থম্মোই পাউনিংখোল্ থাজমাসু তাবরা ?
থম্মোয়'পাউ পুক্নীংগী ৱা শকউদ তারনা পুবরা ?
হূরান্ মিৎচি লৈয়ন-য়েং উরুরেনে শক্হেন্বী,
শিডি থক্তা ফম্লিবী পূম্লি লাইজ মিতাবী।
নুরা মাবু উরুবা থাজ পূম্ঙাও ঙাওখরে,
থরো লৈরাং মহাক্কী মেলন্ খুদোন্ থৌওইদ্রে,
থরো লৈরাং থাদোক্লম্ শিড়ি মায়কৈ তম্খরে,
অতিয়াগী থাজদো-ঈরোম্নুংদৈ থোরক্লে,
নুরা মোম্মু অপিখক্ নুংশি মিৎ-চানরুরে,
নুরা থম্মোয় মিহুন্ চোং য়েংজববু ঙম্জদে,
য়েংজনীংবা মায়থোংনি হুরান্ মিৎচি থিংঙম্দে।
লাইজ-থক্তা মোমোন্ নোক্ থাজ পাখঙ্ শক্লৌবা
মরোল্ লোন্বা মিৎস্নানা মিৎচি লাং থাক্তুনা
ফল্লপ্-ফল্লপ্ য়েংলিবী নুরা য়েংনা হায়রক্ই-
নুংশি খোয়থুম্ ৱাহৈনা - 'তারিবরা শক্হেন্বী !
চান্নবী খ্বাংজেংবী ! থাজ ঐগী নুংশিথোইবী
দক্ষ মমোম্ রোহিনী ! চন্দ্র কৌবা ঐহাক্সে,
নঙ্গী নুংশি থৌরীনা পুন্দুনা পুরক্লে ননাক্তা,
সুমেরু চীং নাপোম্দা নুরা নঙ্বু উরুবা
নুমিৎতুদৈ ঐহাক্সে নঙ্গী অদুম্ ওইখরে,
নুরা নঙ্গী ৱাখল্না থম্মোই ৱামৈ চাক্খরে,
শানৌ নঙ্বু উদনা পাখঙ্ ঐদি লৈঙম্দে;
লৈম-কোন্গী লৈরাংনি নিংথৌকোন্গী শিঙেল্নি
উনীং'তম্দা উ'-ফংদ, ননাক্তা লাক্নীং লাক্ঙম্দ
পাখঙ্ ঐনা ৱারিবা নুরা নঙদি উরিরোই,
নুরা নঙ্বু ঐহাক্কী থৱায় ওইবী লোয়নবী
থম্মোয়-থম্মোয় শিন্ননা তাইবং য়ুম্লে'ং তম্শিবা
পুক্নীং ৱাখল্ ফোঙ্নবা ফংদ্রি তাঞ্জা ঙশিফাও,

নুরা করি হায়বগে নুংশি ফিগৈ শেংউবা ?'
হায়ফম্ খঙ্দে খুম্ফম্ খঙ্দে দক্ষ কন্যা রোহিনী,
শাবী নাত্তে চেনব্রশিরা-ইকাইথিবী শক্হেন্বী,
নুংশি নাত্তে লাপ্নিংদে খোঙ্বীনা-লৈয়দা তক্ ফা-রি।
খোঙ্বী' লৈবাক্ শ্রু-শ্রু তক্ মায়্থোং লুক্ল-লেপ্লিবী
পূংয়ান্ চান-লেপ্ঙম্দে, শল্লাং মায়থোং খুল্লিবী
শাবী মাগী খোয়থুম্-ব্রা তানি-থাজদ-ব্রাহৈ তা,
থম্মোয় মথূম্ মরাং হৌ, নাক্চি হুমাং শন্দোই কা,
শল্লাংলত্তা হুৎনা য়েং, মিৎম্না থম্বাল্ মিৎয়েংদা
মরোল্ পূম্বা হাগুনা থাজ য়েংনা হায়বরা ?
'ঐদি নুমিৎ খুদিংগী নঙ্তবু ঙাইজবনি,
থব্রায় হক্চাং ঐহাক্কী নঙোন্দা লোইনা কচ্চবনি ।
নতুং কোয়না ইঞ্জবা, ওইদুনা নঙ্গী নমি,
নুরা ঐগী আশানি মদুতবু নীংজবনি।
নহাক্তনা নুংশিবা ঐগী থব্রায় মবুঙোনি,
নঙ্দি ঐগী থব্রায়নি, পুনশিনি, ব্রাখলনি।
নহাক্তবু উজনবা সুমেরু চীং' নাপোম্দা
কয়া কুইনা ঙাইখিবা, নিংকোক্-নিংকোক্ লাউখিবা
উজ-ফংলরোইদবা, শাবী নঙ্বু খঙ্দরা ?'
ইকায়থিবী তনৌবী নুরা মোম্লু অপিখক্
খোন্থোক্তবা মিৎকী ব্রা ' সি নক্তনা লৈজদে
ইকায়থিবী ওইবনা হায়্ফম্ তৌফম্ খঙ্জদে,
চিন্বান্ মোইকাং হায়ঙম্দে ব্রাহৈ অমা থোক্লক্তে।
ফল্লপ্ ফল্লপ্ য়েংদুনা মরু লুক্থ' লৈবনা
নুরা মোম্লু অপিখক্ হুমাং শন্দোই কা-বনি;
চীক্ল' অহিং অসিগী ঈংল' থাবল্ লক্তনি
তাইবঙ্ পূম্বা চীক্খরে থোইনা চীক্লে অনিমক্।
অনম্ কন্বা থাজনি খাঙ্বগী ঙম্খৈ লাল্লবা
থুগাইদুনা অচীক্পা হংলক্ই হন্না হন্না-
'লৈরাং করি হায়্বগে নুরা ফিগৈ শেংউনা '

থাজ ঐগী আশাসে নঙ্না থুংহল্লরোইদ্রা ?
নঙ্গী মক্তা খন্দুনা নীংবা থুংদ' পুন্সি ওই
পাখঙ্ পুন্সি মাঙ্লোরা নুরা ফিগৈ শেংউবা।'
থাজ মানা তক্শিন্বা খাঙ্বা ঙম্দে দক্ষ কন্যা,
গতি লৈতে রোহিনী-হায়ফম্ খঙ্দে মহাক্তি।
অমুক্তং নিংশা থিংলগা খঙ্হায় খঙ্থিল্ হায়রক্ই,
'হোয়, পাবুং খাদা হায়বীয়ু।' হায়রল্লগা চেন্খরে।
দক্ষ কন্যা রোহিনী হন্না হন্না য়েং চেন্খিবা,
দক্ষ কোনুং মরান্য়াই অন্তপুর য়ৌখরে ।
থাজ মায়থোং মকারাম্ হুই খোংন-হল্লক্লে,
কঙাওনবা থাজদি কঙাওননা হন্খরে।
আকাশ তম্মা চৎখরে নোংচুপ্ শুন্দাই য়ৌখরে,
ঈচিক্ হুন্বা অহিংদা থরো মাবু কাউখরে,
অহিং লৈরাং থরোনা হন্না হন্না খাম্জবা-
'ঙাইহাক্তদি ঙাইবিখো মাঞ্জ নঙ্বু নুংশিবা
মেলন্ খুদোন্ লৌবিখো পেঞ্জদ্রিবা ঐহাক্লী।'
পাখঙ্ না-তাখিদরে থাজ হন্না য়েংলক্ত্রে।
কল্লক্ খম্বন্ চাউরবী কায়ন-মৈশা লাংলবী,
মেলন্ খুদোন্ থুগাইরে খোয়শাওনরবী মহাক্লী,
অশাওবনা মাঙ্ওইনা-কল্লক্ খম্বন্ চাউরবী
'ঐনা কায়নশিগুম্মা নঙ্সু কায়নৌ নোংমদি ।'
অহিং লৈরাং থরোনা শিরাপ্ মীচৈ পীখ্রে,
থিঙেল্ তাইন-ঙম্দ্রগা নাশিখোংদা তাইনরে।
নুরা মোম্মু অপিখক্ মাদি করি খঙ্জদে।
দক্ষ কন্যা অতৈনা তাখিবরা খঙ্হৌদে।।

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'চন্দ্র রোহিণী' কৌবা অহুমশুবা মতাং*

# ৪ শুবা মতাং

ঈঙায় থক্পী চেক্লানা কুম্গী লাইজ ঙাইবগুম্
লংফৈদা লৈবা নুপানা য়ুম্গী পাউ তানীংগুম্
পাত্তা তাবা থঙ্গোংনা থংলেন্ মায়গৈ য়েংবগুম্
নিংথম্ কাম্বী নংবনা য়েন্নীং থাবু ঙাইবগুম্
কৈলাস চীংগী নাপোম্দা লাঙ্তক্লনা ঙাইজরি,
সুমেরু চীং মায়কৈদা মিৎয়েং শাংখৈনজরি।
কৈলাসকী মবুঙো লাইগী লাই ওইবা মহাদেব,
মানসকী পাৎপান্দা নুরা মাবু উরুবা,
নুংশিতেন্না পাল্লবা থম্মোয় মাল্হৌনরবা,
থম্মোয় ৱাখল্ পূম্থন্ থল্লি লাই পাখঙ্ মহাদেব।
সায়ম্ভুবাই মশুনুপী দক্ষ কন্যা সতী'
হংই অউ খুদীং, মচীন্দসু স্রুম্ স্রুম্ শোল্লি;
কৈলাস চীংগী নাপোম্নি ফজরবা লৈকোন্নি
ৱারী শাবি উপাল্ খুদীং হংলি পাউ লৈরাং খুদীং,
উপাল্ ৱাপাল্ সতীনি হৈরাং লৈরাং সতীনি,
উচেক্ ৱাযা সতীনি ঈফুৎ-ঈচেল্ সতীনি,
লাই পাখঙ্ মহাদেব সতীতনি উরিবা
মফম্ মাযকৈ খুদীংদা সতীতনি তারিবা।।

'য়ৌরক্তেদা করিনো পাউ পুখিবা মালঙ্বা।'
সুমেরুগী লৈকোন্দা অহিং য়ারেক্ তাল্লুবা
অযুক্ মালঙ্ নামিবা কৈলাস ওন্না শিংলক্লি,
অহিং মানা তাবক্পা প্রপ্ প্রপ্ হেক্তনা তম্মীংলি।
লিরি লৈরি হুন্নিবা মালঙ্ মাগী নাপ্পদা
ঙংলি লেপ্পা লৈতনা অহিং চুপ্পা শোন্খিবা
দক্ষ কন্যা সতীগী খোয়থুম্লবা খোন্ফম্না
থম্মোয় হূনা শোন্খিবা থরায হক্চাং পূল্লপ্পা
'ওঁ নম শিবায় [illegible] [illegible]'
[illegible]প স্তব্ মন্ত্রদো দেবর্ষি নারদনা তাক্লম্বা।

পাউ অসি তম্লুগে কাইদ লাক্লি মালঙ্বা,
মচীন্দসু শোল্লক্লি 'ওঁ নম শিবায়ঃ'।
অয়ুক্ অঙন্বৈ লৈচিল্সু পাউ অদু তম্লবা
কোরৌহন্বনা কাদ্রিগৈ খোঙ্হৌ খরা ঙল্লক্লি।
মালঙ্বনা হান্খ্রনি ইপা-পাখৎ থুরক্লি,
আকাশকী লম্বীদা কৈলাস মায়গৈ পাংলক্লি।
'য়ৌরক্লেদা করিনো ?' সোম্দা মাদি ঙাইঙম্দ্রি।
শিবগী থৱায় সতীনী, সতীগী থৱায় শিবনি,
'ওঁ নম শিবায়ঃ' মন্ত্র অসি সতীগী।
শিব মাগী দমক্লি সতী মাগী মপোক্সি-
ৱাখল্ মথুম্ হৌরবা থম্মোয় মাল্হৌনরবা
কৈলাসপতি মহাদেব পাখঙ্ মথোক্ কারক্পা
শিন্নখি থম্মোয় পাউজেল্ লিরি হুম্বা মালঙ্বা
লাঙ্তক্লনা ঙাইরক্লি, অতিয়াদা পাইরিবা
চেক্লা শঙ্খু খুদীংনা ঈচেল্ ওইবা লৈচিল্না
সুমেরুদৈ হল্লক্পা কৈলাস চীংয়াং তমদুনা,
লাঙ্তক্ল-ৱাখল্না থন্ ঙাইরক্লি ঙাইঙম্দনা
সতী কৌবী শক্হেন্বী দক্ষ কন্যা শক্লৌবী
শিব থম্মোয় হূরিবী খল্লোই কৌবা ঙম্দবী
নঙ্গী নুংশি মৈচাক্লা চাক্লে শঙ্কর থম্মোয়সে
নুংশি পন্থুং পাল্লিবা চরাঙ্নর' ঐহাক্লী
ঙাইঙম্দনা ঙাইরিবা নুংশি নঙ্গী নপাউখোল্
মোমোন্ নোক্পা মায়থোংগী নুংশি শুঙ্কৎ নখোঞ্জেল্
পাখঙ্ নাপ য়ৌরক্পা ঙাইঙম্দ্রেনে ঐহাক্তী।
হায়য়ু চেক্লা মরূপল্লোই চান্ন-মরূপ্ লৈচিল্ও!
মালঙ্ খংগোন্ চান্নরোই তম্মু সতী মপাউখোল্
মানা করি হায়রক্পা তানীংবনা ওমচাক্লরে
নুরা সতী মবুক্লীং খঙ্নীংবনা ঙাইঙম্দ্রে।'
মালঙ্ খংগোন্ পাউদম্বা চেক্লা খোঞ্জেল্ লোয়ননা
হায়রক্ই লৈচিল্ পাউ পাউদম্জৈ অমত্তা ওইনা-
'তাবীয়ু কৈলাসৈ মবুঙো শিব শঙ্কর মহাদেব !

শঙ্কর নঙ্গী ৱাখল্‌না থম্মোয় থন্না হ্না-রবী,
সতী কৌবী মহাক্কী পূক্কীং তেংন-হায়খুবনি
নারদ কৌবা ঋষিদা, নঙ্গী কোলোয় শোঞ্জবা
'ওঁ নম শিবায়ঃ'- মাগী জপ মন্ত্রনি
নারদনা তাক্‌খিবা, দেবর্ষি য়ৌরক্লনি
লম্বী শোম্‌দা লাক্‌হৌরি মঙোন্দগী খঙ্‌বিয়ু,
সতী পূক্কীং অশেংবা মাবু য়ৌরক্‌পা ঙাইবীয়ু।'
'ঙাইঙম্‌দরে ঐহাক্‌সে ঐবু হেক্তা চংশিরা ?
সতী মাগী মনাক্তা সুমেরু চীং নাপোম্‌দা ?'
মায়গৈ তাম্না য়েংখিবা আকাশগী লম্বীদা
'নারয়ন্‌ নারায়ন্‌' বিনা যন্ত্র খোংদুনা
দেবর্ষি নারদ, কৈলাস মায়গৈ পাংলক্‌পা
শঙ্কর মিত্তা উরক্লে কাইদ-কাইদ লাক্লিবা;
বীণা খোঞ্জেল্‌ তারক্লে শ্বাই শ্বাই লাউই মহাদেব
য়ৌরক্লে চীংগী লৈকোন্‌ শঙ্কর মাগী মশাইগোন্‌।
'নারায়ন্‌ নারায়ন্‌' চঙ্‌শিল্লক্লে নারদ
'ওঁ নম শিবায়ঃ' খুরুম্‌জরে শঙ্করদা ।
'লেঙ্‌শিন্‌বিসি দেবর্ষি লেঙ্‌ঙুবা করি লম্‌দা
স্বর্গগী অনৌবা পাউ করি করি লৈবগে ?'
'কোয়না চৎপা পাউ-পুবা নারদ ঐগী ইথৌনি
মপূ থৌদা ইন্দুনা পাউবু কোয়না চৎপনি,
স্বর্গদগী পাতাল্‌ফাও জম্বুদ্বিপ্তে পুষ্কর ফাও
ইলাবৃতদৈ কিংপুরুষ ভারততৈ কেতুমাল্‌ ফাও
উত্তরকুরু বৈকুন্ঠ অমরাপুর সঞ্জিবনীপুর
শিম্ভুংনা লাইরৈবাক্‌ মীরৈবাক্‌ শারৈবাক্‌ কয়া
অথিংবা লৈত-চৎলিবা নারদ কৌবা ঐহাক্কী,
ফত্ত-ৱাখল্‌ মাঙ্‌হন্‌বা অফ-পাউজেল্‌ পীরুবা
ঈংনা-নুঙাই পান্নবা হোৎনবনা ইথৌনি,
অমৈ পাউ অমদ-তম্‌ মপু মাগী থৌদানি।
ক্ষীরোদ সাগর মপান্দা অমৃত মুন্নবৈ লান্‌ফম্‌দা
মায়থিপ্পবা হিংচাবা লমন্‌ খুষ্ণৈ ৱাখল্‌দা

লাইগী থক্তা লান্দানবা শেম-শারি হিংচা পূন্বা,
সভ্যতা অনি মূক্কবা লাই-হিংচাবা লাম্থিনবা
অমুক্ হন্না থোক্তুনবা চান্ন-চিন্ন লৈমিন্নবা
ৱাফম্ অসি পুরক্কবা চৎলুই উপায় থিবা
মপু য়াথং ইন্দুনা সুমেরু চীং' নপোম্দা,
প্রজাপতিলক্ অথোইবা দক্ষ নিংথৌ কোনুংদা,
উজরক্ই দক্ষ কোনুং অন্তপুর লৈকোন্দা
লৈরাং অমা খ্বাইদগী হেন্না ফজরবী,
দক্ষ কন্যা লক্তা খ্বাইদগী হেন্না থোইরবী,
জগত্তা মপা লৈতনা নীংথিবী খ্বাংনৌবী
শঙ্কর নঙ্তবু নীংজবী দক্ষ কন্যা সতী;
শঙ্কর নঙ্বু ফংজগে মপুরোইবা ওইজগে
সতী মাগী ৱাশক্কী; শিব লিঙ্গ মাঙ্দ-থম্
বিল্ব পত্র কত্তুনা জপ তৌজৈ লেপ্তুনা
'ওঁ নম শিবায়ঃ' নঙ্বু ফংগে নীংজবী;
থৌজাল্ হৈবা ভোলানাথ কাউবীরনু সতী,
সতী কৌবী মহাক্সে শঙ্করগীদমক্ পোক্পনি,
নঙ্না মাবু লৌশিন্দ্রবা সতী থৱায় থাগনি,
শঙ্কর নঙ্গী নফম্দা থৱায় হক্চাং কৎলবীনি,
জগতকী নুপা পূম্বা সতী মাবু মিতাবনি
মথং চহি য়েন্নীংথাদা সতী স্বয়ম্বর তৌগনি,
মচানীংবা দক্ষনা মচাই নীংবা থুংনবা
মচানা পাম্ ' খঞ্জবা স্বয়ম্বর অসি তৌনবা
লেপ্লে হায়না হায়রক্ই দক্ষ নিংথৌ পাঙ্গন্বা।
হে শিব শঙ্কর ভোলানাথ লাই পাখঙ্ শক্লৌবা!
শোয়দনা য়াওবিয়ু স্বয়ম্বর হায়জরক্ই সতীনা
'ইবুঙো! সতী থৱায় ওইবা, কচচরে নখুয়াদা
সতী ঐগী থৱায়-হক্চাং, থম্মোয়, লৈজ পূম্বা
লৌশিন্বীয়ু লৎনদনা থুংহন্বীয়ু নীংজবা;
নঙ্দি থৌজাল্ হৈবনি মপাল্ নাইদনা চান্বীহৈবা

চঙ্জরক্পবু কন্বিহৈবা মনাই ভক্তবু চান্বীবা
ঐগী বব ওইবীয়ু থুংহন্বিয়ু নীংজবা ।'
সন্তীগী ব্রাসি কাউবিনু থৌজাল্ হৈবা শিব শঙ্কর
নারদ ঐনা হায়্জরি য়াওবীয়ু সতী স্বয়ম্বর ।'
ব্রারম্ অসি হায়রগা ওঁ নম শিবায়ঃ
শিব শঙ্কর খুরুম্লে 'নাবায়ন্ নারায়ন্'
হরি মিংলেন্ শোন্দুনা নারদ ঋষি চৎখরে
বৈকুন্ঠগী লক্ষ্মীদা। শঙ্কর ব্রাখল্ ঙাইঙম্দ্রে
থাপ্ল 'সুমেরু নাপোম্ দক্ষ কোনুং য়ৌখরে,
সতী মাগী মনাক্তা মমি ওইনা ইনখরে।
শক্ত-চুদ-হেল্লবী নুপীরক্তা অথোইবী,
তনৌ-তনৌরবী মেঙ্ন-শুক্ষৎলবী সতী
কোনুং মনুং লৈকোন্দা জপ-মন্ত্র থীরম্মী,
পূক্লীং অনি লোঙ্দনা মাঙ্দা শিব-লিঙ্গনি,
'ওঁ নম শিবায়ঃ, ওঁ নম শিবায়ঃ, নমঃ'
বিল্বপত্র খুক্তা পায় জপ-মন্ত্র চিন্দা শোন্,
মিৎ অনি উইশিন্না শিব শক্তম্ ব্রাখল্না লাক্,
মানস পাৎপান্দা উখিবা শিব-শঙ্কর খ্বাংনৌবা
ব্রাখল্ মিৎনা তশেং-উ, হোম্ তৌরি লিঙ্গদা,
'ওঁ নম শিবায়ঃ, ওঁ নম শিবায়ঃ,' সতী
নিজরি তত্তনা, ফংজগে নঙ্বু ঐহাক্লা,
ইপুরোইবা ওইজগে সতী কৌবী ঐহাক্কী।'
পূক্লীং অনি লোঙ্দনা জপ-মন্ত্র থীরিবী
বিল্ব-পত্র অমমম্ শিব লিঙ্গ কৎলিবী,
উইশিল্লিবা সতী মিত্তা-তশেং তশেং উরক্লে
মোমোন্ নোক্পা লিঙ্গদো শিব শঙ্কর ওইরক্লে।
লেঙ্খৎলক্লে শিব শঙ্কর সতী মাবু চেজেৎ কোন্
নাপ-চীক্লা হায়রক্ই শম্লাং তপ্ল-তপ্ল-নান্
'শিব ঐগী থব্রায় ওইবী সতী কোলোয় নুংশিবী

দক্ষ কন্যা শক্‌হেন্‌বী শঙ্কর থম্মোই হূরিবী,
মানস সরোবর মপান্দা শায়ম্ভুব-মেলা নুমিৎ
শানৌ নঙ্‌বু উরুবা লাইবক্লা তম্বা নুমিৎ
শিন্নখ্রবনি ঐগী থৱায় নমি ওইনা ইন্‌খ্রবনি,
শানৌ নঙ্গী ৱাখল্‌না লকা ৱামৈ চাক্লবনি,
পাক্‌-চাওর' কৈলাস চীংগোন্‌ শানৌ নহাক্‌ য়াওদনা
পাখঙ্‌ ইদোম্‌ লৈঙম্লোই, থৱায় নঙ্‌বু য়াওদনা
হুক্‌চাং ওইবা ঐহাক্লা ইদোম্‌ করম্‌ হিংগনি ?
তারিবরা শক্‌হেন্‌বী শিব থম্মোয় হূরিবী
অমুক্‌ থীন্থবগনু কৈলাস তম্মা চৎলসি
পাখঙ্‌ থম্মোয় লৈকোন্‌গী লৈরাং নাইতোম শাৎলিবী ।
পাখঙ্‌ শঙ্কর মৱা তা, মাবু চানবীরে খঙ্‌বদা
দক্ষ নিংথৌ মযোম্‌লোই সতী কৌবী ইবেম্মা,
হৱাউ-মোমোন্‌ নোক্‌চরে মরু লূক্লপ্‌ ফল্লপ্‌ য়েং
হায়জরক্‌ই তপ্ন-ঈংনা 'নুঙাইজরে চান্‌বীহৈবা
সতী থৱায মবুঙো নঙ্‌না ঐবু চান্‌বীবা
মপোক্‌ লাংঙোন্‌ কয়াদা নঙ্‌বু নীংজরক্‌পগী
ফংজবনি ঐহক্লা, মহৈয় য়াল্লে তপস্যাদি
ঐগী স্বয়ম্বর-আশানি ঐবু পোক্‌পা পন্থৌগী,
লাক্লিবা য়েন্নীং থাদা শোয়দরে স্বয়ম্বর ঐগী,
পন্থৌ দক্ষ-প্রজাপতি শাউগন্‌বনি মাদি
শোয়দনা লেংবীরক্‌উ চান্নথোইবা, নুংশিবা
য়াওবীয়ু ঐগী স্বয়ম্বর, খ্বাই ময়াম্‌ তিল্লিবা
মরোল্‌ অহুম্‌গী অকল্‌-অথৌ, নিংথৌ যুবরাজ
মী-লাই-হিংচাবা, দৈত্য দানব পূম্বগী মাঙ্‌দা,
শাবী নঙ্গী ঙক্‌শম্‌দা বর মালা হুক্‌চবা,
খ্বাই-খঙ্‌ন-বরন্‌ তৌ লেন্ন-লেন্না চৎচবা,
পন্থৌ বরগা লোয়ননা নঙ্গী নতূং ইঞ্জবা
কুবিয়ুনে নহাক্লা সতী ঐগী থৱায় ওইবা !
শোয়্‌দনা লেঙ্‌বীরক্‌উ, য়াওবীয়ু লেপ্ন-ঐগী স্বয়ম্বর।
সভা অদুদা করিগুম্বা মাঞ্জ নঙ্‌বু উদ্রবা

সতী থৱায় হিংদ্রে হায়না খঙ্বীয়ু পাস্মুবা।'
শানৌ ওইবী মহাক্কী য়াৱা পাওমেন্ তাবদা
পেঞ্জরবা শিব শঙ্কর নুংশি খোয়থুম্ ৱাঙাংতা'
শুক্কৎলবী খোঞেল্দো হন্না-হন্না তানীংবনা
খুম্দে ঙাঙ্দে, চুম্নতা লৈরি তুমিন্ য়েংদুনা,
য়েংদুনতা লৈনীংবী য়েংবগী পেন্নাইদ্রবী
নুংশি মায়থোং সতীগী থম্মোয় হূবী মহাক্কী;
উন্-ৱাইমুক্ চীক্খরে অনিদি চিংন-য়েংনরি,
মিৎফম্ হোংবা ঙম্নদ্রি লাঙ্তক্লনা ঙাইনরী,
পাখঙ্ পাউখুম্ নুংশিবা সতী মানা পাম্জবা
ঙাইহাক্ অশুম্ লৈর-তুং, শিব শঙ্কর মোমোন্ নোক্
নুংশি চিন্বান্ কাঙ্লক্ই-'ঐহাক্ নঙ্গী স্বয়ম্বর-'
পাখঙ্ য়াৱা লোইশিন্দ্রিঙৈ মপান্দগী কৌরক্খি
'কদায়দা লৈবগে নঙ্বু, ইপাগী ইবেম্মা সতী !'
হায়না-হায়না চঙ্লক্খি কাদা দক্ষ প্রজাপতি ।
পম্লৌ য়াৱা তাবদা শিব তুমিন্ লৈখরে,
সতী মিত্তে লোৎখরে লিঙ্গৈ মরুম্' লৈয়শিন্খ্রে ।।
পুজা অসি তৌরনু কয়ারক্ হন্না হায়খরে
মথোঙ্ মরম্ খঙ্দবা, লম্ হেল্লিদকো নঙ্সে-'
মখা তানা ঙাঙ্দ্রিঙৈ মহারানী চঙ্লক্লে
থোৎন-মেঙ্ন হায়রক্ই-'ময়াম্ পূম্বা শুহৌরে
লেঙ্লসিনে মহারাজ অন্তপুরদা ঙাইহৌরে ।'
'তাও, মহারানী অশিক্কী লমকেৎ-লম্হাইবী নচাসে
ঐনা হায়বা ইন্দেনে ৱারক্হৌ মতম্ চানা,
খঙ্জৌ খুদোং চারোই তুংদা অমুক্ থেংনরবা।
হৌফম্ শাৎফম্ খঙ্দবা মমা মপা লৈতবা,
লায়র-চুদৎনরবা ময়ুম্-মকৈ লিংদবা,
ফিজেৎ চাক্চা লূদবা মীরক্ লাইরক্ তিন্দবা,
হৌন-খঙ্দবা অসিবু কয়াগী মতীক্ পাম্থ্রবা
থুনা লাক্উ হায়রম্মু, নচানুপী লম্হেনবী-
নত্তে, লোয়নদুনা লাক্উ-হাল্লম্মগে ঐদি ।'

ব্রাবম্ অসি হায়বগা শাউনা চৎখ্রে প্রজাপতি,
সতী নাত্তা চঙ্লক্লে মহাবানী অশিক্লী
মেঙ্ন-থেম্জিন্ ব্রাহৈনা-হাযবক্ই সতী য়েংনা
'ইমাগী ইবেম্মা সতী ! মুন্না তাও ইমানা হাযবা,
নপাবুং দক্ষ শাউগন্বনি মবোল্ অহম্ অসিদা
নঙ্গী কবি ব্রাৎকনি, হায়য়ু নঙ্না অপাম্বতা
ইমা লৈবি ইচাগী; মমা মপা ওইবনা
অতৈ কবি খন্বগে মচাগী ফনবা নত্তনা,
মচানুপী পূম্বনা ব্রাত্ত-পাদ লৈখিবা
হাইন-হুম্না পান্খিবা হবাও-তয়াম্ লেন্খিবা
মপা মমা পূম্বগী অমত্তা ঙাযবা আশানি,
নপাবুং দক্ষ মহাবাজ নঙ্বু লুনা নীংবনি,
চৎসি লাক্ও থুনমক্ ঙাইবম্লনি মখোয পূম্বা।'
'ইমা, নঙ্দি খঙ্লিবনি নচানা নীংবা পূম্বা
চৎলোই ঐদি মফম্দুদা ঐহাক্ অশুম্ লৈহৌগে।'
'ইমাগী সতী নুংশিবী নপাবুং যাথং কায়ফদে,
শাউগন্বা দক্ষ নিংথৌ মৈ-হৌনা শাউবনি।'
মমিৎ ঈবা চেল্লবী থম্মোয ওম্চাক্লববী
সতী মাবু কোন্দুনা অন্তপুবদা পুশিন্খ্রে
পূক্নীং মোইথেম্ ব্রাহৈনা সতী নাকোং থন্খবে ।।

*সিদা লোইবে দক্ষ যজ্ঞগী 'শিব-সতী ব্রাখল লীশাং'*
*কৌবা মবিশুবা মতাং ।*

# ৫ শুবা মতাং

ক্ষীবোদ সাগর লান্‌ফমদা মাযথীখ্রবা
নম্‌থাক্‌ তৌবিববা লৌনম্বিববা,
মখোযনা ফংফম্‌ থোক্‌পা মুন্‌বিখ্রবা,
মখোয়্‌গী শকক্লি খঞ্জবা পৃম্বা
অমত্তা খাত্তনা লৌবিখ্রবা,
স্বর্গদগীসু তাম্থোক্‌পীবক্লবা
দৈত্য-দানব-অসুব-হিংচাবা পৃম্বা,
লৈফম্‌ লৈত-লৈকুৎ কোঙ্গুৎ শুকংদা
সমুদ্র ঈনুংদা লোত্তুনা লৈববা,
মখোযগী হক্‌ মুন্‌খিবগী শাওনীংবা
হেন্‌গৎলক্‌ই তত্তনা নোংম-নোংমা;
তৌবক্লে উপদ্রপ্‌ মফম্‌ পৃম্বদা
লমন্‌ শিংনবা লাইগী মথত্তা,
কাউবা লৈতে মখোয়গী মুন্‌খ্রবা হক্‌
হন্‌বা লৈতে হোৎনবা অমৃত ফংনবা,
পোখাবা লৈতে, শেম্‌ শাবি হিংচাবা,
বিজ্ঞান্‌গী শক্তি পাঙ্গল্‌গী শক্তিনা
জয় তৌনি স্বর্গ, লমন্‌ খুম্মী শোযদনা;
দৈত্যশিংগী পৃক্লীং ব্রাখল্‌ অমত্তনি,
মখোযগী মাঙ্‌খ্রবা হক্‌ তান্‌বনি।

ইলাবৃতবর্ষগী চিদাই 'মদা
জম্বুদ্বিপ্‌ ভারত বর্ষগী অব্রাংদা
দানব নিংথৌ বৃষপবর্ব কোনুংনি,
নৌনা শেম্‌গৎপা দৈত্যগী লৈবাক্লি,
দানব খুৎহৈবা ময়না শাবনি,
জগৎতা মপা লৈতনা ফজবনি,
নুংঙৌতনা শাবা ফুবা দলান্নি,
নিংথৌগী কোনুং মথোন্‌ কযা-কয়ানি,
সনানা কৃপ্লবা নিংথৌগী শঙ্গাইনি,

অয়ুক্ কোরৌহন্‌বগী মশেক্লা য়ৈরি
অথাপ্লদৈ য়েং ইরং লংনা ফজরি।
দৈত্য কোনুং তম্না চঙ্লক্লিবা লম্বী
চুমদ্রিং চুম্ অঙাঙ্‌বা নূংগী ইঙ্গিনি;
লম্বীগী নাকন্ অশংবা নাপীনি,
অশংবা রেসম্না ফিবান্ চন্‌বনি।
কোনুংগী অকোয়বা লুরবা থাঙ্গবাৎ
ব্রাংল-থা-র নূংগী লান্‌বন্না কোয়শিল্লি;
খুৎলাই পায়বা সন্ত্রিনি লান্‌বন্ থক্তা,
মায়কৈ মরি স্নথোঙ্ মরি লৈরি সন্ত্রি,
কনাসু চঙ্ঙম্‌দে য়াথং ফংদনা,
চেক্‌শিন্না ঙাক্লিবা দানবকী কোনুংনি।
কোনুং মনুং রম্যবন্ মখল্ কয়া
লৈশাৎ তম্- বসন্ত ঋতু থৌগন্নি,
মবক্-মরক্তা মরাক্-ময়ুং মান্নবা
কোইরপ্ কোয়বা, ময়ুংনা ঙম্বা পুখ্রিনি
থরো-থম্বাল্ ঈশিং লৈরাং থন্না শাৎপা,
মরক্তা লৈরি খুৎশেম্‌গী ঈশিং চাইবী,
তনৌ তহেন্ ফজবী দানব কন্যা
বন্‌সিদা কয়া হরাউনা কোয়্‌চৎ চৎলি,
লৈহি পাম্বা খোইমুগুম্ দানব পাখঙ্
কয়া-কয়া, লোইতান্নগুম্ ইন্নরি।
হরাউরি নোক্লি শান্নরি নিঙাইদনা,
নুংদাং ব্রাইরম্ তাঞ্জাসিদা রম্যবন্দা,
নীংথিরি ফজরি পূক্নীং হুরি থোইনা।।

'সিগুম্বা কাল্‌সিদা দানব কোনুং তম্না
লাক্লরি দৈত্য-দানব-অসুর কয়া,
থাপ্ল-থাপ্লবা লমদম্ কয়াদগী;
দৈত্য-দানব-অসুর লুচিংবশিংনি
লাক্লি দলাই অপাইবী তোংলদুনা।

দানব কোনুং নোংপোক্ থংবা চিদাইদা
লৈরি পাক্ল'লম্পাক্ নুংনা ঈংঙ্গী শিংপা,
অপাইবী দলাই তাফম্নি ময়না শেম্বা;
তায়রি অসিদা দলাই কয়া-কয়া
মথং-মথং পুরদুনা নিংথৌ কয়া
ওক্লী মখোয়বু দলাইগী তাফম্দা
তারাম্না ইকায় খুম্নবগা লোয়ননা,
বৃষপর্ব্ব নিংথৌগী অঙম্ অথৌনা।
যন্ত্রনা চিংবা দলাইদা হাপ্পুনা
পুরক্লি মথং-মথং কোনুং তম্না
বাঝায় বেঙ্গুন্ লাম্নী সলামী লত্তা।
অশুম্না লাক্খি কুশদ্বিপকী ঘোরাসুর,
অসুর লৈবাক্কী অসুর বানিপাল্
থুংলরে অশুম্না শোনিত্পুর নিংথৌ বান্,
হরপুর নিংথৌ সম্বর,সুমের নিংথৌ
হামুরায়, আশিরিয়া ঙাক্পা সারগন্
হরিবর্ষে থোন্দুমান্, ভদ্রাশ্ব নিংথৌ
তামুজি, লঙ্কা ঙাক্পা মাল্যবান্
দৈত্য নিংথৌরেন্ বিপ্রচিত্তি পৌলমী
চিথদ্রে অমত্তা বলি'মহারাজ নত্তনা,
ক্ষীরোদ সাগর অমৃত মুন্নবৈ লান্ফম্দা
ইন্দ্রগী বজ্রনা শোক্খিবা বলি
শাথিনা শোক্খিবনা লাক্পা ঙম্দ্রি।
দানব নিংথৌ বৃষপর্ব্বগী কোনুং
হরাউ-তয়াম্ ইনিন্ নিল্লি ঙসিদি,
লম্বী লম্শাং ফিরান্ পরেং-পরেং য়াল্লি
থোঙ্গাল্ খুদীং লফু-চু-য়ুং ঘট খিল্লি,
মরোল্ অহম্গী দৈত্যশিংবু অথোইবা
তরাম্-তরাম্ ওক্লি বৃষপর্ব্ব প্রজানা,
হরাউ-মথোই-কা দৈত্য দানব লুচিংবা
অসুর নিংথৌ পাঙ্গন্বা চঙ্লক্লী ঙম্না

দানব নিংথৌ বৃষপর্ব্ব কোনুং তম্না।
মখোয় পৃম্বা দানব কোনুং মীথুংশঙ্‌দা
পোত্থারগা মতম্ খর, ঈরু-মায়-তা লোই
নীংথিরবী দানব সেবিকাশিংনা
লাঙ্‌জরিবা অথেম্‌পোৎ লৌরবা তুং
অনৌবা ফিজোন্ রাজবেষ থোন্দুনা
পুক্লীং নুঙাই হরাউ মোমোন্ নোক্তুনা,
মনাই-মশল্ থৌগন্ লাঙ্গন্ লোয়ননা
মহৈ-মহৈ লাক্লুরে রাজদরবার তম্না,
দৈত্য দানব অসুর অথোইবা পৃম্বা।
অহিংগী অহান্‌বা য়ুথক্তা ঙসি
জগতকী হিংচাবা লুচিংবশিংগী
অচৌবা মরু ওইবা মীতিন্নি।
বৃষপর্ব্ব রাজ দরবার সভাদা
তগুপ্-তরেং ফম্লি হিংচা-পথৌ পৃম্বা,
অহিং-নুংথিল্ খেন্নদনা ঙাম্লিবা
দেওয়াল্‌গিরি মৈঙান্না য়ৈরক্‌পদা
হিংচা কোক্‌থোন্ লুহূপ ঈরং-ঈরং লং
নায়ান্ হাইবার নাইন্ পৃন্নং পৃন্নং লং
তগুপ্-তরেং ফজরি; ঈংদে শাদে
সভাসি, হৈনম্ লৈনম্ পুরবা
মালঙ্‌না হুম্লি লিরি লিরি তপ্না।
অহিংগী অহান্‌বা য়ুথক্ লোইরক্‌পদা
লেঙ্‌শিন্নক্লে চীং-লেম্না, সভাসিদা,
পৃং-শেল্, শেম্বুং য়ৈ, মোইবুং থরাউচিখোং,
য়েৎথাঙ্-ওইথাঙ্ হক্‌শেন্‌বনা থৌগল্‌তৌ
দানবশিংগী নিংথৌরেন্ বৃষপর্ব্ব
ঙসি সভা ময়ায় তাঙ্‌বল্ লৌরিবা ;
সিংহাসন্দা লেঙ্‌শিল্লে বৃষপর্ব্বা ।
হিংচাবশিংগী গুরু শুক্রাচার্য্য
আশির্ব্বাদকা লোয়ননা ওক্লি তবাম্না।

মরোল্ অহুম্মক্কী হিংচা-পাথৌ পূম্বা ।
'য়াইফবা ওইসনু হিংচা-শাগৈ পূম্বা
মরোল্ তবাম্ম্রী মত্তা লৈরিবা !
দানব লৈবাক্শিদা লেঙ্বিরক্লিবা,
হিংচা-শাগৈ কোক্থোন্ মণি ওইরিবা
দৈত্য দানব অসুর পাথৌ পূম্বা
দানব নিংথৌরেন্ বৃষপর্ব্বনা
তরাম্-তরাম্ ওক্চরি পুক্কীং শেংনা।
দৈত্য দানব গুরু শুক্রাচার্য্য ঐনা
হিংচাবা শাগৈগী ফনবা খন্দুনা
হোৎনজবা তপস্যাগী শক্তিংনা
ফংলে পুথোক্লে সঞ্জিবনি তন্ত্র ।
ক্ষীরোদ সাগর মপান্দা থেংনখিবা
লাই হিংচাবগী লান্ফম্দা তম্থিববা
লাইশিংনা হাৎখ্রবা হিংচাবা কয়া
হিংহনখি মন্ত্রসিনা সঞ্জিবনি।
হিংচাবৈ গুরু ওইবতা নত্তে ঐদি
ওঝানি আচার্য্যনি মীওইবগী;
লাই-হিংচাবা-দানব পূম্বা মীওইবনি
তম্বিবা তাক্পিবা ওঝাগী মথৌনি ।
কনাগুম্বা মীওইবনা পুক্চেল্ শেংনা
তম্গে লাক্লবা ইনাত্তা খঙ্নীংনা
ঐবু পেল্হল্লবা মাগী সেবানা
তম্বীখিবা য়াই অদুগুম্বা শিষ্যদা;
অদুবু দৈত্য-দানব নখোয়গী মত্তা
তম্বীরোই তাক্লোই খঙ্হল্লোই কনাদা
ইশাগী থৱায় কন্নবা নত্তনা ।
দৈত্য-দানব-হিংচা নখোয়পূম্বনা
চৎলিমখৈ লমচৎচুম্মা কায়দনা
লৈগনি ঐগী ৱাশক্ কায়দনা।
ক্ষীরোদ সাগর মপান্দা মাঙ্খ্রবা

নখোয়গী ফংফম্ থোক্পা হক্ফংনবা
খন্ননবা উপাই পূম্বা থিনবা,
সভানি ঙসি তিল্লিবা, পূম্নমক্পু
তরাম্না ওক্চরি হন্না অমুক্সু
হিংচাবা শাগৈ চাওখৎপা ওইসনু।'
ব্রারম্ অসি হায়রগা গুরু শুক্র
ফম্খরে আসন্দা বৃষপর্ব্বগী য়েন্ত্তা।
ময়ায় তাঙ্বল্ লৌরিবা দানব নিংথৌ
বৃষপর্ব্ব লেঙ্খত্তুনা সিংহাসন্দৈ
হায়রক্ই-তপ্ন-হৌনা চীং লেম্না,
'তাবিয়ু মরোল্ তরামরিমক্কী
হিংচা শাগৈ কোক্লেন্ লুহূপ্ উপ্পশিং !
দানব নিংথৌ বিপ্রচিত্তি পৌলমী
অমৃতৈদমক্ সমুদ্র নৈবা য়াওরুবা
লাই-হিংচাবৈ লান্ফম্ নংলক্নবা
ঙসিগী সভাসিদা লাউথোক্পীনি
থৌরম্ পরেং সভাসিনা খন্ননবা।'
ফম্ফম্দৈ হৌগৎ সভামাঙ্দা থোরক্লে
বিপ্রচিত্তি দানব নিংথৌ অথোইবা
সভা য়েংনা হায়্রক্ই চীং লেম্না
'তাবিয়ু সভা অসিদা তিন্বিরিবা
হিংচা শাগৈগী কোক্থোন্ মণি পূম্বা!
অদুঙৈ ক্ষীরোদ সমুদ্র মপান্দা
করিগীদমক্ লান্ তৌখি লাই-হিংচাবা
খঙ্বিরে খ্বায়না হায়দ্রবসু হন্না,
সমুদ্র নৈখি লাই-হিংচাবা পূন্না
লাইনা হৌদুনা অমৃত ফংনবা,
সমুদ্র নৈবদা ফংলক্পা পোৎ পূম্বা
য়েন্নফম্ থোক্ই লাই-হিংচাবা চপ্-মান্ননা;
ফংলক্পা পূম্বা পূম্নমক্ লৌখি লাইনা-
লৈমন্ চন্নাইদ্রবা পারিজাৎ লৈরাং

য়ৌনীংব'ফম্ য়ৌঙম্বা ঐরাবত শামু,
মপা নৈত' য়াঙ্‌ল' উচ্চৈশ্রবা শগোল্,
লৌখি পৃম্বা লাইগী নিংথৌ ইন্দ্রনা;
কৌস্তভ মণি লক্ষ্মী লৌখি বিষ্ণুনা,
অমৃততবু পাম্বনা য়েৎলুদে ঐখোয়
পাঙ্গল্ থেক্লা হন্না হন্না নৈর' তুংদা
ঈরোম্নুংদৈ থোরক্‌খি ধন্বন্তরী
অমৃত চফু কোক্‌থোং নারদুনা,
ধন্বন্তরী খুত্তে লৌখি ঐখোয়্‌না
অমৃত চফু ঐখোয়গী হক্ ওইনা,
লাইসু তান্নরি মখোয়গী হক্লি হায়না,
অমৃত মুন্নবৈদমক্ লাই-হিংচাবা
লান্থিনরম্‌দাই মতম্‌দা, শক্লোন্ পুবা
বিষ্ণুনা ফজবী নুপী মোহিনী ওই -
লাক্লে, চঙ্‌লক্লে, শুম্বৎলে ঐখোয় পৃম্বা
পীথোক্লুরে অমৃত য়েন্নবা
ইল্লুদরে গুরুগী য়াথং অহক্‌পা
খল্‌হৌদরে মুন্না লাইশিংগী লৌনম্ ।
মোহিনীনা য়েল্লি অমৃত অদো
লাইশিংদতা থুংই হিংচাবা য়ৌদে।
লাই শাদুনা অমৃত থক্লুবা রাহু
মঙক্ কক্‌খি বিষ্ণুগী চক্রনা;
অমৃত মুন্নবৈ তমথীর' লান্দুদা
মায়থীরে হিংচাবা পূম্নমক্ থীনা,
তান্থোরক্লে স্বর্গদগী লোয়না।
মুল্‌হৌরে লাইনা ঐখোয়' নৈজ' পৃম্বা
লৈবাক্, সিংহাসন্, লম্পুম্, হী-য়াই পৃম্বা,
মুল্‌হৌরে ঙম্মা ঐখোয়গী হক্ ফাওবা ।
ঐখোয়গী হক্ অমৃত লাইদগী মুন্‌বা
ঐখোয়গী লৈফম্ স্বর্গ অমুক্ হন্দোক্‌পা
ঐখোয়গী ইথৌনি তৌফম্ থোক্লবা;

দৈত্য দানব গুরু শুক্রচার্য্যনা
পুথোক্পীরে তপস্যা শক্তিনা
'সঞ্জিবনি' দৈত্যশিংগী দমক্তা,
শ্রীগুরুদেবগী থৌজাল্তনা
অতৎপা লৈতনা হোৎনদুনা
বিজ্ঞান্গী পাম্বেনা পুথোক্লবা
দানব ময়াসুরনা শেম্-শারবা
মী-লাইনা থিংঙমদ্রবা খুৎলাই কয়া
পাল্হন্নীংবা মফম্দা পান্বা ঙম্বা
য়ৌহন্নীংবা মফম্দা য়ৌবা ঙম্বা
কাপ্পা, হুন্বা, লংবা-থাবা য়ারবা
মৈগী, ঈশিংগী, নুংশিৎকী খুৎলাই কয়া
ঐনা থাজৈ ঐখোয়গী লৈরে ব্রাত্তনা;
পাঙ্গল্লবা পাথৌ লৈরে মতীক্চানা
খঞ্জে-মতম্ চারে লমন্ খুম্বে লান্
মাঙ্খ্রবা ঐখোয়' হক্ তান্নবগী লান্ ;
খন্নবিসি, লেপ্পুবিসি সভানা
স্বর্গদা লান্দানবা অরেপ্পা মতম্
হঙ্গৎপীনি সভাদা অঙম্বা শক্তি
লৌবিগনি সভানা লেঙ্দবা ব্রারেপ্ ।'
বিপ্রচিত্তি লেঙ্শিন্খ্রে আসন্ থক্তা ।।
হৌগৎলক্ই সম্বর, হরপুর মবুঙো !
সভা য়েংনা হায়রক্ই-'তাবিয়ো !
তিন্বিরিবা দৈত্য-দানব নিংথৌ পূম্বা !
লাইশিংবু তাম্থোক্তুনা ঐখোয়গী হক্
স্বর্গগী সিংহাসন্, অমৃত লৌবা
হিংচা-পৃম্বে তঙাইফদ' থৌদাংনি,
খ্বাই পূম্বনা য়ানরবা ব্রাফম্নি ।
গুরুগী থৌজাল্না লৈরে সঞ্জিবনি
কিনিঙাই লৈত্রে শিনি হায়বগী ;
'দুবু হঙ্গচরি-য়েক্লফাও শোল্লবা

লৌফদে তরাই-তরাই ঐখোয়না,
লাইগী পাঙ্গল্, লাইগী খুৎলাইগী শক্তি
খঙ্দোক্ তাই মুন্না গুপ্তচর থাদুনা :
'সিমসু খন্নবীয়ু দৈত্য সভানা,
মীচঙ্ য়াম্বনা লান্দা লেপ্পা জয় ওই
দৈত্য-দানব ঐখোই' মীচঙ্সু থিবা তাই
লাইশিংগীদি চহি কয়াই মাঙ্দগী
খোম্খ্রে মখোই' মীচঙ্ মীওইবা লত্তংগী
হিরন্য-বৃত্তগী লান্দগী হৌনা
হিংচাবৈই খুত্তা মায়্থীর' লাইশিংনা
মর্ত্যদা লাঞ্জেন্নখি মীওইবশিং লত্তা
খরনা লৈহৌই অদুদা খুন্দাদুনা
খরনা শন্দোক্খি মীওইবা লত্তা
চাদা-নাউদা চারৌ-মৌরৌনদুনা।
লাইগী বংশদা পোক্লবা মীওইবা
লাইগী মীচঙ্ ওইখি হিংচাবৈ মায়োত্তা;
লাইনা হাৎপা ঙম্দ্রবা হিংচাবা কয়া
হাৎখি মীনা লাইগী মীচঙ্ ওইদুনা।
কুট-নিটি হৈরবা লাইশিংনি,
হায়জবদা ইকাইদবা মখোয়নি ;
মখোয়গী ভেদ-নিটি ঐখোয়লত্তা
কয়ারক্ হন্না উবিশ্নবনি খ্বায়না।।
ঐখোয়সু হিংচাবা দৈত্য-দানব
মর্ত্যগী মীরত্তা মীচঙ্ খোম্বা
খুন্দা লৈতা-চাদা নাউদা শন্দোক্পা
তঙাই ফদবনি খঞ্জে ঐহাক্না।
লাইশিংগী লত্তা মোত মান্নদনবা
করম্বা নিটি, শাজৎনা করম্বা
খন্নবিয়ু মীথোই-মীহেন্বা পূম্বা
শোল্লবা য়েক্লফাও খন্ফদে তরাইনা ।।'
হরপুর মবুঙো ফম্থখ্রে আসন্দা ।

হৌগৎলক্‌ই তামুজি ভদ্রাশ্ব ঙাক্‌পা-
সভা য়েংনা হায়্‌জরক্‌ই-'তাবিসি
তিন্‌বিরিবা দৈত্য-দানব লুচিং পূম্বা !
অচুম্বনি নিংথৌরেন্‌ সম্বরগী ৱা,
মীওইবা লক্তা মীচঙ্‌ খোম্লনবা
খুন্দা লৈতা, চাদা-নাউদা শন্দোক্লবা
থাবা হৌখ্রে ঐগীদি কাঙ্‌বু-কাঙ্‌বু,
মর্ত্তগী লম্‌ নোংপোক্‌থং চিদাইরোম্‌দা।
অমৃত স্বর্গ ঐখোয়গী হক্লি,
হক্কীদমক্‌ লাইবু তান্থোক্‌পা ইথৌনি,
হক্কী লান্দা লৈজবা পূম্বা খ্বায়গীনি;
খুজু-খুৎলাই লাম্মীগী দমক্তদি
ৱাবিনু, ঐগী লৈজরিবা সিতনা
ঙম্‌গনি তান্থোক্‌পা লাইপূম্‌ ইথন্তনা,
নীংশিংবিয়ু পৃথ্বি থক্‌-থক্‌ নীক্‌হন্‌খিবা
পূক্লীংগুম্‌ য়াঙ্‌ল' মশা পান্দ'পাইঙম্বা,
গন্ধর্বৈর্ব শগোল্‌ ভদ্রাশ্বদা পোক্লবা
শগোল্‌ খুনাম্‌তনা স্বর্গ লম্‌দম্‌ পূম্বা
খুরক্‌-হাঙ্‌দ-কুপ্‌হন্‌ লাইপূম্‌ নেৎকায়ঙম্বা
কাউবিনু তামুজী ঐগী শগোল্‌ লাম্মী
লেপ্লিয়ু নুমিৎ, লান্দানবা পূংফম্‌ ।'
ফম্‌থখরে তামুজি আসন্‌ থক্তা ।
হৌগৎলক্‌ই হামুৱাই, সুমের নিংথৌ
হায়রক্‌ই লূম্লবা লেম্ল' খোঞ্জেল্‌না,
'তাবীয়ু সভাসিদা লেঙ্‌শিন্‌বিরিবা
দৈত্য-দানবশিংগী কোক্‌থোন্‌ মণি পূম্বা !
অচুম্বনি, ঐখোই'হক্‌ তান্‌গদবনি,
অমৃত,স্বর্গে সিংহাসন্‌ ঐখোই'হক্‌নি ;
সুমের ঐগী চূং, তাবাক্‌ পায়বা লাম্মী,
লান্‌ফম্‌দা কোয়না চৎপা লান্‌বন্নি
য়েক্ল' তম্মা চঙ্‌শিন্‌বা লান্দাবা লান্‌বন্‌

য়েক্লবৈ থাঙ্-তেন্-তা চঙ্দবা লান্বন্
অসুর, আসিরিয়াগী লাম্মীগা লোয়ননা
তক্শিল্লক্কনি স্বর্গ নোংচুপ্ লোম্দগী ;
মরু ফংনা মাঙ্হন্নি লাইগী লাম্মী
মশীং থীঙম্দ্রবা সুমের লাম্মী মাঙ্দা
ইন্দ্র কয়া, পুরগুর, জিউ কয়া
লান্ফম্দগী কায়দুনা চেন্খিবা
উবিশ্ববনি কয়ারক্ মমাঙৈদা।
দৈত্য পূম্বা কুম্মৈ য়েংবিয়ু নুঙাইনা
লাম্হেংনজগে লাই পূম্বা ইথন্নতা;
লেপ্পীসি সভানা লান্দাবা নুমিৎ
পূংফম্ ক্ষেন্ফম্ লৈজরে ঐদি শেম্-শানা ।।'
অসুর বানিপাল্ সারগন্গা লোয়ননা,
হায়্জরক্ই সভাদা লেপ্খত্তুনা-
'আসিরি-অসুর ঙাইজরি য়াথংতা
লান্দানবা স্বর্গ- মশীং লাক্ঙম্দ্রবা
অসুর আসিরি শগোল্ লাম্মী মাঙ্দা
কয়: কুইনা খাঙ্বা ঙম্মি য়েক্লবনা।'
মখা তারক্ই হরিবর্ষৈ থোন্দুমান্-
''চাংশাং নাপোম্-নাপোম্মুক্ চাউরবা
শুক্ল-মল্লবা নোংগী পরেংগুল্লবা
হরিবর্ষৈ শামু মশীং থীঙম্দ্রবা,
ঐরাবত লীশিং-লীশিং থেংনঙল্লবা
লৈজরে হিংচাবৈ হক্ তান্নবা
নেৎখায়হঞ্জগে লাইগী লাম্মী পূম্বা
য়াথং পীনবীরো অপূন্বা সভানা ।'
নোংশিল্লক্ই লঙ্কা নিংথৌ মাল্যবান্-
'লঙ্কা ঐগী দলাই অপাইবী, মিকুপ্তা
স্বর্গ য়ৌঙম্বা,কূপ্লগে স্বর্গে ' তিয়া
কাপ্থ-লংথদুনা মৈগী খুৎলাই
চাক্থেল্লগে স্বর্গ পূম্বা উং ওইনা,

থৌদাবীরো সভানা লমন্ খুম্মবা ।।'
হঙ্গচৈ কুশদ্বিপ্ মবুঙো ঘোরাসুর,
'মশীং লাক্ঙমদ্র' কুশদ্বিপ্কী ঈশিংলাম্মী
য়াথং ঙাইজরি স্বর্গদা লান্দানবা
মশীং লাক্ঙমদ্রবা হিজাউ কয়ানা
সমুদ্র ঈরম্ তরেৎনুংদা লৈবা
দৈত্য-দানব-অসুর লৈবাক্ পুন্নদৈ
লৈজরে হোল্লক্কবা খুজু-খুৎলাই
অচা-অথক্ খুৎলাই পায়বা লাম্মী
য়াথংদা পীবিয়ু, উৎ ওইহঞ্জগে স্বর্গ ।'
ক্ষীর সমুদ্র তোবর্বান্দা থেংনখিবা
অমৃত মুন্নবৈ লান্ হক্থেংননা
য়াওখিবা শোনিত্পুর মবুঙো বান্
হঙ্গৎলক্ই সভা য়েংনা চীংলেম্মা-
'লমন্ খুম্মীংবন' ওম্চাক্কর' ঐনি
মশীং লাক্ঙমদ্রবা ঐগী লাম্মী
মতীং লৈরবা খুৎলাই পায়রবা
ঙাইজরী সভাগী য়াথং লান্দানবা ।
অরোন্বা পাউমী পাউদৈ ঐনা খঙ্জৈ-
অমৃতৈ ময়াইনা মথোই কারবা লাই
হবাউ-তয়াম্ জগোয় ঈশৈদা লূপ্লী,
স্বর্গৈ নন্দন্ কানন্ অমরাবতী কোনুং
অপ্সরাশিংগী নোপুর খোঞ্জেল্না
গন্ধবর্ব তুম্বুরুগী পুংগী পুংখোল্না
পুম্মিন্ নিল্লি,অমৃতগী নেশানা
লাইয়াম্ পুম্বা ব্রাম্হরী, লাইনিংথৌ ইন্দ্র
কাউখ্রে মাগী বজ্র, কোল্লীং কারে
শীজন্নদবনা-হায়্নৈ মথৌ হল্লে
নারায়ন্গী সুদর্শন্ চক্র ফাওবা;
হক্ তান্বগী লান্ তাননবা মতম্
তাঞ্জা চপ্ চারে-স্বর্গদা লান্দাবা

অদুবু নীংশিংবিয়ু সম্বরগী ৱা-
তরাইনা খন্‌ফদে শোল্ল' য়েক্লু'-ফাও-
অরোন্‌বা গুপ্তচর থাবিদুনা থুনা
খঙ্‌বিগনি লাইশিংগী অচেংবা পৃম্বা,
লাইশিংগী লক্তা মচোই-মচোই তানবা
পায়্‌খৎখি-থৌরাং মঙ্গল্‌ কয়াম্‌ ওইরবা,
মর্ত্ত্যগী মীরক্তা হিংচাবৈ মীচঙ্‌
কয়া য়াম্না লৈরবা য়েংশিন্‌বীবা;
ক্ষীর সমুদ্র মপান্দা থেংনখিবা
হিংচাবা পৃম্বা মায়থীবা পীখিধা
ইন্দ্রগী বজ্র, নারায়ন্‌গী সুদর্শন্‌,
লাম্বা ওম্বা খুৎলাই কয়াম্‌ লৈরবা
পৃম্নমক্‌ য়েংশিন্‌ খোৎচিন্‌বীরবতুং
লেপ্লীগনি সভানা পূংফম্‌ ক্ষেন্‌ফম্‌
স্বর্গ লৈবাক্‌ লান্দানবা ঐখোয়্‌না,
পৃম্নমক্‌শি' থক্তা দৈত্য নিংথৌরেন্‌
পাতাল্‌ মরোল্‌ তরেৎকী মবুঙো
ক্ষীর সমুদ্র মপান্‌ অমৃত মুন্নবৈ লান্‌
হক্‌থেংননা য়ান্নখিবা বলি মহারাজ,
মাগী ৱা তাবা চুম্মী খঞ্জে ঐনা
লাইগী থক্তা লান্দাদ্রিবঁগে মাঙ্‌দা।।'
ৱারম্‌ পুম্বা নৈনর' তানর' তুংদা
বৃষপর্ব্ব নিংথৌ সিংহাসন্দে হৌগৎনা
হঙ্গচৈ সভাদা গুরু শুক্র য়েংদুনা-
'ৱারম্‌ পৃম্বা লোইনা তাবিরে গুরুদেব
করি করম্‌ তৌবা তাই-তাক্‌পীগনি
গুরুগী য়াথং অশুম্‌ ফৈ হায়্‌বা অদো।'
দৈত্য গুরু শুক্রাচার্য্য ফম্ফম্‌দৈ হৌগৎ
সভা য়েংনা হায়্‌রক্‌ই য়াম্না চীং লেম্না-
'হিংচা শাগৈগী কোক্‌থোন্‌ মণি পৃম্বা !

অচুম্বনি বান্ বাজা সম্বর্গা ৱা
মীচঙ্ খোম্বা, য়েক্লবা নাইতোম্ তাহন্বা,
শোল্ল' য়েক্ল' ফাও তরাই-তরাই খন্দবা,
অচুম্বা রাজনিতিনি য়েক্লৈ গুণ খঙ্বা।
হরাউ-তয়াম্ লম্ভ ফিভম্ তাউনা লৈরিবঙৈ
লাইশিংসিনা চেক্শিন্ থৌরাং তৌদ্রিবঙৈ
তাঞ্জা চপ্ চারবনি লান্দাবা মতম্;
নোংজু-থা লোইখিবা শরত ঋতু হৌরক্পা
পাৎ তুরেন্ ঈশিং থন্ খোঙ্গং লৈকং থা
মহৈয় মরোং চুম্লক্পা লান্ যাত্রা তৌবা তাই
খুৎলাই ৱাৎত্রে, লান্ পাম্বা ঙাক্তা ঙায়রে;
লৌরুরো পাতাল্ নিংথৌরেন্ বলি য়াথং
মর্ত্তে মীওইবৈ নিংথৌরেন্ যযাতি
হোৎননি ঐনা লাইগী মীচঙ্ চঙ্দনবা
ইন্দ্র তম্হোক্ লেপ্পা জয় তৌনি স্বর্গ ।।'

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'দানব সভা' কৌবা মঙাশুবা মতাং ।*

# ৬ শুবা মতাং

ব্রহ্মাগী মচা দেবর্ষি নারদ
অতিয়াই লক্ষ্মী' অপন্ লৈত' চৎলিবা
পৃক্লীংগুম্ য়াঙ্' য়ৌনীংমফম্ য়ৌরিবা,
বিনা খুত্তা পায় 'নারাযন' শোন্দুনা
বৈকুন্ঠগী লক্ষ্মীরোম্দা লাক্পদা,
উখি, থেংনখি দৈত্য-দানব কয়া
অপাইবা দলাই তোংদুনা চৎনখিবা
লক্ষ্মীদা থৈনৈ দৈত্য রাজ বান্ নিংথৌ।
ভক্তি তৌই ঋষিদা দৈত্য নিংথৌ
'খুরুম্জরি দেবর্ষি কদায়দৈ কদোম্দা ?'
'মঙ্গল্ ওইয়ু দৈত্য নিংথৌ বান্ রাজা
সুমেরুদৈনি, বৈকুণ্ঠ চৎলুগে;
নিংথৌদি কৈদা চৎলুই, কদোম্দা অমুক্ ?'
'বৃষপর্ব্ব কোনুং দানব সভা য়াওরুই
চৎচরি পাতাল্দা পশ্লৌ বলি নাত্তা ।'
বিদাই লৌরে বান্ রাজা থৌখ্রে দলাই ।
চৎন-চৎনা ৱাখল্ তৌই দেবর্ষি ।
'করি মরম্' দানব সভা, বৃষপর্ব্ব
কোনুংদা, করিগী চৎলি বলি নাত্তা ;
ধ্যান্ তৌই নারদ খঙ্ই দানব ৱাখল্ ,
শোইরোই অমুক্ লাই হিংচাবা লাম্হিনবা ।
হরাউ-কুম্মৈ সুর জগোয়দা লূপ্লিবা
লাই পৃস্বা মায়থিবা ফংব তাই মিকুপ্তা ।'
খন্ন- খন্না নারদ, চৎখ্রে ব্রহ্ম লোত্তা ।

ব্রহ্মলোক্ ব্রহ্মসভাদা ফম্লি ব্রহ্মা
ওইদা থৌগল্ তৌরি সাবিত্রী মাতা,
অঙ্গীং-অশা মান্ন' পৃক্লীং হূবা সভা

নুংশি-লৈনম্-হা, মালঙ্ লিরি হুম্লিবা
নীংবা পৃম্বা থুংলবা সভাদুদা
রাজর্ষি ব্রহ্মর্ষি কয়া কয়ানা
মিৎ উইরুম্ মেঙ্লবা সুর ঝঙ্কার লত্তা,
সোমরস থক্ খুক্উ তান্-থাদুনা
লৈরি, ঙাইরি ব্রহ্মা য়াথং 'ব্রহ্মজ্ঞান্' ।
'নারায়ন্ নারায়ন্' চঙ্শিল্লক্ই নারদ,
'খুরুম্জরি পিতা খুরুম্জরি মাতা ।'
মিৎ পাঙ্থোরক্ই ধ্যান্দা লৃপ্লম্বা ব্রহ্মা,
'মঙ্গল্ ওইয়ু নারদ,-কৈদা চৎলুবা
জগতকী করি করম্বা পাউ লৈবা
ব্রহ্মা ঐগী নাত্তা করিগী লাক্লিবা ?'
'তাবিয়ু হে-পিতা জীব পৃম্বৈই মপু !
চৎচরুই ঐ সুমেরু দক্ষ নাত্তা
হঞ্জরক্ই বৈকুণ্ঠ চৎকে হায়না,
লম্বীদা থেংনৈ শোনিতপুর নিংথৌ বান্
চৎখিবা পাতাল্ নিংথৌরেন্ বলি নাত্তা।
বৃষপর্ব্ব সভাদৈ দৈত্যরাজ কয়া
হল্লক্খিবা বিমান্তোং মরৈবাক্ তম্লা
উজরক্খি, তাজরক্খি ঐহাক্লা
দৈত্য নিংথৌশিং খন্নখি সভাদা
হক্ তান্বা লান্দানবা স্বর্গদা ।
অমরাপুরদি কম্দৌরি তাঞ্জাসিদা;
অমৃত ময়াইনা ঙাওরবা আদিত্য
লাইয়াম্গা লোয়ননা ইন্দ্র পুরন্দর,
অপ্সরাই ঘুঙ্গুরু তুম্বুরু পৃংখোন্দা
সোমরস পেয়ালা খুত্তা পায় মিৎ উইরুম্
ঙাওরি তাউরি, পৃম্মক্ পৃম্কাউ কাউরি
ব্রায়েন্ থৌদা পৃক্নীং চঙ্দ্রে অওম্বা
লৈঙাক্ থৌদাং লৌদ্রে পুরন্দর ইন্দ্র,
দেবগুরু বৃহস্পতি' মব্রা তাদ্রে

লৌমী শিন্মী লান্মী মথৌ তৌদ্রে;
অঙম্বা ফম্নাই ফানাই মবুক্ শেংদ্রে,
স্বর্গগী সিমানা নীংথিনা ঙাক্ত্রে;
সিমানা ঙাক্পা লান্মী অমরাপুরদা,
পুম্নমক্ তাউরে ঈথত্তা ঈরাংদা,
য়েক্নবৈ চোরনা থল্লে কোচিন্ কোয়া
চাত্তনাঙ্বা মহা-মারী হাৎন-থিন্নবা
নোংম-কাংদে স্বর্গে মচি-মচিদা,
কাঙ্বু কাঙ্বু লাউন'-য়েন'-হাৎনবা
রাজপথ লম্বী লম্দাং লুট-পাৎনা থন্
হৌরেল্ হয়েং খঙ্দ্রবা লৈইতাদ্রবা
হিংবগী মমল্ লৈত্রবা লাইরৈবাক্,
অচম্বা লাই প্রজা লৈঙম্দ্রে তঙ্ তানা,
শোয়্রোই স্বর্গ অৱাবা তানি থুনা ;
স্বর্গ, শিবলোক্, ব্রহ্মলোক্, বৈকুণ্ঠগী
অরোন্বা, অফোংবা, খুৎলাই অপুম্বা
লোন্না তম্খ্রে, খঙ্খ্রে হৈখ্রে দানব পুম্বা,
শুক্রাচার্যগী সঞ্জিবনি লৈরবা
দৈত্য-দানব উশিংত্রে জগত অসি।
অপুন্বা লীচিং লৈত্রবা লাইশিংসে
লুচিংবনা বিভুলা চুরবদা
করম্ হিংনি লাইরৈবাক্ হিংচা খুত্তা ?
স্বর্গে লাইশিংগী পিতামহ পিতা
থিবীয়ু তাক্পীয়ু শিনবীয়ু উপাই।
স্বর্গসে তুম্না মাঙ্বদৈ কন্নবা ।।'
য়াথংবিরক্ই পিতামহ ব্রহ্মা,
'উম্ খঙ্লে ঐ নারদ, নঙ্গী ৱা
তারে-উরে-খঙ্লে দৈত্য-দানবকী ৱা
থিংবা ঙম্লোই কাল্গী চক্র লৈয়্রিবা
কনাসু মান্নবা লৈরোই মতম্ চুপ্পা,
শোয়দনা থোক্কনি অহোংবা অওন্বা ।

চৎলু থুনা য়াঙ্না বৈকুণ্ঠ তম্না,
লম্বীদা হায়রম্মু বৃহস্পতি লাউ হায়না,
হঙ্গৎলু লক্ষ্মী পতি শ্রী হরিদা
থিন্দনা শিব-সতী মেলন্গী ৱা
মদুতনা কোক্হন্নি অৱা-অনা
লৈহন্নি জগত পূম্বা চান্ন-চিন্না ;
জগতসে তুম্গনি সতীনা মাঙ্বদা ।
লোয়ননা কৈলাসকী মবুঙো শঙ্কর
পায়খৎপীনবা থবক্ থৌরম্ কয়া
থোক্তনবা লাঞ্জাও মাঙ্-তাক্ন' ওইরবা
জগততা শান্তি লেঙ্দনা থম্নবা ।'
'নয়াথং ফিগাও শানা য়াজরি পিতা'
খুরুম্লে নারদ-'নারায়ন্ নারায়ন্'
চৎখ্রে বিনা ঝংকার আকাশকী লম্বীদা ।
থীন্দনা থুংলরে দেব গুরু
নুংশা মপী ফুয়্না হোন্ হমাং শন্দোই কা
শক্তম্মি লৈইত্তাদনা পাখৎলবা,
পরপ্ পরপ্ চঙ্শিন্ খুরু খুদক্ কুন্
হঙ্গৈচে-'খুরুম্জরি পিতা মহ !
লাক্চবনি ঐহাক্ ব্রহ্মলোক্ তম্না
লম্বীদা থেংনৈ নারদ তাজৈ নয়াথং,
তাবিয়্ হঙ্গচ্চগে স্বর্গগী ফিভম্-
উপদ্রপ্না পিক্ থম্লে স্বর্গ লম্দম্
থোক্লদৌ থৌদোক্কী শোয়্দ্রবা খুদম্ ।
য়েক্লবা দৈত্য-দানব চোরনা ৱাই চাইরে
লৈঙাক্ সাসন্ মথৌ হল্লে কোন্থীং কারে,
রাজপথ নীংথিনা ঙাক্ত্রে খুদোং থীরে,
গুরু শিষ্য ব্যবহার থক্শি খাসি লৈত্রে,
অখঙ্-অহৈ মৱা লৌদ্রে তায়োন্নরে,
মচি মচিদা খুৎশেম্গী চাক্তনাং
মচি মচিদা কাঙ্বু কাঙ্বুগী সাসন্

লমতূপ্ খুদীং কাঙ্‌বু কাঙ্‌বুগী খাজনা
লমদাং খুদীং তোঙান্‌বা আইন-কানুন্
স্বর্গ লম্‌দম্ লাইরৈবাক্ সিমত্তদা
লাইনিংথৌ ইন্দ্রগী সাসন্না কদাইদা ?
অউবা উদবা মপান্‌গী মনুংগী
তোঙান্ তোঙান্‌বা সাসন্ কয়া চলাইরি;
সাসন্ ময়াম্‌সিগী অওক্ অথোংদা
লাই প্রজা চমম্নরে, জ্ঞান্ পূম্মাং মাঙ্‌লে
আদিত্য নিংথৌ ইন্দ্র বিভুলা চুরে
মাগী য়াথং কনানা ইল্লি খঙ্‌দরে ।
লাইগী গুরু ঐগী ব্রা মনাদা হাপ্‌ত্রে ।
থীন্দনা স্বর্গ তাখ্রনি হিংচা' খুত্তা ।
বৃষপর্ব্ব কোনুংদা দৈত্যগী সভা
দৈত্য-দানবকী ব্রারেপ্ শুক্রগী ব্রা
পূম্নমক্ তারে খঙ্‌লে গুপ্তচরদগী;
থীন্দনা লাইয়াম্ অব্রাবা তারনি
পৃথ্বি শান্তি কায়রনি রিতি নিতি
যাগ যজ্ঞ মুৎ মথৈ লৈত' ব্রারনি ।
ঈরাংদা লাইজুরবা মথৌ খঙ্‌দ্রবা
মশীংঘা য়াওদ্রবা মব্রা চৎপিদ্রবা
লাইশিং অসিনা করম্ কন্নি স্বর্গ ?
স্বর্গ লম্‌দম্ কন্ জগত শান্তি থম্নবা
যাগ যজ্ঞ কায়্‌দ' রিতি নিতি ঙাক্লবা
তাক্‌পীয়ু ইবুধৌ করি করম্ তৌরগা
লাইগী লুচিংবা বিভুলাদৈ কোক্কনি,
লৈঙাক্ সাসন্ মথৌ করম্ শঙ্‌গনি ?'
'খঙ্‌লে তাও লাইগী গুরু বৃহস্পতি !
থিংবা ঙম্লোই লৈইরিবা চক্র কাল্‌গী
কনাসু মান্নবা লৈরোই মতম্ চুপ্পা,
জগতকী হৌনবী অকা-অকুম্ নাইবা
শোয়দনা থোক্কনি অহোংবা অওন্‌বা

লাইগী নিংথৌ ইন্দ্র অৱাবা তারগতা
বিভুলা কোক্কনি লাই মথৌ শঙ্গনি ।
ময়াই কার’ অমৃত লাই খুত্তগী
যাম্মা থাপ্পা থম্মবা শীল্লু থিন্দনা ।
থৈইদোক্লবা হোৎনৌ অক্সরাশিং থাপ্পা।
জগতকী মকোক্ ওইবা লুচিংবা অহুম্
ব্রহ্মা ঐ, বিষ্ণু, মহেশ্বর লোয়ননা
খন্নরি জগতকী মঙ্গল্ ওইনবা
মাঙ্তাক্লবা কির’ লাঞ্জাও থোক্তনবা ।
শুক্রগী সঞ্জিবনি মন্ত্র অসিনা
হিংচাবশিং মথৌ শঙ্ মথোই কাবনি,
লাইশিংসু সঞ্জিবনি মন্ত্র হৈরদি
হিংচাবা মথৌহন্ জগত শান্তি ওইনি ।
চৎলু থুনা, থাখো নঙ্গী নচা কচ
শুক্রদৈ সঞ্জিবনি মন্ত্র তম্মনবা ।।’

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী ‘লাইগী থৌরাং’ কৌবা তরুকশুবা মতাংগী ‘সঞ্জিবনি তম্বা চৎপা’ কৌবা অহানবা শরুক ।*

## ৬ (২)

লাইয়াম্ থৌদা মতুংইন্ মপাই য়াথং ঙাক্তুনা
দেবগুরু মচা কচ হিংচাবা-দানব লৈবাক্তা
চঙ্লক্লি তপ্পা তপ্পা অশিবৈ খায়াৎ চঙ্গুম্না ।
মমা লৈবাক্কী মক্তা, লাইয়াম্' স্বার্থ ঙাক্লনবা
থরায় ফাওবা কখোক্লবা লাইগুরু মচা কচ,
স্বর্গ ঙম্খৈ লান্খরে অন্তরিক্ষ' লোন্নবা
য়ৌরক্লে য়েক্লবা দানব বৃষপর্ব্ব লৈবাক্ ।
ঙম্খৈ ঙাক্পা দানব লাম্মীনা চেক্শিন্না ঙাক্লি ।
দানব লৈবাক্ হেক্ চঙ্বা তরাই তরাইবা নত্তে।
ঙম্খৈবু লান্শিন্খ্রবা উপাই অমদি লৈরে।
লাই দানবকী য়েক্লবনি-কচ লাই অমনি,
য়েক্লবৈই লমদা চঙ্দবা য়াদে-তঞ্জই ফদে ।
লমতৃপ্ খুদীং য়েংশিল্লিবা অচূম্বা লম্বীসিদা
দানব কোনুং য়ৌবা ওইথোক্ত্রে শুকওই ওইথোক্ত্রে ।
থিরক্ই অতোপ্পা অরোনবা লম্বী চীং মান্ ফাওনা-
বন্-জঙ্গল্, তুরেল্ কয়া লান্ হেমকূট-হিমবান্ চীংয়াংলোম্দা
অমুকসু থিরুই চৈত্ররথ, বৈভ্রাজ, নন্দন বন্ লোম্দা ।
অন্তরিক্ষে চিদাইদা গন্ধমাদন্ নাপোম্দা
বৃষপর্ব্ব লৈবাক্কী দানব নিংথৌ কোনুংনি;
তমথীরবা চীংলম্বী নৃংতনা শৌ শারবা
উন্তনা কৃপ্লবা মায়গৈ শলাই খঙ্দবা,
নোংলৈ নুংশিৎ লেপ্তুবা উ-রা কয়া তেক্লিবা
লেন্তনা হৈথরিবা চীংমায় চীংমায় কীন্থরিবা,
লৈরম্বা লম্বী মাঙ্লিবা লানঙম্দ্রবা ঈরম্ ওইরিবা,
শুক্ল -লম্খঙ্দ্রবা জঙ্গল্ তিংখং তুম্বৌনা থল্লবা
লম্দাং কয়া চৎ ঈচেল্ কল্লবী তুরেল কয়া লান্
চৎলুই থিরুই লম্বী কয়া দানব লৈবাক য়ৌনবা ;
থির-থির ঙাওরে চৎল-চৎল লম্মাঙ্নরে,

নুমিৎ শীংবুম্ কয়া হৌখ্রে কচ জ্ঞান্ মাঙ্লক্লে ;
খল্লক্ই, শুক্লবা লম-খঙ্দ্রবা উমং য়ায়দা
লৈতে উপাই অমা কৈলাস মবুঙো শঙ্কর নত্তনা ।
লম্জিংবা য়াওদনা চৎলবা, তোক্কনি লম্মাঙ্নদুনা ;
শুকয়ৌ য়ৌবা নাইররোই চহি চা কয়া কয়া,
খঙ্লরোই লম্বী শিব শঙ্কর মতেং নত্তনা,
চৎখৈ-চৎলুর' হল্লক্লে কচ কৈলাস চীংখোঙ্দা ।।
মানস সরোবর মপান্দা লৈঙোই শেত্তা মথত্তা
তপস্যা তৌনা ফম্খরে যজ্ঞ হোম্ তৌদুনা
অফংবা হৈ-লৈ কত্তুনা তৌরক্লে শিব পুজা,
শোল্লক্লে তোয়না তোয়না কৌরক্লে হন্না হন্না
'ওঁ নম শিবায় ঃ ওঁ নম শিবায়ঃ নমঃ
জীবৈই মপু ওইরগা ভিক্ষা পাত্র পায়রিবা,
মহাদেব নীলকণ্ঠ হূবু হরাওনা থক্ঙম্বা,
শেম্বা ঙাক্পা থুগাইবা দেবতা পূম্বে দেবতা
মফম 'মদৈ লেঙ্দবা মফম পূম্বা শীন্থুংবা
জগত্তা নুমিৎকুম্ ঙাল্লিবা মঙ্গল্ পীন' বিধাতা
হে ভগবন্ মহেশ্বর ! ভুত পূম্বগী নিংথৌরেন্
জগতকী মঙ্গল্ শীল্লিবা অশেম্বা মপুগী অশেম্বা !
ব্রহ্মগী মশক্ ওইরিবা চঙ্জরি শঙ্কর নঙোন্দা,
স্বর্গে লাইয়াম য়াইফনবা চৎচরি ঐ দানব লত্তা,
জগতকী মঙ্গল পীবিবা মনাইবু চানবীবা
লম্খঙ্দ্রবা পূম্বগী লম্জিং মৈরা ওইরিবা
দর্শন্ ফংনীং' নহাক্কী লাক্চবনি কৈলাস চীংদা
পীনবীয়ু দরশন্ লম্জীংবিয়ু ঐবু তোল্লবা
নঙ্না লম্জীংবিদ্রবা গতি লৈতে ঐহাক্কী ;
ওঁ নম শিবায়ঃ ওঁ নম শিবায়ঃ নমঃ' ।''
নীংজরক্ই পূক্নীংনা শোঞ্জরক্ই চিন্বান্না,
লাইগী গুরু মচা কচ পুক্নীং হক্চাং লোয়্ননা
শঙ্কর মিংলেন্ শোঞ্জবা শিব মাবু কৌজবা
খোম্থাং নাইনা মিংলেন্দো পুরক্লি হুম্মোইবা ব্যোম্না

অলকানন্দ মপান্দা শিব মাগী নাকোংদা ।
শকহেন্‌বা শিব , চান্নবী সতী ৱাখল্‌না ঊং
নুংশি থস্মোই ৱামৈ চাক্ চৎলি পল্লেপ্‌ফম্ খঙ্‌দ
কৈলাস চীংগোন্ লান্দুনা অলকানন্দ মপান্দা
অচীক্‌পা হৈকোন্-লৈকোন্দা লৈরি কোয়চৎ চত্তুনা;
ৱাখল্‌না ঊংলি মহাদেব করি তৌনি চমম্মৈ,
কৈলাস চীংগোন উমং ৱামং চীংপাৎ তুরেন্দা
তত্তনা উরিবা নক্‌শিল্লুরগা হেক্ লোৎখিবা,
সতী মাবু তান্নবা অলকানন্দ য়ৌরক্লে;
কোয়্‌চৎ চৎলি, য়েংলি, লোৎখ্রবরা ঈচেল্‌নুংদা ।।
নুংঙোল্লবা পৃক্লীংনি লাঙ্‌তক্লবা ৱাখল্‌নি,
তারে সতী মাগী স্বয়ংবর নুমিৎ লেপ্‌খরে;
সতীনা হায়্‌জরক্‌পা মপাওখোল্‌সু তাখরে
উরে স্বর্গগী লম্বেল্ খুদীংদা আকাশ ফাওনা
মর্ত্তগী মায়গৈদা পাতাল্ লৈবাক্ ফাও য়ৌনা
কাতু কারল্ চৎলিবা দক্ষ মনাই বার্ত্তণ্ পূবা;
ফংনখরে স্বর্গৈই লাই পৃম্বা স্বয়ংবর বাত্তণ্
য়াওদ্রে ফংদবা মর্ত্তে নিংথৌ পাতাল্ দৈত্য-দানব
অথোইবা যোগী ঋষি মুণি চীং ! পাৎ তুরেল্ ফাওবা
শঙ্কর মাতদি ফংদ্রি বার্ত্তণ্ ঙসি ফাওবা,
কৈলাস ফাওদুনা চৎখিবা বার্ত্তণ্ পুবা খুদীং
হংখি তত্তনা য়াওরক্‌পরা শঙ্কর মাগী বার্ত্তণ্,
য়েন্নীংথা তোক্তুনা ওলাং নোংজুথা লাল্লগা
শরত ঋতু লোইরক্‌পা হেমন্তনা চঙ্‌লক্‌পা
হৈরাঙ্‌না হৈজীং ফারক্‌পা মহৈয় মরোং চূম্লক্‌পা
নিংথম্ কাম্বী চঙ্‌দ্রিগৈ নুঙাইরবা মতম্‌দা
পান্‌খৎলক্‌পা থাজগী তরানিথোইনি পান্‌বদা
থাবল্‌না কবোক্ পোক্‌প 'তম্ কক্‌চেং চৎপা উবদা
সতী কৌবী মহাক্কী স্বয়ংবর নুমিৎনি।
নুমিৎনা নক্‌শিল্লক্‌পগা লাঙ্‌তক্লবা হেল্লক্লি
দক্ষে বার্ত্তণ্‌দি ফংদরি সতীনা শোয়্‌ফদে হায়রক্লি ।

করিগুম্ বার্ত্তণ্ ফংদ্রবা চৎকদরা চৎলোইদরা ?
লেপ্‌ফম্ খঙ্‌দ্রি স্বয়ংবর য়াওগদরা য়াওরোইদ্রা ?
সতী মাগী মপাওখোল্ শোয়বা য়াদে হায়বদি
উচেক্ ব্রায়ানা পুরক্লি মালঙ্‌বনা তম্লরি
লৈচিল্ পাউ য়ৌরক্লি নাকোংদা তত্তনা য়ৈররি;
থঙ্গোং পাউজেল্ লেপ্তুরি হন্না হন্না তম্লরি
বিনা ঝংকার লোয়্‌ননা দেবর্ষিনা তম্লরি
বার্ত্তণ্ ফংদ্রসু চৎকদরা করম্ তৌবা তাবগে ?
চয়েৎনবা ব্রাখল্‌নি খাঙ্‌ঙমদ্রবা ফিভম্‌নি
ব্রাখল্ পোৎলুম্ পুঙম্‌দা চীংগোন্ জঙ্গল্ কোয়বনি ।
অলকানন্দ মপান্দা সতীনা মিত্তে লোৎখিবা
লাইজনুংদা লূপখিবা কৈদনো খল্লিঙৈ তাঞ্জা
তাখি, মাগী মিংলেন্ কৌরক্‌পা ওঁ নম শিবায়ঃ
খল্লুই অহান্‌বদা সতীনা মাবু কৌরক্‌পরা ?
মায়্‌গৈ মরি কোয়্‌না য়েংই সতীদি অদুম্ লোৎখরে
অনিশুবা খোন্থাংনা তাক্লে সতীগী খোঞ্জেল্ নত্তে ।
ব্রাখল্‌গী মঙ্‌লান্ কায়রে খোঞ্জেল্ মতুং ইল্লক্লে ।
থীন্দনা য়ৌরক্লে শঙ্কর মানস সরোবর মপান্দা,
যজ্ঞ কুণ্ড নাত্তনা লেপ্ পেন্‌বী হৈবা মহাদেব
মোমোন্ নোক্লা হায়রক্‌ই-'হায়য়ু কচ লাইগুরু মচা !
করি পাম্বা লৈবগে, পেল্লে ঐ নঙ্‌গী তপস্যা' ।'
মমিৎ খংপাঙ্ পাঙ্ হায়্‌জৈ মখোঙ্ শোক্ল-খুরুমদুনা
'চান্‌বী হৈবা ভোলানাথ থৌজাল্ লন্‌কু পীবিবা
স্বর্গৈই শান্তি ওইনবা লাইয়াম্‌গী য়াইফনবা
লাইয়াম্ সভা থৌদা ইন্ গুরু য়াথং পুদুনা
চৎচরি ঐ বৃষপর্ব্ব দৈত্য নিংথৌ লৈবাক্তা
গুরু শুক্রাচার্য্য নাক্'সঞ্জিবনি' তম্লবা
অচুম্বা লম্বীদা ওইথোক্ত্রে দানব লৈবাক্ য়ৌবা
য়েক্লবনা খঙ্‌দনা য়েক্ল' লৈবাক্ য়ৌনবা
লম্বী থিবা ফংদরে লম্বী লম্মাংনরুরে
লম্‌জিংবীয়ু ঐহাক্‌পু লম্‌জিং ' অমা পীবিয়ু।

*থবক্ মঙ্গল্ ওইজবা থৌজাল্ নরল্ কুবয় ।'*
'ওইরসনু মদুমক্', থৌজান্‌বিরে ভোলানাথ
মনাই নন্দি কৌদুনা য়াথংবীরে লম্‌জিংনবা ।
শিবনা পীবা লম্‌জিংবগা লোয়নদুনা কচ
খোঙ্‌শাল্লে অমুক্ হন্না দৈত্য লৈবাক্ তম্‌দুনা
শিব মনাই পাউতাক্ ইন্ ফিজেৎ হোংলে মশক্ ত্লে কচ
ব্রহ্মচারী ফিজোন্নী চম্ন ফজ শক্তম্‌নি ।
সনা ফুদোংল ' কুচু রাসি লৈবা মায়্‌থোং
নাকন্দা কোবের্বক্ য়েপ্পুনা চৎলি কাইদ-কাইদা ।
কাম্ কৌবা লাইদুগী মশক হোংদ, শায়োল্লা ?
মথোক্ কারক্লিবীশিংগী থম্মোই হূদবা য়াওবরা ?
গন্ধ মাদন্ বন্ শম্লক্লে দানঘ লৈবাক্ য়ৌরক্লে
অথিংবা লৈতনা কনা খঙ্‌দনা চঙ্‌লক্লে ;
বন্ জঙ্গল্ কয়া ফাও' দানব কোনুং তম্লক্লে ।
নুমিৎ তাখ্রে থেঙ্‌লে, অহিংগী অহান্‌বা য়ুথক্তা।
বৃষপর্ব কোনুং ব্রাংমা রম্য বন্ অমদা,
কচ মাবু থনল্লে, শিব মনাই হন্‌খরে ।
রম্য বন্ পোত্থাশঙ্‌দা মতোম্মতা লৈহৌরে ।
লম্‌শাঙ্ লাক্‌পা ব্রারবা চোক্‌থরবা গুরু মচা
হৈনম্ লৈনম্ হারবা পোত্থাশঙ্ মাঙ্গোন্দা
কোবের্বক্ মোন্‌খাঙ্‌না-ব্রাখল্ তৌরি হিপ্ন-হিপ্না,
করি করম্ তৌশিবা ? ব্রাখল্ তৌরি হায়্‌বতনি
চোক্‌থরবা গুরু মচা অনিশুবা য়ুথক্ লাল্লক্‌পদা
তপ্না-তপ্না নিঙাইদনা খোম্‌লেন্ তূম্‌খুন্ তান্‌খরে ।
নিদ্রা কৌবী' মহাক্না তপ্ন-তপ্না নান্‌বীরে
নিদ্রাই শুক্ষৎ খূৎন-শোক্ গুরু মচা তেখরে
অব্রা অনা কাউখরে অকি অখং লৈখিদ্রে;
য়েক্লবৈই লম্নি নীংশিংদ্রে করিগী লাক্লি কাউখরে,
কচ পূংশুম্ শুক্ষৎলে নুঙাইবা মঙ্‌লান্দা তাউখরে ।।

*সিদা লোইবে দক্ষ যজ্ঞগী 'লাইগী থৌরাং' কৌবা তরুকশুবা মতাংগী 'মহাদেব বর' কৌবা অনিশুবা শরুক*

## ৬ (৩)

বৃষপৰ্ব্ব কোনুং নোংঙান্বুং য়ৈরক্লে, নোংঙাল্লে,
অছেবনা য়াকৈরোল্ শক্ নিংথেম্ মিকপ্ থোক্লে ।
নিংথৌনা মিকপ্ থোক্পগা কোনুং মনুং ইনিন্ নিল্লে ।
কোম্ফৌ ফুরা নুংদগী অঙান্বনা শাথৌরক্লে
অহিং কৌবী লাইরেম্বী ' অমুবা ফিজং হাইদোক্খ্রে
নিদ্রা কৌবী লাইরেম্বী' নাউশুম্ ময়াই চম্খরে
অচীক্পসু লোৎখরে জগত পূম্বা পূম্নিন্ নিল্লে ।
অয়ুক্কী লৈরাং শাৎকায়্রে উচেক্ ৱায়া ঈশৈ শক্লে
জগত অসে অমুক্ হিংলে মফম্ পূম্বা লেঙ্ লেঙ্ চৎলে
অহিংবা জীব পূম্বা মাগী মাগী মথৌ পায়্নখ্রে ।
ব্ৰহ্ম মুহূর্ত্তদা হৌগত্তুনা দৈত্য গুরু শুক্র
আকাশ গঙ্গা লাইজদা প্রাতস্নান্ লাঙ্লি গুরু,
গুরুগী মচানুপী অমত্তা পোক্পী দেবযানী
মমা লৈজদবী, মপাদা নাউথী শাজবী
মচানা নীংবা থুংনবা গুরুনা তৌদ' লৈত্রবী
অনম্ কন্বী, লম্কেৎ-লম্হাইবী, রাশি লৈবী
ঈন্খৎলক্পা মতম্ ওইবনা তিন্কি-লাইকিদবী
খ্বাই' মান্নদ' থৌনা ফবী অনীংবা থিংঙম্দবী,
মচাগী অপাম্বনা মপাগী অপাম্বা ওইবী
মচাগী অনীংবনা মপাগী অনীংবা ওইবী
শক্হেন্বী, ইকাই খঙ্দবী, মরৈ কন্বী দেবযানী
অয়ুক্ ঙন্না হৌদুনা ঈরু মায়্তা ফিশেং শেৎ
থোরক্লে লৈশু হেক্পা পুজাই পোৎলম্ থিনবা ।
লৈ হেক্ল হেক্লা য়ৌরক্লে কোনুং ৱাংমা রম্যবন্
নুমিৎ খুদীং হৌনশা লাক্ই অয়ুক্ বন্সিদা,
পোত্থাশঙ্ নাক্কী পুখ্রিদৈ হেক্ই থম্বাল্ অমমম্
মপা ইবুঙো দৈত্য গুরুগী পুজাগী দমক্ ।
পোত্থাশঙ্ মাঙ্গোল্ মচিদা থম্লগা লৈগী য়েন্দাই
নিঙাইবা লৈত পুখ্রী কুম্ হেক্লুরে থম্বাল্ অমা

থম্বাল্ খুত্তা পায়্ পুন্থীদৈ লাক্ই লৈ য়েন্দাই তম্না,
'ইঃ করিনো সিদে ?' উখি পোত্থাশঙ্ মাঙ্গোন্দা
অতিয়াগী থাজনা লৈমায় থক্তা তারক্কুম্
উরুরে শক্হেন্বা পাখঙ্ কুচুনা সনা ফূদোংবা,
নিঙাইবা লৈত তুম্নিবা পোত্থাশঙ্ মাঙ্গোল মচিদা ।
উবমত্তা দেবযানী থম্মোই মিহুল্ দং দং
মিৎফম্ হোংবা ঙম্খিদে খল্লুই কনা ওইরিগবা ?
লম্সিগী মীদি মান্দে, মাগী থৱাইমিদি ফাখরে,
লাইরেন্ মমিৎ উরুবদা পঙ্থবগুম্ উরুবা মী
উচিখোইনা ঙংবদা মিনা পূম্পঙ্ পঙ্থগুম্
লেঙ্খিদরে দেবযানী গুরু মচা শক্হেন্বী,
জ্ঞান্ মাঙ্গুম্ চপ্লেপ্' মিৎফম্ হোংদনা লৈখরে ,
মখুত্তা থম্বাল্ পায় উরিবদুদা পুক্নীং লূপ্
অতৈ পূম্বা লোইনা কাউ, লেপ্পুনা লৈখি লেঙ্দনা ;
কাউখ্রে মপাগী পুজা, কাউখ্রে লৈ থিবা লাক্পা,
কাউখ্রে মশা ফাওবা লেপ্পুনা লেরিবরা ?
অশাবা মূর্ত্তিগুম্ মিৎফম্ হোংদ তুমিন্ লেপ্লি ।
অতৈ নুমিৎকা মান্নদে দেবযানী ঙসিদি
উখ্রে মিৎয়েং কয়া মাবু পাম্জবা দানব পাখঙ্ কয়াগী
থারক্খ্রে ব্রাহ্মতেন্ খ্বাংনৌবা ঋষি মচা কয়াগী
উখ্রে নুংশি মিৎয়েং নিংথৌ নিংথৌ মচা কয়াগী
শুক্মান্ মান্নদে ঙসিগীসিগা, কনা মত্তা
ঙম্খিদে, দেবযানী মাগী থম্মোই য়ৌরুবা ।
মাগী চাউথোক্ক ' থম্মোইনা ঙসিতবু ঙাইরম্লিববা !
ঙসিদি, উবতদা শক্খঙ্দবা লম্লান্বা
থম্মোই কাচিন্ য়ৌখরে দেবযানী করিনো ?
'কনাবু ওইরিগবা ওম্মোক্না নীংথিজৈদা '
খঙ্খিদ্রে দেবযানী কয়া কুইনা লেপ্-লৈখিবা ?
দেবযানী লৈনম্ পুরবা মালঙ্বনা থেংবদা
মিকপ্ থোক্কে কচ মমিৎ নোইর নোইরদুনা
উরে মাঙ্দা লেপ্লবী থম্বাল্ পায়্বী সনাই মুত্তি

অচোৎপা ফিজোন্না হক্‌চাং -নপ্ হক্‌চাং কায়াৎ নীংথিবী,
'ঙরাঙ্‌দি লৈহৌদে কদাইদৈ, কমদৌনা ঙসি
স্বৰ্গগী লাইরেম্বীরা, মায়ারা দানবকী ?
ঐগী পুন্‌সিদা ঙসফাও উখিদ্রি শুক্ ফজা, মুর্ত্তি
থম্মোই হূনা নীংথিজৈ পৃক্লীং ব্রাখল্ চিংসিল্লি
কনা ওইরিগবা-কনাগী ওইরম্‌গবা ?''
মুন্না য়েংলি মিৎচান্নরি, -মুর্ত্তি মিৎস্না লেঙ্‌লক্লে,
হৃমাং শন্দোই কারবা মুর্ত্তি মিৎস্না লৈয়দা য়েং,
লৈরি হন্দোক্‌সি হন্‌ঙম্‌দ চঙ্‌শিন্‌শি চঙ্‌ঙম্‌দা ।
লৌশিং হান্না তারবা কচ, হায়রক্‌ই তপ্না মেঙ্‌না
'তারিবরা ইবেম্মা তীংদা য়াঙ্‌দা ফজবী !
পম্মৌ কনাই মচানো, লাইবক্ ফবা কনাগী?
ঐনি কচ হায়বদো দেবগুরু বৃহস্পতি
ঐবু পোক্‌পা পম্মৌনি,লাক্‌চরি ঐ স্বৰ্গদগী,
দানব লৈবাক্ অসিদা, গুরু শুক্রে শিষ্য ওই
ইহৈ ইশিং তম্‌জগে দৈত্য গুরু মকাইতাম্
য়ৌহন্‌বিয়ুবা ঐহাক্‌পু গুরুগী মরান্‌য়ায়দা।''
হক্‌চাং তনিক্ তনিক্ নুংশা মপী ফুয়না হোন্
মিৎস্না অনি লৈয়দ-য়েং খোঙ্‌বীনা লৈমায়দ-তক্,
হায়রক্‌ই তপ্না মেঙ্‌না-'দৈত্য গুরু শুক্রাচাৰ্য্য
ঐবু পোক্‌পা পম্মৌনি,- দেবযানী ঐহাক্লি
লেঙ্‌বিশি ইরান্‌য়াইদা পম্মৌ গুরু মকাইদা '

তুংথা-মাঙ্‌থা চৎখরে গুরু মরান্ তম্‌দুনা ।
আকাশ গঙ্গাদগী হল্লক্লম্লে শুক্রাচাৰ্য্য
প্ৰাত স্নান্ লোইরগা সবিতা মায়রোং য়াব-তুং
তর্পন্ কৎলে ঈশিং খুজোক্, হল্লক্লগা মরান্‌য়াইদা,
যজ্ঞ মৈ হৌগৎল' ঙাইরম্মী পুজাগী পোৎলম্
লৈ-শু,থম্বাল্,তিংথৌ মচানুপীনা পুরক্‌পা;
চঙ্‌লক্‌ই দেবযানী খুরুম্লিবা কচ খুদোম্বী থিন্
পিতৃদেব ! মহাক্ কচনি,দেবগুরু বৃহস্পতি মচা

লাক্‌চরি পন্থৌ নাত্তা থুংহ ন্‌বিয়ু মানা নীংবা ।'
গুরুদা খুরুম্‌দুনা হায়জৈ কচ-' হে পুক্‌চেল্‌ চাউরবা !
মহর্ষি অঙ্গিরাগী মশুনি ঐসি,বৃহস্পতিনা পোক্‌পা,
কচ ঐগী মিংনি ওইহনবিয়ু ঐবুগুরুগী শিষ্য
লৈজগে চহি লিশীং চৃপ্পা গুরুদেবগী নাত্তা
লৈজগে ব্রহ্মচার্য্য ব্রত তৌ' গুরুগী আশ্রম্‌দা ।।''
মচানুপীগী ইঙ্গিত্‌ খঙ্‌ হায়রক্‌ই গুরু শুক্রনা,--
'' কচ! মঙ্গল ওইয়ু, নুঙাইরে নঙ্‌না লাক্‌পসে
ঐসু য়ারে নঙ্‌না হায়বা নঙ্‌বু বিদ্যা তম্বিগে
নুংশিবিবা য়াই ঐঘু,-ওইরসনু অদুম্মা ।'
গুরু শুক্র য়াথং ইন্‌ লৌপ্লে কচ ব্রহ্মচার্য্য ব্রত ।
লৌশিং চাউবা কচনি হৈশিংলবা লাই মচা
খঙ্‌খি ইরায় লায়না দেবযানীনা পেল্লবা
মহৈয় য়াল্লে মাগী থবক্‌ পাঙ্‌ঙম্মি লাইয়াম্‌ থৌদা ।
মশক্‌ মতৌ ফজবা, কুচু হেন্‌বা, রাশি লৈবা,
রাহৈ খোন্‌ফম্‌ নীংথিবা, লমচৎ-ব্যবহার চঙ্‌খোন্‌বা,
কচ কৌবা মহাত্মা, গুরুনা চান্‌বীননবা
শক্‌হেন্‌বী দেবযানী ইঙ্গিত্‌ মতুং ইন্না
নুমিৎ খুদীং ঈশৈশক্‌, বিনাখোং, জগোই শা,
নুমিৎ খুদীং লৈশু থি, উহৈ রাহৈ হেক্‌, পাখোন্‌চৎ
সেবা পূম্বা কায়দনা দেবযানীবু পেল্‌হন্‌খি;
অশুম্মা দেবযানী পূক্লীং কচদা পূংলুপ্‌ লুপখি ।
কুমারী ওইরিবী দেবযানী কচবু য়াওদ্রবা
চাবা থক্‌পা খোয়দাদে, কচবু উদনা
ঙাইহাক্তুফাও লৈঙম্‌দে, কচগী মিৎয়েং নায়েং
শাজৎ রাঙাংনা, খঞ্জখি মাগী ওইরে কচ ।
অচীক্‌পদা ঈশৈ ঙং, রাখল্‌ ফুরা শাজখি ।
কচসু খঙ্‌খি মঙ্গল্‌ ওইরে মাগী শিন্থা ।
কাউবা লৈতে লাইয়াম্‌ থৌদা নীংবা লেপ্তে লাইগী মঙ্গল্‌ ।
দেবযানীসু ময়েক্‌ য়াওদ'ঈশৈঙং লাঙ্‌খি হেক্তা

সেবা লাংবা - ব্রত তৌরিবা কচ পেন্ননবা ।
অশুম্না হৌখি চহি মঙা দৈত্য গুরু আশ্রম্দা ।।

চৈরক্সিদা গুরু শুক্র দানবশিংগী য়াইফনবা
শোয়্দনা থোক্লদৌবা লাই - হিংচাবা লান্‌শিদা,
মর্ত্তগী মীওইবনা লাইগী মীচঙ্ চঙ্দনবা,
দানব সভা ঝারেপ্ ইন্ হিংচাবৈ মীচঙ্ ওইনবা,
বৃষপৰ্ব্ব মচানুপী রাজকুমারী শর্ম্মিস্থা,
হায়নীংঙাই লৈতনা ফজবী কলা পুম্বা হৈরবী,
থবক্ ঙম্বী লৌশিংবী জগত পুম্বনা কল্লক্লিবী
মর্ত্তগী নিংথৌরেন্ থাজবা তাই যযাতিদা,
মীওইবা লক্তনা অথোইবা মশক্ মতৌ ফজবা
লান্দা লাম্বা লৈতবা পাখঙ্ মথোন্ কারক্পা
মরোল্ অহুম্গী নিংথৌরেন্ নহুষনা পোক্পা ;
ঝামাঙ্ য়ান্‌খি, পাউ থাখি, ঝা হৌদোক্খি গুরুনা
যযাতি মশামক্তনা, মৃগয়াই খোঙ্চৎ অমদা,
হাইফেৎ উখি শৰ্ম্মিষ্ঠা রম্য বন্ অমদা;
মশক্ উ-মগুণ্ তাবদা পুক্লীং ইরাং হৌরবা
যযাতি নিংথৌরেন্ হরাউনা থারক্খি রাজগুরু
বৃষপৰ্ব্ব কোনুংদা ঝারোই পোৎকা লোয়ননা;
অফবা ক্ষেন্‌ফম্ লুহোং খোংদোং নুমিৎ অদুতা
মঙায়রে লেপ্লগদবা; শক্হেন্‌বী শৰ্ম্মিষ্ঠা
রম্য বন্দা উখিবা নিংথৌরেন্ যযাতিদা
কখোক্চখি থঝায় হক্চাং নীংজখি মাতনা
মপুরোইবনি মাগী -ঙাইনরি লাঙ্তক্লনা ।।

তাঞ্জাশিদা অশোম্দা বৃষপৰ্ব্ব লৈবাক্তা,
দানবশিংনা খঙ্লক্লে কচগী খুজিন্ থৌরাং,
লাইশিংগী য়েক্লবা শাউরবা দানবশিংনা
কচ থৌরাং সঞ্জিবনি তম্বা ওইথোক্তনবা,
গুরু কন্যা দেবযানীগী মিৎয়েং নায়েং কল্লক্পনা,
কচবু হাৎকে নীংদুনা লৈখি তাঞ্জা ঙাইদুনা

দেবযানী গুরু খঙ্‌দা-উদ মফম্‌দা ।
নোংমা কচ অচিক্‌পা বন্দা ষণ্ শেল্লস্মী মথন্তা।
খুৎলাই পায়বা দানব পাখণ্ড্ লাক্‌খি মফম্‌দুদা
হংলখি মঙোন্দা 'নঙ্ কনানো ?' খুম্‌খি মানা,
'ঐ কচনি বৃহস্পতি মচানি ।' মদু তাবদা
খুদক্তা হাৎখি মাবু, কক্‌খি মতুপ্ মতুপ্
পীজখি শদুম্‌শিংদো মখোয়না পুরক্‌পা হুয়শিংদা ।
দানব কাঙ্‌বু অদুদা য়াওরক্‌ই গুরুগী শিষ্য
দেবযানীদা খোয়্‌দাবা। ঐগী হক্ শীংনরক্‌পা
চাক্লুক্তা খুজাই থাংজিল্লক্‌পা শাউরোইদ্‌বা য়াওবরা ?

শেন্‌বিনবা য়াওদ্রবা ষণশিং ষণ্‌গারক্‌পা মতম্‌দা
হল্লক্‌খি ময়ুমদা চোইনা চোইনা কচ য়াওদা
উরবদা ষণ ঙাক্তা হল্লক্‌পা, থেঙ্‌ল ফাওবা,
কচ লাক্ত্রবদা, নুংশা থীরবী দেবযানী
ইকায় ইকি ব্রাংম-লান্ হায়খি গুরু শুক্রদা -
'বাবা ! নুমিৎসু তাখরে হৌবিরো যজ্ঞগী হোম্,
ষণ্ শেন্‌বা য়াওদ' ষণ্‌গারক্লে কচ হৌজিক্‌ফাও লাক্ত্রে ;
শোয়দনা হাৎলস্মনি মাবু, কনা ওইনি খঙ্‌দ্রে ;
কচ শিরম্লবা ঙম্লোই ঐদি হিংদুনা লৈবা,
কচ উদ' লৈবা ঙম্লোই, অচৃম্বনি ঐনা হায়জরিবা ।'
হায়খি গুরু শুক্রনা-' শিগ্রবসু কচ অদো ইবেম্মা !
সিদা লাউ হায়না কৌবদা লাকহন্‌গে হিংদুনা ।'
হায়না হায়না শুক্রনা সঞ্জিবনি বিদ্যা শীজিন্নদুনা
কচবু কৌরক্‌ই 'লাউ হায়্‌না', বিদ্যাসিগী শক্তিনা
হুয়পৃম্বগী মবুক্ হোগায়দুনা থোরক্‌খি কচ
মপোপ্ ইকায় কায়দনা মায়থোং মকা লাম্না
থুংলরে মফম্ অদুদা । হংখি দেবযানীনা -
'কচ ! করিগীনো ঙাস অশুক য়াম্না থীল্লক্লিবা ? '
কচনা খুম্‌খি- 'ঙসি ঐদি শিকয়েদো ইবেম্মা !
যজ্ঞগী শীং, উহৈ ব্রাহৈ পুদুনা লাক্‌পা মতম্‌দা

ব্বারদুনা পোত্থাই, বট পান্বী অমগী মখোঙ্দা ;
ষণশিংসু ঐগা লোয়ননা পোত্থাদুনা লৈরম্মী উইদুনা,
মতম্দুদা অসুরশিং লাক্খি, হৎখি ঐবু কনানো ?
ঐনা খুম্খি ' ঐ কচনি বৃহস্পতিগী মচানি,
ব্বাসি হেক্ তাবগা মখোয়না ঐবু হাত্তুনা
মতৃপ্ মতৃপ্ কক্লগা হুয়শিংদা পীজরম্লগা
হন্খি ময়ুম্ ময়ুম্দা। ইবেম্মা অদুগী তুংদা
ভৃগু বংশগী অথোইবা নঙ্বু পোক্পা পূকচেল্ চাওরবা
গুরুদেব শুক্রাচার্য্যনা সঞ্জিবনি বিদ্যা শীজিন্না
ঐবু হেক্ কৌরক্পদা হিংগৎলত্তুনা লাক্লিসিনি ননাত্তা ।'

'সিগী তুংদা নোংমা-দেবযানীনা পাখোন্ শীখি -
'কচ ! ঐগীদমক্ লৈ থর থিবিরু বন্দা। '
দেবযানী য়াথং ইন্ চৎখি বন্দা লৈ থিবা ।
মাবু উবা অমুক্ হিংনা শাউরবা দানবশিংনা
খুদত্তা মাবু হাৎ মতৃপ্ মতৃপ্ কক্ লংথখি সমুদ্রদা ।
কচ কুইনা হল্লক্ত্রবদা দেবযানী হায়খি গুরুদা
'কচদু হল্লক্তবা কুইরে বাবা' শুক্রনা কৌরক্খি
সঞ্জিবনি, বিদ্যা শীজিন্না -কচ হল্লকখি হান্নগুম্
তৌন্লে পাউ দেবযানী, 'শিদুনা লৈরুরে সমুদ্র ঈনুংদা ।'
দানবশিংনা উরে অমুক্ কচ হিংদুনা হল্লক্পা;
'লাইগী গুপ্তচরসে গুরুগী শিষ্য শারিবা
গুরুনা লুনা তৌবনা ঐখোয়না হাৎল' ফাওবা
হিংগৎহল্লে হঞ্জিন্ হঞ্জিন্, হন্দক্তি হিংগৎহন্বা
য়াদনবা তৌরসি' । ব্বারেপ্নখি দানব পূন্বা ।
তাঞ্জা হেক্ ফংবগা হাত্তোক্লে কচ অমুক্ হন্না
মৈ থাদোক্লে কচগী অশিবা হকচাং-লৌরে উৎ;
য়ুদা য়ান্শিল্লে উৎতু - য়ুদো কচগী উৎ য়াল্লবা
লান্শিল্লে গুরুদা থক্নবা; য়ুদো থক্খ্রে শুক্রনা ।
সন্ধ্যা য়ৌশিল্লক্লে শেনবীনবা য়াওদ' ষণ্গারক্লে
চিংনরবী দেবযানী মপাদা হায্জরক্লে -

'বাবা ! হায়বা ইল্লবা কচ হায়বা শিষ্যদো
লৈ থিবা চৎখিদৈ হল্লক্তে হৌজিক্‌ফাও মশক্ উদ্রে
হাৎখিরম্বা তারে শোয়দনা তম্‌থীরবশিংদুনা ।
কচ য়াওদনা ঐহাক্তি মিকুপ্'মতা হিংবা ঙম্লোই,
অচুম্বনি ঐনা হায়জবা ঐ লৈবা ঙম্‌জরোই ।'
মচাবু নুংশিজবা গুরু মচাগী মতৌ য়েংঙম্‌দা
সঞ্জিবনি বিদ্যা শীজিন্ন-কচ মাবু কৌবদা
খঙ্‌লে মহাক্ লৈরে হায়বা মাগী মবুক্ মনুংদা ।
হায়খি মচানুপীদা- 'দেবযানী ! ঙসিদি
মীচম্ অমগুম্ শিখ্রে কচ, ঐনা হেক্ হেক্ হিংগৎহন্‌বনি
সঞ্জিবনি বিদ্যানা-অদুবু অসুরশিংনা
হাৎখ্রে অমুক্ হন্না, নঙ্‌সু ঐসু খঙ্‌দনা
নঙ্ ঝাগনু কপ্‌কনু, নঙ্‌গুম্বী জ্ঞান লৈবী নুপীনা
শিখ্রবগীদমক্ খক্ ঝানদে; নঙ্‌গী শক্তি জ্ঞান্‌না
উপাসনা তৌরিবনি নঙ্‌বু জগত পূম্বনা ।
ব্রহ্মণ মচাদুবু হ্থিংহন্দুনা থম্বা ওইথোক্তে
ঐনা হিংহল্লবসু অমুক্ হাৎখিদৌ মরৈরে ।'
মথঝায় শোক্কবী দেবযানী খুম্‌খি কপ্লা কপ্লা
'মহর্ষি অঙ্গিরাগী মশু বৃহস্পতিগী মচা
কচ মহাক্কীদমক্ ঐনা করিগী কপ্লোইদৌরিবা ?
মাদি ব্রহ্মচারীনি, তপস্বীনি, নোম্বা কন্‌বনি,
হৈশিংবনি, ঐনা থম্মোইগী তৃংনফম্নি;
ঐগী নুংশিবৈ তৃংনফম্ ওইখ্রবা মানা চৎখিবা
লম্বী অদুদা ঐসু চৎচখ্রগে অমুক্ পম্ভদনা ।"
মচাগী মতৌ য়েংঙম্‌দ্রে হায়রক্‌ই গুরু শুক্রনা
'চুম্মী ইবেম্মা দেবযানী ! অসুরশিং অসিনা
য়েক্কবা হৌরে ঐঙোন্দা, ঐগী শিষ্য মরাল্ লৈতবা
হন্না হন্না হাৎলি মখোয়্‌না, ঐবু অসুরশিংনা
ব্রাহ্মণ্ ওইহন্নীংদ্রে- ঐনা য়াদবা লমচৎত'
চৎলি মখোয়না নুমিৎচুপ্পা, অসুরশিংসে পুকচেল্ চুম্‌দ্রবা
মখোয়না তৌজবা পাপ্‌কী মহৈয় ফংজরনি মরাইনা

কনাবু চাক্থেক্হন্দবগে ব্রহ্ম হত্যাগী পাপ্পা!
ইপাগী ইবেম্মা হায়য়ু ঐবু করি তৌ হায়্বগে ?
নঙ্না হায়বা অদুতা ঐ শোয়্দনা তৌরগে ।'
অশুম্না থেম্জিল্লগা মচাবু; হংখি কচদা-
'করম্বা লম্বীদা চৎকে হায়না কচ নঙ্না
করম্না হৌজিক্ ফাওবা ঐগী পূক্নুংদা লৈরিবা ? '
সঞ্জিবনি বিদ্যানা হিংগৎহল্লবা কচনা খুমখি -
'ভগবন্ ! ঐবু চান্বীয়ু, হন্না হন্না খুরুম্জরি
মীনা মচা নুংশিবগুম্ নুংশিবীয়ু ঐবু গুরুদেব-
গুরুদেবগী কৃপানা ঐগী স্মৃতি শক্তি মাঙ্দ্রি
শিবা য়ার' অবস্থাদা লৈরফাও, ঐগী তপস্যা লেঙ্দ্রি
অসুরশিংনা ঐবু হাত্তুনা মৈদা থাদোক্খি
ঐগী হক্চাংগী উৎ অদু য়ুদা হাপচিন্দুনা মখোয়্না
গুরুদেবদা পীথক্খ্রবনি । গুরুদেবনা অসুরশিংদা
মায়া অসিবু তশ্বীখ্রে, গুরুদেবগী মায়া মক্না
মান্নরবা অসুরশিংগী মায়া করম' নাম্থোক্' ঙম্নি ঐনা
কচগী পাউখুম্ তারগা থম্মোয় শোক্ন' কপ্লিবী
দেবযানী য়েংদুনা হায়্রক্ই গুরু শুক্রনা-
'ইপাগী ইবেম্মা ! হায়য়ু ঐঙোন্দা করি পাম্বগে ?
নঙ্না হায়বা অদুমক্ ইপা শোয়দনা তৌরগে ।
ইশা ইথন্তা শিজরগা কচ কন্বা য়াগনি
মরম্দি ঐগী পূক্ অসি লেন্খায়বা নত্তনা
ঐগী পূক্নুংদা লৈবা কচ ফংলরোই খক্ উবা ।'
মপাগী ৱা তারগা দেবযানী কপ্লক্লে ওন্ন-থোইনা
হায়্রক্ই হিক্ন-হিক্না - 'বাবা অমদি কচগী
শিবগী অৱাবনা মৈ ওইনা ঐবু চাক্থেক্ননি,
কচ শিরবদা নুঙাইদৌ লৈত্রে ঐ হিংদুনা
বাবা লৈত্রবসু হিংদুনা লৈঙল্লোই ঐ মিকুপ'মতা ।'
মচা নুংশিবনা ঙাওরবা গুরু শুক্রাচার্য্য
অসুরশিংগী ব্যবহারদা শাউরবা দৈত্য গুরু
মওল্ মওল্ খল্লক্ই- ' হৌজিক্ করি তৌবা তাই -

করিগুম্বা কচ শিরবা দেবযানীদি হিংলরোই
দেবযানী লৈত্রবা শুক্র ঐসু হিংলরোই,
লাইদা তম্বীরোই হায়খিবা বিদ্যা তম্বীখিগদ্রা ?
অসুরশিংদা হায়খিবা ৱা ঙাক্করোইদরা ?
অসুরশিংগী অরান্বা লম্চৎনা কায়হল্লে ৱা,
অসুরগী অরান্বা ব্যবহারনা ঙাক্পা ঙম্হন্দ্রে ঐগী ৱা
খল্লক্লে তম্বীখ্রগে লাইদা তম্বীরোইদা বিদ্যা
তম্বীদ্রে ঐ শিবা শোয়দ্রে হিংবা য়াই তম্বীরবা,
ব্রাহ্মণ্না ব্রাহ্মণমচাদা তম্বীবা অকায়্বা লৈতে
গুরুনা শিষ্যদা তম্বীবা অকায়বা লৈতে
তম্বীফম্ থোক্ই শিষ্য অমদা মাগী গুরুনা
তরেৎ - তরা খল্লগা হায়্খি দৈত্য গুরুনা -
'কচ ! নঙ্দি তপস্যাগী সিদ্ধি পূম্বা ফংলবনি
ঐগী শিষ্য নঙোন্দা থোইনা মথৱাই তাখ্রে দেবযানী
নঙ্সে কচগী মশক্ লৌবা ইন্দ্রমক্ নত্তবদি
ফংজরো ঐহাক্কী সঞ্জিবনি বিদ্যা অসি
অদুগা ব্রাহ্মণ্ নত্তনা কনানসু ঐগী পুক্কুংদগী
হিংনা-হিংনা থোরক্পা শুকঙম্ ঙম্লোইদবনি ।
সে লৌজরো ঐগী সঞ্জিবনি বিদ্যা অসি ।
ইবুঙো কচ ! ঐহাক্কা নঙ্বু হিংহল্লবনি
অদুনা পুক্কুংদগী ইচাগুম্ থোরক্তুনা হিংহল্লু ঐবু
গুরুগী মফমদৈ বিদ্যা ফংলগা নহৈ হৈরগা,
নঙ্গী গুরুগী মফম্দা তৌবিমল্ খক্ কাউগনু
ধর্ম্মগী মায়গৈদা যেংদবা খক্ তৌগনু ।।'
বিদ্বান্ ওইরবা কচ সঞ্জিবনি বিদ্যা ফংলদুনা
গুরু মবুক্ হোগায়দুনা লৈচিল্ উন্না তাক্খ্রগা
পুর্নিমা থাজনা ঙাম্থোরক্কুম্ থোরক্লে কচ মপান্দা ।
কচনা উখি - অধ্যাত্মিক্ জ্ঞান্গী মুর্ত্তি ওইবা গুরুদেব
শুক্রাচার্য্য শিদুনা তারল্লে লৈমায় থত্তনা ;
সঞ্জিবনি বিদ্যা শিজিন্ন-গুরুবু কোন্খৎলি কচ,
অদ্গা খুরুম্মী গুরুদেবদা হন্না হন্না ।

সিদ্ধিগা লোয়ননা বিদ্যা ফংজরে হায়না ।
'গুরুদেব ! জ্ঞানী পণ্ডিতনা পঙ্‌ল' শিষ্যৈ নাকোংদা
অমৃতগুম্ থুম্ন' বিদ্যা দান্ তৌরিবা মহাক্তো
খঞ্জে ঐহাক্তি ইপা ইমা মক্তি হায়না,
অদুগুম্বা গুরুগী মঃঙ্‌ননবা তৌজরোই খক্ ঐনা ;
অদুগুম্বা শিষ্যনা গুরুদগী ফংবা বিদ্যানা
জ্ঞানী ওইরগা, তত্ত্ব জ্ঞান্ পীরিবা, বেদ জ্ঞান্
তৃংনফম্ ওইবা গুরুবু নাপন্ তৌনা থৌওইদবা,
মীথোই মীহেন্ শুক্ওই ওইরোই ইহ লোক্তা
পরলোক্তসু নোরোক্ তানি' হায়রক্ই কচনা ।
জ্ঞানী ওইরব' মহাত্মা শুক্রাচার্য্য গুরুনা
য়ু থক্লুবগী দোষনা শিদুনা জ্ঞান্ মাঙ্‌লুবা
শুম্মৎলিঙৈ ঙাওরিঙৈদা কচগী উৎকা লোয়নবা
য়ুবু পীথক্খিবদা ইকাইবনা শাউরবা শুক্রনা
হায়খি ৱাসি ব্রাহ্মণ ওই' পূম্বে কান্ননবা -
'জগতসিদা অপঙ্‌বা বুদ্ধি লৈতবা ব্রাহ্মণা
ঙসি নুমিৎসিদৈ হৌনা ৱাখল্ অমদৈ নত্র-
ভ্রম্ তৌদুনা য়ুবু থক্লুরবা, পাপী ওইরসনু,
ব্রহ্ম ঘাটক্না মান্ননা নিন্দা ফংবা ওইসনু,
ইহলোক্ পরলোক্ অনিমক্তা ওইসনু পাপ্চেন্‌বা,
ব্রাহ্মণ্‌না চৎকদবা নিয়ম্ ঙসি শেম্লবনি ঐনা ।'

সিদ্ধিগা লোয়ননা সঞ্জিবনি বিদ্যা ফংলে
থবক্ মহৈয় য়াল্লে কচ লাইয়াম্ থৌদাং পাঙ্‌থোক্লে
সঞ্জিবনি ফংখরে দানবশিংসু খঙ্খরে-
'হলহন্‌বা য়াদে স্বর্গদা' অসুর পূম্বা তানখ্রে ।
পুন্‌সিচুম্না কৈশুম্শঙ্‌,-অসি থোক্ল' শীনবা তাই ।"
দানব থৌরাং চেৎত্রিঙৈ লাইরৈবাক্তা হন্‌বা তাই ।
কচ মশা চেক্শিঞ্জে খুংলৈ খর থুবা তাই
গুরু বিদায় লৌদুনা তন্না স্বর্গ চৎলম্‌দাই
দেবযানী পাওমেঞ্জে ইকাই ইকি ৱাংম লান্-

'মহর্ষি অঙ্গিরাগী মশু তপস্যা কল্লবা !
নঙ্না অশুক্ কুইনা ঐখোয়গীসিদা লৈবদা
ভক্তিগা লোয়ননা নঙ্গী সেবা তৌজরক্ই ঐনা.
লৃপ্ত্রবনি ঐগী পূক্লীং থব্রায় হক্চাং নঙোন্দা
ঐনা নুংশিজবগুম্ নুংশিবীয়ু ঐবু নঙ্না
ঐসি নঙ্গী ওইহন্বীয়ু শাস্ত্রে নিয়ম্ কায়দনা ।'
থাজরম্দে কচ অশুম্ হায়রক্কনি দেবযানী -
'চাউথোক্কবী মহাক্কী গুরুগী মচা অচান্বীনি
মাবু পেন্নবা হোৎনখিবা ঐগী থবক্ পাঙ্নবনি
করম্ নাম্থোক্লসিগে '-খন্না খন্না হায়্রক্ই-
'নীংথিজরবী নঙ্দি ঐগী পুজা তৌনফম্নি
গুরুদেব শুক্রাচার্য্যগী নুংশিজরবী মচানুপী !
নঙ্গী থৌজাল্তনা শোয়দ-ঙাম্দ লৈরক্পনি
নঙ্দি গুরুগা মান্ননা ইকাই খুম্নফম্ ওইবীনি
হায়রিবা ৱাদু হায়হৈদে অদুম্ তাক্পীনু ঐঙোন্দা ।
'কচ ! নঙ্দি গুরু পুত্রনি মচা নত্তে ইপাগী
ঐগীদি ইক্যায় খুম্নফম্ পুজা তৌনফম্নি নঙ্দি,
হিংচাবনা হন্না হন্না হাৎলুরবা নঙ্বু নুংশিজবনা
থাদোক্ফম্ থোক্ত্রবা প্রেম্গী তৃংনফম্ ওইরবা !
নুংশিজবনা লাঙ্তক্করবী নঙ্গী ভক্ত ওইবী
ইরান্ লৈজদ্রবী ঐবু চুম্দে নঙ্না থাদোক্পীরম্বা
নঙ্গী ভক্তবু কন্বিবা নঙ্গী থবক্কি ধর্ম্ম খঙ্লবা ।'
'দেবযানী ! অদুগুম্ য়াথং চুমদে ঐঙোন্দা পীবিবা
নঙ্দি ঐগী গুরুদগী হেন্না গুরু ওইখ্রবীনি
নঙ্গী থৌজান্না হন্না হন্না শিরবা ঐ হিংলক্পনি,
নঙ্না লৈরম্বা গুরুগী পূক্নুংদা ঐসু লৈরুরবনি
ধর্ম্মগী লম্বীদা নঙ্দি ঐগী ইচে পোক্মিন্নবনি
নঙ্গী থৌজাল্দগী অৱাবা ফংলত্ত্রবা ঐনি
নঙোন্দে বিদায় নিজরি পীনবীয়ু আশির্বাদ ।'
ইকাই ইকি ৱাংম-লান্ হায়জরুবা মহাক্না
থৌওই-ৱাওই তাবিদ্রবী চাউথোক্কবী দেবযানী

খোয়দৌ থীংনা শাউরবী মকন্ঠিনা মরন্ ফোয়রবী
হায়নি হায়রোই খঙ্লক্তে মাদি থম্মোই কায়রবী
মিং ঈ কানা-খোন্ কল্লপ্ হায়রক্ই শাউরংননা-
'দেবগুরু মচা কচ ! ঐবু লৌবিয়ু হায়না
হন্না হন্না হায়জরফাও নঙ্না ঐবু ইম্মোক্লী
মসিগী মহৈয়না ইপাদৈ ফংখিবা সঞ্জিবনি
বিদ্যা- মহৈয় থক্ য়াল্লরোইদবনি অমুক্ ।'
নুংশা মপী ফূয়্ন ফূয়না হোন্ লেপ্লী দেবযানী ।
মরম্ চাদনা শাপ্ ফংলবা ব্রারৌ চাউরবা
নুংহন্নবা কচ পাহোম্লি গুরু মচানুপী য়েংনা-
'দেবযানী ! নঙ্দি ঐগী গুরুগী মচানুপীনি
অদুনা ধর্ম্ম থোক্তে হায়না ঐনা য়াদবনি,
অশুক্ কুইনা লৈরক্পসিদা নঙ্না হায়বতা তৌরক্লি ;
হৌজিক্সু ধর্ম্মবু কায়দ্রবা ঐগী থব্রায় নঙ্গীনি
অচুম্বা ধর্ম্মনা য়াবা থবক্তা নঙ্না হায়বদা,
ঐনা য়াখিদবা লৈবরা ঐ খঙ্বা ঙম্দে;
হিরম্সিদদি গুরুনা য়াথং পীদে ইঙ্গিতসু উত্তে ।
অদুগা গুরু মচানুপী নঙ্না ঐবু পাম্দুনা
অদুম্মা শাপ্ তৌরবা ? খঙ্ই ঐ নঙ্না তৌরিসি
অচুম্ অরান্ য়েংদনা ধর্ম্ম অধর্ম্ম খায়দনা
কাম্গী মখা পোন্দুনা তৌরিবনি ঈরাংদুনা,
মদুমক্ ফংদবা ওইসনু নঙ্সু মতাং চানা,
অশেংবা ঋষিগী মচানা নঙ্বু বিবাহ তৌদবা
ওইসনু মপোক্সিমা,নঙ্না ঐঙোন্দা তৌবা শাপ্
মদুসু ওইসনু অশেংবা, বিদ্যাসিগী মহৈয়
ফংজগনি মখোয় অদুনা ঐনা তম্বীখিবা ।'
হায়রম্লগা ব্রাসি চৎখি কচ থুনা য়াঙ্না,
মশক্ লোত্তুনা চৎখিবা কচ খুদোংথীবা পূম্বা
লাম্মোক্তুনা য়ৌখ্রে স্বর্গ লম্দম্, ওক্খ্রে তরাম্ তরাম্
লাইয়াম্মা, হরাউরবা ইন্দ্র নচিংবা লাইশিংন্না
তম্খি শরুক্ কচদা যজ্ঞ খুদীং মখোয়না ফংবা ।

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লাইগী থৌরাং' কৌবা তরুকশুবা*
*মতাংগী 'সঞ্জিবনি ফংবা' কৌবা অহুমশুবা শরুক ।*

## ৬ (৩)

স্বর্গে মচি মচিদা লাল্‌হৌ' উপদ্রপ্‌ থল্লক্‌প
ঙমখৈদা লান্দাবক্‌পা খুৎলাই লংশিল্লক্‌প।
অবোন্‌বা মশক্‌ লোৎপা য়েক্ল' খুৎলাই লোয়ন..
লোন্ন-থূপ্না চঙ্‌শিল্লক্‌ থোক্‌হল্লি মীশি মীন।
লাইগী ঙম্‌খৈ লাল্মী কযা মায়থিদুনা চেন্নবে
লাইগী লুচিংবা কয়া লোন্না লোন্না হাৎচিল্লক্লে
হিংচাবগী গুপ্তচবনা খুবক্‌ হাঙ্‌দনা লৈবক্লে
লাইগী অফবা খুৎলাই কয়া লোন্না লোন্না যোম্থোক্লে,
য়ুগী নেশানা ঙাওববা লাইনা যেক্লবগী গুপ্তচবদা
অকুবা অবোন্‌বা পাউ কযা হালেংদ্রে পীথোক্‌পদা,
মশিংঘা য়াওদ্রবা লাই লাল্মী মাযগৈ পূম্‌'দা মাযথীবে,
লাই' কোনুং অম্রাপুব ব্রাংমদা লাই সাসন্‌ লৈতবে,
খুৎলাই পাযবা কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু লীংখৎখ্রে লৈনূং সাসন্‌
মপান্‌গী যেক্লবনা মতেঙ্‌ পাংলি লৈনূং সাসন্‌,
লাই প্রজা তঙ্‌ তাদ্রে কবস্বা সাসন্‌ ইন্নি খঙ্‌দ্রে,
অচম্বা লাইগী পুনসি হোবেল্‌ হযেং খঙ্‌দবে
হৌজিক্‌ থোক্‌খিবা হোবেল্‌ হল্লক্কদবা খঙ্‌দবে,
যুম্‌দা লৈনা লৈনা লাই পূম্বা থবক্‌ হুন্নবে,
ব্রহ্মলোক্‌, মর্ত্তলোক্‌, বৈকুণ্ঠ, কৈলাসকী লম্বী
ললোন্‌ ইতিকী হিগী হিবম্‌ ঈশিং কংফাল্‌ লম্বী
কনাসু ঙম্মদ্রে চনীংতানা ঈংনা চৎপা;
লুট পাৎ, হরান্‌ চিল্হি থল্লে দাকু দাকাতিনা,
লম্‌তুপ্‌ খুদীং খাজনা কাঙ্গৎ থিবদা লোইবে ব্রাবনা,
মর্ত্তদৈ লাক্‌পাগ, লাইগী যজমান্‌ মীশিংনা থাবক্‌পা
পোৎলম্‌ কয়া, সনা লুপা হিবা মণি মুক্তা,
ফি-বোন্‌ চিঞ্জাক্‌ মনা-মশীং উহৈ ব্রাহৈ কয়া,
লৌখ্রে লম্বী লম্‌খাঙ্‌দা হিংচাবশিংনা মুন্দুনা,
লম্বেল্‌ ঙাক্‌পা লাই লাল্মী লৈবে কৈসু তৌদনা
য়ৌরক্ত্রে লাইবৈবাক্‌, লাইগী লম্থুম্‌ মযেং তাবক্লে

লল্লোন্‌বা লাই কয়া লক্ষ্মীসিদা চৎপা ঙম্‌দ্রে।
লৌ-উবা লাই কয়া লৌবুক্‌ ফাও চৎপা ঙম্মদ্রে,
হিংচাবৈ উপদ্রপ্‌ কিবনা চখোক্‌ চৎসিন্‌ তৌনদ্রে,
পোৎকী মমল্‌ হেল্লে, তঙাইফদ' পোৎ ফংনদ্রে ।
লাই অঙম্‌ অথৌদি দলাই অপাইবিদা চৎলি ৱাদে।
লাইগী সাসন্‌ উরিবা অমরাবতী কোনুং মঙায়রে।
লাইরৈবাক্কী মফম্‌ অতৈদা হিংচাবশিংনা ওৎপনা
মরক্‌ মরক্তা লাইয়াম্‌ ময়ুম্‌ মকৈ থাদোক্‌' চেন্নরে,
বন-জঙ্গল্‌ উমং-ৱামং চীং পাৎ তুরেল্‌ মোংশোং পূম্বা
থল্লে লাঞ্জেন্নবা লাইনা খরনা চৎনখ্রে মর্ত্ত তম্মা ।
অশোম্‌দা হিংচাবৈ অকল্‌-অথৌ নিংথৌ কয়ানা
খুৎলাই চাং য়েংখ্রে লাইরৈবাক্‌ লান্দাদুনা,
স্বর্গ খুদুম্‌ চন্নবা লাইরৈবাক্‌ পূম্‌থু থুগায়নবা
শেম্‌ শাবা লোইখরে লাম্মী মপৈ মপৈ পৈখৎখ্রে ।
লাইরৈবাক্কী মায়কৈ মরিদা খুজু খুৎলাই পায়দুনা
ঙাইরি দানব সভা য়াথং লান্দানবা স্বর্গদা,
ৱাতানখ্রে মখোয় মশেল্‌ স্বর্গ মচেৎ মচেৎ য়েন্ননবা ।
করি তৌরি ইন্দ্র, করি তৌরি লাইয়াম্‌ অসি য়ৌর' ফাওবা ?
মশিংঘা য়াওদ্র' লাই লাম্মী নীহন্নরক্‌ ' অম্রাপুরদা
য়ু, জগোয়শাবীদা ঙাওরম্‌ ইন্দ্র, লৈবাক্কী অৱাবা
খঙ্‌লম্‌দবা লাই অঙম্‌ অথৌ, জ্ঞান তারক্লে মশা মশা
শোক্লক্‌পদা; অগ্নি, বায়ু, বরুন, যম্‌, স্বর্গ কন্ননবা
হোৎনরক্লে; অঙ্গৈংবা, অতপ্পা শান্তি স্বর্গদা লৈরক্ত্রবদা;
লৈবাক্‌ ৱাথোক্‌ ওইরক্‌ ৱার' লাই প্রজানা হৌরক্‌পদা
হোৎনরক্লে কোয়চেন্‌ চেন্‌ ৱাকৎলুরে ব্রহ্মাদা
নিরুরে মতেঙ্‌ কৈলাসতা, হায়জরুই কন্‌বীয়ু বিষ্ণুদা ।
লান্‌ফম্‌ কয়াদা মায়থিরবা ইন্দ্র তৌফম্‌ খঙ্‌দ্রে চমম্লরে
মানা তৌজ কর্ম্মে মহৈয়নি খল্লুবদা নীংঙস্মক্ত্রে,
সঞ্জিবনি বিদ্যা মতেঙ্‌না হিংচাবৈ লাম্মী ময়েং তাদে
লাই লাম্মী লান্‌ফম্‌ খুদীং ময়েং অশুম্‌ অশুম্‌ তারক্লে -
ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবৈ য়াথং 'কচনা হল্লকপা ঙাইয়ু' হায়বা
ঙাইঙম্‌দরে লাঙ্‌তক্লরে কয়া কুইনা ঙাইখিগবা ?

স্বর্গদা কচ লাক্তুনা সঞ্জিবনি বিদ্যা ফংলবদা,
মপাঙ্গল্ মথৌনা হাপ্লবা লাই নিংথৌ দেবেন্দ্র !
খীং খীং লাউর' লাইয়াম্গা হিংচাবা মায়োক্ লাঞ্জংগে
শেম্ শারক্লে স্বর্গদা, খোম্গৎলে লাম্মী খুজু খুৎলাই ।
সঞ্জিবনি বিদ্যা লাইনা ফংখ্রে খঙ্লবা দানব
হেন্না চেক্শিন্ থৌরাং লৌখৎ, পস্থবা য়াদ্রে খল্লক্লি;
লাই হিংচাবগী লান্ অকন্বা লাঞ্জাও ওইগনি,
পৃথ্বি তুম্হন্' ঙম্লবা পৈখৎনরিবা খুৎলাই
কাপ্লরক্লবা অমগা অমগা তুম্গনি জগতসি।
নুংশা থীরে জগতকী মকোক্ ওইবা অহুম্দি
অকন্বা খুৎলাই থিংনবা, শিজিন্নবা তোক্ল' উপাই থি
কৌখ্রে সভা খ্বাইদগী থোইবা -'সুমেরু সভা' ।
সভাদা কৌখি নিংথৌরেন্ অহুমগী মীহুৎ
রাজগুরু বৃহস্পতি, শুক্রাচার্য্য, বশিস্থ ;
চীংলেম্লবা সুমেরু সভানা লৌখি ব্রারেপ্
শীজিন্নরোই হায়না পৃথ্বি পূম্বা মাঙ্হন্ ঙম্বা খুৎলাই
থিংগনি হায়না অনৌবা খুৎলাই শাবা শেম্বা,
হম্বহন্নী মশীং অদুগুম্ খুৎলাই হান্না লৈরবা ।
সুমেরু সভাই অতোপ্-নাকন্ ব্রহ্মা বিষ্ণু তানখি
করম্ থেম্শিবা মহু-চাউর' শিব হিংচাবৈ লাই ওইবা ।
মাতনা খাম্লগা থিংবা ঙম্নি হিংচাবৈ লান্ ।
ব্রহ্মা বিষ্ণু লেপ্লখি থিন্দনা সতী লুহোংবা
শিব শঙ্কর ভগবান্ লাইগী লাই ওইহন্বা।
স্বয়ংবরদি হংচিৎনি বার্ত্তন্দি তৌদে দক্ষিনা,
করম্ তৌরে হায়রগা বার্ত্তন্ ফংদবা শঙ্কর
য়াওহন্গনি স্বয়ংবর ? নারদ কৌরে ব্রহ্মানা-
'লৌরু চৎলু সতীগী অইবা চিঠি পীয়ু ঙসি শঙ্করদা ।'
থীন্দে নারদ, য়ৌরুই দক্ষ কোনুং, পুরক্খি সতীগী চিঠি
পীখি শঙ্কর খুত্তা,-উরবদা সতীগী চিঠি
পুক্লীং পূম্লাঙ্ লাঙ্খি শঙ্কর শোন্না শোন্না থোক্খি-
'স্বয়ংবর সভা মণ্ডপ্কী ম্নথোঙ্ ফাওবদি ।'

## ৬ (৪)

বৃষপর্ব্ব লৈবাক্তা নীংথিনা ঙাক্ শেল্লবা
মায়থিদুনা তোক্কনি লাইয়াম্মা লান্দারুবা,
কচনা হঙ্গচৈ - 'তাবিয়ু লাইনিংথৌ বাসব !
গুরুদেব শুক্রাচার্য্যনা দানব নাক্তা লৈরিখৈ,
লাইনা শুক্ঙম্ ঙম্লোই বৃষপর্ব্ব মায়থী' পীবা;
'সিমসু খঙ্বিয়ু লাইনিংথৌ-গুরুদেব শুক্রনা
মীওইবা পৃথ্বি নিংথৌরেন্ লাম্বা লৈত্রবা যযাতি
দানব মীচঙ্ ওইন্বা বৃষপর্ব্ব মচানুপী
খ্বাইদৈ হেন্না ফজবী রাজকুমারী শর্ম্মিষ্ঠা
থাজনবা হোৎনরি । গুরুদেব শুক্রনা
দানবশিংবু থাদোক্খ্রবা শোয়দে দানব মায়থীবা,
মচানুপী দেবযানী গুরুনা লুনা তৌবনি
মানা হায়বতা ইন্বনি, চাউথোক্কবী দেবযানী
শাউগন্বসু মহানি - দেবযানী মতেং লৌ'
গুরু দানব কায়ননবা লৌখৎপীয়ু থৌরাং লাইনিংথৌ,
কায়ননবা বৃষপর্ব্ব যযাতি মীচঙ্ ওইবা ।'
কচ মব্রা তায়বদা লৌশিং চাউবা পাঙ্গন্বা
শক্লোন্ কয়া লৌদুনা দানবশিংবু খঙ্হন্দা,
লোন্না কোয়চৎ চত্তুনা বৃষপর্ব্ব লৈবাক্তা
য়েংলি থিরি খুদোংচাবা দেবযানী শাউহন্নবা ।
ঙাইবু ঙাইরা' থিবু থির' তপস্যাবু তৌরবা
শোয়দনা ফংই নোংমদি অপাম্বা খুদোংচাবা;
খুদোংচাবা মাঙ্হন্দবা হৈশিংলবা ইন্দ্রনি
নুমিৎ কয়ানি মুক্কী তুংদা ফংলে তাঞ্জা ঙসিদি,
দানব কোনুং ব্রাংমদা উ-ব্রা থন্না হৌরবা
লৈ-শু মরাঙ্ কায়না শাৎলবা চীক্ক রম্যবন্নি
বৃষপর্ব্ব নিংথৌগী পূক্লীং হুর' উদ্যান্নী
মীতোপ্পা চঙ্বা য়াদবা- লৈকোন্য়ায়দা চেল্লিবা

শংবান্ন' লাইজনা থল্লবী আকাশ গঙ্গা তোরৈদা
ঈরোইদুনা শান্নরি লৈমকোন্‌গী লৈশাবী কয়া।
লৈমকোন্‌গী শানৌশিং হৈকোন্ লৈকোন্ কোয়না চৎ
ঈশৈ-শক্ জগোই শা লৈ-হেক্ পরেং-লেং নাচোম্-শেম্
হৈরাঙ্ হেক্তুনা চামিন্না -লৈরাং খুজোক্ চাইনদুনা
কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু নাইনদুনা শান্নরল্ল' নোক্ খেনা
নুমিৎ লৈথরক্‌পদা ওলাং-ওন্‌শাউ কোক্লনবা
মফি মরোল্ তোর্ব্বান্দা থম্ লাইজনুংদা কুম্‌দুনা
হরাউ তয়াম্ শান্নরি দেবযানী শর্ম্মিষ্ঠা
উরে ইন্দ্র অনিদো সনা খোংনাং মরুম্‌দা ।
কাপ্‌খি ইন্দ্র তেন্ অমা নোংলৈ নুংশিৎ থোক্‌হন্‌বা,
নোংলৈ নুংশিৎ অদুনা হুম্‌দোক্‌খ্রে ফিরোল্‌শিংদো,
দেবযানী শর্ম্মিষ্ঠাগী তোৎশিন্নখ্রে ফিরোল্‌গা
মখোয়গী মতাশিংদুগী লাইজনুংদা শান্নরিবা,
লাইজনুংদৈ নুজাশিং অকন্‌বা নোংলৈ লাক্‌পদা
কি-পাখৎনদুনা চেন্‌খৎনরক্লে কংফান্দা ;
শেৎচিন্নখ্রে ফি অদু অফং অফং লৌনদুনা,
নোংদম্‌থীবা মতৌনি দেবযানীগী মফিদো
শর্ম্মিষ্ঠানা শেৎলুরে ওন্নখিবা খঙ্‌হৌদ্রে;
মদু উবদা দেবেন্দ্র পুক্নীং হরাউ হন্‌খরে ।
ফি সিগী হাক্তংক্কী থীনা খৎনখি অনিদো,
কচ চৎখিবা নুমিত্তে ব্রারৌ চাউবী দেবযানী
কা হেন্না শাউগন্‌বী পূক্লৌবী ওইরবীনি,
মিৎ- ঈ-কানা হায়রক্‌খি হায়নি হায়রোই খঙ্‌দ্রবী -
'হায় শর্ম্মিষ্ঠা হায়বী ! নফি শেৎনীংঙাই লৈত্রবরা ?
ব্রাহ্মণী ঐগী ফি করিগী শেৎলি নঙ্‌না ?
ঐগী শিষ্য ওইরগা করিগী হৌনবা খঙ্‌দ্রিবা ?
নমায় অদুক্ থক্লবদি খঙ্‌লরোই নশাগী মী ফাওবা ! '
অশুক্ থীবা খোস্থি অমুক্তংসু তাখিদ্রি শর্ম্মিষ্ঠা,
মানা তৌগে তৌরুসু নত্তবা হায়রক্‌ই ব্রারৌনা-
'করি হায়য়ে দেবযানী ! নহাক্ খঙ্‌দ্রা ঐসে

নিংথৌবেন্গী মচানুপীনি- নঙ্গুম্বী চাক্লীবী নত্তে ।
ইপাদা স্তুতি তৌজরগা ফংজবা মনানা
হিংলিবা চাক্লীবগী মচানি নঙ্দি চাক্লীবী !
দান-তা তৌবা প্রতিদান লৌদবা নিংথৌরেন্গী মচানি ঐদি
নফি শেৎনিঙাই লৈত্রগা ঐঙোন্দা খৎনবা হৌরিব্রা ?
ঐবু নমান্নবগুম্ শীংনরি চাক্লীবী নঙ্না
নঙ্দি ঐগী লাম্বা ওইন-ফাও লৌনীংদে ঐনা ।'
'করিয়ে শর্ম্মিষ্ঠা ! নঙ্ খঙ্দ্রা ঐসে ব্রাহ্মণীনি
নপা নিংথৌগী গুরুগী মচানুপীনি ঐসি,
বর্ন পূম্বে অথোইবা কোক্লেন্ ওইবা ব্রাহ্মন্নি,
ক্ষত্রিয়না ব্রাহ্মণ্গী মখানি-নঙ্দি ক্ষত্রিয়ানীনি,
নঙ্দি ক্ষত্রী ওইরবসু অতোন্বা জাৎকী ক্ষত্রীনি,
অতোন্বা জাৎতা পোক্পী নঙ্না নথক্ থোংবা ঐবু
হৌনবী ব্যবহার তৌদ্রি ? কদায় ফিদু পীরক্উ ।'
হায়না হায়না চিংলুরে শর্ম্মিষ্ঠানা শেৎলিবা ফি
শাউরবী শর্ম্মিষ্ঠানা - 'করি হায়য়ে চাক্লীবী!'
হায়না হায়না ইন্থরক্লে দেবযানী গুহাদা
হন্না ফাও য়েংলম্দনা চৎখ্রে মতাশিংগা লোয়নননা ।
নুংশুক্ নুংজানরবী দেবযানী গুহা নুংদা
অব্রা নুঙাইতবা, লাক্চখিবা পূম্বা নীংশীংদুনা
লৈরিঙৈ ৱাঙাং-থোক্ত-তুমিন্না ,নুমিৎ তারম্দাইদা
লাক্লে মফম্দুদা নিংথৌরেন্ যযাতি ঈশিং থিবা;
তেন্না পান্খ্রবা শজি তান্নবদা চোক্থরবা
ৱারবা শগোল্গা লোয়নননা খৌগংলবা
শাদান্বা নিংথৌরেন্ থিরক্খি লাইজ খুজোক্ অমা ।
ঈশিং য়াওদ্রবা গুহানুংদা তাদুনা লৈরিবী
উরক্লে নুপীমচাদু মশেক্ মঙাল্ পুরবী!
হংলক্ই যযাতি-'নীংথিজরবী লাইগী মচা মান্বী !
কনানো নঙ্বু খুজিল্না কোরীগুম্ ঙাঙ্লবী
কুচু সনা ফুদোংলবী মণি কুণ্ডল্না নাপ্লদা

নীংথিজরবী নঙ্‌বু কনাগী মচানুপীনো ?
করম্না গুহাগী মনুংদা তাখিবনো ?
করিগী গুহানুংদা চিন্তা তৌদুনা লৈরিবা ?
চুম্না খুম্মু ইবেম্মা নীংদু তাবা নীংথিবী ।'
খুম্লক্‌ই দেবযানী -'সঞ্জিবনি বিদ্যা মপান্না
লাইনা হাৎখ্রবা হিংচাবা হন্না হন্না হিংগৎহন্‌খিবা
দানব গুরু শুক্রাচার্য্যগী মচানুপীনি ঐসি,
ঐনা গুহাদা তাবিবা হৌজিক্‌ফাও খঙ্‌দ্রিবনি মাদি,
মহারাজ ! নঙ্‌দি অচৌবা শাগৈদা পোক্‌পনি
পাঙ্গল্‌ কন্‌বা, পূক্‌তপ্পা, বুদ্ধি লৈবা অমনি নঙ্‌দি
নঙ্‌তনা ঐগী খুৎসি পায়্‌দুনা চিংখৎপা মতীক্‌ চায় ।
ঐগী ঙাঙ্‌লবা য়েৎথংবা খুৎশি পায়দুনা চিংখৎপীবম্মু
মপাউ তারবদা, ব্রাহ্মণগী মচানুপীনি খঙ্‌দুনা
য়েৎথং' খুদাং পায়দুনা গুহাদুদৈ চিংখৎখি ।
মশক্‌ মতৌ ফজবী তীংদা য়াঙ্‌দা নীংথিবী
নীংদু তাবা ফজরবী দেবযানী বিদায় লৌদুনা
হন্‌খি যযাতি কোনুংদা । গুহাগী মপান্দা
খন্দুনা লৈহৌই, লমন্‌ শিংগনি করম্না ?
যযাতি মশক্‌ উবদা অপাম্‌ নুংশি পোক্‌খ্রবী
মখুৎ পায়দুনা চিংখৎপদা থম্মোই তুজুং মালহৌনখ্রবী
দেবযানী ওইন-চাউবী, শর্ম্মিষ্ঠাদৈ মুন্দুনা
নিংথৌরেন্‌ যযাতি, খল্লক্লে লমন্‌ শিংগে হায়না;
শুম্ন-খন্‌, ব্রা মচেৎ-মতা ঙাঙ্‌দনা লৈরিঙৈদা
য়ৌরক্লে ঘুর্নিকা মাবু থিবা থেঙ্‌লক্লবদা ।
মথব্রায় শোক্লবী দেবযানী হায়রক্‌ই ঘুর্নিকা উবদা -
'ঘুর্নিকা ! থুনা চৎলু তম্লু ঐগী অবস্থা-
ঐদি অমুক্‌ চৎলরোইদবনি বৃষপর্ব্বগী ময়ুম্‌দা ।'
ঘুর্নিকা চৎখ্রে অসুর নিংথৌ য়ুম্‌দা হায়রক্‌ই শুক্রদা -
'হে পুক্‌চেল্‌ চাউরবা ! শর্ম্মিষ্ঠানা ফূবদা
শোক্তুনা দেবযানী তুদুনা লৈহৌরে লৈকোল্‌দা ।'

মচানুপী শোক্লে তাবদা শাউরবা শুক্রাচার্য্য
থুন-য়াঙ্না চৎখিদুনা কোন্খৎপীর মচানুপী
হায়রক্ই- 'ইবেম্মা ! জগতশিগী জীব পুম্বা
দোষ গুণ্গী মহৈয় ফংই মানা মানা তৌজবা;
নঙগী দোষনা শর্ম্মিষ্ঠানা প্রায়শ্চিত তৌরম্বনি খল্লি ঐদি
'প্রায়শ্চিতকী ৱা লায়রি বাবা, হায়বীয়ু চুম্বরা
শর্ম্মিষ্ঠানা চৈদুনা হায়রম্বা বাবাবু হিংচাবগী
পাঠক্লা ? বৃষপর্ব্বদা কোক্নোন্ স্তুতি চিরোন তৌবা
মদুদা ফংবা মনানা, বৃষপর্ব্বগী দান্না হিংবা
মদুগী মচারা ঐসিবু ? অদু ওইরবদি বাবা
শর্ম্মিষ্ঠা হায়বী অদু থেমজিঞ্জরুগে খুৎ লোম্নদুনা,
শর্ম্মিষ্ঠানা ৱাসি হায়দুনা ইন্থরম্বনি ঐবু গুহাদা ।'
'তাও দেবযানী ! নঙ্দি মীঙোন্দা চিরোন্ তৌবা
মীগী মনা-মথুম্না হিংবা মীগী মচা নত্তে -
অহোইনদুম্, কনাগী মফম্দা স্তুতি তৌদ্রিবা
মীপুম্বনা স্তুতি তৌরিবা মদুগী মচানুপীনী নঙ্দি-
ঐগী শক্তি অসুর পুম্বগী নিংথৌ বৃষপর্ব্ব,
লাই পূম্বৈ নিংথৌ ইন্দ্র, মর্ত্ত্য নিংথৌরেল্ যযাতিনা
খঙ্বনি; ইপাগী ইবেম্মা ! সিমসু খঙ্উ মুন্না-
অতোপ্পনা ওৎপা নৈবা, চৈবা ঙাঙ্বা পুম্বা
শান্তিগা লোয়ননা খাঙ্লক্লবা মহাক্তনা
ঙম্লক্পনি মমৈথঙ্দা জগত পুম্বা জয় তৌবা,
ঙাক্পী হৈবা গুণনা অশাউববু জয় তৌবা ঙম্লবা
মহাক্তনা ঙম্বনি খুৎলাই য়াওদনা জগত জয় তৌবা।
দেবযানী ! অচৌবা মীগী অথোইবা গুণদি
অৱাবা পুম্বা খঙ্বা, ঙাক্পিহৈবা অসিতনি;
বুদ্ধি লৈতবা অঙাংনা খৎনৈ অমগা অমগা
মচা মচাবু হাক্কন্নদে অশিংবা মমা মপানা,
হৌগৎলু চৎলসি য়ুমদা অৱা নুঙাইতা পুম্বা খাঙ্দুনা।'
'বাবা ! ঐসু খঙ্জৈ ধর্ম্ম তত্ত্ব, ঙাক্পীহৈবা
অদুবু শিষ্যনা হৌনবী ব্যবহার খঙ্দ্রগা

মদু খাঙ্‌দুনা ব্বারক্তবা চুমদে ঙাক্‌পীহৈবা
গুরুনা, তৌগদৌ-তৌরোইদৌ খঙ্‌দ-শিষ্য নাক্তা
লৈজনীংদ্রে ঐদি, পোক্‌ফম্না-চণ্ডাল্‌, পুন্য চেন্‌বা
ওইবা নত্তে, মানা মানা তৌবা থবক্না
চণ্ডাল্‌, পুন্যচেন্‌বা ওইবনি; পাপচেন্‌বা মীগা
তিন্নরগা পাপ্‌চেন্‌বা ওইরক্‌ই , সাধু সজ্জন্‌গা
তিন্নরগা সাধু সজ্জন্‌ ওইরক্‌ই, লল্‌গী নাপন্না
মীবু মীওইনা উদবা চণ্ডাল্‌নি -সিগুম্বা
ফত্তবা মীগী মচিন্দে থোরক্‌পা তম্‌থিরবা
ব্বাহৈনা ওৎলবা পোত্থাফম্‌ খঙ্‌দে অহিং নুংথিল্‌
মরীল্‌ লৈবা মীনা তিন্ননীংদে মখোয়গা;
শর্ম্মিষ্ঠাগী য়াক্ল' ব্বাহৈনা ঐগী থম্মোই ওৎখায়রি
মখোয়নাক্তা লৈজনীংদ্রে চঙ্‌জররোই ঐদি ।'

দেবযানীনা চৎলসি ময়াদ্রবদা শুক্র
মচা নুংশিবনা ঙাওদুনা হায়নি হায়রোই খঙ্‌দ্রবা
শাউনা শাউনা লাক্তুনা অফ-ফত্ত ব্বাখল্‌ তৌদনা
সিংহাসন্‌' ফম্লি' বৃষপর্ব্বদা হায়খি চঙ্‌শিন্দুনা,
'মহারাজ ! পাপ্‌কী থবক্কী মহৈয় খুদক্তা ফংদ্রসু পাপীদুনা
পাপ্‌ হন্না হন্না তৌরবদি পাপ্না লায়না ওইদুনা
তপ্ন-তপ্না শোয়দনা পী পাপ্‌কী মহৈয় মচা মশুদা,
হাৎফম্‌ থোক্তবা ঐগী শিষ্য ইয়ুম্মক্তা লৈবা
মহারাজনা হাৎহন্‌খিবা, নচানুপী শর্ম্মিষ্ঠানা
ইচানুপী দেবযানী' তমথি' ব্বাহৈনা চৈরগা
অশাওবগা লোয়ননা গুহাদা ইন্থুরম্বা-
দেবযানীদি লৈররোই হায়বনি নঙ্‌গী লৈবাক্তা,
মানা লৈত্রবদা করম্না লৈগনি ঐনা,
ঙসিদৈ থাদোক্লনি নরৈবাক্‌ শাগৈগা লোয়ননা,
মসি তৌই হায়দুনা ঐবু শাউগনু নিংথৌ
দেবযানী য়াওদনা ঐদি লৈবা শুক্‌ঙম্‌ ঙম্লোই ।'
ঙক্লবা বৃষপর্ব হায়জরক্‌ই য়াম্না ঙক্লা-

'তাবীয়ু গুরুদেব ! তৌজখিবা লৈতে থৌরাং কচ হাৎনবা,
দেবযানী'থিনা চৈয়ু ঈনশিন্খ্রবা শর্ম্মিষ্ঠাদা
গুরুনা শাক্ষি, ওইরসনু ঐসি লৈখা তাবা;
গুরু লেঙ্খ্রবা-শিনি ঐখোয় সমুদ্রদা চোংথদুনা,
ঐনা লান্বা ঙাক্তনি ঐবু ঙাক্পীয়ু গুরুদেব!
গুরুদেব নত্তনা লৈতে ঐখোয়গী চঙ্জফম্ ।
অসুর ঐখোয়গী লৈজরিবা লম্চুম্ পৃম্বা নহাক্কীনি
ঐখোয় ইশা ইশা মক্কীসু নঙ্না মপুনি ।'
'সমুদ্রদা চোংথগে চোংথৌ লাপ্ল' লম্দা চৎকে চৎখ্রো
ঐতদি লৈবা ঙম্লোই দেবযানীনা ব্রাবা য়েংদুনা।'
হায়রক্ই শুক্রাচার্য্য বৃষপর্ব্ব য়েংদুনা-
'বৃহস্পতিনা ইন্দ্রে খন্গুম্ ঐসু নখোয়গী খল্লি'নি
ঐবু নখোয়গী লম্চুম্ পৃম্বে মপুনি হায়রবদি
ঐনা হায়বসি তৌ, দেবযানীবু থেম্জিল্লু চৎলু
দেবযানী য়াওদনা ঐ লৈরোই, মাবু পেন্নবা তৌরু ।।'
বৃষপর্ব্ব নিংথৌরেন্ চৎখি অঙম্ অথৌ লোয়ননা
হায়জরুই দেবযানীদা-' ইবেম্মা দেবযানী !
হায়য়ু নঙ্না হেক্ পাম্বদুতা ফংঙম্দ্রবা ওইরফাও
শোয়দনা পীগনি ঐখোয়না।' দেবযানীনা হাযখি-
'কন্যা লিশীং' লোয়ননা শর্ম্মিষ্ঠা ঐগী মীনাই ওইবা,
ইপানা ঐবু লুহোংবা নুপা অদুগী অমদি ঐগী
ইতুং কোয়ইন্ ইন্দুনা সেবা তৌবা পাম্মী ঐনা ।'
বৃষপর্ব্বনা য়াথং পীখি- 'চৎলু য়োক্চবী
হৌজিক্মক্ পুরক্উ শর্ম্মিষ্ঠাবু মফম্সিদা
দেবযানীনা হায়বা অদুমক্ শর্ম্মিষ্ঠানা তৌগদৌনি ।'
য়োক্চবী চৎখিদুনা হায়্রুই শর্ম্মিষ্ঠাদা-
'মজাইবেম্মা হৌগৎলু চৎসি, লৈবাক্কী, শাগৈ নাতৈগী
কান্নবা তৌরু; দেবযানীনা ইন্শিন্বদগী
গুরু শুক্র চৎখিদৌরে অসুর পৃম্বা থাদোক্তুনা;
নপাবুং সনা য়াথং ঙাক্উ ইবেম্মা !'

'ঐগী দোষনা গুরু শুক্র থাদোক্হল্লোই অসুর লৈবাক্.
লৈবাক্কী, শাগৈগী য়াইফনবা তৌরোইদৌ' থবক্ লৈতে ঐনা
হায়না হায়না শর্ম্মিষ্ঠা কন্যা লিশীং 'নিনা কোয়শিন্দুনা
দলাইদা লাক্খি কোনুংদগী দেবযানী নাত্তা;
শর্ম্মিষ্ঠানা হায়খি মপাবুং য়াথং ইন্দুনা
'দেবযানী ! ঙসিদগী হৌদুনা কন্যা লিশীংনগা লোয়ননা
নঙ্গী ননাই ওইরবনি; গুরুদেবনা নঙ্বু থাজবা লম্দুদ
চৎকনি ঐখোয় পূম্বা তৌগনি নঙ্গী অমদি নপুরোইবগী সেবা
দেবযানী পাওরোল্ থারক্ই- 'নঙ্না হায়খিদাই শর্ম্মিষ্ঠা '
নঙ্দি-মীনা চীরোন্ তৌবা স্তুতি তৌবা, দান তৌবা.
প্রতিদান্ লৌদবা, মীঙোন্দা মনা মথুম্ পীবা
মী খ্বাইগী চঙ্জফম্ ওইবা মীগী মচানুপীনি;
নিংথৌরেন্গী মচানুপী রাজকুমারীনি নঙ্দি
নঙ্না কম্দৌনা ঐগী মীনাইনুবী ওইদৌরিবা '
শর্ম্মিষ্ঠানা খুম্খি-'দেবযানী ! তৌহৈদবা তৌঙম্দবা
থবক্ পূম্বা তৌদুনা শাগৈবু অৱাবদৈ কনদৌনি,
থৱায় থারফাও লৈবাক্কী য়াইফনবা তৌগদৌনি,
হায়নখিবৈ মতুংইন্না নঙ্বু পোক্পা গুরুনা
নঙ্বু পীবা য়ীদুগি, নঙ্গী সেবা তৌগে নতুং ইন্না '
শর্ম্মিষ্ঠানা মীনায় ওইগে য়ারবদা হরাওরে দেবযানী
হায়রক্ই মপাবুংদা - 'বাবা ! নুঙাইজরে ঐ হৌজিক্তি
চঙ্জরগে ঐ নগরদা, বাবাগী জ্ঞান্ সঞ্জিবনি বিদ্যা
অরেম্বা ওইদ্রে, ওইসু ওইরোই কদৌনুংদা ।'
'সিনা পেন্দ্রি দেবযানী শর্ম্মিষ্ঠাদা লমন্ খুম্বা ;
মুন্গে খল্লি যযাতি শর্ম্মিষ্ঠাবু থাজরিবা ।
কাউবা ঙম্দে মহাক্পু গুহাদৈ চিংখৎপিখিবা
উনিংবনা লাঙ্তক্কুরবী দেবযানী ফজবী
য়েংলি থিরি ঙাইরি শাদান্বা লাক্ফম্দা যযাতিগী ।
কোয়্ন-চৎলি বন্ বন্ খুদীং শান্নে চৎনীং মফম্ চত্তুনা,
লোয়্নবী লিশীংগা লোয়ননা মতুং ইল্লি শর্ম্মিষ্ঠা,

'াসগুম বন্ অমদা নোংমা থেংনখি, শাদান্বা লাকপা
যযাতি; ঈশৈ শক্ জগোই শা লোয়্নবীশিং শান্নবি ।
লৈগী পরেং লেং অহেক্পা লৈ খুবাম্ খুবাম্ চাইনবি;
খরনা খোংলি বাসি, য়ৈরি পূং, যন্ত্র কয়া খোংলি
খরনা হেক্লি উহৈ, খবনা লৈহেক্ল লৈহী চূপ্লি;
খরনা সেবা তৌবি দেবযানী মখোং নোইরি শর্ম্মিষ্ঠা ।
মৃগযা লাক্পদা অবাম্ খৌরাংবনা চোক্থরবা
যযাতিনা উখি- লোযনবীশিংনা কোয়শিল্লি' য়ায়দা
চাংদম্লীঙাই লৈত' ফজবী'মনা অমৈ মখোং নোইবিবা,
মাবু উবদা মখোয়না ইকাইদুনা লুক্থবিবা
চংশিন্দুনা হংখি যযাতি 'কন্যা লিশীং অনিনা
কোয়শিন্দুনা লৈরিবী নীংথিজরবী অন্নি !
নখোয় অনিগী অশেংবা পরিচয় খঙ্জনীংঙ্ভী ।'
দেবযানীনা খুম্খি-'ঐনা অসুরগুরু শুক্রাচার্য্য,
মচানুপী দেবযানী, ইনাক্তা ফল্লিবী অসিনা
দানব নিংথৌ বৃষপর্ব্ব' মচানুপী শর্ম্মিষ্ঠা;
মাসে ঐগী লোয়নবী ইতা, ঐবু সেবা তৌরিবিনি ।
ৱাঙাং হৈবা মহাশয় নঙ্গী পবিচয় তাক্পিনি।'
যযাতিনা হায়খি-'পৃথিবী মপূম্ অসিগী
যযাতি হায়বা নিংথৌদু ঐনি নিংথৌমক্কী মচানি ।
অসুর নিংথৌগী মচানুপী অশুক্ ফজবী নুপীদি
কবিগুম্বদা ঐনা পৃথিবী অসিদা উখিদ্রি;
অশুক্ ফজবী, নঙোন্দৈসু হেল্লবী অসিনা
নীংথিবী নঙ্গী নতা অমদি ননাই করম্ ওইখিবা ?'
শাওং-শাদা মশক্ মতৌ ফজবা, মগুণ লৈবা
নিংথৌরেন্ যযাতি উরুবদা দেবযানী
ঈথক্ ঈরাংনা মশাপূম্বা পূম্নোম্ নোম্লি,
নীংশিংলক্খি অদুঙৈ গুহাদগী চিংখৎপীখিবা;
উবদদা অপাম্ নুংশি পোক্খিবা থম্মোয়দা
মখুৎ পায়বমক্তদা পুক্নীং তুজুং মালহৌনখিবা,

নীংশিংলক্লে হান্নগুম্ থম্মোয় তুজুং মালহৌনরে
হক্চাংগী ঈথক্ ঈরাং থাক্ থাক্ হেন্গৎলক্লে ।
শর্ম্মিষ্ঠাদা য়েংখিবা যযাতি মিৎয়েং উরুবদা
থর্বায় হক্চাং পূন্না কৎপা শর্ম্মিষ্ঠাগী মিৎয়েং যযাতিদা
হায়রক্ই দেবযানী-'মীওইবনা হিংনরি লাইবক্কী তুংইন্না
মানা মীনায় ওইরিবা তম্লকপননি মরায়বক্তা
মখা অমুক্ হংবিরনু' অসি হায়না হায়না
হৌগৎখ্রে দেবযানী চঙ্শিন্খ্রে তহা তহা
যযাতি নাক্তা, উননীংবনা ঈখৌ লাংলবী
নুংশা থবেৎ থবেৎ হোন্ হায়রুই ইকাই ইকি ৱাংমলান্
'কন্যা লিশীং অনিগা, লোয়নবী শর্ম্মিষ্ঠাগা
লোয়ননা ঐ অসে মহারাজগী নখা পোল্লবীনি,
ওইবীয়ু নঙ্না ঐগী চান্নথোইবা অমদি ইপুরোইবা ।'
যযাতিনা হায়- 'মদু হায়নু ওইথোক্' য়ারোই দেবযানী !
নঙ্না ৱাহ্মণগী মচানুপী' ঐনা ক্ষেত্রীনি,
শাস্ত্রে নিয়ম্ চৎনবীনা লৌন-লৈন য়াদবনি ।'
'ক্ষেত্রীদি ৱাহ্মণগা খ্বাইদৈ হেন্না নক্লবনি
মহারাজদি রাজর্ষিনি ঋষিমক্কী মচানি
নহাক্তি ঐহাক্কী খুদাংসু পায়বীখ্রবনি-
কাউবিরবরা ঐবু য়েৎকী খুদাংগা পায়, গুহাদৈ চিংখৎপিখিবা;
ধর্ম্ম খঙ্বা নুপানা হুন্দোক্লদে খুদাং পায়খ্রবী কন্যা,
নোংমা পায়্বিখিবা খুদাংসে অতোপ্পদা করম্ পায়্হন্নি ?
শাস্ত্রে নিয়ম্ কায়দনা বরন্ তৌজখ্রবা ঐহাক্লী ।'
'মদুসু চুম্দবা নত্তে দেবযানী শক্হেন্ৱী
অদুবু ৱাহ্মণদা লঙ্জবা অচৌবা পাপ্নি;
নঙ্বু পোক্পা গুরুনা মশানা য়ান-দান্ তৌদ্রিমখৈ
নঙ্বু লৌবা লুহোংবা শুক্ঙম্ ঙম্লোই দেবযানী !'
'মদুইদমক্ ৱাবীগনু ইপানসু মরাইনা
দান্ তৌজগনি, নঙ্না ঐবু লৌগে হায়বা নত্তে
ইশানা ইশাবু পীথোক্চবনি, পীখ্রবা পোৎ
লৌশিনবীবতনি, চিংনবা অকিবা লৈফম্ থোক্তে;

এমা অমা ওইরবসু শাস্ত্র নিয়ম্ মীনা শেম্বনি
মফম্ মতম্ মতুং ইন্ হোংলিবনি, য়াবনি
অমুক্ শেম্দোক্পা, হোংবা য়াদবা মহৌশা নিয়ম্ ফাও
হোংলিবনি; নুপা নুপী লৌন-লৈনবা মহৌশা নিয়ম্নি
ঙাইহাক্তুং ঙাইবীখো ইপাগী মফম্দা পাউ থাজগে,
চৎলু ইমা য়োক্চবী কৌবিরু অমুক্তা ঐবু পোক্পা।'
ধাত্রি চৎখিদুনা ৱারম্ পুম্বা তম্লুরে শুক্রদা।
শুক্রাচার্য্য য়ৌরক্খি, নিংথৌনা খুরুম্খি নোল্লুক্না,
মচানুপীগী ৱা তারগা হায়খি শুক্রাচার্য্যনা-
'দেবযানী! ধর্ম্ম হাযবসে অমত্তনি প্রেম পাত্রসু অমত্তনি,
ঐগী ইৱা তাদনা যযাতিবু লৌরম্লে নপুরোইবনি
কচগী শাপ্ মপূং ফারে। ঐগী নুংশিজরবী ইচানা
যযাতি নঙ্বু খল্লম্লে মপুরোইবা ওইনা
অদুনা ঐসু-মাবু দান্ তৌববনি নঙোন্দা।।'
হিক্তোক্পা য়াররোইদবা শুক্র যাথং ফংলবদা
যযাতিনা হায়খি- 'গুরুদেব! লৌনবা য়াদবা
অনি লৌনবদগী পোক্লক্পা ঐখোয অনিগী ইচানা
বর্ন শঙ্কর ওইদুনা পীগনি ঐবু অৱাবা,
মসি থোক্তনবা শীনবীয়ু গুরুদেবনা।।'
শুক্রনা হায়খি-'যযাতি! লুহোংবসিগী মরম্দা
নঙ্ খক্ চিংনগনু ঐনা কোক্হন্গনি মদু পুম্বা
বর্ন খায়্বৈ নিয়ম্-লৌন-লৈনবগী নিয়ম্ পুম্বা
ৱাহ্মণ ঐখোয়না শেম্বনি ঐনা য়ারে হায়রগা
অতৈসু অদুম্ য়াগনি। ফজরবী ইচানুপী
দেবযানী লুহোংদুনা লৌ, বৃষপর্ব্ব মচানুপী
শর্ম্মিষ্ঠাবু লুনা তৌবিয়ু অদুবু করিগুম্বা মতম্দা
মাবু কৌশিন্দুনা ফম্মিন্ননু নঙ্গী ফমুং নাক্তা।।'
শর্ম্মিষ্ঠাগী ৱাখল্দা ঙাওজরম্বা যযাতি
খুৎনা লাম্বা ফংলব ফাও শোক্লুবা য়াদ্রবা,
শর্ম্মিষ্ঠাবু ফংদ্রবদা যযাতি লেপ্খি পুক্নীংদা

কনাগী মীচঙ্ চঙ্খ্রোই লাই হিংচাবা লান্দা ।
অসুম্না গুরুনা য়াওহন্খিদ্রে যযাতি লাইগী মীচঙ্দা
লাই-হিংচাবগী লান্দি লেপ্পা লৈত থেংনরি মচি মচিদ।
মচি অমদা লাইনা লাক্চৈ, মচি অমদনা হিংচাবনা
লান্দি কনশিল্লক্লি থোক্করনি অকন্বা লাঞ্জাও ।।

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'লাইগী থৌরাং' কৌবা তরুকশুবা মতাংগী ' শর্ম্মিষ্ঠা, দেবযানী যযাতি' কৌবা মরিশুবা শরুক ।*

# ৭ শুবা মতাং

অত্রিগী মচা সোম্ অহীং কোয়বা নিশাকর
চৎলি,কোয়রি,য়েংলি মালেম্দা হৌরী' উপাল্ পৃম্বা,
মহাক্লা থাবনি,য়োক্চবনি অহীং লীক্লা পীজদুনা,
পৃথ্বিগী লৈতেং ওইরি তৌরি জীবগী কান্ননবা ।।

বন্,উপবন্ কোয়রিডৈ নীংশিংলক্খি বোহিনী
চান্নথোইবী মহাক্লী দক্ষে মমোম্ নীংথিবী,
চান্নবী উনিংবনা লাঙ্তক্নরবা চন্দ্রদেব!
উতোল্ ৱাতোল্ লান্দুনা য়ৌরক্লে দক্ষ কোনুং মপৃংয়াই ।।

মী চীক্লবা অহীংদুদা কারক্লে বকুল্ পাম্বীথত্তা
দলান্নাত্তা হৌরিবা রোহিনী কা য়ৌরিবা;
মিহুৎথোঙ্দা লোন্না-চোংশিন্ চঙ্শিন্খ্রে কা-নুংদা,
নুজাই-নাত্তা চঙ্লক্লে লোন্না থাজ পাখঙ্ চাউথোইবা ।।

নোংপোক্ মায়গৈ ওন্দুনা থাজ মাবু য়েংলম্বী,
রোহিনী কৌবী নীংথিবী আসন্ থত্তা ফম্লিবী;
পাঙ্ন-পাঙ্ন মঙ্লিবী ৱাখল্ ফৃম্বংনরবী
নুজাই খোয়রোই য়ৌরক্পা খঙ্হৌদ্রেনে নীংথিবী ।।

হৌদোং খোঙ্থাং থাংলিবা থাজ হৌদোং লম্বোইবা
নুরা তুংদা লেপ্তুনা মখুৎ অনী অদুনা
চেজেৎ ফারুই মমিৎ অনি- খংপ্রেক্-খং-রোহিনী
'ওয় ! কনা... লাউগে তোই - 'ঐনিনে চান্নবী ' ।

নাপ্লদা ঙংবা তাবদা হেন্না পাখৎখ্রে রোহিনী
'করম্মা অশুক্ থেঙ্বা অহিংদা, ঐগী কাদদি:
পাবুং থেংনরবদি হিংলরোই, লেঙ্খ্রো থুনা
খঙ্বিদ্রা থৱায় হকচাং মন্ পুক্নীং নহাক্নীনি পূন্না ।।'

'চান্নবী ! নঙ্‌বু উদনা লৈঙমদ্রে মিকুপ'মতা
নঙ্‌বু উদনা শিদৌ শরুক্‌ শিবনা ফৈ নমাঙ্‌দা ।'
'মাঙ্‌লে মাঙ্‌লে চান্নবা ঐদি করি ওইরনি
পাবুং দক্ষ নিংথৌদা হায়নবীনি অমুক্তদি ।'

হয়েং নুমিৎ সিমক্তা থাবীরক্‌উ অহল্‌-লমন্‌
নুমিৎ অদু লেপ্লবা ঐখোয় অনিগী লৈপুন্‌,
পাবুং শোয়দনা য়াগনি নঙ্‌গী নতুং ইন্‌গনি ।'
থোঙ্‌ দংদং থীল্লক্‌ই-দক্ষনা কৌরক্‌ই'রোহিনী!'

দক্ষ খোঞ্জেল্‌ তাবদা কোক্‌চাউবী কাখ্রে নুজা
সোম্‌ কৌবা থা পাখঙ্‌ য়াদ্রে অমুক্‌ লৈথবা,
খুৎলৈ থুনা লোন্না থোক্‌খ্রে চৎখ্রে দক্ষ কোনুং থাদুনা ।
তান্নরক্‌পা ফাগে হায়না দক্ষ কোনুং ঙাক্‌পনা

ফংখিদেদো লাই পাখঙ্‌ 'ইস ওন্থোক্লা ৱানা হিংখিদা '।
'য়েংহৈদ্রেনে মতৌসে' খন্‌খি মরুপ নুমিৎনা,
হঙ্গৎখি মপা অত্রিদা 'হায়বীরুনে রোহিনী'
অহিং অহিং হল্লক্তবৈ ৱারবা মপা অত্রিনি ।।

দক্ষনিংথৌ মচানুপী হুম্ফুনি বিবনীনা পোক্লিবা
মালেম্‌দা লৈবা জীব পূম্বে মমা ওইখি মখোয়না ;
মী-লাই-হিংচাবা, শা-ঙা-উচেক্‌ লী'ন্‌-তীন্‌-কাঙ্‌ পূম্বা
কংফান্দা লৈবা ঈশিংদা লৈবা অতিয়াদা লৈবা ।।

ম'খায় পূম্বা অনম্‌ কন্‌বীনি কাঙ্‌বু কাঙ্‌বু নাইবীনি,
ত'পাম্বা অমা কাঙ্‌বুদুমা পূন্না পূন্না লৈবীনি,
অমনা পাল্লবসু খাইদোক্লবা য়াদে অতৈনা
অশুম্না ওংখি ধর্ম্মদা মখোয় নিপান্‌ পূন্না;

শন্তি পুষ্টি, ধৃতি, তুষ্টি, ক্ষমা, শ্রদ্ধা, মতি, স্মৃতি
লুহোংখিবনি পূন্না মখোয় নিপান্‌ অসি ।
তরামাথোইগী কাঙ্‌বু অমা ওংখি রুদ্রদা ,
কলাবতী, কলা, ভীষনা, কন্দলী, কাষ্ঠা,

কালিকা, কলহপ্রিয়া, প্রম্লোচা, ভুষনা,
রাম্ভা, শুকি - মখোয় তরামাথোই অসিনা
রুদ্রগী মচা কয়ামরুম্ মথং মথং পোক্খি;
মখোয় পুম্বা শিবগী মনাই শিব নীংবা ঙাক্তনি ।।

তরাহুমদোইগী কাঙ্বু অমা ওংখি কশ্যপ্তা
অদিতি, দিতি, কদ্রু, বিনতা, সুরভি, সুরসা,
দনু, কালা, অরিষ্টা, তাম্রা, ক্রোধবশা, ইরা,
মুণি, মখোয় তরাহুম্দোই অসিনা, কশ্যপকী

মচাশিং - আদিত্য, দৈত্য, দানব, লীন, উচেক্, ষণ,
পোকখি, মচামশু শন্দোক্খি, পৃথিপুম্ শীন্থুংনা,
অদিতিগী মচা দেবশিং দিতিগী মচা অসুরশিংগা
স্বর্গ লম্দম্ অমৃত মুন্নবৈ লান থেংনরি তত্তনা ।

হৌজিক্ লৈহৌরি কুন্তরেৎকী কাঙ্বু অমা সতীগা;
কুন্তরেৎকী নুংদা য়াওরি রোহিনী থানা খোয়দাজবা ;
নিশাকর চন্দ্রনা খোয়দাজবদি অমত্তনি
অদুবু কুন্তরেৎমক্না দি মাবু খোয়দাজরি ।।

রোহিনী ৱাখল্না ঊংদুনা সুমেরু নাপোম্দা,
থাজনা লাক্পা খুদীংদা থেংনৈ লৈকোন্গী চিদাইদা,
অশ্বিনী, ভরনী, কৃতিকা, মৃগশিরা, আদ্রা,
মঙোন্দা ৱা হায়্নীংনা মিৎচিনা য়েংদুনা লৈহৌবা

থেংনৈ অতোপ্পা নাকন্দা পুনর্ব্বসু, অশ্লেষা,
মঘা, পুর্ব্ব-উত্তর ফলগুনী, হস্তা, চিত্রা,
স্বাতি, বিশাখা, অনুরাধা, জ্যোষ্ঠা, মুলা,
পুর্ব্ব-উত্তর ষারা, শ্রবনা, শতভিষা,

পুর্ব্ব-উত্তর ভাদ্রপদ, রেবতী, অতৈ দক্ষ কন্যা ;
ঈরাং পুবী ঙাক্তনি কাপ্লক্ই মিৎচি তেন্
শোল্হৌই মচীন্দা মুরুম্ মুরুম্ তাননবা থাজ মানা,
ৱা হায়দৌ মচীন্ কাঙ্ লৈহৌই মিৎয়েং শাংখৈনদুনা

হোৎনজৈ পূম্নমক্না নিশাকর মাবু ফাননবা,
মাগী ৱাখল্ চিংশিন্নবা মখোইনাত্তা লাক্লনবা,
মখোয়দা যেংবিরক্লবা -ইঙ্গিৎনা, খুদম্না, শাজৎনা.
থাজ মানা থৌশাদে খল্লুদে রোহিনী নত্তনা ।

অতৈ পূম্বা থৌশাদে- চৎখি চুমদ্রিং রোহিনী নাত্তা,
রোহিনীতনি থাজনা খোয়দাজবা, নুংশিজবা;
অতৈ উদে রোহিনী নত্তনা, তাদে অতৈনা ঙাঙ্বা,
তুমিন্ লৈজবী রোহিনীগী ৱাতনি মহাক্না তাবিবা ।

থাজগী মতৌনা হায়ফম্ তৌফম্ খঙ্হন্দ্রে রোহিনী,
নুংশিজবা মহাক্কী মানা তৌরি-পূম্বা মাগীনি,
হায়রুবা ঙম্জদে,ওইথোক্তে খাল্লুবা মানা,
খোয়রাংজবী রোহিনী লৈরি তঙক্ তঙক্ য়েংদুনা ।

খোযবাং-খোয়শাউনববী কাঙ্লুপ্শিগী কন্যাপূম্বা,
শীংনরক্লে মবুক্কীংদা ৱাশক্খরে হেন্না চেৎনা
থাজদা বোহিনী·থাজরবা মখোয়পূম্' লৈনি থাজদা;
খঙ্হন্খবে ৱারম্সে মপা দক্ষ নিংথৌদা ।।

অত্রি মথঙ্গী নুমিৎ থাবান্ ক্লেন্ফম্ ফবদা,
প্রাত স্নান্ লোইবগা যজ্ঞ হোম্ লোইর' তুংদা,
যাত্রা তৌরে অয়ুক্কী অনিশুবা য়ুথক্ লোইদ্রিঙৈদা,
মরুপ্-মপাং অহল্-লমন্ লোয়ননা চন্দ্র পোক্পা ।।

খোঙশাল্লক্লে সুমেরু চীংয়াং দক্ষ কোনুং তম্না
মাঙদা চৎলি চন্দ্র পোকপী অনুসয়া লোয়ননা
মমান্নবী খ্যাতি, স্মৃতি, প্রিতি, ক্ষমা অথেমপোৎকা লোয়ননা,
তুংদা ইল্লি অত্রি লোয়ননা ভৃগু, অঙ্গিবা, পুলস্ত, পুলহ--

অয়ুক্ কোবৌহন্বগী মেঙ্ল' মঙাল্না ৱাখোঙ্ লোনবা 'তম্দা
খোঙ্শাল্লক্পনা পূক্কীংগুম্ য়াঙ্ল' দলাই তোংদুনা,
থীন্দনা থুংলরে দক্ষ কোনুং নোংপোক্ স্নথোঙ্দা;
মেবা থাগী নুমিৎ মাঙ্গোল্যায যৌবক্পা নুংশা তবুম শাবদা ।।

নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা স্নথোঙ্দা ওক্লম্বা,
তবাম্ তরাম্ ওত্তুনা চঙ্মিন্নরক্ই অন্তপুরদা,
সনাকোনুং মীওক্ কা নীংথিজনা লৈতেংলবা,
মনুংদা হেক্ চঙ্বদা অৱা-অনা কাউবা কা,

মৈশাদৈ কন্বা মঙাল্দি থত্তবা পার' ঙৌর' ফীজংনা,
মায়কৈ মরি য়াল্লিবা মালঙ্ লিরি হুন্লিবা,
হৈনম্ লৈনম্ ধুপ্লম্মা মেঙন-শুম্ফৎপা কা,
অঙাঙ্বা গালিচা থক্তা মোল্ল' আসন্ পরেং থারিবা ।

চঙ্লক্ই মরাঙ্-কায়র' কাদুদা অঙম্বনা মাঙ্ থা,
মথং মথং অত্রি,ভৃগু,পুলস্ত,পুলহ,অঙ্গিরা;
লোয়নননা অনুসয়া,খ্যাতি,প্রীতি,স্মৃতি,ক্ষমা,
তুংইন্বা শাগৈ-ঙাই অহল্ লমন্ মরুপ্ মপাং কয়া--

অথেম্পোৎ খুদোল্পোৎ কয়া থল্লে মফম্ চানা;
দক্ষ নিংথৌনা তরাম্না ওক্ খুরুম-খাজংনদুনা,
নুপাগী মখৈ ফম্মিন্নখ্রে আসন্দা পরেং শানা;
বিবন্ মমোম্ প্রসুতি মমাশিজ মহারানীনা

ওক্ই তরাম্না অনুসয়া,খ্যাতি,স্মৃতি, ক্ষমা,
প্রীতি,লোয়নরক্পী শাগৈ-ঙাই মরুপ্-মপাং নুপী কয়া,
লেঙ্গোন্নদুনা চঙ্মিন্নখি লৈমগী মনুং কাদা;
ফম্মিন্নখি নোক্-খে, ৱারী-ৱাতায় শানখি হরাউনা ।।

লম্লাইগী অথেম্পোৎ শাগৈগী অথেম্পোৎ হৈ-বা
যাওবা ফিরুক্শিং ঙম্না য়ৌখ্রে ইমুংদা,
নিঙোলশিংগী অথেম্পোৎ খুদোলপোৎকা লোয়ননা,
ঙম্না য়ৌখ্রে নিঙোল্ কা মহারানী সঙ্গায়দা ।।

মন্ত্রনা শেংদোক্লবা অথেম্পোৎ হৈজিং-খবাই
সোম্ পন্থৌ অত্রিনা খুদোল্ লাল্লে দক্ষদা-
হায়না হায়না-' পীনবীরো নজা-ইবেম্মা রোহিনী
ঐগী ইচা চন্দ্রদা ওইজরগে ইমৌ ঐগী ।'

দক্ষনা খুম্খি মোমোন্-নোক্না -'লৌবিরো দান্ ঐগী
পীজরে রোহিনী লোয়ননা অশ্বিনিনচিংবী-
ইচানুপী কুন্তরেৎমক্ নচা নুপা চন্দ্রদা ।'
ওক্লবা অত্রি হায়জরক্ই দক্ষ য়েংদুনা-

' হায়্জবদি রোহিনীতনি লৌজরে হরাউনা;
অতৈদি করম্না হায়জবসু নত্তনা ।'
' তাবীয়ু ঋষিবর ! পীখ্রবা দান্ হন্নদে,
ঐদি প্রজাপতিনি হায়খ্রবা ৱা হোংবা য়াদে;

রোহিনী য়াওনা ইচা নুপী কুন্গ-তবেৎনি
কাঙ্বু অমা ওইরিবা,কুন্তরেৎসি অমত্তনি,
তৎন-থান য়াদবনি পূন্না অদুম্ লৈবনি,
অমা থাজ-য়োন্জবদা অতৈসু অদুম্ য়াওবনি ।

রোহিনী লৌবা ইমাক্তো কুন্তরেৎমক্কী ইমাক্নি ।'
'তঙাইফদে য়াবা তাই' অশুম্ খল্লে অত্রি
ৱাফম্ অসি য়াদ্রবা রোহিনীদি ফংলরোই,
রোহিনীবু ফংদ্রবা চন্দ্র লৈফম্ খঙ্লরোই ।'

'ৱারম্ পূখ্বা তাজরে ফিগাও শানা লৌজরে ।'
দক্ষ হরাও-মোমোন্জৈ; খ্বায়-পূখ্বা হরাওনরে।
অশীন্-অরাঙ্ কাঙ্বুনা হৈরাঙ্-লৈরাং য়েল্লক্লে,
অহাও-অথুম্ অথেম্পোৎ য়েন্নদুনা চামিন্নরে ।'

ক্না লান্নে চামিন্নৈ, ঙাই-শেন্ কোন্নরে
লুহোংবা নুমিৎ লেপ্লরে অফবা ক্ষেন্ফম্ য়েংনরে,
ৱাৱা-য়ায়া নোক্তুনা মশেল্ বিদায় তৌনরে,
হরাওজরে রোহিনী কুন্তরেৎমক্ নোক্চরে ।।

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'রোহিনী থাজবা*
*কৌবা তরেৎশুবা মতাং ।*

# ৮ শুবা মতাং

দক্ষ কোনুং মপূংয়াই সুমেরু চীংগী নাপোম্দা,
স্বয়ংবর সভা মণ্ডপ্নি বিশ্বকর্ম্মানা শারবা,
মরোল্ অহুম্দা লৈতবা ফজবা পূম্বনা তিল্লবা,
শান্তি,আনন্দ তৃংনফম্ নুঙাইবা মথোই কা-রিবা ।
মৈনাক্ চীংগী চীংখোঙ্ বিন্দুসর পুখ্রি মপান্দগী
লৌরুদুনা হিরা,মণি-মুক্তা,পোহাল্ কয়া,
সনা মপাক্ লোয়ননা লংলবা লীক্লাই কয়া,
শাখিবনি সভা মণ্ডপ্সে খুৎহৈবা বিশ্বকর্ম্মানা ।
সভা মণ্ডপ্ মরাক্-ময়ুংদা লম্ লীশিং তরা তরানি,
মরোল্ তরামরীগী মী-লাই-অসুর তিল্লগদৌরিবনি ।
মরক্-মরক্তা লাপ্পা মান্ননা লীক্লাই যুম্বীলক্তা,
হৌহল্লি সনা মণি-মুক্তা হিরাগী উপাল্ কয়া;
হায়ফম্ খঙ্দ-তগুপ্-তরেং ফজরবা মণ্ডপ্নি,
নুমিৎকী মঙাল্ নম্হৎপা সভাগী মশেক্-মঙাল্নি ।
অনৌবা নোংনা অতিয়া কুপ্পগুম্ নোংদোন্ পক্লা ব্রাংলবা
উরুবদা পাপ্ পূম্বা মাঙ্ননবা মশক্ ওইরবা
উবতদা কোক্লিবনি অব্রা-অনা পূম্বা খুদক্তা ।
মশাগী মশেক্-মঙাল্ পুরবা হিরা মণি মুক্তা থাম্বনা,
অহিং-নুংথিল্ খায়দনা থাওমৈ থান্বা থান্দবা লৈতনা
ইঙাল্ ঙাল্লি সভা মণ্ডপ্ ফজরি তগুপ্ তরেংনা ।
সভা মণ্ডপ্মনূংদা মখল্-মখা অয়াম্বা
ফজরবা পোৎনা থন্না লৈ,থেৎলি অয়েক্পা লাই কয়া,
অয়েক্পা লাই অমা য়েংলুবা উরি থাপ্লবা নন্দন্ কানন্
চৈত্ররথ বন্, শাৎকায়রবা লৈরাং লক্তা,
অয়েক্পা লাই অমনা পুরি নঙ্বু ঈশিং চাইবী নাক্তা;
গন্ধমাদন্ বদরী মন্দাকীনি তোবর্বান্দা
ঙাহৌ-ঙাহৌ চৎহল্লি, নীংশিংহল্লি হৌখ্রবা ব্রা কয়া ।
অমনা যাওহল্লি নঙবু অমৃত মন্থন্ লাই-হিংচাবা লক্তা ,

থাঙ্ পায়না চোংথোক্লুই অমৃত মুন্নবৈ লান্ফম্দা-
অমনা য়াওহল্লি নঙ্বু নুঙাইরবা মৃগায়াদা ,
অমুক্সু লৈরুই বৈকুণ্ঠদা লক্ষ্মী নারায়ন্ মনাক্তা,
উর্ব্বসি, মেনকা, রম্ভা অপ্সরাশিংগা লোয়ননা ;
তুম্বুরু মৃদঙ্গ খুৎখত্তা যন্ত্র খোঞ্জেল্ তুংইন্না,
শারুই নঙ্সু জগোই তাল্ লয় চানা চানা।
থম্বাল্তনা থন্না হৌরবা পুখ্রি সনানা শারবা থম্বাল্,
অশংবা মণিনা মখোক্ ওইবা বৈদুর্য্য মণিনা শারবা থম্মা,
শারবসু সনা মণিনা নীংথিবা লৈনম্ পুরবা,
পুখ্রিগী অকোয়বদা উচেক্শিংনা পাইরিবা,
ফজবা ঙা থেঙ্গুনা লূরবা লাইজদা শান্নরিবা,
নামিবনা লিরি হুম্দুনা ঈথক্ মচা মচা হৌরিবা,
সনাগী থম্বাল্দগী মুক্তাগী লীক্লা তপ্ তপ্ তারিবা,
মনুং মপাল্ ফাওনা উরিবা লীক্লাইগী সিড়ী থক্তা,
পুখ্রি মপান্দা মখল্ মচুগী মণি নুঙ্না শারবা,
পোত্থাদুনা ফম্মবা বেদী পরেং পরেংদা,
চৎলুরী নঙ্সু ঙাহৌ ঙাহৌ ফম্লুরি সিড়ী বেদী থক্তা,
মণি রত্ন মখল্ মখল্না ঈশিংগী শত্তম্ লৌরিবা,
য়েংবদা পৃক্লীং হুবনি শুম্মৎপনি থৱায় হক্চাং ।
স্নথোঙ্ মরি ফাৎলিবা ফজরবা মণ্ডপ্নি,
অকোয়বদা চেক্পল্ মণি-মুক্তা থাম্লবা,
খুৎলাই পায়বা লাম্মীনা নীংথিনা ঙাক্লিবা স্নথোঙ্নি;
নীংথিরি ফজরি পৃক্লীং হুরি অয়েংবগী ।
মণ্ডপ্কী অকোয়বদা ঋতু নাইদনা শাৎলবা,
লৈ মখল্ মখল্ হৌরবা লৈগী লৈকেল্ মচা মচা,
নুমিৎচুপ্পা ঈশংদা শংদুনা লৈরবা পৃক্লীং হুনা ফজরবা,
উপাম্বী পবেং পরেং হৌরি লৈরি অকোয়বদা ;
লাপ্পা চপ্ চপ্ মান্ননা পুখ্রি মচা মচা
পুখ্রিশিংদুদা ঙানু, কাঙ, তিঙ্খী, থঙ্গো, জুরা জুরা
লাবা অমোম্ শান্নরি কোয়তান্ তান্নদ্না;
ঈশিংগী থরো থম্বাল্, কংফাল্গী থরো থম্বাল্

লৈনম্ মালঙ্‌বনা পুরক্তুনা সভাগী থৌগল্ তৌজরি,
দক্ষগী স্বয়ংবর সভা মণ্ডপ্ ফজরে নীংথিরে,
ব্রহ্মাগী সুধর্ম্মা সভাগুম্ য়েংবদা পুক্নীং হুখরে ।।

মণ্ডপসিদনি লুহোংখিবা সতী নত্তনা,
দক্ষগী মচানুপীপুম্বা-নিপান্না ধর্ম্মদা,
তরামাথোই রুদ্রদা-তবাহুম্দোই কশ্যপ্‌তা;
হন্দক্তা হোঙ্‌খি রোহিনী যাওনা কুন্তরেৎ চন্দ্রদা ।
সতীদি খ্বাইদৈ হেন্‌বীনি খ্বাইদৈ হেন্না ফজবীনি,
মাবু পাম্জবা হায়জরবা মশীং থীঙম্‌দবনি।
মী-লাই-হিংচাবা -দেব দৈত্য দানব্ পুম্বা
স্বর্গ মর্ত্ত পাতাল্, নত্তে, মরোল তরামরিতা
নত্তে ব্রহ্মা অমগী জগত্‌তা লৈবগীতা,
ব্রহ্মা কয়াগী জগত্‌তা লৈবা মতীক্ চারবা,
তৌঙন্নবা,ফজরবা, ফাওববা, মী-লাই-হিংচাবা
পাখঙ্ কয়া-কযাগী মশীং লাক্‌ঙম্‌দ্রবা,
হায়জররি দক্ষদা সতী মাবু পীয়ু হায়না ।
সতীনা পাম্জবনা শিব, দক্ষনা য়াদবসু শিব,
জগত্‌কী মঙ্গল্‌গীদমক্ সতীবু শিবদা থাজবা,
ব্রহ্মামক্তা হায়বদা য়াখিদ্রবনি দক্ষনা ।।

লেপ্‌খ্রে স্বয়ম্বর নুমিৎ হৌ-খ্রে বার্ত্তন্ মায়কৈ শুনা
শুরে জগত্ কয়াগী নিংথৌ, যুবরাজ, সেনাপতি,
অকন্ অথৌ অঙম্বা, লাইরিক্ হৈবা, ঋষি-মুণি
বেদ খঙ্‌বা যোগী, মরু মরু ওইবা চিথ্রদ্রে ;
চয়োল্ অমা ৱাৎলিঙৈ মথং মথং থুংলরে,
তরাম্-তরাম্ ওক্তুনা মীথুং শঙ্‌দা লৈহল্লে ।
অৱাৎ-অপা লৈত্রবা দক্ষ নিংথৌ মীথুংশঙ্,
অতিঠি খুদীংগী তোঙান্-তোঙান্ লৈন-শঙ্,
অমমম্না কোনুংনি, শেম্‌খরবা তোঙান্ তোঙান্না ;
শেৎন-চানবা ৱাক্তনা মীনায় নুপা নুপীনা,
মতম্ পুম্বা সেবা তৌ পেল্‌হল্লি অতিঠি পুম্বা,
অৱাৎপা কৌবা লৈহন্দে ফংহল্লি অপাম্বা পুম্বা ।

মশক্ মতৌ ফজবী সেবা লাংবা হৈরবী
মতৌ লৈবী মীনায়নুপী ঙাইহাক্তা পোত্থাজদবী
মীথুংলেন্শিংনা নীংলক্পা থুংহন্বনা হান্বনি ।
ছিদ্র থিবা ফংহন্দে ব্রাকৎ লৈতে মথক্তা,
দক্ষ কোনুং অঙম্বা য়েংশিল্লি মীনায়শিংগী থবক্তা ।
অচৌ-অশাং অঙম্- অথৌ, নিংথৌ, নিংথৌমচা পূম্বা
অয়ুক্কী প্রাতস্নান্ যজ্ঞহোম্ হক্চাং শাজেন্ লোইরগা,
দক্ষ নিংথৌনা থম্লিবা দলাই থক্তা তোংদুনা
লম্জিং-লম্তাক্ লোয়ননা শাথৌবনা থৌদুনা
অয়ুক্ নুংথিল্ কোয়না চৎ লেল্লি কোয়য়েং য়েংদুনা,
দক্ষ কোনুং নীংথিবা নগরগী মফম্ থুংনা ।
কনানা য়েংই শায়োক্শঙ্ শা, ঙা, উচেক্না থল্লবা,
শায়োক্ শঙ্দা লৈরি শজি, শঙাই, নোংশা, কৈ, শওম্, গঙ
য়েংবদা পৃক্লীং হুরবা উচেক্ মখল্ মখল্না,
খোঞ্জেল্ কয়াগী ঈশৈশক্ কোয়পাই পাইনা শান্নরিবা,
ঈশিংদা তাবা উচেক্না কোয়তান্ তান্নদুনা শান্নবা;
মখল্ মচুগী অচৌ পিশক্ লীল, লাইরেন্ কয়া,
য়েংবগী পেন্নাইদ্রবা মালেম্দা লৈবা শা উচেক্,
মালেম্গী ব্রাংমদৈ অতোপ্পা জগতৈ পুরক্পা,
পৃক্লীং হুনা ফজবা ঙক্ল ঙক্ল জীব কয়া,
লৈরি শায়োক্শঙ্ থন্না মিৎ পেল্হল্লি অয়েংবশিংদা
স্বয়ম্বর লাক্পা মীথুঙ্লেনশিং পাক্ হন্নিংদে মফম্শিদৈ -
অওইবনি, অহিংবা জীবমুক্ ফজবা অতৈ করি লৈরিবা ?

খরনা য়েংলুই নৈনশঙ্ মন্দির- নগরগী ময়োল্দা
লৈরিবা, অরিবা, অঙক্পা শুনা থল্লিবা,
বিজ্ঞান্গী ইতিহাসকী, খুৎশা হৈবৈ ব্রাক্তে অমত্তা ;
থিরু-হুম্লুবদগী ফংলক্পা, লৈয়রুবা, পীরক্পা
নূংগী শেঞ্জেংগী, পিথ্রাইগী, কোরীগী মুর্তি কয়া,
পাত্র মখল্ কয়া, খুৎলাই কয়া, লূহূপ্ কয়া,
সনা লুপাগী য়োৎকী মণি মুক্তা হৎলবা,
হৌখ্রবা মতম্গী তোঙান্-তোঙান্বা মফম্দা

ফাওরম্বা চাউরম্বা অকন্-অথৌ মী-লাই-হিংচাবা
কয়ানা শিজিন্নরম্বা খুজু খুৎলাই ফিজেৎ ফিঙাম্,
ফিজোন্ লান্দা শেৎলম্বা মরাং কায়না থন্না লৈরি,
থাঙ্, তা, লিরুং তেন্, গাদা, খুৎলাই ময়াম্ লত্তা য়াওরি,
ইন্দ্রগী বজ্র, বরুন্গী নাগপাশ, শিবগী ত্রিশুল্,
পশুপাত, ব্রহ্মাস্ত্র, বিষ্ণুগী চক্র অমদি গদাগী নমুনা :
য়েংলু খুদীং শুক্ষৎপা মিৎফম্ হোংবা য়াদবা ।
নাকন্দা লৈরি পরেং পরেং কাজাও অমা থন্না,
পৃথ্বিদা ফংবা নূংগী মখল্ মণি মুক্তা হিরা য়াওনা,
উত্তুনা করম্বা মখল্, কদাই কদাইদা ফংবা ,
য়াওরি নূং ওল্লবা উ, লোয়ননা চাউ-শাংলবা
শরু পোলাং কয়া য়াইতম্বা জীব কয়াগী ;
মতম্'মদা লৈরম্বা হৌজিক্তি মুৎথ্রবা ।
মুৎথ্রবা লৈরিবা উচেক্কী অশাবা শত্তম্ কয়া,
পৃথ্বিদা লৈরিবা মী মখল্ খুদীংগী শক্তম্
ফিজেৎ লৈতেং, খুজু খুৎলাই, লম্চৎ-শাজৎ ইতিহাস,
বিজ্ঞান্গী পোৎলম্ , ইতিহাসকী মচাক্, ৱারী শীংবুল্
কোরী কোম্পাক্ নূংদা হৎপা লৈরি অমত্তা ৱাত্তনা
মদুতা য়েংলুবদা খঙ্দে মতম্ হৌখিবা ।

খবনা য়েংলুই নগরগী রম্যবন কযা ফজরবা,
নীংথিনা শেল্লবা চাং মান্ননা কল্লবা নাপীনা কুপ্পা
অশংবা রেসম্ ফিদা থত্তা ঙাহৌ থেংহৌ চৎনরি
মফম্ চানা চানা লৈবিবা লৈগী লৈকোল্ ফাওরি
নগরগী পাখঙ্ লৈশা কয়া লূর' ফিজোল্ শেত্তুনা,
লৈবাংনা শাৎকাযরি মতম্নি মতম্ নত্তে খন্দনা,
ৱা-ৱা, য়া-যা নোক্কী, ৱারী শারি তপ্পা নাপচিক্লা,
সিগুম্বা দৃশ্য যেংলুবা বম্যবন্মক্ ওইরুবা,
য়াদে মিৎফম্ হোংবা খঙ্হৌদে মতম্ হৌখিবা ।।

খবনা য়েংলুই দক্ষনগর শান্নবুং কয়াদা
খোঙ্ কাঙ্জৈ, শগোল্ কাঙ্জৈ শান্নরি শান্নবুংদা,
খোঙ্গাওবীসু শান্নরি অতোপ্পা শান্নবুং'মদা ;

মখল্ মথেল্ শান্নরি পাক্ চাউরবা শান্নবুং' মদা;
লমজেন্ তান্নরি, নূং হুল্লি, তা লংলি, শান্‌বা তান্নবি,
নাকন্ অমদা তেন্ কাপ্পরি খুৎচুম্বা তান্নরি,
চেঙ্গোং মাঙ্‌জোং তান্নরি ব্রাংনা চোংবা তান্নরি;
সতী স্বয়ম্বর কুম্মৈদা শান্নরোই কয়া তিল্লরি,
লৈবাক্ কয়াগী শান্নরোইনি মকোক্ মথং তান্নরি ;
মকোক্ ওইবা, দক্ষ খুত্তে মনা চাওনা ফংগনি,
মীথোই মীহেন্ মিংচৎ জগত্ থুংনা ছিন্‌গনি ;
শান্ন-কুম্মৈ য়েংবদি মতম্ হৌখিবা খঙ্‌দরি ।।

মখোয় পূম্বা কোয়রুই, য়েংলুই দক্ষ নগর কৈথেল্,
মখল্ খুদীংগী পোৎচৈ থেন্দুনা থল্লি য়োন্নবা,
মপৈ মপৈ মিৎকী মাঙ্‌দা থৎলি্ অয়েংবশিং মাঙ্‌দা।
খোয়রুম্ মোমোন্ য়েংলক্লি কৌরক্লি খুৎলাম্ তোয়না।
পৃথ্বি মফম্ কয়াদৈ লাক্লি জগত্ কয়াদৈ, থুংলরি
মিৎথক্না ফজরবা ফি, শামতু, পাট, তেবা, লশিং ফি,
খোঙুপ্ মোজা, খুগ্রাং, থুম্মোক্ তায়রুক্, পোলাং, ফিদা
খুৎনা শাবা অঙক্‌পা পোৎ মরৈ পান্‌বা শান্নপোৎ,
মিৎকি কুম্মৈ ওইরিবা মিৎফম্ হোংবা য়াদবা,
চানবা পোৎ মখল্ মথেল্ ঙা, শা, মনা মশীং
থক্লবা মহি মখল্-মখল্ হৈ, ষঙ্গোম্, দহি,
য়েংবু য়েংলুরবা হন্দোক্‌পা ওইথোক্তবনি,
অঙক্‌পনি লল্লোন্‌বা ! নঙ্‌গী থৌরাং অঙক্‌পনি,
নঙ্‌না য়ৌদবা মফম্ জগত্তা করি লম্‌দি লৈরি ?

চূংফিরান্ চানা মশক্ মতৌ ফজরবা,
কুচু কুমেন্ হেল্লবা, পাখঙ্ নহা ঈন্‌খৎলক্‌পা,
শাবান্-নুংবান্ ফজবা য়েংবদা মিৎ থল্লিবা,
শেত্তোক্-চাথোরক্‌পদা ইপক্ত-মপক্‌চরিবা,
খোঙ্‌থাং খুৎহাই মিৎয়েংনা থম্মোই ওলাংহল্লিবা,
সতীবু পাম্‌দুনা লাক্লিবা জগত্ পূম্বৈই অথোইবা,
নিংথৌ-নিংথৌমচা-সেনাপতি, অকন্-অথৌ, অঙম্বা,
ফজ-ফজবা ফিজেৎ লৈতেং, লম্-লম্‌গী ওইরিবা

ফিজেৎনা তাংজবা হক্‌চাং কোক্তা স্নরুপ্পা লুহুপ্ কোয়েৎ,
মণি মুক্তা লীক্‌থাং পরেং, খুজি-খুদোপ্ ইরং-লং
খুৎ চাবা খুৎলাই পাযদুনা পরেং পরেং চৎলিবা
দলাই লেংদা তোংদুনা পরেং পরেং থৌরিবা,
মিৎকম্ হোংবা য়াদবা শক্‌ফম্নিনে ফজবা,
দক্ষ কোনুং ছোরোক্ কাগুপ্ লেপ্ য়েংনরি মী পূম্বা ।।
নুমিৎ অদো নুংথিন্দা নুমিৎ চায়থরক্লবদা,
মশেল্ নুঙাইনবা ওইনা তান্নখি খুৎ চুম্বা শান্‌বা
নুমিৎসিগী চাংদম্‌দি খ্বাইদৈ হেন্‌খি ইন্দ্রনা ।।
নুমিৎ তারক্লবদা হঞ্জিন্নরে মীথুং শঙ্‌দা,
মাগী মাগী লৈফম্‌দা ঈরু মাইতাজদুনা
সন্ধ্যা তর্পন্ লোইখরে; অনৌবা ফিজোন্ শেত্তুনা
চাবা থক্‌পা লোইরগা তরু তহেন্ থোরক্লে -
স্বয়ম্বব মণ্ডপ্ পাংলক্লে নুংদাংগী অনিশুবা প্রহরদা ।
সতী স্বযম্বব হংচিৎনি-স্বয়ম্বর সভা অসিদা
চয়োল্ চুপ্পা চত্থরক্‌পা হরাও কুম্মে অপূম্বা
ঙসি লোইশিল্লগনি । নুমিৎ খুদীং মণ্ডপ্‌সিদা
স্বযম্বর য়াওবা লাক্লিবা মীথুংলেন্ পূম্বে পেন্নবা,
জগোই, ঈশৈ, থাঙ্-তাগী কুম্মে, য়েৎনবা, শৈরেং থীবা,
মখল্ কয়া চত্থরক্লি-ঙসি নুমিৎনি লোইশিন্‌বা ।
মীরৈবাক্কী অতিঠি পূম্বা ফম্‌খরে মফম্ চানা
প্রজাপতি প্রসুতী নিংথৌ মহারানী অনিনা-
সভাদা লেঙ্‌ঙক্তুনা আসন্দা লেঙ্‌শিল্লবদা,
হৌরে কুম্মে-স্বর্গগী জগোই শাবী উর্বশী, মেনকা,
ঘৃতাচি, রম্ভা শারি জগোই নীংথিবা শাথেক্তা,
তাল্ লয় চানা, য়ৈরি পূং গন্ধর্ব তুম্বুরুনা,
শক্লি ঈশৈ নীংথিবা শুরদা গন্ধর্ব চিত্রসেন্,
পূংশুম্ শুক্কৎলি তিল্লিবা পূম্বা সভাদুদা ;
উর্বশীনা থেক্‌থরক্‌পদা ভাবক্‌সু থেক্‌থরি,
মেনকানা লৈয়রক্ লৈয়বক্‌পদা ভাবক্‌সু লৈয়রি,
চিত্রসেন্‌গী খোঞ্জেল্ তুম্বুরুগী তাল্‌দা ময়া কারি,
কাউববনে ভাবক পম্বা স্বর হোন্‌গনি হায়বা ?

মরক্ মরক্তা লাউনরক্ই ব্রা-ব্রা 'ফজৈ-ফজৈ'
'অমুক্তা হন্খো'। বন্তাগী মোমোন্ ,ঘৃতাচিগী মিৎচ.
পাখঙ্ থম্মোই কিশি কি থৎঙম্দ্রবা থৌরীনি ।
জগোই ঈশৈ লোইখরে, খুবাক্ প্রোক্ প্রোক্ খুদুনা ।
কুম্মৈ মখল্ কয়ানি, মথং মথং, মলগী কুম্মৈ -
ফাওর-ফাওরবা মলশিংগী লাক্ল- ফান য়েংবদি,
মিৎফম্ হোংবা য়াদবা নুঙাইরবা কুম্মৈনি,
খ্বাইদৈ হেন্না কল্লবা জগত্না শীংথানরিবা
জম্বুদ্বিপ্কী নমুচি ভদ্রাশ্বগী খাগীখা.
অকন্বা মল অনি অঙম্ তান্না মূক্লবা,
পাম্বোম্ পাম্বোম্ পায়নৈ হোৎনৈ অমনা' মবু চিংবুনবা,
খোঙ্গা খোঙ্গা য়েৎশিন্নৈ অমনা'মবু ইন্থুনবা,
খুৎপাক্লা থানৈ, কিন্না থিন্নৈ,পায়নৈ খুৎপায় মখল্ মখল্না,
খোঙ্পাক্লা কাওনৈ, খুত্তুম্না শুনৈ, থবাক্তা লেংজুম্দা ;
কন্না কন্না লাউনৈ, চিংথোক্ চিংশিন্ লাক্লে,
য়েত্তুম্ শাবা খুৎপায়, চক্র শাবা খুথা,
দণ্ডনা থাবগুম্ নাহন্বা, পুর্নযোগ কৌবা খুথা,
থানৈ অমনা অমদা, শিজিন্নৈ খুৎলাইগুম্না.
অশুম্না ঙাইহাক্ লাক্লর'তুং কল্লবা নমুচিনা
খাগীখাবু পাম্বোম্ম থাঙ্গৎ কোয়রৈ লৈয়রক্ই.
চাম্রক্ লৈয়রগা লৈমায়দা থাদৈ-মদুদা
লোইরে মলগী কুম্মৈ, খুবাক্ প্রোক্ প্রোক্ খুদুনা ।
মথংদা হৌরে থাঙ্গী তাগী কুম্মৈ মখল্-মখা,
থাঙ্গী বাক্ হাইনৈ খোঙ্ফম্ নিপান্ মঙা অহুম্ লৈয়ন-লৈয়না
তা খৌশারি-মরাম্-মচা মরাম্-অচৌবা চোংনা চোংনা;
কুম্মৈসিসু লোইশিন্খ্রে খুবাক্ প্রোক্ প্রোক্ খুদুনা।
মতম্সিদা থুংলরে সভাসিদা কবি অশৈবা,
লোয়ননা মুণি,ঋষি,বেদ-শাস্ত্র খঙ্-হৈরবা ।
জগত্ কয়াগী ধর্ম্ম কয়াগী ধর্ম্ম তত্ত্ব খঙ্লবা,
য়াওরি পুবাণ্ হৈরবা সুত কয়া পৃথ্বি থুংনা ফাওববা,
খঙ্হৈরবা ধর্ম্ম লীচংবা কয়ানা চয়োল্চুপ্না
য়েৎনৈ, ব্যাখা তৌনৈ মাগী মাগী ধর্ম্ম তত্ত্ব

চয়োল্ চুপ্পা য়েৎনর' তুংদা য়ানখি পুম্বনা-
'ঈশ্বরদি অমত্তনি শ্বায় পূম্বৈই তৃংনফম্নি
ধর্ম্মনা লম্বীনি ঈশ্বর মাবু য়ৌননবা ।'
তোঙান্-তোঙান্বা ধর্ম্মনা তোঙান্-তোঙান্বা লম্বীনি ।।'
পুরাণ্ হৈবা উগ্রশ্রবা পুরাণ' ৱারী লীদুনা
মী পুম্বা শুঙ্কৎতুনা থম্খি চয়োল্ অমা চুপ্পা।
ঙসি কবি সম্মিলন্নি অশেবশিং পুম্বনা,
মহারানী প্রসুতি য়াওনা প্রজাপতি মাঙ্দা
মানা মানা লেংজরবা শৈরেং থীনি শুর চানা,
শুর,নাদ,তাল্,লয়না মথৱাই হাপ্লবা শৈরেং কয়া
থীনরক্লে শক্লাইরবা কবি অমৈ মথংদা অমা;
অদুক্ চাউবা সভাদো লূপ্হল্লে শৈরেং ঈপাক্তা;
সভা পুম্বনা থাগৎনখি খুবাক্ প্রোক্ প্রোক্ খুদুনা ।
অহিংগী অরোইবা প্রহর য়ৌরক্পগা লোয়ননা
ব্রহ্মলোক্তে সরস্বতী,শিব সেবক্ নারদ লাক্তুনা
হৌরে অনিগী ঈশৈ,হৌরক্লে শুরগী ঈথক্
ভৈরবী রাগদা তাউহল্লে শুর সাগরদা ।
নিংথৌ,নিংথৌমচা,সেনাপতি,অকল্-অথৌ অঙম্বা,
মুণি,ঋষি,অছৈবা,বেদ শাস্ত্র হৈরবা,
পেন্দবা কনা লৈরম্দে,খঙহৌদে অহিং হৌখিবা;
নিশান্তনা হৌখিবা, মহানিশান্তনা হৌরকপদা,
ঈশৈ ফাংনবা লোইরগা লোইশিল্লে সভাদো,
প্রজাপতি মহারানী লেংশিন্খ্রে কোনুংদা,
অতিঠি পুম্বা হন্নখ্রে মাগী মাগী লৈফম্দা ।
সতীবু পামদ্না লাক্খিবা মতীক্ চারবা পাখঙ্ পুম্বা
সতী মাবু উনিংবনা থম্মোয় মালহৌনরেদা,
নোংমতা ঙায়রবা স্বয়ম্বর নুমিৎ ঙাইঙম্দরেদা;
থম্মোয় লাঙ্তক্ মালহৌনা য়ৌনখরে পোথাফম্ ।
'সতী ঐগী ওইগনি' ভাবকী দলান্ শাদুনা,
মহৈ মহৈ ঙাইনখি স্বয়ম্বর নুমিৎ ঙাইঙম্দনা ।।

নিংথৌ দক্ষ প্রজাপতি মহারানী প্রসুতী,
মচানুপী সতীগী অউন্‌পোৎ থেঙ্গৎচরী,
মিকুপ্‌ অমা পোথাদে মনাইশিংদা থৌদারী,
য়েংলি অৱাৎ-অপা,ফজৈ-ফজদে খল্লি ।
সনাগী লীক্‌-কোন্‌ মণি-মুক্তাগী লৈতেং মখল্‌ মখল্‌
অখন্নবা তাবুদা ময়োম্‌ ময়োম্‌ হাপ্‌চিল্লি,
শেৎন-ইন্নবা ফি, পুম্‌থিৎ, সনা ফিগে মুগা ফি,
শামতু,পাট্‌ লশিংফি, অপাবা অথাবা অরুম্বা ফি,
নিংথম্‌ ফি, কালেন্‌ফি, ঋতু ঋতুগী ফি মখল্‌ মখল্‌,
শাড়ী,মেখলা,পস্বান্‌ মপৈ মপৈ হাপ্‌লি তাবুদা;
মশক্‌ মতৌ ফজবী মীনাই-নুবী লৈশাবী,
শগোল্‌ শামু রথ দলাই লিশীং তরা তরা;
তৌওৎ-তমং হিপ্ন-চান-পাত্র লিশীং তরা তরা,
মণি-মুক্তা হৎলবা মোল্লবা ফিদা কয়া
মোল্লবা কম্বল,ইন্নফি,ফৈজোম্‌ শামতু মুগা
সনা লুপা হৎলবা মশীং থীঙম্‌দবনি;
মপৈ মপৈ হোন্নবা উট,গাধা লিশীং লিশীংনি,
মীনাই মপৈ মপৈ শেম্‌ শারি প্রজাপতি
নুংশিজবী মচানুপীগী অমত্তা ৱাত্তনা শেম্বনি।
মচাগীদমক্‌ শেম্বদা অৱাৎ-অপা য়েংবদা
তূম্বা-হিপ্পা চাবা-থক্‌পা চঙ্‌দ্রে প্রসুতী।
সতী কৌবী ইবেম্মা খ্বাইদৈ হেন্দোক্‌-থোইদোক্‌পী
শিবগী ৱাখল্‌না উংলবী,ৱা ঙাঙ্‌দে মচেৎ'মত্তা,
ফৈ-ফত্তে কৈসু হায়দে,ফজৈ-ফজদে কৈসু পন্দে,
অদুক্‌ য়াম্মা পৈরিবা অদুক্‌ য়াম্মা লাঙ্‌লিবা
থৌওই-নাচুং তৌরুদে খোয়জংদে হন্না-ফাও য়েংলুদে ।
অতোপ্পা ৱাখল্'মদা উংলী,থোক্লগদবা ঙাইরি ।
ৱাখল্‌ পাউদি মালঙ্‌দা চেন্‌খ্রবনি লৈচিল্‌দা,
হায়খ্রবনি চেক্লাদা তমখ্রবনি থঙ্গোংদা
মানস তম্মা পাইরিবা কৈলাস মায়কৈ পাংলিবা ।
মবুঙো শিব উজবা হয়েংসিগী নুমিত্তা-
মাগী লেঙ্‌দবা লাইনীংনি,নীংলি, তূম্বা হিপ্পা চাবা চঙ্‌দনা ।।

ঙসিদি স্বয়ম্বর নুমিৎনি সতী মাগী নুমিৎনি,
জগতকী পাখঙ্ পূম্বনা নুমিৎ সিতবু ঙাইবনি;
অয়ুক্ কোরৌহন্বনা স্বয়ম্বর য়েঙ্গে হায়দুনা
তহা তহা থোরক্ই কোম্ফৌ ফুরা নুংদগী ।
কোরৌহন্বা মায়োক্য়া ধুপ্-থাওমৈ কত্তুনা,
অঙান্বা মাবু অয়ুক্তা তরাম্ -তরাম্ ওক্চরি,
সতী কৌবী নুজানা মঙ্গল ওইবা নিজরি ।
অঙান্বনা পাওমেন্খি- 'তাও,সতী নুংশিবী!
লেপ্লা মঙ্গল ওইজৌকো নঙ্না নীংবা থুংজরো।'
থম্মোয় তয়াং-তশোয়না সতী চঙখ্রে ইমুংদা
য়ৌখ্রে মনুং চন্বা কা শিব লিঙ্গ মাঙ্দুদা ।
পূক্নীং অনি লোঙ্দনা হংজৈ মবুঙো মকাদা
লৈগী খুজোক্ কত্তুনা ধুপ্-থাউমৈ থাম্দুনা-
'শোয়দনা লেঙ্লক্কদরা?' খোরুম্ মোমোন্ নোত্তুনা
সতীদা মিৎচি খৎন-খৎনা হায়রকই শিব শঙ্কর-
' ৱাগনু চান্নবী,শোয়দনা লাক্কনি ঐহাক্
স্বয়ম্বর মণ্ডপ্ থোঙ্গান্দা থোঙশঙ্বা শঙ্কর মনাক্তা,
নঙ্বু ঙাইদুনা লৈরম্গে উনসি নঙ্গা মদুদা ।'
শিব তুমিন্ লৈখরে সতী চৎখ্রে ময়াম্লক্তা ।
অয়ুক্ অঙন্বদৈ হৌদুনা দক্ষ মনাই অঙম্বা,
শেংদোক্লে স্বয়ম্বর মন্ডপ্ লৈতেংলে মখল-মখা;
পা-রবা ঙৌরবা ফিজং মায়কৈ মরি য়ুখল্ খল্লে,
ঈংগ্রি শিৎলবা লৈমায়দা অঙাঙ্বা গালিচা থাখরে,
মফম চানা চানা ফিরান্ থেৎ লৈগী পরেং য়ান্খয়ে;
অগরু ধুপ্ মনম্মা মণ্ডপ্ থুংনা ছল্লক্লে;
নোংপোক্ থংবা নাকন্দা মমায় নোংচুপ্ ওন্দুনা,
পরেং পরেং থারক্লে লাপ্পা চপ্ চপ্ মান্ননা,
সনাগী তাঙ্বল্ কয়া অমোন্বা মোম্পাক্ থারবা;
তরু-তরু শুদোক্লবা ফিঙৌ কুপ্লবা তাঙ্বল্,
মরু ওইবা মীথুংলেন্গীনি সতীগী বর ওইগদবা ।
নিংথৌ, নিংথৌমচা,সেনাপতি,অকন্-অথৌ অঙম্বা,

পাখণ্ড্ ওইবা কয়ানা য়েংব-মক্তু উনবা
খন্গদীরি মখোইলক্তে বর সতীনা পাম্বা ।।

স্বয়ম্বর মণ্ডপ্কী অৱাং থংবা নাকন্দা,
থারি গালিচা-থক্তা কুশগী আসন্ কয়া,
কুশ-আসন্ মমাঙ্দা মফম্ চানা চানা,
থল্লি ঈশিং য়াওবা দোনা লা-তাঙ্গ-থক্তা হাপ্তুনা,
লোয়ননা লাগী কুশি, খুদৈ মতেক্ অহন্বা;
যোগী ঋষি মুণি, বেদ-হৈবা ব্রাহ্মন্ বৈষ্ণব্ কয়া,
বার্ত্তন্ ফংদুনা লাক্লিবা স্বয়ম্বর য়েংবা কয়া;
অৱাং থংবা নাকন্সি ফম্ফম্ শেল্লি মখোইমক্তা ।
খা-থংবা নাকন্দা থারি ফিদা পরেং পরেং,
মাঙ্থংবা ফিদা পরেং মী-লাই-হিংচাবা অচৌ-অশাং,
তুংথংবা পরেং দক্ষ প্রজা স্বয়ম্বর য়েংবা লাক্পা
লৈবাক্ লৈবাক্তে লাক্পা মীচম্ মখোয়গীনি খা-থংবা ।
নোংচুপ্ থংবা নাকন্দি লৈম-নিংথৌ কোনুংগী,
দক্ষ নিংথৌ প্রজাপতি- মহারানী প্রসুতী
ফিদাপুম্বে ময়ায়মক্তা থারি মখোয়্'নিগী সিংহাসন্;
নাকন্ য়েৎ-ওইদা মজাইবেম্মশিং লৈমশিংগী ফিদা,
নিংথেম্মুবী থৌগল্-লাঙ্গল্ হক্শেন্বশিংগী ফিদা;
লোয়ননা লৈবাক্কী অঙম্-অথৌ থৌ-পুবৈ লৈমশিংগী ।
নাকন্দা লৈরি অরাঙ্ফম্ অশীন্-অরাঙ্গী পোৎলম্ কয়া,
অর্ঘ্যগী সামগ্রী মণ্ডপ্কী অৱাং-নোংচুপ্ চিদাইদা,
লৈরি সনাগী বেদী সতীগী ঙাইহাক্ পন্ফম্নি,
মতাশিংগা লোয়ননা সভাদা মিৎয়েং থম্লবা ।
লৈরি শেঙ্গা অমা মদুদা য়াওরি বরমাল্য কুন্দো পরেং ।
স্বয়ম্বর মণ্ডপ্ অকোয়বা খুৎলাই পায়বা লাম্মীনা
কোয়না ঙাক্লি চেক্শিন্না মিকুপ্-নাহুম্ শিংনা ।
মণ্ডপ্কী নোংপোক্থোঙ্ অতিঠিশিং ওক্ফম্দা
থল্লি ৱাং-চাউর' শিব মুর্ত্তি থোঙ্ঙাক্পৈ শক্তম্দা।
প্রজাপতি য়াথং তুং-ইন্না খুঙ্গোয়নরি শঙ্কর,

জগত্ পুম্বে মমাঙ্দা, খঙ্খি সতী ঙশিতা।
মণ্ডপ্ লৈতেং মপূং ফারে হঙ্গৎখ্রে দক্ষদা ॥

অয়ুক্কী অহান্বা প্রহর হৌরক্পদা য়াম্না ঙন্না
প্রাত স্নান্ যজ্ঞ হোম্ পাঙ্থোক্লরে দ্বিজাতি পূম্বা,
মাগী মাগী নীংগদবা লাই নীং শোন্গদবা লাইশোন্ শোন্
হৌনখ্রে শেম্-শাবা স্বয়ম্বর য়াওবা চৎননবা;
দক্ষ প্রজাপতি লৈবাক্কী থাপ্লবা কোচিন্-কোয়াদগী,
প্রজা কয়া কয়া হাইগৎনরক্লে কোনুং তম্না অয়ুক্তগী;
মীরৈবাক্তগী লাক্পা বার্ত্তন্ ফংবা-ফংদবা কয়া
স্বয়ম্বর য়েংবা লাক্লিবা য়ৌনরক্লে স্বয়ম্বর সভা ।
দক্ষ নিংথৌ মমাক্ ইবুংঙো রুদ্র, কশ্যপ্, চন্দ্র
খা-অৱাং-নোংপোক্ থোঙদা বার্ত্তন্ ফংবা অতিঠি;
রুদ্রনা ওক্লি খা-থোঙ্দা লেবাক্কী য়াইতোং খম্দোং পুম্বা,
কশ্যপ্না ওক্লি অৱাং-থোঙ্দা যোগী ঋষি মুনি অথোইবা;
চন্দ্রনা ওক্লি নোংপোক্ থোঙ্দা সতীগী বর ওইগদবা
নিংথৌ, নিংথৌমচা, সেনাপতি, অকন্-অথৌ অঙম্বা
সতীবু আশা তৌদুনা জগত পূম্বদৈ লাক্লিবা।
শিবগী মুর্ত্তি থোঙদা উ মখোয় পূম্বা ঙক্লখি,
করি মরম্ লৈবগে মখোয় পূম্বা হংনখি।
মমাক্ ইবুংঙোহন্ ধর্ম্মনা মকু নাক্তা লৈদুনা
দক্ষে থৌদা পাঙ্থোক্লি, অশোয়্-অঙাম্ য়েংশিল্লি।
অয়ুক্কী অনিশুবা প্রহরনা লোইরক্পদা
য়ৌনরক্লে মথং মথং বার্ত্তন্ ফংবা পূম্বা।
কশ্যপ্না ওক্লি মুনি ঋষি যোগী অৱাং-থোঙ্দা;
ফুল-চন্দন্ ধুপ্-দিপ্ অর্ঘ্য কৎ পান-তাঙ্গ লান্দুনা,
ফম্ফম্লাংদা ফম্হন্খি ভৃগু, পুলস্ত্য, পুলহ,
অঙ্গিরা, মরীচি, অত্রি, বশিস্থ, প্রচেতা,
কণ্ড, নারদ, অসিত, দেবল, মার্কেণ্ডদ্র,
ভরদ্বাজ, গৌতম্, যাজ্ঞবল্ক, বিশ্বশ্রবা, শুক্র,
বৃহস্পতিগা লোয়ননা কচনচিংবা ব্রাহ্মণ,
বেদ হৈরবা, সিদ্ধ ফংলবা যোগী মুনি ঋষি;

চেলাশিংনা ইকোয়্ কোয়, জগত কয়াদে লাক্লি;
তিল্লরে স্বয়ম্বর সভাদা দক্ষে বার্ত্তন্ ফংদুনা ।
নিংথৌকোন্গী লৈমরোল্শিং নোংচুপ্ থংবা মায়কৈদা,
মচা-মনাই লোয়ননা সভা মণ্ডপ্ চোন্না ফম্
ঙাইরক্লি পূংফম্দো নিংথৌ মহারানী অনিনা
মজাইবেম্মা সতী লোয়ননা সভাদা য়ৌরক্পা।
অহুমশুবা প্রহরদা নোংপোক্থোঙ্দা য়ৌনরক্লে
খ্বাই পূম্বনা ঙাইনরিবা সতী' আশা তৌরিবা,
ঙসি নুমিৎ অসিগী সতীগী বর ওইদৌরিবা ,
মীথুংশঙ্দা লৈরিবা মশক মতৌ ফজরবা
শাবান্-নুংবান্ নীংথিবা,চূং-ফিরান্চানা ফজবা
জগতপূম্বদে লাক্লিবা মীথোই-মীহেন্ অপূম্বা।
লৈবাক লৈবাক্কী নিংথৌ পাখঙ্ মথোক্ কারক্পা
নিংথৌমচা, সেনাপতি,অকন্-অথৌ অঙম্বা,
উনীংবনা লাঙতক্করবা, ঐতগী ওইনি আশানা
ঙাইঙম্দ্রবা মীথুংলেন্ থম্মোয় মথূম্ হৌরবা
মনাই-মশল্ কৌথোক্তুনা অয়েংবৈ পূক্লীং ফানবা
সতী থম্মোয় শুম্হৎনবা শেম্-শারি মখোয়পূম্বা;
মতম্ চঙ্না ঈরু-মাইতা,শম্-কোই-কক্,খুজিন্-খুয়া শেং
ফজর' ফিজেৎ-লৈতেং-লক্তগী ' পক্চদৌ ফিরোই-ফিঙাম্ খন্
সিনা ফজৈ সিনা ফজদে,সিনা হেন্না ফজৈ পক্চৈ
খল্লবা ফিরোই ফিঙাম্ ফিজেৎ লৈতেং মখল্ কয়া;
সনা ফিগে মুগা ফৈজোম্ খামেন্চৎপা মখল্-মচু ফি শেৎ
রেসম্ ফুরিৎ লিৎ,লেক্ লেক্ লাউর'ফি খাউওন্না
সনা হিরা মণি মুক্তাগীলীক্থাঙ্ পরেং শিদুনা,
সনা খুজি খুদোপ খুত্তা,পাম্বোম্দা সনাগী তাল্
নাকোংদা কুণ্ডল্ নাইন্ কোক্তা সনাগী লুহুপ্
হিরা মণি মুক্তা থাল্লবা স্বরুপ্পা কোকয়েৎ য়েৎ;
নুমিৎকী মঙান্না য়ৈবদা ইরং ইরং ইরং লং
তগুপ্-তরেং নীংথিরে য়েংবগী পেন্বা নাইদরে।
মাগী মাগী মনাইশিংগী মমিৎ পূম্থন্ থন্থরে।
' ঐখোয়গী ইবুংঙোবু হেন্বা অতৈ অমা লৈতরে

সতীনা মাবু নত্তনা অতৈ অমা খল্লরোই,
ওইরনি সতী শোয়দনা ঐখোয়গীদি ইবেম্মা।'
মনাই পূম্বা অশুম্মা মহৈ মহৈ খন্নখি;
চাবা-থক্‌পা লোইরগা মথং মথং লাক্লখি ।
স্বয়ম্বর মণ্ডপ্ থোঙ্‌জিন্দা তরাম্ তরাম্ তৌদুনা,
লৈ-চন্দোন্না ওক্তুনা মমাক্ ইবুঙো চন্দ্রনা
আসন্ তাঙ্‌বল্ থক্তুদা পরেং পরেং ফম্‌হল্লি;
থম্বাল্ নাচোম্ পীশিল্লি পান-খুদপ্ লান্‌শিল্লি ।
মখোয় খুদিং অমগা অমগা হাইফেৎ হাইফেৎ য়েংনরি ,
'মঙোন্দে হেল্লি ঐনা ' মহৈ মহৈ খন্নরি ।
মালহৌনর' পূক্নীংদো মায়থোং থাদা উৎচরি ।
নুমিৎ কয়া থোক্‌পগুম্ থাজ কয়া ঙান্‌বগুম্,
মখোয়না লেঙ্‌বা হাইবদা মশাদা শিরি- থোল্লিবা
সনা - হিরা-মণি মুক্তানা ইরং ইরং লংবনা
তগুপ্ তরেং ফজরে য়েংবগী পেন্‌বা নাইদরে
ভাবোক্ খুদীং মিৎথম্‌ফম্ ঙক্ল শক্তম্ ওইখরে ।

অহুম্ শুবা য়ুথক্ লোইরক্‌পা মরিশুবা হৌরক্‌পদা,
অতিঠি পূম্বা শুনা মণ্ডপ্ চোন্না ফল্লবদা
য়ৈরক্লে দরং দরং দুন্দুভি, দামামা, ডঙ্কা,
লোয়ননা ঢোল্-ঢাক্, দমরু, মৃদঙ্গ, মুরজা
পূং শেল্ কংসি শেম্বুং ঢোলক্ ঝাল্‌মাঙ্গং ঝাঝরি
য়ৈরক্লে খোংলক্লে যন্ত্র মখল্ মথেল্ বাঁসি শিঙ্গা থরাউচি
ব্রাকক্ উকক্ ক্রোক্ লাউবী মন্দিলা কোর্তাল্ শরিক্;
সলামী তোপ্ কাপ্ লেঙ্‌থোরক্লে দক্ষ প্রজাপতি
থৌগল্ লাঙ্গল্ লোয়ননা মহারানী প্রসুতি ।
য়েংনরক্‌ই সভা পূম্বা নোংচুপ্ থংবা মায়গৈদা
নিংথৌ রানী অনিনা চঙ্‌লক্‌পা হেক্ সভানুংদা
পূম্মক্ লেপ্‌খত্তুনা সম্মান্ তৌখি অনিদা ।
নিংথৌ রানী ফম্বগা সভা পূম্বা ফম্‌থরে ।
যন্ত্র ধবনী লেপ্‌খরে, চাউদম্ শাংদম্ প্রজাপতি
সিংহাসন্দে হৌগৎল' লাইগী গুরু য়েং' হায়রক্‌ই -

'গুরুদেব! স্বয়ম্বর হৌনবা চৎথবীরো হৌনবী।'
'য়াম্মা ফনি মহারাজ!' দেব গুরু বৃহস্পতি,
বেদ মন্ত্র থীদুনা অকি-অখং লৈতনবা,
অশোয়-অঙাম্ থোক্তনবা, পুম্নমক্ শান্তি ওইনবা
শেংদোক্লে সভা-মণ্ডপ্ স্বস্তি-বাচন্ তৌদুনা;
য়াইফনবা শীন্খরে। স্বয়ম্বর যজ্ঞ হৌদুনা
মমাক্ ইবুংঙো ধর্ম্মদা- মজাইবেম্মা সতী,
হায়খরে পুথোরক্লবা; খুৎলৈ থুনা ধর্ম্ম চৎখি।
মোইবুং খুফাং খোংলক্লে যন্ত্র শুনা য়ৈরক্লে।
ময়াম্ পূম্বা য়েংনরক্ই হায়্নরক্ই থোরক্লে।
নীংথিনা ফিজেৎ-লৈতেংবী জগত্তা মপা লৈত' ফজবী,
শাওং-শাদা চঙ্খোন্বী,তীংদা-য়াঙ্দা নীংথিবী,
নীংদু-তাবা কল্লক্লবী,ফৈরু-তাবা মিহৌনবী,
খুবোম্ তাবা চঙক্লবী খোঙ্শা য়েংই খোয়রাঙ্বী;
চেংলবা-খ্বাঙ্,মপূং-ফার'-থাবোম্,তবারবী চিন্বান্,
থম্মোয় হূবী চুবা,তথক্-তথক্ মরোল্লোন্বী মিৎতা,
খুৎশা য়েংই পায়নীংবী পাম্বোম্ য়েংই কোন্নীংবী,
পূম্না য়েংলে নীংথিবী চোইনা য়েংলে ব্রাত্তবী,
য়েংলু য়েংলু খুদিঙ্দা মিৎফম্ হোংবা য়াদবী,
কুচু সনা ফূদোংলবী ফিজেৎ-লৈতেংনা তাংজবী,
অউবা থম্মোয় শুদ্ধৎপী মিৎফম্ হোংবা ঙম্হন্দবী;
নোংলক্তা কুপ্পা নোংথাংগুম্ মিৎ-থক্লা ফজবী
সতী কৌবী ইবেম্মা দক্ষে মমোম্ নীংথিবী,
কাইদ-কাইদ থোরক্লে সভা মণ্ডপ্ তম্দুনা,
য়া-য়া ব্রা-ব্রা মুরুম্-মুরুম্ শোন্নরকখি সভা নিন্না;
'ইস! কয়াদা ফজশ্লবা! মিৎফম্ হোংবা য়াদেকো,
শুক্ ফজবা অমুক্তসু উখিদ্রি, তুংদসু অমুক্ উররোই,
য়েংখি য়েংখি মফমদৈ মঙক্ অমুক্ লৈইথোক্ত্রে;
নিল্লম্বা পূম্বা লেপ্খরে উন্-ব্রাইমুক্ চীক্খরে।
সতী মশক্ উবদা য়াই-চারবা মীগুম্না
পূম্নমক্ লোইনা পঙ্থরে লেঙ্-ওৎখিদরে ঙম্না।।
সতীগী মাঙ্দা চৎলি মতা অনি চামর থৌগল্

চৎলি ওয়দা ধর্ম্ম,য়েত্তা মমাপোক্পা মধৌ
বিরন্ সায়ম্ভুবা ব্রহ্মাই মচা অহান্বা মনু
তুংদ ইল্লি মমা পোক্পা মবেন্ শতরূপা,
লোয়ননা মচেবেম্মশিং দক্ষ মমোম্ রাজকন্যা,
লোয়নবী মতাশিং কোনুংগী নিংথেম্মুবী কয়া।
সভা মণ্ডপ্ য়ৌরবদা মচেবেম্মশিং মমাইনাত্তা
নিংথেম্মুবীশিংনা থৌগল্তৌ ফম্মখ্রে আসন্দা।
মতাশিংগা লোয়ননা য়েৎ-ওইদা বিরন্ ধর্ম্ম,
চঙ্শিন্খ্রে সতী যজ্ঞ তৌফম্তম্মা বৃহস্পতি নাত্তা।
বৃহস্পতি গুরুনা স্বস্তি বাচন্ তৌদুনা,
ওক্লে সতী যজ্ঞ বেদীনাক্ শেংদোক্লে বেদ মন্ত্র থীদুনা।
স্বয়ম্বর দিক্ষা লৌরবী মন্ত্র শুদ্ধ ওইরবী,
মতা অনিনা মাঙ্দ-থা দক্ষ কন্যা সতী
মতা অনিনা তুংদ-ইন্ য়েৎ-ওইদা ধর্ম্ম বিরন্
লাক্লে তপ্পা তপ্পা লেপ্পরে সনাগী বেদীদা।
য়েংদবা মান্বা মিৎস্নানা ওম্মা উরি মিকুপ্তা,
য়েংদশিন্না মিৎলাওবী উখ্রে য়াওদে সদা-শিব
অদুক্ য়াম্মা তিল্লিবা মণ্ডপ্ চোন্না লৈরিবা।
সতীগী খোঙ্থাঙ্ খৃদীং মীয়াম্ মিৎয়েং ইন্নরি,
সতীনা বেদীদা লেপ্পদা মিৎয়েংসু বেদীদা লেপ্লি।
বেদীথত্তা লেপ্লিবী সতী মাবু উবদা
অপাম্-মিহৌ মিৎয়েংনা পূম্থন্ থন্খ্রে নিংথৌ সভা;
তীং তীং চোংবা মিহুল্না নীক্খরে থম্মোয়্পূম্বা;
শুক্ ফজবা অশিবু করম্ হায়না শেম্খিবা!
বিধি ব্রহ্মা মশামক্ ওক্লা য়েংজৈ সতীদা ॥

অয়েক্পা মুর্ত্তিগুম্ বেদীদা সভাগী মিৎয়েং থম্লিবী,
করি করম্ তৌশিবা তরেৎ-তরা খল্লি সতী।
মমা-পোক্পা বিরন্না সতী য়েংনা হায়রক্ই-
'তারিবরা ইবেম্মা! য়েংউ মাঙ্দা ফম্লিবা
সনাগী তাঙ্বল্ পরেংদা মাঙ্গী লেংদা লৈরিবা
অব্রাংথংবা মতাইদৈ মথং মথং হায়রক্কে-

অৱাং মতাই অহৌবা কৌই মমিং মুলুঙ্গু অম্মা
মতীক্ মঙাল্ লৈরবা কুচু মুনা লংলবা,
কিংপুরুষ খগুগী অথোইবা প্রজাপতিনি;
ময়ুম্লৈবাক্ কিংপুরুষতা লাম্বা লৈতবা পাথৌনি।
মথংদা লৈরে নিয়ামে নোংগী মপু ওইবা,
কৌনৈ অতৈনা গোৱাদেং- নোংথাং গদা পায়বা;
অকন্বা ঙাত্তুনি, পাথৌনি, কিতম্ঙেয়ো, লেজা,
কিংপুরুষ ঙাক্পা ওলোরুন্ লাম্বা লৈতনা থৌরবা।
য়েংউ, মথং তাঙ্বল্ ফল্লিবা পাখং নহা খ্বাংনৌবা,
ভদ্রাশ্ববর্ষে নোংপোক্তা সমুদ্রগী ঈয়ায়দা,
পাক্লা শন্না লৈশ্লিবা খতু তরুক্লা থৌগন্বা
ইজা ব্রহ্মা জগত্কী ঐনুশিংগী লৈবাক্তা,
চাউনা ফন্না পাল্লিবা নিংথৌরেন্ নীনীংগী,
অম্মাতেরা কৌরবা নুমিৎ-লাইগী মশুনুপা,
পাঙ্গল্ থৌনা ৱাত্তবা চীংখৈ ফিদুপ্ অহুমশুবা
নোংপোক্ হারম্ লৈঙাক্পা জগত্তা লাম্বা লৈতবা
কোম্ফৌ ফুরানুংদগী চোংথোরক্পা মৈবুল্গুম্
মতীক্ লৈবা নুপানি নঙীদমক্ লাক্লিবা।।
য়েংউ, থংন-তাঙ্বল্ ফল্লিবা পুলৈ কুচু লম্য়ৌবা,
থাপ্ল' অতিয়া শুম্দাই চাংজৌ নাইদ' সমুদ্র-ঈনুংদা
পাক্ল-শন্না লৈরিবা নুংশিৎ-নুংশা কল্লবা,
তাউরোৱা কৌবা ব্রহ্মাগী মশীং থীঙম্দ্রবা মালেম্গী
প্রজাপতি তাঙ্গালোয়া মপারী মখোঙ্না চত্তবশিংলক্তা
নিংথৌরেন্ ওইদুনা পাল্লিবা মাওয়ে কৌবা মহাক্লি,
নুমিৎ ফাবা অথৌবা নঙগীদমক্ লাক্লিবা।।
মথং মথং লৈরে য়েংউ ইবেম্মা,তাবাক্ পায়বা ওদিন্
নুংথং পায়বা থোর, নোংলৈ মপু ওইবা অৱাং-মেরু লমদম্
অহিং অমা নুংথিল্ অমনা চহি অমা ওইবা লম্
উল্লক্তা লৈবা মীশিংগী নিংথৌরেন্নি অনিমক্ ।।
প্লক্ষ দ্বিপ্কী অকন্বশিং লাইনিংথৌ অনু পাঙ্গন্বা
নিনেভ নিংথৌরেন্ মারদুক্ লীরুং তেন্ গদা লাং পায়বা,
সুমের নিংথৌরেন্ গীল্গামেস্ লন্ফম্ চামৈ পাথৌ;

আকাদ্ নিংথৌ সারগন্ মালীনা নিংথৌরেন্ ওইখিবা।
মথংদা লৈরে শাকদ্বিপ্ মপু রে কৌবা নিংথৌরেন্।
মথং তাঙ্বল্ ফল্লিসি ক্রৌঞ্চ দ্বিপ্কী নিংথৌরেন্
ক্রোনুস মপারী যিউনি- ঈশিংদসু চত্তবা,
কংফান্দসু চত্তবা, অতিয়াদসু লৈতবা,
টিটান্শিংবু তাম্থোক্তুনা লৈচিলথক্তা লৈবা লৈবাক
ওলিম্পীয়া স্বর্গে মবুঙো মতীক লৈবা মহাক্কী ।
মথংগী তাঙ্বল্ পরেংদা লৈরে স্বর্গগী লাই-পূম্বা;
ৱাক্ত্রে চীংপূম্বা সুমেরু,বিন্ধ্য,মন্দর, নিষধ
হিমবান্,হেমকুট্,বিপুল্ গন্ধমাদন্,সুপার্শ্ব
নীল, শ্বেত, শৃঙ্গী,কেতুমাল্,মহেন্দ্র, মলয়, মুক্তিমান্।
পাৎকী লক্তা য়াওরে অরুনোদ,মহাভদ্র,অসিতোদ,মানস;
ৱাক্ত্রে মরু মরু ওইবা মর্ত্ত নিংথৌ,পাতাল্ নিংথৌ,
পূম্নমক্সে লাক্লি স্বয়ম্বরসিদা নঙ্গীমক্তা ।।

হৌনবী পুজা লোইরগা অফবা ক্ষেন্ফম্ চপ্চানা,
মোইবুং খুফাং খোংলক্লে, ঙক্ থাঙ্গৎ য়েংনৈ পূম্বনা ।
বেদীদৈ খোঙ্ থাংদোরক্লে- খোংলি য়ৈরি যন্ত্র মেঙ্না,
পূক্নীং শুম্নাৎপা শুরদা; খোঙ্জি নোপুর লোয়ননা
শাড়ী ফিবান্দে হাইদোরক্লি' সতী খোঙ্থাং নোংথাঙ্নি;
য়েংলু পূম্বা মিৎ-থক্লে; ওই-য়েত্তা ধর্ম্ম বিরন্ ।।
সতীনা য়ায়দা চৎলি, তুংদা ইল্লি মতা অনি,
বরমাল্য য়াওবা সনাই শেঙ্গা অমনা পায়রি,
অমনা পায়রি অর্ঘ্য পাত্র লৈ চন্দন্ ধুপ্ দিপ্ য়াওবা।
তপ্ন-তপ্না কাইদ-কাইদা জগতপূম্বৈই নিংথৌ মাঙ্দা;
চঙ্শিন্ লেপ্লুই অহান্বা তাঙ্বল্ মুলুঙ্গু মাঙ্দা।
ধর্ম্মনা তাক্লি মমিং শীংথারি মতীক্ মগুণ্।
হক্চাংতনি লেপ্লিবা সতী ৱাখল্দি য়ৌখ্রে আ-দা;
থৌওই-ৱাওই তারুদে; মুলুঙ্গু অম্মাদি কম্দৌরি?
মিৎফম্ হোংবা য়াদবী সতী মাগী শক্তম্নি,
সতীনা মাঙ্দা লেপ্লবা মিৎচাননা য়েংলবা,
পূংশুম্ হেক্তা শুম্নাৎলি-হুমাং শন্দোই কা তথক্ তথক্

ঙক্শম্ তোংদম্ থিন্দোক্লুই আশা তৌরুই হুক্লক্নি;
সতীনা হেন্দোক্ চৎখিবা নীংবা কায়না মক্শিল্লি;
জ্বান্দি খংতা তারক্ই বর ওইরিবা পাখঙ্দো।
পঙ্থবদি ফখরে লাঙতক্লবা নেম্থখরে,
ইকাইবনা শিল্হৌরে মরু লুক্লপ্ খাঙ্হৌরে ।।
নিংথৌ বর পাখঙ্পুম্বা চপ্ মান্নবা দষানি,
আশানা কোক্তোন্ য়ৌখি লৈখা তানা নীংখায়খি ।।
সতীনা মাঙ্দা লেপ্লবা সতী মানা হেন্দোক্খিবা
সতী কৈসু নাচুংদে মথং মথং হুন্দোক্লম্বা।
মায়তনি লুক্থ' লৈহৌবা ব্রাখল্ মিত্তি ইন্নখি,
য়েংখি কনা ওইরিগবা লাইবক্ ফবা মহাত্তি?
নিংঙাইবা লৈত' চৎখি সতী হুন্দোক্লল্লে নিংথৌপুম্বা,
নুংশা মপী শাংন-হোন্ নে-তাখি মখোয়পুম্বা;
ঙক্লা য়েংই কদোম্দনো চোইথোক্তে মিৎস্না'মত্তা ।।
নিংথৌ পুম্বে মিৎমাঙ্দা সতী অদুম্ চৎখরে
সভা মণ্ডপ্ নোংপোক্থোঙ্ মপান্ অদুম থোক্খরে।
কোয়না য়েংই অমুক্তুং পাম্মুবা মাবু উবরা?
অমুক্ পন্বা তৌদনা পরপ্ পরপ্ চঙ্শিন্খি
নোংপোক্ থোঙ্ ঙাক্লিবা শিব মুর্ত্তি নাত্তুনি,
বর মাল্য লৌদুনা শিব মুর্ত্তিদা হুক্খরে,
অর্ঘ্য পাত্রদৈই লৈ চন্দন্ শিব চরন্ কৎখরে।
'করি মতৌনো তৌরিসে' ধর্ম্ম বিরন্ য়েংলি ঙক্লা;
সভা মণ্ডপ্ ঙ্রুং ঙ্রুং নিন্না লাওনরক্ই ব্রা ব্রা
'শঙ্কর মুর্ত্তিদা হুক্খরে শঙ্কর মুর্ত্তিদা হুক্খরে'।
শাউবনা লুতোন্ কারবা দক্ষ নিংথৌ হৌগৎলক্লে
থৌগন্ লার্মী কয়ানা নিংথৌ তুংইন্ শেম্-শাখ্রে।
নিংথৌ সভা হৌগৎনৈ সভা পুম্বা ইরাঙ্ লাঙ্
'তপ্থবিয়ু সভা পুম্বা' বৃহস্পতি খাম্জরী।।

পিনাক্ লীরুং লেংদ য়ান্ পশুপাট তেন্দোং নম্দা থোং
ত্রিশুল্ খুত্তা পায়দুনা ষন্দম্বা শাদোংনদুনা,
কদোম্দৈনো খঙ্হৌদে শিব শঙ্কর থোরক্লে।

লেপ্পরে সতী মাঙ্দা শিব মুর্ত্তি মাঙদুদা।
ফুম্বংননা লেপ্লিবী দক্ষ কন্যা য়েংদুনা-
হায়রক্ই লোল্লপ্পা 'ঐ লাক্লে চান্নবী'
মবুংঙো উবদা ঙক্লবী হরাওরবী সতী, চঙ্শিন্খ্রে পন্দনা,
শেঙ্গাদৈ লৈ পরেং লৌ হুক্লুরে শঙ্কর ঙক্শম্দা,
অর্ঘ্য পাত্র লৌদুনা কৎচরে লৈ চন্দন মাগী চরন্দা ।।
খুৎলৈ থুনা শিব শঙ্কর সতীবু কোন্খৎতুনা
চিংখৎখ্রে ষন্দম্বা'নম্দা; সতীনা মাঙ্দা ফম্দুনা
নীংঙাইবা লৈতনা চৎখ্রে শিব-সতী, হন্ন-ফাও য়েংদনা।।
মঙ্গুম্বা থৌদোক্লি,ধর্ম্ম বিরন্ ঙক্লি হৌজিক্ফাও
চেন্শিন্খ্রে সতীগী মতাশিং তম্লুরে দক্ষ নিংথৌদা-
'শঙ্করনা পুখ্রে সতী'। দক্ষ নাকন্দগী থাঙ্ শৎ
লাও লাওদুনা চেন্থোক্খ্রে -'লৈরম্মু লম্চৎ নাইদবা!'
দক্ষে লাম্মী শগোল্ শামু রথ দলাই ইন্নখ্রে দক্ষে তুং ।
ব্রা ব্রা লাউনরক্লে স্বয়ম্বর সভা-'শিবনা সতী পুখরে।'
লাক্চৈ খল্লবা নিংথৌশিং মাগী মাগী খুৎলাই পায়
হোৎতোক্লরক্লে সভা মণ্ডপ্তৈ দক্ষ নিংথৌ তেঙবাংবা।
মাঙ্দা চৎলি শিব সতী মপোপ্ কায়দ' লাপ্তুনা,
ষন্দম্বা থক্ত তোং নোক্ল-নোক্লা নীংঙাইবা লৈতনা।
শাউরবা দক্ষ নিংথৌ দলাইদা তোং তান্নরি,
লীব্রুং থাঙ্গৎ তেঙ্গাথোং তেন্ মনম্ মনম্ কাপ্লি;
শিব মায়-ফাও ওন্শিল্লক্তে ত্রিশুল্না তেল্পূম্বা খৎতোক্
নীংঙাইবা লৈত' চৎলি নোক্ল-নোক্লা শিব-সতী;
কন্নসু থৌদে তপ্লসু চক্তে শিব ষন্দম্বা,
কন্না থৌরিবা দক্ষ দলাই ঙম্জদে শুক্লক্ নক্শিন্বা।
ফৃজিল্লক্লে মশীং থীঙম্দ্রবা দক্ষে লাম্মী,
শগোল্ শামু রথ দলাই খোঙ্মী লাম্মী খুৎলাই শুনা পায়
লোয়ননা চঙশিল্লক্লি জগতপূম্বৈই নিংথৌ লাম্মী ।
দক্ষে লাম্মীতা নত্তনা নিংথৌ পূম্বা হৌরক্লবদা
শঙ্করনা কৌখি, য়াথং পীখি গন লুচিংবদা-
'নথৌ পাঙ্থোক্লো বিরভদ্র-চৎলে ঐ নবেম্মগা ।'

কৈলাস পাথৌ বিরভদ্র মবুংঙো য়াথং ফংলবদা,
গন লাম্মী লোয়ননা হোৎচিল্লক্লে লান্‌ফম্‌দা,
ফৈগাক্‌ ফৈনা থৎখরে দক্ষ নিংথৌ নাম্বোক্‌য়াদা
তান্নরক্‌লিবা দক্ষে লাম্মী হোৎচিল্লক্লিবা নিংথৌ লাম্মী,
লোয়ননা নিংথৌ লক্ষা মরিফু থৎখ্রে মিকুপ্‌নুংদা।
গন লাম্মী মপৈনা থিংখ্রে অমা ফাও' হেন্দোক্তুনা।
খ্বাইগী মাঙ্‌দা চৎলি ষন্দম্বা শিব সতী পুদুনা,
কনাসু ঙম্‌খিদে তান্নবা চৎখি অদুম্‌ তপ্ল-তপ্লা ।
কল্লবা লান্‌ফম্‌নি কাপ্লখি খুৎলাই মশীং খঙ্‌দনা
মৈগী ঈশিংগী নুংশিৎকী অমমম্লা প্রলয় ঙম্বা,
কাপ্লখি থানখি, লংনখি হুন্নখি, অমনা অমদা,
বিরভদ্র দক্ষ নিংথৌ থব্রাই খুবাক্তা হাপ্তুনা
হকথেংননা থেংনখি 'হাৎলো, থারো' হায়দুনা।
অশোক্‌ অনাগী নাহেখোল্‌, লাউনরক্‌পা খোল্লাউনা
কাপ্লক্‌পা থারক্‌পা, পোক্‌খায়রক্‌পা খুৎলাইগী ধবনিনা,
নিল্‌খোংলে লান্‌ফম্‌দো পূম্লাং লাঙ্‌লে চমম্লরে ।
মিৎ-না চোইনদ্রবা থব্রায়না পোম্থা ওইরবা
কল্লবা লান্নি মিকুপ্‌ খরদি অরৈবা খুৎলাই থাক্লদ্রবা ।
পুংজা খরসিগী লান্দা দক্ষগী লাম্মী তুম্‌খি,
দক্ষ নিংথৌ বিরভদ্রে তেন্না পান্দুনা ব্রাম্থখি,
শাথৌবনা থৈইদোক্‌খি লান্‌ফম্‌দগী, লেম্‌হৌবা লাম্মী
কায়দুনা চেনখ্রে লান্‌ফম্‌দগী, হন্দোক্লখ্রে নিংথৌ লাম্মী ।
স্বয়ম্বর লান্‌ য়াওবা নিংথৌ নিংথৌমচা অঙম্বা
অকল্‌ অথৌ কয়া খুৎলাইনা থীনা শোক্তুনা
হঞ্জিন্নখি লৈফম্‌দা । হিদাক্‌ লাংথক্‌ তৌদুনা
পোথারগা মতম্‌ খর হন্নখরে মরৈবাক্তা ।
লান্‌ ঙম্লবা বিরভদ্র গন পূম্নৈই লুচিংবা
জয় জয়কার লাউদুনা পেরে শিঙ্গা খোংদুনা
চৎখি কৈলাস তম্‌দুনা শিব সতী থৌগল্‌তৌনা ।
তেন্না পান্দুনা ব্রাম্থরুবা দক্ষনা জ্ঞান্‌ তারক্‌পদা
লান্‌ফম্‌দা কনা লৈরমদ্রে অশি অনা অতেক্‌  অকায় নত্তনা;

শগোন্ শামু অশিবা রথ দলাই অতেক্ অকায়না
পূংচাই চাইরবা লান্ফম্ খুজুখুৎলাই অতেক্ অকায় লত্তা
অশোক্ অনাগী শিরম্দাই খোল্লাউ নত্তনা পূমচীক চীক্লবা
মফম্ অদু থাদোক্তুনা নীংবা কায়না তপ্ন-তপ্না
হল্লক্খি মণ্ডপ্ তম্না; মণ্ডপ্তা কনা মোংলম্দ্রে
থব্বায় নুঙাইত' তক্সি শোন্ ময়ুম্ সঙ্গাইদা হঞ্জিন্খ্রে ।
মতম্ কয়া চূপ্না মরুলুক্ লৈখি সিংহাসন্দা ফম্দুনা
লুক্থরিবা মিত্তুদা উরি সতী চৎখিবা
ষনদম্বগী মথত্তা মোমোন্ নোক্না শিবগা,
গঙ্গা মনম্ নম্লবা শঙ্কর মখুৎ অদুনা
সতী লেংদা কোন্দুনা চৎখিবদো নোক্না নোক্না ।
নুংশা মপী ফুয়ন হোন্ খংলাউ লাউরক্ই 'লাক্চৈদা' ।
অচেৎপা ব্রাশক্ লৌখি 'লমন্ খুম্লি শোয়দনা' ।
ব্রহ্মা বিষ্ণু অনিদি মোমোন্ নোক্খি হরাওনা
মখোয়না পাম্বা অমদি পাঙ্থোক্লে হায়দুনা ॥

*শিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'সতী স্বয়ম্বর'*
*কৌবা নিপান্শুবা মতাং ।*

# ৯ শুবা মতাং

বৃষপবর্ব কোনুংদৈ দানব সভা লোইরগা
পাতাল্ তম্মা লাক্‌খিবা সোনিত্‌পুর নিংথৌ বানাসুর,
সমুদ্র ঈরম্ কয়া লান্, য়ৌরক্লে পাতালপুরী,
বলিরাজ কোনুং মপূংয়ায় নীংথিবা পূম্বনা তিল্লবী;
লাক্‌খি বান্ নিংথৌ ফাওদুনা পাতাল মরোল্ তরুক্
অতল্,বিতল্,নিতল্,গভিস্তমৎ,মহাতল্,সুতল্;
থুংলরে তরেৎশুবা পাতাল্ বলিরাজনা পাল্লিবা।
প্রহ্লাদকী মশু বলি অসুর পূম্বে নিংথৌরেন্নি,
লাইগী ফনবৈদমক্ বিষ্ণু শায়োন্ বামণ্‌না,
স্বর্গদৈ তাম্হোক্‌খি বাতাল্‌দা,নম্‌থাক্ ভিক্ষা নিদুনা।
বিষ্ণু ভক্ত বলি নিংথৌ মতম্ খোঙ্‌চৎ খঙ্‌লবা,
বামণ্ বিষ্ণুনি খঙ্‌বদা স্বর্গ ভোগ্ লোইরে খঙ্‌দুনা,
পূক্লীং হরাও-মকা লাম্মা লৈখি পাতাল্ লৈবাক্তা।
অৱা-নুঙাই খায়রিবা অকা-অকুম্ নাইরিবা,
লেপ্পা লেতনা ওল্লিবা মতম্‌গী মগুণ্ খঙ্‌বনা,
অকাবদা হাক্‌মন্দে অকুম্বদা মিপাইদে,
দৈত্য-দানব মহানাগ যক্ষ অসুরগী লৈফম্
অকি-অখং লৈতবা হরিনা সহায় ওইরিবা,
বলিনা পাল্লিবা পাতাল্ লৈবাক্ ফজবনি স্বর্গদৈ হেন্না।
য়েংবদা পূক্লীং নুংঙাইবা, অঙৌবা মণিনা থল্লবা,
হায়নিংঙাই লৈতনা নুঙাইবা পাতাল্ কৌবা লৈবাক্লি ।
হিরা মণি লৈতেংবী হায়নীংঙাই লৈতনা ফজবী
দৈত্য-দানব লৈশাবীশিংনা পাতাল্'ফজ' হেন্‌গৎহল্লি,
নুমিৎকী মঙাল্‌সু মেঙ্‌ই অশাবা লম্ পাক্‌শন্দে,
লৈতে য়াম্মমক্ ঈংবা লম্ থাগী মঙাল্‌না ঙাল্লি অহিংদা,
মখল্-মখা অয়াম্বা হৈকোন্ লৈকোন্ বন্ জঙ্গল্
লূর' লাইজ থল্লবা মশীং থীঙম্‌দ্রবা তুরেল্,
থম্বাল্‌না থন্ন'শাৎল'পাৎ ফজর' পুখ্রি মখল্ কয়া
উগী উশাদা কোকিল্‌না খোংলিবা, খোইমুনা

ঙংলিবা লৈপান্দা, বিনা বেনুগী খোঞ্জেল্না
জগোয়গী শাথেক্ ইন্' পূংগী ধবনিদা নিল্লিবা,
মখল্ কয়াগী অচা-অথক্ মরাঙ্ কায়না লৈরবা,
বলি নিংথৌগী লৈবাক্ অৱা-অনা লৈতবা লম্
মতোক্ লীশিং পান্বা শেষনাগনা পুরিবা লম্
মতোক্ লীশিংগী মণিনা মায়কৈ মরি ঙাল্লিবা,
মাগী শক্তি পাঙ্গল্, শেংনা হায়বা ঙম্দবা,
মানা অমুক্মুক্ লেঙ্লক্পদা পৃথ্বি থক্-থক্ নীক্লিবা ,
কল্পগী অরোইবদা মচিন্দগী কাম্থোরক্পা হুগী মৈরিনা,
মরোল্ অহুম্ য়োংশিল্লিবা, গর্গ কৌবা মুণিনা
মাবু উপাসনা তৌজরগা গ্রহ নক্ষত্রগী
উৎপাৎ ফল্ খঙ্বা ঙম্খিবা, অনন্ত শেষনা পুবা লম্
থুংলরে পাতাল্ লৈবাক্তা বলি মহারাজনা ঙাক্লিবা ।
সনা পূম্হৈতনা শাথ্রবা মণি কয়া হাজং য়ৈরবা,
মথোল্ কয়াগী দল্লান্না থল্লবা, নীংথিরবা
স্বর্গে অমরাপুরদৈ হেল্লবা বলি নিংথৌ কোনুংনি,
চংশিল্লক্ই কোনুংশি তম্না বান্ কৌবা পাঙ্গন্বা,
বলিগী স্নথোঙ্দা লৈবা বলিবু কুপ্শেন্ শেন্নরিবা,
হরিগী য়াথং লৌরগা চঙ্শিন্খরে অন্তপুরদা ।
বিষ্ণুভক্ত বলি নিংথৌ নিংথেম্ শঙ্গাই মাঙ্গোন্দা,
প্রাত স্নান তৌরগা হোম্ জপ্ পুজা লোইদুনা
ফরাংজি ফিঙৌ আসন্দা ফম্দুনা লৈরম্মী হরাওনা,
বান্ নিংথৌ উবদা কৌশিল্লক্ই তরাম্-তরাম্
'চঙ্লক্উ লাও বান্ কদোম্দৈ করম্ ,করিগী লাক্ইবা ? '
চঙ্শিল্লক্ই বান্ নিংথৌ খুরুম্জৈ বলি মহারাজদা।
'ফম্মু-ফম্মু আসন্দুদা কনা লৈ কৎলু অর্ঘ্য '।
বান্ ফম্লে আসন্দা লৈ চন্দন্ ধুপ্ থাউমৈ কৎলে অর্ঘ্য ।
'অশুক্ কুইরবগী তুংদা ইপাগী নাত্তা লাক্পদি
নযুম্ লৈবাক্ খুদোং থীবা অৱা-অনা লৈতেকো
লন্গৈ ময়েং তাদনা মতীক্চানা শীজিন্নরিকো ,
ধর্ম্ম, অর্থ, কাম্ মফম্ মতম্ কায়্দনা শীজিন্নরিকো,

নিংথৌগী দোষ তরামরি কোক্লনবা হোৎনরিকো,
নিংথৌগী থবক্ নিপাল্ লেপ্ল-লৈত' তৌরিদনা,
নিংথৌগী গুণ্ তরুক্ শোন্থরক্পৈ উপায় তরেৎ ঙাক্লিদনা,
মপান্গী তৌশিন্ন' মরুপ্, রাজদুত্, চিংনফম্ লৈত' মীদা
অথুপ্প 'ৱারোল্ তম্থোক্খিদেকো মন্ত্রীশিংনা ;
মরুপ্, য়েক্লবা, মতৌ মান্দবা মীগী পূক্নীংগী ৱা ,
চুরান্থাবৈই মতেঙ্না খঙ্বা ঙম্লিবরা তত্তনা ?
লৈবাক্কী য়াইফবা মন্ত্রীগী মন্ত্রনাদা লৈ খঙ্না,
জ্ঞান্ তাবা, লৈবাক্কী ফনবতা খন্বা লম্চৎ ফজবা,
মপা-মপু হৌরক্ফম্ ফবা মচাবু মন্ত্রী হাপ্লিদনা ?
লৈবাক্কী অঙম্বশিং মাই-মাই মথৌ তৌরিদনা ?
নচাশিং মহে তম্হন্বা, লাম্মীনা লান্ শোক্ল' তম্বা
কিলা ঙাক্পনা মথৌ তৌবা পূম্নমক্ কায়দনা তৌরিদনা ?
লাম্মীশিংগী পিফম্ থোক্পা তলব চান-থক্লবা
খুজ-খুৎলাই ৱাত্তনা চাং নাইনা পীরিদনা ?
য়েক্ল'না মশক্ খঙ্দবা চুরান্থাবা অহুম্-অহুম্ থাদোক্তুনা,
য়েক্লবৈ মীশক্ তারানিপাল্দৈ অরোল্-অথুপ্ পাউ লৌরিদনা ?
পুক্চেল্ মুন্না খঙ্ল' চুরান্থাবনা য়েক্লবু খুক্উ শেল্লিদনা ?
কর্ম্মচারীশিং' নুমিৎ খুদীং নুমিৎ য়ুংদ্রিঙৈ হিসাব শেংদোক্লিদনা ?
মতীক্ চাবা মী মফম্ চানা, থবক্ শীজিন্নরিদনা ?
পুখ্রি তৌ নালা শেম্ লৌউ-শিংউবগী ঈশিং ৱাত্তনবা
লৈবাক্ চাওখৎনবা চীংয়া তম্য়া নগর খুঙ্গং শেম্দুনা,
চৌকিদার থম্দুনা হুরান্-চিন্থি য়েংশিল্লিদনা ?
যজ্ঞ-পুজা হৈশিংবা রাজপুরোহিত্ তরাম্ তরাম্ থম্লিদনা ?
খোঙ্-খুৎকী ময়ি খঙ্বা,গ্রহ নক্ষত্র খোঙ্চৎ ফল্ খঙ্বা
অহৈবা পাঞ্জি ননাক্তা লেঙ্দনা লৈরিদনা ?
নঙ্গী প্রজা নুপা-নুপী লম্চৎ নাইনা চৎলিদনা ?
চঙ্জরক্পবু কন্বিবা প্রজাবু নচাগুম্ খন্বা,
মতীক্চাবা মনা পীদুনা লল্লোন্বা খুৎশা হৈবা
মবুক্নীং থৌগৎলিদনা ? মতীক্ চানা দান্ তৌদুনা
অশোল্-অনা অহল্-লমন্ য়োক্-থাক্পা তৌরিদনা ?

পুকচেল্ শেংবা থাজবা ননাইনা হক্শেন্বা ওইরিকো ?
কারক্পা খাজনাগী তংখায় লাইগী থবক্, দান্ তৌবা
প্রজাগী কান্নবা থবক্তগা শীজিন্নরিদনা তত্তনা ?
অতন্বগী মখা পোন্দবা, মতম্ চানা য়াহৌবা,
অহিং অথেঙ্বদা তৌদৌ থবক্ মুন্না খল্লগা তৌবা,
হেক্ অফংবা মীগা ৱারী ৱাতাই শান্নদবা,
অতোপ্পা লৈবাক্তগা লান্দাবা লৈবাক্ জয় তৌবদা
লাম্মী খজিক্তনা ৱাদনা পাঙ্থোক্লবা হোৎনবা,
য়েক্লবনা খুদোং থীরিঙৈ পাঙ্গল্ মন্ত্রনা শীজিন্নবা ;
তৌরিবা থবক্ পুম্নবগী অরোইবা শরুক্ উহৌবা,
থবক্ তৌরিবশিংবু লোইরে হায়দুনা থাদোক্তবা,
হিরম্ খুদিংদা নিংথৌনা মশানা তত্তনা য়েংশিনবনা
চাওখৎপগী অথোইবা মরম্মি অসি খঙ্না তৌরিদনা ?
মরক-মরক্তগা রাজবেষ থোন্দুনা প্রজাদা দর্শন পীরিদনা ?'
'ইপা ইবুঙো মহারাজ পাবুংনা তত্তনা তম্বীবা,
নিংথৌনা চৎকদবা লম্চৎ মতম্ পুম্নবদা ঙাক্চরি,
ইন্দ্রি খুদুম্ চন্দুনা পুম্নমক্সি তৌজরি ।
ইয়ুম্ লৈবাক্ কৈদৌদে, লৈতে অৱা-অনা খুদোংথিবা,
পাবুং মহারাজগী আশিবর্বাদনা নচা-নশু প্রজা পুম্বা
পুম্নমক্ য়াইফরি , সদা শিবগী থৌজাল্না ।'
'নপাও তাবদা নুঙাইরে ঐ, হায়ু বান্ হৌজিক্ কদোম্দগী
করম্ তৌনা লাক্লিবা ঐঙোন্দা করি হায়নিংবা ?'
'য়াওজরুই ঐ দানব সভা বৃষপবর্ব কোনুংদা,
মালেম্গী দৈত্য নিংথৌপুম্বা তিন্খি সভাদুদা ;
ৱারেপ্পখি সভাদুদা দৈত্যশিংগী হক্ তান্নবা ।
সমুদ্র নৈবদা ফংখিবা লাইশিংনা মৎখ্রবা অমৃত,
দৈত্যশিংনা লৈজরম্বা লাইশিংনা মুন্খ্রবা স্বর্গ,
হিংচাবশিংগী হক্লি লাইশিংদগী তান্ফম্ থোক্পা ।
স্বর্গদৈ লাইশিং তাম্থোক্পা অমৃত নম্দুনা মুন্বা,
দৈত্য-দানব পুম্বগী তৌফম্ থোক্পা থবক্লি
দৈত্য গুরু শুক্রগী অমত্তা ঙায়বা য়াথংনি ।

ফংফম্ থোক্পা হক্ ফংনবা লেপ্লরে স্বর্গদা লান্দাবা।
দৈত্য-দানব নিংথৌশিংগী হৈশিংলবা খুৎহৈবশিংনা
বিজ্ঞান্গী পাম্বৈনা পুথোক্লে অনৌবা খুৎলাই কয়া
কাপ্পা, লংবা হুন্বা, মৈগী ঈশিংগী নুংশিৎকী খুৎলাই কয়া
লাইশিংনা অমুক্তা উদ্রিবা-খুৎলাই অমমম্মা
স্বর্গ উৎ ওইহন্বা ঙম্লনি। শিখ্রবা অমুক্ হিংহন্বা
গুরু শুক্রগী 'সঞ্জিবনি' হিংচাবশিংগী দমক্তনি।
লাইরৈবাক্ স্বর্গদা লৈরি ঐখোয়গী গুপ্তচর কয়া,
মখোয়দগী ফংলি তত্তনা অরোন্বা পাউ কয়া,
লাই পুম্বা ঈরাংদা তাউরে, লৈবাক্ সাসন্ নীংথিনা তৌদ্রে,
অঙম্বা পুম্বা মথৌ তৌদ্রে জগোই-ঈশৈ য়ুদা লুপ্লে;
সিমা ঙাক্পনা অমরাপুরদা, অমৈ ব্রা অমনা তাদ্রে,
জগোই শাবী মুন্নবদা ইমু-নাইমু তানরে,
গুরুগী ব্রা মনাদা হাপত্রে লান্দাবা মতম্ চপ্চারে;
লাক্ঙম্ ফাঙমদ্রবা দৈত্য-দানব লাম্মী পুম্বা
থৌনা ফরবা দৈত্য নিংথৌ লুচিংবা কয়া
মায়গৈ মরিদা কোয়শিল্লে স্বর্গ, লোইরে শেম্ শাবা।
স্বর্গ মনূং লাল্হৌলূপ্ কয়া ঙাইরি ঐখোয়গী ইঙ্গিৎ তা,
পাবুং মহারাজগী য়াথংতবু ঙায়নরি ঐখোয় পুম্বা।
শুক্র গুরু য়াথংনা সভাগী ব্রারেপ্ তম্লুনবা
পাবুং য়াথং লৌরুনবা থারক্লি নচাবু ননাক্তা।।'
'খঙ্লে বান্ সভাগী ব্রারেপ্ তারে গুরুগী য়াথং,
অদুবু অমুক্তং হঙ্গৎলু গুরু শুক্র মফম্দা,
বলি ঐগী ব্রাফম্ খরা থবক্ পায়খৎত্রিঙৈ মাঙ্দা;
স্বর্গ জয় তৌ' অমৃত মুন্বা ঐখোই হক্লি ঐস্ য়াই,
অদুবু য়েক্লবৈ পাঙ্গল্ খুৎলাই' শক্তি, মুন্না খঙ্'তাই;
অমৃত থক্খ্রবা লাই মায়থী' পীবা অরায়বা নত্তে,
দৈত্য গুরুগী সঞ্জিবনি কচদা তম্বীখরে,
কচনা হৈখিবনা লাইশিংসু ঙম্মা হৈখরে;
সঞ্জিবনি মতেংনা শিরগা হিংগৎহন্বা
হিংচাবশিংতা নত্তনা লাইশিংসু ঙম্লবা।

লাই-হিংচাবগী লান্দি শুক্লোই লোইবা লৈররোই ,
লাইনসু লাক্চররোই হিংচাবনসু ঙম্লরোই ।
লাইগী লত্তা ইন্দ্র, অগ্নি ,বায়ু অয়ম্বা লাই নত্তে
মখোইগী খুৎলাই বজ্র, দণ্ড, পাশ অচম্বা নত্তে,
খুৎলাই লত্তা শিবগী পশুপাত, ত্রিশুল্ অথোইবনি,
মালেম্সিদা কক্ঙম্দবা ঙাক্ঙম্দবা খুৎলাইনি ।
খুৎলাই পূম্বে লত্তা বিষ্ণু চক্র কাল্ চক্রনি,
কাল্ চক্রবু ঙম্বীনবা খুৎলাই জগত অসিদা
মমাঙৈদসু লৈখিদ্রি মতুংদসু লৈরক্লোই,
জগতকী বৈজ্ঞানিক্ 'মত্তনা চক্রগুম্ খুৎলাই শাবা ঙম্লোই ।
লাই-হিংচাবগী হৌখ্রবা লান্ফম্ কয়া-কয়াদা
লাক্ঙম্-ফাঙম্দ্রবা হিংচা কয়া শিখ্রবনি চক্র খুত্তা,
নঙ্গী পাম্বোম্ লীশিংনা খুৎলাই লীশিং কাপ্পুনা
সুদর্শন্বু  থিংবা ঙম্লোই; কাল্ চক্রবু থিংলুবা ।
চক্রনা ঙাক্খ্রবা অমৃত অমুক্ মুল্লুবা  লুগনি।
পূম্নমক্সি'মথত্তা লাই মরু অহুম্ লৈরিবা
লাই-হিংচাবা ঐখোয় পূম্ পোক্পীরিবা ইবুধৌ ব্রহ্মা
পূম্নমক্সি য়োক্পীরিবা বিষ্ণু লাইগী লাই ওইবা
ঐখোয়' হিংচাবৈই লাই ওইবা লাইগীসু লাই ওইবা শিব
রীতি নিটি ঙাক্পা অফবা কন্বা, ঙাক্পনি হায়না
চেত্ত-চেক্শিল্লক্লগা লাইগী মীচঙ্ চঙ্বনি
তত্তনা হায়বনি - লম্হেন্বা হিংচাবা ব্রারক্পনি।
মদুসু চুম্দবা নত্তে মখোয় লম্হেন্বা ঙাত্তনি ।
কুট-নিটি হৈবা লাইনি থৌরাং চাওবা মখোয়নি
মীরত্তে মীচঙ্ খোম্দুনা মর্ত্তে পাথৌ কয়ানি
লাইনা লাম্বা ঙম্দ্রবা লাই মরুনা পাবা ব্রারবা
হিংচা' পাথৌ কয়া মমাঙ্গৈ' তৌখিবনি মীনা লাম্বা
মমাঙ্গৈ লাই-হিংচাবৈ লান্ফম্ কয়াদা মায়থীরবা
স্বর্গদৈ তাম্থোক্খ্রবা লাই কয়া চেন্দুনা মর্ত্তদা
লৈখি মীরত্তা মী ওইনা থম্খি মরী লাইগা মীগা
হোম যজ্ঞ তৌহন্দুনা মীনা লাইগী মীচং ওই,

তুররিংবা হিংচাবা শাওগন্‌বা মীগীসু য়েক্ল’ ওই ।
গুরুনা দেবযানি থাজখিবা যযাতি
লাইগী মীচঙ্‌দি ওইররোই, পাম্‌জবা শর্ম্মিষ্ঠা
ফংখিদ্রবা যযাতি হিংচাবৈ মীচং ওইখিদ্রা ?
থাঙ্‌-তা, বোম্‌-তোপ্‌, নোংমৈ, তেন্না হাৎপা য়াদ্রবদা
হাৎলুরবসু সঞ্জিবনিনা হিংগৎ হল্লবদা
অমৃতনা মপা লৈতনা কল্লবা লাইশিংদা
সিগুম্বা খুৎলাই লৈরবরা মদুনা পাল্লবদা
শিদি শিদবা হক্‌চাং কায়াৎ পূম্বদি হিক্‌থবা
হাৎলুদ্রবসু মথন্তা তপ্না-তপ্না শিজবা
মশাগী শক্তি য়াওহন্দবা লেঙ্‌-ওৎপা ঙম্‌হন্দবা ?
পাতাল্‌ লৈবাক্‌ অসিদা বিজ্ঞান্‌ হৈবা মায়াসুরনা
শেম্বা শাবা হৌরে মদুগুম্বা খুৎলাই - মদুনা
পাল্লবদা হক্‌চাংগী শক্তি মাঙ্‌হন্‌বা, লেঙ্‌-ওৎপা
ঙম্‌হন্দবা, শিনা-শিনা হিংবা , মীরেম্‌ ওইহন্‌বা,
খুৎলাইশিনা মপূং ফার’ কান্‌, কাল চক্র লৈয়রকপদা
ঐখোয়গী হক্‌ তান্নবা স্বর্গদা লান্দাবনা ফবরা
হঙ্গৎলু গুরুদা অমুক্তা মতম্‌ খর ঙাইনবা ।’
‘পাবুং মহারজনা তাক্‌পীরিবা লৈরে খুৎলাই অদুম্বা ’মা,
ভদ্রাশ্ব ঙাক্‌পনা পুথোক্‌পা কেতুমাল্‌ বর্ষদা ফংবা
মচীন্না থক্তবা শিংলিনা থকপা হাউরবা,
অমুক্তং থক্খ্রবদা কাউঙম্‌দবা, মতম্‌ নাইবা,
মতম্‌দুদা ফংদ্রবদা লৈবা ঙম্‌দনা চাক্‌পা,
হক্‌চাং কায়াৎ পূম্বা হিক্‌থহন্‌বা, মন্থহন্‌বা,
হিংনা-হিংনা শিহন্‌বা, অমৃত ময়াই চম্‌হন্‌বা,
চাবা থক্‌পা অনিমক্‌ য়াবা নুংঙাইবা মপূং ফাহন্‌বা
নুঙাইবা পাল্লবা লাইশিংনা মখৈ লৈতনা পাল্লবা;
অসিগুম্বা রসায়ন্‌ খুৎলাই থাজিন্‌খ্রে লোন্না-লোন্না
লাইশিংগী মরক্তা স্বর্গগী লম্‌দম্‌ কয়াদা ;
অপীক্‌পা স্বর্গদি পূমথন্‌ থন্‌খ্রবনি মসিতনা ।
অফোংবা লান্‌ নত্তবা হৌখ্রবনি অরোন্‌বা লান্‌,

তাঞ্জা চপ্ চারে লান্দাবা তাক্পীরক্ই গুরুনা ।।'
'অদুম্-অদুম্ ওইনমক্ হঙ্গৎখো গুরুদা অমুক্তা ,
মল্লবনি স্বর্গদি ফজবা শরুক্ য়াওদ্রবনি,
লাইগী মশীং য়াম্মক্পনা মহৌশা ফিভম্ কায়রবনি,
পাৎ-তুরেল্ কংল'স্বর্গ করিগী অমুক্ মিহৌরুরি,
ঐখোয়না লান্দাদ্রবসু মথন্তা নীংখান্নজরক্লনি ।
কাল' চক্র লৈয়্রক্পদা স্বর্গ, স্বর্গ ওইনা লৈররোই ।
নোম্বা কনবা অসুর লৈবাক্ স্বর্গনা ফংবা ঙম্লরোই ,
অওনবনা থন্বা জগত্নি লেপ্প- লৈত ওল্লিবনি,
কাল্ চক্র লেপ্ত লৈয়রি, ঐখোয় হিংচাবৈ মতম্ লাক্লনি
ব্রহ্মাস্ত্র লীশিংদৈ হেন্না শক্তি লৈর খুৎলাইনি
খুৎলাইসি মপূং ফাহন্খিসি অনৌবশিং চাংয়েংখিসি,
তাঞ্জা 'মত্তং য়েংখিসি মতম্ খরদং ঙাইখিসি ।।'

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'পাতাল্দা বান্ নিংথৌ'*
*কৌবা মাপল্শুবা মতাং ।*

# ১০ শুবা মতাং

সুমেরু চীংগী খা-নোংপোক্ কৈলাস চীংগী চীংদোন্দা ,
হৈকোন্ লৈকোন্না থল্লবা ফজরবা থেল্'মদা,
লৈরি শিব-নগর মপা লৈতনা ফজরবা;
জগত্না আশা তৌনবা সতীনা খ্বাইদৈ পাম্জবা ।
অহাঙ্বা আকাশতা নোংথক্তা চীক্ল-লেম্মা লৈরিবা
নুমিৎ থা থোক্তুনা মনিতনা ঈরং লংলিবা,
অঙক্পা নগরনি যোগ শক্তিনা ওইহন্বা
মতম্ পুম্বা ইঙাক্ত-ঙান্ ঈরং লংনা লৈরি
বিস্বকর্ম্মানা মঙ্ফাও মঙ্দ্রিবা ফজর' নগরনি,
লৈচিল্থক্তা নোংথক্তা থব্রান্ মিচাক্ মরক্তা
নায়তোম্ ঙান্বা মন্দিরনি নগরসিগী ময়ায়দা,
গনশিংনা ঙাক্লিবা শিবভবন্ হায়নীংঙাই লৈতনা নীংথিবা,
লুপা চীংদোন্ মরক্তন মণি মন্দিরনি তোম্থিন্ ঙান্বা ।
কোরৌ মঙাল্না থেংবদা ঈরং লংনা নীংথিরি,
মন্দার উগী পরেংনা সহর অসি ফজরি;
লম্বী চৎপা ব্রারবা সিদ্ধ সাধক্ কয়ানা,
অব্রা-পোত্থা চঙ্জফম্ লৈরি আশ্রম্ কয়া'মা ।
ঋষি মুণি সাধক্ কয়া ঈংলবা আশ্রমশিংসিদা,
তপস্যা তৌরি নীংলি শোল্লি শিব নাম্ তক্তনা ;
কল্প বৃক্ষ উশিংনা পীরি উহৈ-ব্রাহৈ ব্রাক্তনা,
নগরগী চিদাই অতাম্বদা লৈরি উনাই খাংপোক্ কয়া,
যক্ষ্ রক্ষ্ কিন্নুর্ পিশাচ্ গন খুন্দাখ্রি পাক্-শন্না ।
য়াওগী মপৈ মপৈনা শজিক্ চারি চীংনাপোম্ থন্না,
যঙ্গোম্ থোক্পী ষম্বী কয়া শল্লুপ্-শল্লুপ্ শজিক্ চারী ,
অশংবা লৌবুক্ লূর-লাইজনা থন্বা পাৎ পুখ্রি ,
ঈচেল্ কন্বী তুরেল্, ঈশিং চাইবী অমক্তা ব্রাক্তে ।
নীংথিনা লৈশাৎ তম্লবা লৈকোন্ , হৈজিংফারবা
উহৈনা জুম্-জুম্ য়াম্থরবা হৈকোন্, বন্ উপবন্,
চেক্লাশিংনা মখৌ পোঙ্না খোংলিবা, হারিনা নিল্লিবা

শজি শঙাই, ওক্, নোংশা কৈনা কোয়চেন্ চেন্ শান্নরিবা,
শুক্ল'উমং ফজরবা কুঞ্জবন চীক্ল-ঈংনা লৈরিবা
শান্তিগী মশক্ ওইরবা কৈলাস কৌবা লম্দম্মি ;
চীংগী মনাক্ থাপ্তুনা লৈরি মানস কৌবা সরোবর,
ঙানু থঙ্গোংনা থল্লবা সনাগী থম্বাল্ শাৎলিবা ।
পাৎসিগী মপান্দনি সায়ম্ভুবা মেলাদা,
শিব-সতী উনখি মিৎস্না মরি মিৎচান্না,
নুংশি পাউখোং চন্নখি ব্রাখল্ লীশাং থা-নখি
নুংশি লৈপুল্ শেম্জখি লৈবাক্ ব্রাথোক্ ওইনখি ।

শিব মনাই গনশিং নন্দীভৃঙ্গী বিরভদ্র,
শিব মন্দির স্নথোঙ্দা -'করি করম্ তৌসিবা ?'
নাপচিক্লা ব্রাতান্নে তৌফম্ খঙ্দে চমম্লে,
হান্নসু 'মুক্তা য়াওখিদ্রি, খঙ্দে করম্ তৌবা হৌনৈ,
নাহা পাখঙ্ ঙাক্তনি, লৈতে অহল্ তাক্পীনবা,
হৌনবী খঙ্বী অহল্ ওইবী লৈতে নুপী'মা ফাওবা ।
'করি করম্ তৌসিগে হায়যু ভায় বিরভদ্র !
বার্ত্তন্দি ফংদে অদুবু লেঙ্খরে শঙ্কর ইবুঙো,
ইবেম্মা সতী ইঙ্গিৎ ফং - দক্ষ নিংথৌ মরান্য়াই,
স্বয়ম্বর সভা তমদুনা; শোয়দনা ইবুংঙো য়ৌরক্লনি
ইবেম্মা সতী পুরদুনা -সোমদদি ইহিং হিংলি ।'
'চুম্মী নন্দী ভায় -শীন্দোক্ শীনজিন্ ভাব তাদে খঙ্দে,
লৈমদি পুরক্লনি লাই পাখঙ্ অঙাওব'সে
ব্রাইরম্লা চাইরিবা মফি মরোল্ফাও থুপ্চিন্দে ;
পাখঙ্ পাখ্রা য়ুম্বান্নি তুমা শুদবা পুন্শিনি,
পঙ্চা-চা পঙ্থক্-থক্ পঙ্লৈ লৈবা তাঞ্জানি,
ফমুং কাংথোন্ থৌওইদে মোম্পাক্ মোন্দুম্ থৌশাদে,
নহান্ মখৈ লেল্লক্লি কৈ মউন্দা খর হিপ্,
গঞ্জা ভাং থক্তুনা অহিংচূপ্লা ফম্দোক্পা,
শাফি, কংক্রু, পূমচাই চাই মচি-মচি খুদীংদা ;
হিদাক্সনা,গঞ্জা, তিকি, মৈরু, কাটনি, কাটারী ;

সতীগী ৱাখল্দা উংদুনা অহিং কয়া লেন্খি।
য়ৌরক্লনি সতীদি করম্ তৌসি হায়বগে ?'
'ভাই ভৃঙ্গী ঐখোয় পূম্বা নঙ্সু ঐসু অদুমঙায়,
বিরভদ্র লোয়্ননা ঐখোয় গন পূম্বসে,
মথোঙ্ হুক্তবা মপুগী কাঙ্লম্ চাদবা মনাইনি ,
গঞ্জা ভাং থক্পা পাখঙ্ কারল্ চৎপা ঙাক্তনি ;
থবক শিল্লম্ খঙ্দবা অকোন্ অহান্ নাইদবা,
নবুঙো পাখঙ্ অসিসু নুপী থিনিতা মখঙ্বা,
কন্যা অমা লাক্পগী হৌনবী করি লৈবগে
করি তৌফম্ থোক্পগে কনাদসু তান্নদে ;
কনাদসু হংলুদে হংনবসু শীল্লম্দে,
'অপঙ্ নতু থিবিগে খুন্না থোক্পা তৌ' হায়গুম্বা
পূম্শিন্ শিন্ন থম্গুম্লে, হেন্না ঙাওবা ঐখোইদা;
ৱাইরম্ শিংফাও লোইশিন্দ্রি বর কন্যাদি য়ৌরক্লনি,
নবেম্মা সতীদি নিংথৌরেন্গী মচা নুপীনি,
মোন্দুম্ মোন্তেক্তা চাউরক্পী; করম্না ওক্লনি
চোপ্পা য়াদে নবুঙোসু লাইগী লাই ওইরিবা মহাক্নী ;
হায়য়ু বিরভদ্র কম্মো করম্ তৌসি হায়বগে ?'
'লুহোঙ্ নুমিৎ কোই ফোয়বা খুজিন্ খুয়া শেংবগুম্
লকাং নুঙ্গাং কম্থরে ফক্লাং মিরাং কম্থোক্লে,
শুমাং থেলোং শিত্তোক্লে ইমুং মাঙ্গোন্ ৱাই তৈয়রে,
পর্দা নুংদা হাপ্চিল্লে ফিদা নুংদা থাবা লোইরে
য়ুখল্ নুংখল্ খঞ্জিল্লে অতৈদি ঐখোয় হৈতরে ।
চৎলু ভায় নন্দী ভৃঙ্গী ব্রহ্মলোক্ বৈকুন্থদা,
হঙ্গৎলুচো ইমা সাবিত্রী, সরস্বতী, লক্ষ্মীদা,
কৈলাসতা লেঙ্লক্লবা য়েংশিন্বীনবা অৱাৎ-অপা পূম্বা ।'
কাল্সিদা -'নারায়ন্, নারায়ন্' বিনা ঝংকার লোয়ননা
শিব মন্দির স্নথোঙ্দা থুংলরে দেবর্ষি নারদ ।
নন্দীভৃঙ্গী বিরভদ্র গন পূম্বা থোরক্তুনা
'খুরুম্জরি দেবর্ষি তম্বীয়ু স্বয়ম্বরগী পাও-'
'মঙ্গল্ ওইয়ু পূম্নমক্ দক্ষ কন্যা সতীনা

নবুঙো শঙ্কর মুর্ত্তিদা বর মাল্য হুক্লবদা,
ষন্দম্বা খোঙ্‌নেৎন-নবুংঙো নবেম্মা সতী থাঙ্গত্তুনা,
থোরক্‌পদা ষন্দম্বা তোং, দক্ষ নিংথৌ লাম্মীনা,
নিংথৌ পুম্বা লোয়ননা লম্বী থৎ,কোয়শিন্‌হৌরে নবুঙো,
নীংশিংলক্‌ই বিরভদ্র গন লাম্মী নবুঙোনা ।'
'চৎচরে ননাই ঐ গুরুদেব, শীন্‌বীরম্মু গুরুনা ,
হৌনবী মওং চুম্না ইবুঙো ইবেম্মা ওক্লনবা ।'
চৎখরে বিরভদ্র গন লাম্মী পুরদুনা;
নন্দীভৃঙ্গী খুরুম্‌দুনা হায়জৈ দেবর্ষিদা-
'হৌনবী হৌনবা খঙ্‌দবা গঙ্গা ভাং থক্‌পা
মথোঙ্‌ হুক্তবা ঙাক্তনি ঐখোয়দি কারল্‌ চৎপা ,
শীন্দোক্‌ শীঞ্জিন্‌ হৈজদে হৌনবী লোন্‌চৎ খঙ্‌জদে,
দক্ষ কন্যা ইবেম্মা ঐখোয়গী ইমা সতী,
নিংথৌরেন্‌গী মচানি মোন্দুম্‌ মোম্ভেক্তা চাউরক্‌পী,
করি করম্‌ তৌরগা মতীক্‌ চাবা সম্মান্‌ উৎকনি,
নিপা ময়ুম্‌দা থিল্লক্‌পা কন্যা করম্না ওক্কনি,
খঙ্‌জদে ঐখোয়দি নামা হোবা ঙাক্তনি,
খন্নজরম্মী কৌজরুগে ব্রহ্মলোক্‌ বৈকুণ্ঠদগী
ইমা ইবেম্মশিং সাবিত্রি, সরস্বতী, লক্ষ্মী
কৈলাসতা লেঙ্‌ঙক্তুনা তাক্‌পীনবা শীন্‌বীনবা ।।
থৌজান্‌বীয়ু গুরুদেব ! শীন্‌বীয়ু মসি ওইনবা ।'
'ওইরসনু মদুমক্‌ ঐ চৎলে ব্রহ্মলোক্‌ বৈকুণ্ঠ
শেংদোক্‌ শেংজিন্‌ লোইরম্মু তরু-তরু থনম্মু ।'
'নারায়ন্‌ নারায়ন্‌' চৎখরে বিনা ঝংকার নারদ ।।

পুক্লীংগুম্‌ য়াঙ্‌বা দেবর্ষি থীন্দনা য়ৌখ্রে ব্রহ্মলোক্‌,
স্বয়ম্বরদৈ হল্লক্লম্‌দ 'ঙায়রি ফি হোংদোক্লমদ্রি সাবিত্রী
'নারায়ন্‌ নারায়ন্‌' খুরুমজরি ইমা ইবেম্মা
হোংদোক্‌পীরুরনু ফি অমুক্‌,লেঙ্‌বীরো কৈলাসতা,
খুদোন্‌ পোৎকা লোয়ননা, ওক্লনবা বর কন্যা,
হৌনবী পোৎলম্‌ পায়বীখো কৈসু লৈহৌদে আদা ;

চৎচরুখিগে ঐ কৌজরুগে লক্ষ্মী সরস্বতী ।
নীংবগা য়ৌখ্রে বৈকুণ্ঠ'নিমক্ য়ৌরক্তা ঙায়রম্লী,
শেৎলুবা ফিজোন্ হোংদোক্লমদ্রি, শ্রী বিষ্ণুদি য়ৌরক্ত্রি ;
'নারায়ন্ নারায়ন্' খুরুম্জরি ইমা অনি
হোংদোক্পীরুরনু ফিজোন্ লেঙ্বীরো কৈলাসতা,
খুদোন্ পোৎকা লোয়ননা বর কন্যা ওক্লনবা,
মথোঙ্ হুক্তুবা কাঙ্বুদো জলাম্ মেলাম্ শাহৌরে,
হৌনবী পোৎলম্ পুবিখো শেম্বীনবা লৈহৌদে,
ঐহাক্ অতৈ কৌরুখিগে ' চৎখরে নারদ বিনা খোংনা ।
পম্থবা তৌদা'চৎনখ্রে য়ৌখ্রে কৈলাস মতম্ চানা ।
সাবিত্রী,সরস্বতী, লক্ষ্মী পোথাদে ঙাইহাক্তা,
লাউরি চৈরি, য়াথং পীরি থৌদারি পূম্নমক্তা,
নন্দীভৃঙ্গী গনশিং মখোং লৈবাক্ তা'ফংদে ।
লক্ষ্মীনা লেঙ্দ, লৈরবনা ব্রাৎপ'মক্তা লৈতরে,
সাবিত্রী সরস্বতীনা শীন্বনা অহো'মক্তা য়াওদরে
মফম্ মতম্ চানা-চানা থৌরম্ পূম্বা পাঙ্থোক্লে ।
বর কন্যা অনিগী লৈগী শয্যা শেম্বা লোইখ্রে ,
অনৌবা -অনৌবীগী কা মওং তানা লৈতেংলে ।
শিবগী সঙ্গাই স্নথোং শুমাঙ্ মাঙ্গোন মফম পূম্বা
অগ্নি দেবনা শীন্ মৈ পরেং পরেং পূম্ঙান্ ওল্লে
স্বর্গে লাই নুরা কয়া লাক্লরি অনৌবী য়েংবা
যক্ষ,রক্ষ কিন্নুর দানব নাকল্ অমা থল্লে
মরু ওইবা মকোক্ থোংবা লাই-হিংচাবা ব্রাক্তরে,
খুদোল্ পোৎ'লোয়ননা তিল্লরি শিব সঙ্গাই শুমাঙ্দা
হৈশিংলবী লাইরেম্বী'হুম্না মতম্ চানা শীন্দুনা
লাক্লি পূম্বে ফিদা অতীতী সেবা চান-থক্লবা
অমক্তা ব্রাক্তনা শীন্ঘরে মীপূম খুদীং থুংখরে ।
গনশিংনা কোয়চৎ চৎ সোভা থৌগন্ তৌরি হংলি
অব্রাৎ-অপা । স্বর্গে অপসরা কাঙ্বু য়ৌরক্লে
তুম্বুরু গন্ধবর্ব লোয়ননা শেম্-শাদুনা লৈখরে
অনৌবা অনৌবী মাঙ্দা জগোই ঈশৈ উৎনবা

ব্রহ্মা, বিষ্ণু, নারদ অহুম্‌সিতা মঙায়রে
হৌজিক্ ফাও য়ৌরক্ত্রিবা অতৈদি ঙম্লা তিল্লরে
পূমচীক্ চীক্লম্বা কৈলাস মীনিন্না পূমথন্ থন্‌খরে ।
বর কন্যা য়ৌরক্‌পা লাঙ্‌তক্লনা ঙাইনরি,
স্বয়ম্বরদুদা য়াওরুবা ব্রহ্মা বিষ্ণু অনিদি,
মখোয়গী আশা থুংলে খন্ হরাওদুনা হল্লক্‌খি
জগতকী মঙ্গল্‌গীদমক্ ৱারী ৱাতাই শানখি ।
ব্রহ্মা সঙ্গাই চঙ্‌না চঙ্‌না কৌরক্‌খি 'সাবিত্রী !
সন্ধ্যা স্নান্ তৌরুগে, কদাই পীরক্‌উ হোংদোক্ল'ফি ।'
কনাসু খুম্লক্তে, থোরক্তে, পূম্নমক্ পূমচীক্ চীক্‌ই ।
অমুকসু হংই খোন্ কল্লপ্, 'কদাইদা লৈখ্রবগে নঙ্‌বু ? '
চেক্ মোক্ লাউদে, খোয়রাং খোয়শাও ব্রহ্মা চঙ্‌লকই ইমুং,
মথন্তা শোল্লি মুরুম্ মুরুম্ 'কদাইদা চৎখ্রিবা ?'
'ঙসাইনা চৎখ্রববু হৌজিক্ ফাও য়ৌরক্ত্রিবা ?
কৈলাস চক্তৌনি হায়র' কদায়দা লম্‌দন্‌লিবা ?
চহিনা চহি য়াম্মক্‌পা মিৎনানগা ফৎলক্তবা
ফিরোন্ কমণ্ডলুনা কদাই ৱাইদা থনম্লিবা ?
মা য়াওদ্রবদি মথোঙ্ মরম্ খঙ্‌দে খঙ্‌লমক্তা,
খঙনি ঙসি ' পূম্‌চাই চাই মথক মখা ওন্ থিদুনা ।
আকাশ গঙ্গাদা স্নান তৌ লোইখ্রে সন্ধ্যা খুরুম্বা,
শাউনা শাউনা অনৌবা ফিজোন্ শেত্তুনা থুনা য়াঙ্‌না
অহিংগী অহান্‌বা য়ুথক্তা কৈলাস মায়গৈ পাংলক্‌পা
লম্বীদা থেংনরে বিষ্ণু নারদকা লোয়ননা লাক্লিবা;
মখোয়না কৈলাস য়ৌরক্‌পা শিব সঙ্গাই তম্লক্‌পা ,
লম্বীদা উখি থাপ্লা জয় জয়কার লাউদুনা
গন লাম্মী লুচিংবা বিরভদ্রনা মাঙ্‌দা থা
গন লাম্মীনা তুংদা ইন্ শিব-সতী য়ায়দা থং
চৎলি ষন্দম্বা থক্তা লৈগী পরেংনা য়োম্লবা,
শিঙ্গা বেনু মোইবুং খোং দফৎ দমরু দামামা য়ৈ
তৌদ্রি বাসি থরাউচি খোং ঝান্ মাঙ্গং উকক্ য়ৈ
মরক্ মরক্তা লাউরি জয় জয়কার পূম্লিন্ নিন্,

'জয় জয় শঙ্করগী জয়, জয় জয় ইমা সতীগী জয়'
শিব সতীনা জয় ওইরে শঙ্কর সতীনা জয় ওইরে ।'
শিব শঙ্গায় মথোং য়ৌবদা বর কন্যা অনিবু
মঙ্গল্ মৈহুম হাইন ওক্ লৈ কবোক চাইদুনা
য়াইফ-মঙ্গল ঈরাং হৌ যন্ত্রগী সলামী শৈইন্না
শঙ্কর চৎখ্রে কাইদ কাইদ ফম্খ্রে মাগী আসন্ মীয়াম্লক্তা ।
মমাশাবী লাইরেম্বী'হুম শাবিত্রী সরস্বতী
লক্ষ্মী, ওক্লগা কন্যা কোন্দুনা পুশিন্খি সতী ।
য়েংওইননা তুলসীবুং কোয় য়েংকী খোঙ্না হান্না থা
কাখৎখি শিব সঙ্গায় চঙ্খি ইমুংদা ইরেন্না ।।
সতী কন্যা খুরুম্লে য়ুম্নাই, লাইরেম্বী 'হুম লোয়ননা
থোরক্লে সভা য়ায়দা ফম্লরে শঙ্কর ওয়দা
সভাবু ওক্লে তারাম তারাম শঙ্কর সতী অনিনা ;
তাঞ্জাসিদা ব্রহ্মা বিষ্ণু পীররে পোৎয়েং অনিদা
নোংলক্তা নোংথাং কুপ্লগুম্ সবিত্রী ব্রহ্মা য়েংনখি
বিষ্ণু লক্ষ্মী মিৎচানৈ হাইফেৎ উখি সরস্বতী
অহুম্দু উবমক্তা মাঙখ্রে ব্রহ্মা বিষ্ণু শাওনিং পূম্বা ।
মরুপ্-মপাং লাক্লি'পূম্বা পীররে পোৎয়েং অনিদা
পীররিবা খুদোল্ পোৎনা পৈরে অনি মাঙ্দা
শুক্ য়াম্মা তিল্লিসিনুংদা মচে মনেম্ মমা মপা
মরুপ মপাং মপাম্গী মী অমা ফাও উদবা
সতী পূক্নীং নুংঙোল্লি, সতী মায়থোং উরুবা
মীতেক্ মীরৌ খঙ্বী লক্ষ্মী সরস্বতী সাবিত্রী
স্বর্গে লাইরেম্বী অহুম্না থেম্জিল্লী সতী পূক্নৌবী
'ঐখোয় ময়াম্ লৈরিসিদি করিগী পূক্নীং নৌবগে
লুহোংবা নুমিৎসিদা অব্বা -ব্রাখল্ খন্ফদে
নবুঙো শঙ্কর পূক্ফবা লাইগী লাই ওইবা মহাক্নী
মামুক্ ফজবা নুপাবু জগত্সিদা লৈবরা ?
নঙ্দি লাইবক্ ফবিনি নপুরোইবনা য়াবিনি
মবুক লোম্দবা মহাক্নী নঙ্গী খুত্তা লৈরনি ।'
মোমোন্ নোকচৈ দেবী সতী লাইরেম্বী'হুম্ ব্রা তাবদা ।

থীন্দনা হৌরক্লে লুহোংবৈ কুম্মৈ খ্বায় ময়াম্ মাঙ্দা
তুম্বুরুনা পূং য়ৈরে জগোয় হৌরে অপসরাগী
উর্ব্বশী মেনকা রম্ভা তিলোত্তমা ঘৃতাচী
থেক্থরে তাল্দা নেত্তুনা শুন্দ্ধংলে পূন্নম্ক্ ।
অচা-অথক্ অহাও-অথুম্ চারে থক্লে লাক্লি পূম্বা,
শিব মনাই গন পূম্বা ঙাওরি গঞ্জা ভাঙ্ থত্তুনা ।
অহিংগী অনিশুবা য়ুথক্ য়ৌরকলবদা
জগোই ঈশৈ লোইদুনা বিদায়নরে মরুপ পূম্বা,
মমাশাবী লাইরেম্বী 'হুম্ থিঞ্জিন্লম্মে সতী ইমুংতম্না
সাবিত্রী চৎমিন্নখ্রে ব্রহ্মাগা ব্রহ্মলোক্ তম্না
বিষ্ণু লক্ষ্মী সরস্বতী হনখ্রে বৈকুণ্ঠ তম্না ।
লোইথোক্ লোইশিন্ শেংদোক্ খোত্তোক্ পূংলোই লোইরতুংদা
অৱা পোথানখরে শিব মনাই গন পূম্বা;
মরুপ মপাং চৎখ্রবদা ইচিক্ হুল্লে শিব সঙ্গায় ।
শঙ্কর লেঙ্শিল্লক্লে ইমুংদা লৈগী শয্যা তম্না,
শিব-সতী ফম্মিন্নে নুংশি ৱারী শামিন্নে,
অনৌবা অনৌবী চিল্লোক্লে থম্মোই থম্মোই শেংদোক্লে ।
স্বয়ম্বর ৱাথোক্ নংলবী দক্ষ কন্যা তনৌবী
লম্শাঙ্ লাক্পদা ৱারবী চোক্থরবী সতী
শয্যা থত্তা উইথরক্লে শাংবা য়াহিপ্ য়াতাখ্রে ।
শিব শঙ্করদি কম্দৌরি অহিং ঈচিক্ হুল্লক্লে
স্বর্গগী লাইরেম্বী অহুম্না শেম্খ্রবা লৈগী শয্যা
মপা লৈতনা ফজরবা নুঙাইবনা থল্লবা
শঙ্কর কয়া হৈনদে মরেং মরেং চৎলি, তূম্বা য়াদে
কূম্থখরে লৈগী ফমুংদৈ হিপ্লুই কৈ মউন্ থত্তা,
থিখি কোয়্মা মাদুনা কৈদা লৈখ্রে কংক্র ঙাম্মুক্ ।।

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'বর কন্যা ওক্পা' হায়বা*
*তরা শুবা মতাংগী 'কৈলাসতা' হায়বা অহান্বা শরুক্ ।*

## ১০ (২)

কৈলাসতৈ হল্লক্পদা ব্রহ্মা বিষ্ণু বা-তান্নখি
'শিব-সতী লৈপুন্  ওইবা জগতকী য়াইফবনি;
শঙ্কর-হিংচা-য়াইতম্ ভুত-প্রেতকী মবুঙো ওইবতা নত্রে,
ঙশিদৈ-লাইগীসু লাই ওইরে জগত শান্তি ময়োল্ হুল্লে ।
ব্রাফম অসি খ্বায় খঙ্না যজ্ঞ চাথুং পীনবা
যজ্ঞ অমা শীল্লু থুনা পিতামহ ব্রহ্মা!'
'ফগনি ঐ শীঞ্জগে শঙ্করবু তারাম্না ওক্লবা
লাই পূম্বে সভা অমা ইয়ুম্ লৈবাক্ ব্রহ্মলোক্তা ।'
ব্রহ্মা জগত শেম্বনি, বিষ্ণু জগত য়োক্পনি,
রুদ্র জগত মাঙ্হন্বনি; শেম্বা-য়োক্পা-মাঙ্হনবসি
জগতকী হৌনশানি । অশেম্বা পোৎ পূম্বা
হিংনবা মতম্ লৈবগুম্ লৈবনি মতম শিনবা
সৃষ্ঠি স্থিতি প্রলয়-শেম্বা য়োক্পা মাঙ্হন্বা,
অহুম্ অসি পূন্দ্রবা মপূং ফাদে জগতসি,
অহুম্সিগী চাং কায়রবা মাঙ্ই জগত শান্তি,
পোক্পা-হিংবা-শিবা মথন্-মথন্তা তোপ্না লৈবা য়াদে
অহুম্সিগী চাং কায়রবসু জগত্তা শান্তি লৈতে।

ব্রহ্মলোক্তা ব্রহ্মানা নীংশিংলক্খি নারদ
'নারায়ন্ নারায়ন্' শোন্দুনা থুনা য়াঙ্না লাক্
ব্রহ্মাই মখোঙ্ শোক্ল-খুরুম্ হঙ্গচরকই নারদ-
'নচাবু কৌবিবা করি য়াথং লৈবগে অপোক্পা ?'
'মঙ্গল ওইয়ু নারদ জগতকী য়াইফননবা
সভ্যাতা'নি পূনবদা নুঙাইবা ফোংদোক্লবা
বিষ্ণু য়াথং তুংইন্না বিস্বশান্তি যজ্ঞ হৌনবা
কৌরক্উ ঋষি অহুম্-ভৃগু, অঙ্গিরা, বশিষ্ঠ ।
যজ্ঞ হৌনি লাক্লিবা মেরা দ্বাদশি নুমিত্তা,
যজ্ঞগী পুর্ণা হুতিনি পূর্ণিমা নুমিত্তা;
নুমিৎসিদা তারাম্না ওক্কনি সতী-শিব,
চৎলু, কৌরু, বার্ত্তণ্ তৌরু স্বর্গগী লাইয়াম্ পূম্বা,

হঙ্গৎলু বিষ্ণু নারায়ন্ লক্ষ্মীগা লেঙ্ঙক্লবা,
চৎলু কৈলাসতা বার্ত্তণ্ তৌরু শিব-সতী লাক্লবা,
চিংথফদে, কাউফদে বৈবস্বত মনু ঋষি পূম্বা
হায়রম্মু ইন্দ্রদা পুরক্লবা অপ্সরা পূম্বা।'
'নারায়ন্ নারায়ন্' পম্থবা তৌদ' চৎখরে নারদ ।।

যজ্ঞ দিক্ষা লৌদুনা ফম্খরে ব্রহ্মা সাবিত্রী,
অথোইবা ঋষি অহুম্না হৌখ্রে যজ্ঞ বিশ্ব-শান্তি ।
হায়নীংঙাই লৈতনা ফজরবা ব্রহ্মাগী সভানি
ব্রহ্মা মশামক্কী ব্রাখল্দগী থোক্খিবনি,
অহাঙ্বা অতিয়াদা থা-থব্রাম্মিচাক্ লক্তনা,
নায়তোম্ ঙান্বা সভানি মিকুপ খুদীং মশক্ হোংবা ।
মরাক্ ময়ুং ব্রাং চাউবা কনানসু হায়বা ঙম্দে,
'সিগুম্বা সভানি হায়না প্রমান পীনীংঙাই লৈতে;
সভা মণ্ডপ্ মখোঙ্ য়াওদে, শাসু শাদে ঈংসু ঈংদে,
সভাদা হেক্ চঙ্বগা অরাম্-খৌরাঙ্-চোক্থ' লৈতে
মতম্ কুইনদগী মওং ইকায় কায়দনা লৈরক্লি,
মখল্-মখা অয়াম্বা লংলবা মণিনা শাবনি,
মশেক্ মঙাল্না থল্লবা মণি রত্নতনা হৎপনি,
মশাগী মঙান্তনা নুমিৎ-থা-মৈদৈ হেল্লিবনি ।
স্বর্গগী লাই পূম্বা তিল্লরে সভা মণ্ডপসিদা
জগতকী জীব পূম্বা ব্রাৎত্রে বিশ্বশান্তি যজ্ঞসিদা ।।
প্রজাপতিশিং-কশ্যপ্, অত্রি, পুলস্ত, পুলহ,
মরিচী,গৌতম, ক্রতু, প্রচেতা, কর্দম্, দক্ষ
ঋষিশিং--আর্থববা, অঙ্গিরস, বালখিল, অগষ্ট্য,
মার্কেণ্ডেয়, জমদগ্নী, ভরদ্বাজ, সংবর্ত্ত, চ্যবন্,
দুর্ব্বাশা, ঋষশৃঙ্গ, সনৎকুমার, অসিত, দেবল ।
নিংথৌশিং--জিতশত্রু, মণি, জৈগীষব্য, ঋষভ ।
থব্রাম্মীচাকশিংগা লোয়নরবা নুমিৎ থা পূম্বা,
মৈ-ঈশিং-নুংশিৎ,যজ্ঞ, সংকল্প, থব্রায়, অতিয়া ।
গ্রহশিং --ইরায়, থাঙ্জ, য়ুমশকৈশ, শগোলসেল্,
লৈবাক্পোক্পা, রাহু কেটু । মশক্ মব্রোং নাইরবা

ধর্ম্ম-অর্থ-কাম্, নুংঙাইবা, নুংশিবা, তপস্যা,
গন্ধবর্ব অমসুং অপ্সরাশিংগী কাঙ্‌লুপ কুন্।
দেবতাশিং-- ইন্দ্র, বসু নিপান্ মায়কৈ ঙাক্‌পা
আদিত্য তরানিথোই, রুদ্র তরা মাথোই, যম্,
নুংশিৎ নিফু মাপন্ , অশ্বিনিকুমার, বিশ্বদেব,
বিশ্ব কর্ম্মা, বেদ মরী। পিতৃলোকশিং, সাধ্যশিং ।
কাল-ক্ষন্, লব, মুহূর্ত্ত, অহিং নুংথিল, থা, ঋতু, চহি, যুগ ।
স্বর্গগী লাইরেম্বীশিং -- অদিতি, দিতি, দনু,
সুরসা, বিনতা, ইরা, কালিকা, সরমা, কদ্রু,
সুরভী, গৌতমী, প্রাধা, রুদ্রানী, শ্রীলক্ষ্মী,
ভদ্রা, লজ্জা, স্বাহা, সুরা, কির্ত্তী, শচি, অরুন্ধতি
আশা, পুষ্টি, সংবৃতী, নিয়তি সৃষ্ঠি, রতি ।
হিংচাবগী কাঙ্‌বু পিশাচ মপৈ, ভুৎ প্রেত ।
দানব ময়াম, গুহ্যক্ কাঙ্‌বু, লীন কয়া, উচেক্ কয়া,
শুরে ঙম্মা অমত্তা ব্রাৎত্রে জগত্তা লৈরিবা
চীং-পাৎ-তুরেল পুখ্রি সাগর চিংথহৌদ্রে অমত্তা ।
খ্বাইগী য়ায়দা ব্রহ্মাই নাক্তা অথোইবা মীখুংলেন্ ফম্ফমদা
ফম্লি লাই মরু বিষ্ণু শঙ্কর লোয়ননা লক্ষ্মী সতী,
পূম্মমক অসিবু ব্রহ্মানা তারাম-তারাম তৌদুনা
মতীক্ চাবা সম্মান্ উৎ লম্থুম্ অচা-অথক্ দান তৌদুনা
নুঙাইহল্লি, পেলহল্লি, হরাউহল্লি মীপূম্‌তিংনা ;
অপ্সরাশিংগী জগোয়না গন্ধবর্বশিংগী ঈশৈনা,
সভা পূম্বা নুংঙাইহল্লি কাউহল্লি অৱা-অনা
খোয়রাং খোয়শাউনরি দক্ষতদি খ্বাইগী তুংদা লাক্‌খিবা ।
সভা মণ্ডপ য়ায়দা চঙ্--পিতা ব্রহ্মা খুরম্বা মতমদা,
উরুরে শিব-সতী ফম্লমবা বিষ্ণু নাক্তা,
আশা তৌরুই চাউথোক্লবা দক্ষ-মাবু উবদা,
ভক্তি ব্যবহার তৌরক্নি মমাক্ ওইবা শিবনা ;
লৌখৎত্রিবা শিব-সতী ঙমদে দক্ষদা ভক্তি তৌবা,
শাউবনা লুতোন্ কাখি শাউগন্‌বা দক্ষ মীয়াম্ মাঙ্‌দা ।

যজ্ঞ কুণ্ডদগী থোরক্‌পা মৈখুগা লোয়নরবা
ঘী, চেঙ্-থোইদীং, ধুপ্-তিংথৌ লৈ-শু চাক্‌পগী মনম্মা

হা-রবা ব্রহ্মাই মণ্ডপ নিল্লে হোম্ মন্ত্র খোঞ্জেল্না;
পুর্ণিমা নুমিৎ অয়ুক্, অহানবা য়ুথক্ লোইখিদুনা
অনিশুবা প্রহর য়ৌরক্পা অয়ুক্ কোরৌহনবনা,
নোংপোক্ থংবা অতিয়াদা লীরুং অহুম্ কারক্পা
নুমিৎনা ব্রাতোন্ লোম্মক্পা নুংশা তবুম্ শারক্পা,
হকচাং তগৎ তেক্লিঙৈ নুংঙাইরবা তাঞ্জাদা,
যজ্ঞ হোম্ লোইদুনা লোইশিল্লে যজ্ঞ বিশ্বশান্তি
পুর্ণাহুতি তৌখরে শোন্দুনা মন্ত্র 'ওঁ শান্তি
শান্তি শান্তি শান্তি, বনস্পতয়ে শান্তি, ওঁ শান্তি
আপ শান্তি, অগ্নি শান্তি, বিশ্ব শান্তি ওঁ শান্তি,
সভাদা লৈবা পূম্বনা খুমখি ওঁ শান্তি বিশ্ব শান্তি ।

পুর্ণহুতি পীদুনা লোইশিল্লে বিশ্ব শান্তি যজ্ঞ,
যজ্ঞেশ্বরদা কৎলে আরতী ঘীদা লূপ্ল বর্ত্তিনা,
ঘী বর্ত্তি মৈখুনা ওক্লে সভাদা লৈরি পূম্বা;
ঘী তোৎলবা যজ্ঞগী উৎ মন্ত্রনা শেংদোক্লবা
সভাদা লৈরি পূম্বে মরায়বক্তা নম্লে ভৃগুনা,
লৈ হুক্লে শিবদা ব্রহ্মা বিষ্ণু হৌগত্তুনা
লৈ পরেং হুক্লে সতীদা সাবিত্রী লক্ষ্মী অনিনা,
স্বর্গগী পারিজাৎ লৈরাং পরেং শিরবা শিব-সতী
ঙাম্থোইরি সভা য়ায়দা মোমোন্ নোক্লা চীংলেম্মা ।
ফম্ফম্দগী হৌগত্তুনা সভাদা হায়খি ব্রহ্মানা
'সভাসিদা তিল্লিবা জগতকী অচৎ-চত্ত জীব পূম্বা
তাবিয়ু দেবতা পূম্বা স্বর্গসিদা লৈরিবা
ঙসিগী সভা অসিনা লাই মরু ওইরিবা
প্রলয়গী মপু, ভুৎ প্রেত দানব অসুরগী মবুঙো
অভিনন্দন পীজরী সতীগী মবুঙো কৈলাসপতি শিবদা,
কৈলাসগী মবুঙোনা সতীবু লুহোংদুনা
ওইরে স্বর্গগী লাইশিংগী মমাক্ ইবুঙো,
স্বর্গগী লাইশিংনা নৌনা লুহোংলবা অনীবু
থব্রায় য়াওনা তারাম্মা ওক্লি অভিনন্দন তৌজরি ।'
মথংদা বিষ্ণু ফম্ফম্দগী হৌগৎ হায়খি সভা য়েংনা -

'অমত্তা ঙায়রবা পরমেশ্বরগী থৌদা মতুং ইন্না
ব্রহ্মানা শেম্লি জগত অচৎ-চত্ত জীবা পুম্বা,
বিষ্ণু ঐনা ওইরি শেম্লিবা জগতসিবু য়োক্পা,
কায়হন্দনা লেঙ্দনা শান্তি ওইনা থম্বা ;
শিবনা ওইরি রুদ্র শেম্লিবা জগতসিবু মাঙ্হন্বা,
সৃষ্ঠি, স্থিতি, প্রলয় থৌদাং পুরী ঐখোয় অহুম্না;
অহুম্ অসি পুন্দ্রবা মপূং ফাদে জগতসি
মফম্ মতম্ চানা শেম্বা, মফম্ মতম্ চানা য়োক্পা,
মফম্ মতম্ চানা মাঙ্হন্বা অফবা জগতকী মশক্তী,
অহিংবা পোৎ খুদিংমক্ হিংনবা মতম্ লৈবগুম্,
শিনবা মতম্ লৈবনি, মতম্ অদু য়ৌবদা
শিবা মাঙ্হন্বা তাবনি । শিরিবসে শেম্লবনি,
মাঙ্হন্দ্রবদি শেম্লরোই, শেম্দ্রবদি মাঙ্হন্বা য়ারোই,
শেম্লগা য়োক্ত্রবদি শেম্বগী মশক লৈরোই ।
কান্নবা ফংলোই জগত অসি শান্তি লৈরোই
পোক্লিবসি হিংনবনি হিংলিবসি শিনবনি,
শিরিবসি পোক্লবনি- পোক্পা হিংবা শিবা,
শেম্বা য়োক্পা মাঙ্হন্বা জগত অসিগী মশক্তী ;
অহুম্ অসি পূল্লবা জগত অসি মপূং ফারে
অহুম্সিগী চাং কায়দ্রবা জগত শান্তি ওইরে,
শিব-সতী লৈপুন্না অহুম্ অসি পুল্হল্লে ।
লৈপুন্সিনা ঙম্হল্লনি থিংবা -- মতম্ চাদনা
জগত পুম্বা তুমহনবা হেঞ্জিন্না জগত শেমজিন্বা,
অহুম্ অসি তানদুনা মনুং মতম্ চপ্ চানা
মাঙ্বা য়াবা মাঙ্হন্বা শেম্বা য়াবনা শেম্গৎপা
য়োক্পা য়াবনা য়োক্পা ঙম্লনি নিয়ম্ চুম্না তৌবা।
মহৌশা অচৎ-চত্ত চাং লেঙ্দনা থম্বা ঙম্লনি,
স্থিতি মরা চেৎলনি, সৃষ্ঠি মপূং ফারনি,
প্রলয় মতম্ নাইরনি জগত শান্তি ওইরনি,
নিয়ম্ নাইনা চৎলনি ; সভাদা ঐনা লাউথোক্চরি-
ঙসিদগী হৌনা 'শিব' লাইগীসু লাই ওইরে

কৌরে দেব-দেব মহাদেব ' লাইগী লক্তা অচৌবা লাই' ।
ব্রহ্মানা মখা তারক্ই সভা পুম্বা য়েংদুনা-
'নুংঙাইরে ঙসিদি খল্লুবদা সৃষ্ঠি মপুং ফারে,
ব্রহ্মা ঐগী নীংবা থুংলে-- মাঙ্লরোই ঙসিদগী হৌনা
ঐনা শেম্জবা জগত মনুং মতম্ চাদনা,
মহৌশা ওইবী সতীবু রুদ্র খুত্তা শিন্নবনা ;
ঙসি তারাম্না ওক্চবা অভিনন্দন্ পীজবা নুমিৎশিদা
ঐনা থোঞ্জরি অনৌবা মিং অমা শিবদা
লাইগী মরক্তা অচৌবা লাই কোলোই মিংলেন 'মহেশ্বর' ।
ঙসিদৈ ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বর লাই মরু অহুম্না
মতম্ পুম্বদা তান্নদুনা শেম্বা য়োক্পা থুগাইবা
মতম নাইনা লেপ্পরনি জগত শান্তি ওইনবা ।
পুরক্উ লাও নারদ অর্ঘ্য অদু কৎলু শিবদা,
ঙসিদৈ হৌনা লাইয়াম্ সভাদা লাউথোক্চরি ঐনা
লাইগীদমক্ যজ্ঞদা কৎলক্পা পোৎলম পুম্বা
মাগী চাথুং শরুক কায়দনা ফংনি শিবনা ।'
নারদনা কৎলক্পা অর্ঘ্যদু লৌরগা শঙ্করনা
হায়রক্ই সভা য়েংদুনা 'তাবিয়ু বিষ্ণু ব্রহ্মা !
ঐঙোন্দা পীবিবা অভিনন্দন্ লৌজরি হন্নাওনা,
ভোলানাথ কৌবা ঐহাক্সে খাইনা লুনা তৌবিবসিনা
মখে নৈতনা নুংঙাইজরে, ঙসিদগী হৌনা
মাঙ্হন্-তাক্হন্বা থুগাইবা জগত মাঙ্হন্বা থবক্
মতম্ চাদনা খক্ তৌরোই ব্রহ্মা বিষ্ণু তান্নদনা ।
মহেশ্বর কৌরবা ঐ, বিষ্ণু অমসুং ব্রহ্মা
ঐখোয় অহুম্না পুল্লগা ওইরি মতম কৌবা
মতম্না ওইরি পরমেশ্বর অমত্তা ঙায়রবা
মাগী য়াথং ঙাক্লা চৎলি ঐখোয়না মতম্ পুম্বদা ।।'

সোম্দা ব্রহ্মা সভা মণ্ডপ নুংদা ফম্ফম্লাংদা দক্ষ
নুংশা মপী ফুয়না-ফুয়না হোন্ হুমাং অনপ্ শন্দোই কা
ব্রহ্মানা অর্ঘ্যগী বা হেক্ পল্লক্পদা ফুক্-ফুক্ হৌগৎ,
মখুৎ শ্রু শ্রু নোই। নারদনা অর্ঘ্য হেক্ পুখিবা

পারিজাৎ পরেং লৈ-শু ধূপ-দিপ চন্দন্ লোয়ননা
শিবদা কৎপা হেক হৌরক্‌পদা শাউরবা দক্ষ
কম্ফম্‌দগী ফুক্ হৌগত্তুনা লাউরক্‌ই মখুৎ থাঙ্গত্তুনা -
'য়াদে, ঐদি য়ানিংদে ; শিবদা অর্ঘ্য কৎপা
য়াদে ঐদি শুক্‌য়া য়াদে ; মাবু লাইগী লাই ওইহন্‌বা
য়াবা ঙম্লোই ঐদি মঙোন্দা যজ্ঞগী চাথুং থুংবা ;
ঐনা য়াদনা মালেম্‌গী যজ্ঞগী চাথুং থুংবা য়ারোই
ঐ প্রজাপতিনি পৃথ্বিবী পূম্বগী নিংথৌরেন ।
মপা-মমা মশক্ খঙ্‌দবা শাগৈ ঙাই লৈতবা
লমজা ছারা শিব শঙ্কর মশক্ শুক্‌খঙ্ খঙ্‌দে ঐনা,
প্রজাপতিনি ঐ, মালেম্‌দা লৈরিবা অহিংবা
জীব, মী লাই হিংচাবা শা-উচেক লীন্ তীল্ কাঙ্ পূম্বা
মমা লক্ষা মরিফু মরিনা পোক্‌পা মচা পূম্বা
ঐনা শেম্বনি ঐগী ইচা ইশু ঙাক্তনি,
ঐনা মখোয়গী নিংথৌরেন্নী প্রজাপতিনি ।
ঐগী ব্রানা মখোয়গী আইন্নি, নিয়ম্নি, ব্রায়েল্‌নি ।
ঐদি অশেম্বনি --মাঙ্‌হন্‌বগী য়েক্লবনি ।
অশেম্বা ঐনা মাঙ্‌হন্‌বা মশক্ খঙ্‌দে, খঙ্‌নীংদে ;
হিংবমুক্ নুংঙাইবা মালেম্‌দা করি লৈবগে ?
মাঙ্‌হন্‌বা অমম্বনি লৈরিবনা অঙান্‌বনি,
অহিংবনা পুন্‌সিনি অশিবনা অমাঙ্‌বনি,
অঙান্‌বলত্তনা অমম্বা শুক্লে লৈবা য়াদে,
অহিংবলত্তনা অশিবা শুক্‌থম্ থম্বা য়াদে ;
মাঙ্‌হন্‌বা হায়বা হিংচা য়াইতম্ মশক্ ওইবা
ফত্তবা পূম্বে মরু হিংচা য়াইতম শাজৎ চৎপা
ঐ য়াদে, ঐদি অশেম্বনি মাঙ্‌হন্‌বা মশক্ খঙ্‌দে;
মাঙ্‌হন্‌ববু পাম্বা সতী ঐগী ইচা নত্তে,
য়াদে ঐদি মানা লাইগী লাই মহাদেব ওইবা ;
য়াদে ঐদি মানা অচৌবা লাই মহেশ্বর ওইবা ;
য়াদে ঐদি মঙোন্দা যজ্ঞগী চাথুং থুংবা
মঙোন্দে হেন্‌বা লৈনা লৈনা মঙোন্দা অর্ঘ্য কৎপা

শুক্য়া য়াবা ঙম্লোই--য়াদে দক্ষ ঐদি য়াদে,
মমা মপা মশক্ খঙ্দবা মীবু থাগৎকম্ থোক্তে,
হৌনবা খঙ্দবা লম্চৎ নাইদবা মীবু থাগৎপা
লমজা ছায়াবু ইকাই খুম্নবা উৎলিবা
অসিগুম্বা সভাদা শুক্য়াওমক্ য়াওকম্ থোক্তে ।'
হায়ন-হায়না হৌগৎলক্ই দক্ষ চৎখি শাওনা ,
থোক্খি সভা মণ্ডপতগি তাখিদ্রে ব্রহ্মানা খাম্বা,
চৎখ্রে মমায় ঙাঙ্না শাউরবা দক্ষ প্রজাপতি ।
পুম্নমক্ খাঙ্বা ঙম্মী অখাঙ্ কনবীনি মাদি,
মপুরোইববু থীনা ঙাঙ্বতদি তাবা ঙম্জদে সতী
মপাগী বাঙাং শাজৎ উবদা ইকাইরবী সতী
মরু লুক্না খাঙ্খি মমিত্তগী মপি শিন্থখি ।
দক্ষনা শাউনা চৎখিবা সভাদা বা-বা নিল্লক্পা
পুম্নম্ক নম্হত্তুনা ব্রহ্মা বিষ্ণু অনিনা
খ্বাই পুম্বা খাম্জিন্দুনা হায়রক্ই চীংলেম্না -
'তপ্থবীয়ু সভা পুম্বা ঙসিগী অভিনন্দন্ সভা
লোইশিল্লক্পা অসিদা লাইগী লাই শিব মহাদেব
লোয়নবী লাই নিংঙোল সতী অনিদা য়াইফ-পাউজেল্
পীজবা, খ্বাই পুম্বা য়াওবিয়ু পুক্নীং লৈতানা ।'
বারম্ অসি হায়রগা ব্রহ্মা বিষ্ণু অনিনা
খুদত্তুদা লাউরক্খি পুম্নমক্না খুল্লক্খি -
'য়াইফরে য়াইফরে শিব সতীনা জয় ওইরে
লাইগী লাই ওইবা মহাদেব মহেশ্বর পুম্নমক্কী ওইরে,
জগত পুম্বা শান্তি ওইরে বিশ্ব শান্তি মহৈ য়াল্লে,
য়াইফরে য়াইফরে শিব সতীনা জয় ওইরে
ওঁ শান্তি শান্তি, বিশ্ব শান্তি, শান্তিহি শান্তি-
ব্রহ্মাই সভা পুম্নিন্ নিন্খি দক্ষে খোলাও নম্হৎখি
খোঞ্জেল্ পুম্বা পুল্লপ্ পুম্না অহাঙ্বা অতিয়াদা তিন্খি ।

*শিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী "বর কন্যা ওকপা" কৌবা*
*তরা শুবা মতাংগী "ব্রহ্মালোক্তা" হায়বা অনিশুবা শরুক ।*

# ১১ শুবা মতাং

লুহোংবা মতুং লোইদাম্ কয়া হৌখরে, কুম্ ওল্লে,
খঙ্হৌদে রোহিনী অশুক্ থুনা হৌখি হায়বা,
খল্লি ঙরাংতা ওইরবোই দলাই তোংদুনা লাক্খিবা ;
দিউতি ওক্তুনা মনেম্ অনুসয়ানা কোন্দুনা
তুলসিবুং য়েংওইননা পুশিন্খিবা ইমুংদা
সোম্সু কৌরবা নিশাকর চন্দ্রগী য়াওংশঙ্দা ;
য়াওংশঙ্ লৈগী শয্যাদা হরাও মোমোন্ নোক্লা
নুংশি চিল্লোক্লদুনা লেন্খি নুমিৎ শীংবুম্ কয়া
শান্নখি চন্দ্র কৌবা মহাক্না নুংশি নুংঙোল্ লীলা ।
নুংশিজরবা পাম্জরবা থম্মোই হরান্বা
থাজ কৌবা মঙোন্দা থবায় হকচাং কখোক্লবী
রোহিনী কৌবী মহাক্তি খল্লুবা শংদে অতৈগী ।।
নুমিত্তুদা অনুসয়ানা কোন্দুনা পুশিন্খিবা
দক্ষ কন্যা কুন্তরেৎনি চন্দ্রগী য়াওংশঙ্দা ।
রোহিনীগী নত্তুনা অতোপ্পা কন্যা কুন্তরুক্কী
লৈগী শয্যা লৈনা তৎত্রি নুংশি কাম্খল্ হাইদোক্তি ;
মোনসু অনি খাঙ্দরি, চহি কুম্জা হেল্লরে
নুমিৎ খুদীং ফমুংদা ফম্ ঙসি ফাওবা খাঙ্লক্লে,
ঙাইওম্দন ঙাইদুনা শাংলবা অহিং কয়া
থাজ পাম্বঙ্ সোম্ কৌবা য়াওংশঙ্দুদা চঙ্লক্পা ।।
নোংমসু য়েংলুই মখোয় রোহিনী কাদা চঙ্দুনা
ঙাগী তৌ' লঙ্নৈ রোহিনী, হল্লক্খি নিংদোন্ পোম্দুনা ।
অহিং কয়া মীশেঙ্ খাঙ্ তাখি মনা থাজত্তুনা
থোঙ্জিন্দা নপুনা রোহিনী কাদা নোক্খেবা,
লোল্লপ্ ব্রারী শানবা রোহিনী চন্দ্র কেনবা ।
ভাবকী দলান্ অরাংবা মখোয়গিসু নোংমদি
নোংম নত্র' নোংমদি চন্দ্র শোয়দনা লাক্কনি
আশাগা লোয়ননা মখোয় কুন্তরুক্মক্ ঙাইরক্লি ।
পুংজা খুদীং মিকুপ্ খুদীং যুগ কয়া কয়ানি

ঙাইবমুক্ শাংবা মতম্ করি লম্দা লৈরিবা ?
তেল্লবা পুন্সি অসিদা অহিংসে কয়া শাংখ্রবা ?
কুম্জা অমা হেল্লক্লে ঙাইবগী সিমা লাল্লক্লে,
নুংশিনা ঙাইরম্বা-কল্লক্-মিহৌ-অশাও মৈনা থল্লক্লে ।
মখোয় কুন্তরুক্মক্ মহৈ মহৈ হংনরক্লে,
'নঙ্গীদা লাক্পরা-লাক্তে-নঙ্গীদদি লাক্প্রনে ?'
কুন্তরুক্ মীচঙ্ ওইরে রোহিনীবু শীংনরক্লে ।
নোংমসু হায়রুই রোহিনীদা 'নশাগীতা য়েংগনু ।
নোংমতসু থাদোরক্উ ঐখোয়সু লৈরি কাউগনু।'
রোহিনী হায়ফম্ খঙ্দে ইকাই শঙ্গোই হাঙ্লে ,
থাজ মাদি কম্দৌরি কৈসু থৌশা ৱাশাদে ।
রোহিনীতনি মানা পাম্বা অতৈ অমা খল্লুদে,
মখোয়গী ৱা মনাদা হাপ্তে, মশক্ ফাও য়েংলুদে,
মনাক্ খক্ নক্লুদে-লৈরি হায়বাফাও নীংশিংদে ।
অহিং-নুংথিল্ মিকুপ্-পৃংজা থাদোক্পা লৈতে রোহিনী,
তাদে রোহিনীগী ৱা ইকাই শঙ্গোই হাঙ্লবী,
অনুসয়া মনেম্দা লোন্না ৱাক্চৈচ রোহিনী,
থাজগী মতৌ অসিদা খাঙ্বগী ঙম্খৈ লাল্লবী
দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্ রোহিনীগী মচিন্ মনাও
ইকায়-ইকি ৱাংম-লান্ ৱাকৎলে মকু মনেম্দা ।
থাজগী শাজৎ অসিদা মিপাইরে মপা-মমা,
হৌনদ্রে খন্দুনা অত্রি-অনুসয়া অনিনা
মতেক্ ওইবা ৱাহৈনা লোম্না কয়া ফোংনা কয়া,
মচানুপা সোম্দা কয়া হায়রে কয়া তাক্লে,
লম্কেৎ লম্হাইবা সোম্ মনাদা হাপ্তে থৌওইদে ।
হায়ফম্ তৌফম্ খঙ্লক্ত্রবী থম্মোয় প্রোক্-প্রোক্ চাক্লবী
দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্ অশাওবা মপাল্ থোরক্লে,
অশুম্ খল্লু খল্লুরগা হেন্না হেন্না চাক্লক্লে ।
সোম্ কৌবা মবুঙোদা হায়জরুবদি ঙম্জদা,
নাসিখোংদা তাইনরে হৈথরে অশাওব পূম্বা রোহিনীদা ।
কুন্তরুক্কী মাঙ্জিন্থা--হায়রক্ই অশ্বিনী ভরনী --

'চহি কুম্জা হেল্লে রোহিনী নঙ্না ফাজিল্লিবা
চাবদা ফজদবা তৌগনু চামিন্নবা হাউবনি,
পুমিন্নবা য়াংবনি নচেম্ ননাও ঙাক্তনি
থাজ নঙ্তগী নত্তে ঐখোয়গীসু ইপুরোইবনি ।'
রোহিনী হন্না হন্না হায়জৈ হঙ্গচৈ চন্দ্রদা --
'তাবিয়ু ইবুঙো ! ঐগা লোয়ননা ইচে-ইনাও
ঐখোয় কুন্তরেৎ ইপা নিংথৌনা থাজদুনা
লুহোংলক্পনি নঙোন্দা, ঐগীতা ওইবা য়াদে
নঙ্বু মপুরোইবা ওইবগী মখোয়গীসু লৈ হক্
লেঙ্শিন্বীয়ু মখোই নাক্তা ফংহন্বীয়ু মখোয়গী হক্ ॥'
চন্দ্র কৌবা নিশাকর থৌওইনা তাদে নাচুংদে,
মানা পাম্জবদি রোহিনীতনি অতৈ নত্তে,
রোহিনীনা ওইনরগা হেন্না হেন্না থোইনা হেন্না
রোহিনীনা শাউরগা হেন্না হেন্না থোইনা হেন্না
নক্শিল্লক্ই হেঞ্জিল্লক্ই শুক্থা থাদ্রে রোহিনী,
অতৈ কন্যা কুন্তরুক্ থাজগী মমিফাও উখিদ্রে ।
অমদা হায়রুই কান্নদ-অমদা ঙাঙ্লুই ওইজদা
মন্ত্র যন্ত্র হিগায়ব্রা কৈসু কান্নদ্রবদা --
দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্ রোহিনীগী মচেম্ মনাও
মপুরোইবা লৈনা লৈনা মপুরোইবা লৈত্রবী,
লেপ্পরে নুপী থোক্লা নুপী থৌদাং য়েংলসি --
মখোয় কুন্তরুক্ নোংমদি রোহিনীগী থোঙ্জিন্দা
ঙাইদুনা লৈখি পূন্না থাজ মানা থোরক্পা
রোহিনীগী কাদগী থাজ মানা থোক্লক্পগা
কোয়শিনখ্রে মাবু মখোয়না অদুগা হায়রক্ই পূন্না --
'সোম্ কৌবা ইবুঙো ঐখোয়সে নঙ্গী নুপীনি
ইপা নিংথৌ দক্ষনা থাজদুনা লুহোংলক্পী,
রোহিনীতনা নঙ্গীরা ঐখোয়দি নত্তবরা ?
ঐখোয়না করি লান্দুনা ঐখোয়বু ইম্থোক্পিরিবা ?
ঐখোয়গী ইশাদা য়াওদবা করম্বা অহেনব' মা
রোহিনীদা য়াওবগে, তাক্পীয়ু মদু ঐখোয়দা ?

মপুরোইবা সেবা তৌজবা নুপী ওইবীগী ধর্ম্মনি,
ধর্ম্ম অসি থুগাইবিবা করি ইরাল্‌ননো ঐখোয়গী ?
পুরোল্ অহুম্ শাক্তি থম্ খ্বাই মীয়াম্ মমাঙ্‌দা
ঐখোয়বু থাজরকপনি ইপানা নঙ্‌গী নফম্‌দা
নাখৈ ফিগৈ শেংবীয়ু ঐখোয়গী ধর্ম্ম ঙাক্‌পীরোইদ্রা ?
হায়বীয়ু সুধাকর ঐখোয়গী ইরাল্ করিনো ?'
থাজ ব্রা ঙাঙ্‌দে মরু লুক্লা লৈ খুমসু খুমদে,
ফুক্ হৌগৎ তুমিন্ চৎখি, তুংদা উনা উনা উখিদ্রে ।
হোৎনরু পূন্বা অরেম্বা ওইরে হায়জরু পূন্বা কান্নদ্রে
দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্ নীংবা কায়রে গতি লৈত্রে ।
মপুরোইবা লৈনা লৈনা মপুরোইবা লৈত্রবী
নাপল্ চাউরবী দক্ষ কন্যা মকোক্তা নেৎল-লীন্‌গুম্বী
অশাওবনা লুতোন্ কা অঙন্-অরাই খন্দনা
অমুক্ পন্থবা তৌদনা চৎখ্রে সুমেরু চীংদা,
মপা নিংথৌ কোনুংদা অন্তপুর মনুংদা
শুৎ-শুৎ কপ্, ফি-ফি কাম্, মতেক্ মতেক্ ওইবা ব্রাহৈনা
তম্লুরে পাউ পূন্বা মমাই বেম্মা মহারানীদা ;
মমাইবেম্মা প্রসুতী বিরন্ মমোম্ রানীনা
মচাপূন্বা থেম্‌জিল্লি থোৎন-মেঙ্‌ল ব্রাহৈনা,
'তপ্‌থখোনে ইবেম্মা অদুক ফিংবা হৌনদে
নুপী ওইবী নখোয়না নবুঙোদা শাউফদে,
থোৎপা মেঙ্‌বা অখাঙ্‌কন্‌বা নুপী ওইবীগী গুণ্‌নি,
অসিগুম্বা গুণ্‌সিতনা মমৈদা জয়বু ওইবনি ;
অত্রি মচা সোম্ পূক্‌ফবা নখোয় পূম্বে নবুঙোনি,
মানা নীংলক্লবদা নখোয় পূম্বে ননীং থুংনি,
অখাঙ্ কল্লু ঙাইবা কল্লু নবুক্ ফানা লৈয়ু ঈংনা
চৎলু কান্নদে চন্দ্রলোক্তা নপুরোইবৈ মনাক্তা ।'
'সনা য়াথং তাক্‌পীরিবদু ওন্নরে ইমাসি,
লাইবক্ ফবা অহিং ফংদ্রবী লুহোংবগী অর্থ লৈত্রবী
ঐখোয় পূন্বা অসিগীদি লাইবক্ থিরবা পুন্‌শিনি,
হায়জবা পূন্বা তাবিদ্রবা অশুক্ লাক্‌চবীরবদা

হায়বীয়ু ইমা ! করম্না তুমিন্ লৈনি অমুক হন্না,
খাঙ্ঙম্বগী সিমা লাল্লবী নচাশিংনি খঙ্দ্রবরা ?
মমা মপা ওইবনা মচাগী বাবা উবিরোইদরা ?
পাবুং মহারাজদা হঙ্গৎকে মতীক্ চানা বারক্হন্গে
তাকপীয়ু নচা ঐখোয়দা পাবুং কৈদা লৈবগে ?'
শাউরবী তপ্থবা লৈত্রবী অফ-ফত্ত খঙ্দ্রবী
মীনা লাক্চৈ খন্বনা ফি-ফি কাম্না শাউরবী,
চাউথোক্লবী নাপন্ চাউবী দক্ষ কন্যা পূম্বা
মরী-মরী চৎখরে দক্ষ প্রজাপতি নাক্তা --
শাউগল্লবা শাউদুনতা লৈরবা নাপন্ চাউবা
দক্ষনা তারবা, পূম্নমক্ মাঙ্বা তারে খন্দুনা
খাম্জরুই মচা পূম্বা পাখৎলবী অশিক্পী
থৌওইনা তাখিদ্রে খাম্বা ঙম্হৌদ্রে প্রসুতী ।
মরী মরী চৎখিদুনা হঙ্গৎলুরে মপা নিংথৌদা
'পাবুং মহারাজ ঐখোয় নচানুপী কুন্তরেৎনি
অত্রিগী মচা চন্দ্রদা থাজদুনা লুহোংবিবা,
লম্কেৎ লম্হাইবা চন্দ্রনা রোহিনী নত্তনা ঐখোয়সে
নম্থি-হঙাই অমোৎ-অকায়গুম্ হন্না ফাও য়েংবিদে,
কুম্জা হেন্না খাঙ্জরে হায়জরুসু তাবিদে,
ইকু ইনেম্দা হঙ্গচৈচ মখোয়না হায়সু ইন্বিদে ।
মপুরোইবা লৈনা লৈনা মপুরোইবা লৈত্রবী
লুহোংবগী হক্ ফংদ্রবী লুহোংলসু লুহোংদ্রবী
খাঙ্ঙম্বগী ঙম্খৈ লাল্লবী নচানুপী কুন্তরুক্লি ।
ইপানা নিংথৌরেন্নি ঐখোয় নিংথৌরেন্গী মচানি,
নিংথৌরেন্না থাজবনি য়ানদুনা লুহোংবনি,
অত্রিগী মচা চন্দ্রনা য়ানবদু ঙাক্তবনি,
লম্কেৎ লম্হাইবা মহাক্না নিংথৌরেন্ য়াথং ইন্দবনি,
ইপা ইবুঙো নঙ্গী য়াথং প্রজাপতিগী য়াথং
ইলহন্বীয়ু শোয়দনা ঙাক্হন্বীয়ু য়ানখিবা
বারকপীয়ু নমাক্ নুপা ফংহন্বীয়ু ঐখোয়গী হক্ ।।'
মাগী য়াথং ইন্দে তাবদা থোইনা হেন্না শাউরবা
শাউদুনতা লৈবা দক্ষ অশাওবদু লোৎশিল্লগা

হায়রক্‌ই তপ্পা মেঙ্‌না --'ব্বাগনু নখোয় পূম্বা
ইপা হায়গে মঙোন্দা মানা ইন্দবা য়াবরা ?'
দক্ষনা কৌখ্রে চন্দ মনাই অমা থাদুনা ।
নিশাকর চন্দ্র য়ৌরক্লে অমুক্ পন্থবা তৌদনা,
দক্ষনা হায় চন্দ্রদা --'তাও সোম্ ইকু ব্বা হায়গে
মপাগী মফম্‌দদি মচাপূম্বা চপ্ মান্নবনি,
অমনা ব্বার' অমনা নুঙাইবা য়েংবা ঙম্‌দবনি,
রোহিনীতা নত্তে নঙ্‌গী নুপী নঙোন্দা ওঙ্‌খিবা ;
রোহিনীগী মচে-মনাও কুন্তরুক্সু ওঙ্খবনি।
নঙোন্দা লুহোংখ্রবা ঙাক্তনি নঙ্‌গী নুপীনি,
নম্‌দুনা পীখিবা নত্তে য়ানদুনা হোঙ্‌খিবনি;
নঙ্‌না য়েংবিফম্ থোক্‌পনি চপ্-মান্ন-মিৎয়েংনা,
ফংফম্ থোক্‌পা হক্ পীফম্ থোক্ই চপ্ মান্ননা,
মদু তৌদ্রে নঙ্‌না মখোয় কুন্তরুক্ অসিদা ।
হৌখিবনা হৌখ্রে, হৌখ্রবা পূম্বা কাউথোক্তুনা
ঙসিদগী হৌনা নৌহৌনা পাঙ্‌থোক্লো নথৌদাংসি ;
চৎলো চৎলো ইচাশা চৎমিন্নখো নবুংঙোগা ।'
খুম্‌দে চন্দ্র তুমিন্ লৈ মরু লুক্ হোয় মাই হায়দে,
ঙাইহাক্ পূংগোই লৈরগা ফুক্ হৌগৎ চৎখি মতোম্‌তা;
অচাক্‌পা মৈদা ঘী হৈরে, মৈরি ফংনা চাক্‌খৎলক্লে,
শাউরবা দক্ষ হেন্না শাউখ্রে মৈ হৌরে খাম্বা য়াদ্রে,
কৌহল্লুরে চন্দ্র লোক্তে মচানুপী রোহিনী;
দক্ষনা হায়খি শাউনা-'চন্দ্র মশামক্ লাক্তুনা
মখোয় কুন্তরেৎমক্ পূন্না লৌরদ্রিফাও লৈখিগনি
ইচানুপী পূম্মমক্ ঐগী য়ুম্‌দা-ঐগী য়াথংনি
অরেপ্পা, মখোয় পূম্বা পূন্না লৌরবা নত্তনা সোম্
চঙ্‌বা য়াদে ঐগী কোনুং, উনবা য়াদে রোহিনী ।।'

নোংমগী শিন্থা পাঙ্‌থোক্লুর' হল্লকখি হুই খোংদুনা
মরান্‌য়ায়দা হরাওনা চান্নবী রোহিনী আশাদা,
রোহিনীদি লৈরম্‌দ্রে তারে মপাম্‌দা চৎখি,
খঙ্‌লে মপানা কৌবনি তারে ব্বাসু দক্ষগী ।

রোহিনী লৈরম্‌দবা লৈফম্ খঙ্‌দে সুধাকর,
ব্রাখল্ থম্মোই হাম্‌চৎনৈ বুদ্ধি লৌশিং চফক্লে ।
খোয়রুম্ মোমোন্ রোহিনী ব্রাখল্ থম্মোই থব্রায়নি,
করি করম্ তৌশিবা মক্‌শিল্লবা মায়থোংনি ।
হায়ফম্ লাক্‌ফম্ খঙ্‌দে ইহাঙ্ হাঙ্‌লে মাগী থম্মোই
রোহিনী উদ' লৈঙম্‌দ্রবা থম্মোই হাম্‌চৎনরবা
পোত্থাফম্ খঙ্‌দ্রবা সোম্ কণ্ডাওনরবা সুধাকর
মঙ্‌দা চৎকুম্ চৎলি হঙ্গৎ হন্দা জ্ঞান্ ইতা তাদনা ;
চৎলি খোঙ্‌না পুবা মায়কৈ মমথরক্লবা অহিংদুদা,
পাংলক্লে সুমেরু লম্‌দম্ অকি অখং লৈতনা ।
'শাউগল্লবা দক্ষনি চৎলুনু খুদোং থিগনি ।'
মমা অনুসয়াগী ব্রামাং য়ান্‌বা চেক্‌শিন্ ব্রা
মনাদা হাপ্‌খিদ্রে কণ্ডাউনখ্রে রোহিনী উদবা ।
মম্ল'থাসি অহিংদুদা লোন্না লাক্‌পা থাজনি
থাপ্ল' সুমেরু য়ৌরক্‌পা হৌখ্রে প্রহর অহুম্ অহিংগী,
দক্ষ কোনুং থোঙ্ লোন্‌খ্রে প্রহর'মত্তা ঙায়রে ঙান্‌দৌবা,
অহিংদা কোয়বা নিশাকর অরোনবা লম্বী' লাক্লিবা,
রোহিনী উনীং' ব্রাখল্‌না মখুৎ পায়দুনা চিংলিবা
অকি-অখং লৈতবা অহিংগী মবুঙো সুধাকর
মানা খঙ্‌দবা লৈবরা ? কোনুং উদ্যান্ নাকন্দা
অরোন্‌বা লম্বী লৈরিবা অব্রাংবা চেক্‌পল্ লান্দুনা
চঙ্‌লক্লে চন্দ্র লোন্না থূপ্না শোৎ পেক্ লাউদনা ।
মায়কৈ মরি কোইরু কোইরু য়েং হৌদোং খোঙ্‌থাং থাংদুনা,
অরোন্‌বা লম্বী অদুদা রোহিনী মাতনা খঙ্‌বা ,
সঙ্গাই তাবা উদ্যান্ ফাও' উপাল্-ব্রাপান্-লৈশু লত্তা ।
সঙ্গাই শঙ্‌বা কয়ানা অহিং মীশেন্ খাঙ্‌দুনা,
লৈরি হঙ্গৎ-হন্দা চত্তুনা মিৎয়েং কারল্ লান্দনা,
সঙ্গাই তম্না লাক্লিবা য়েক্লববু ফানবা ।
সঙ্গাই শঙ্‌বা অমদি লৈরি লম্বী থত্তুনা,
চন্দ্র লাক্‌পা য়েংদুনা ফংখ্রবরা নাশোন্ মা লাক্‌পা ?
উগী মরুম্‌দা লৈদুনা ঙাইরি য়েংলি চথোক্‌খিবা,
সঙ্গাই শঙ্‌বা মচী লেঙ্‌দে, অহিংগী অরোই'প্রহর

হৌজিল্লক্লে, নুংশা থীরে, থেঙ্থবা য়াদ্রে চন্দ্র--
তুংলোম্দৈ লোন্না খুৎলৈ থুনা চঙ্শিল্লত্তুনা
পাক্লবা কল্ল' খুৎপাক্লা মমায়দা থাখি শেৎ লাউনা ;
খঙ্হৌদনা ফুরক্পা মকোক্ ঙাউরি সঙ্গাই শঙ্বা ,
পুন্শিল্লি রুমাল্না মচীন্, খংবদৈ খুৎলাই তাখ্রবা
মখুৎ অনি চেৎনা পুনশিল্লি উপাম্বীদুদা,
শোৎ-পেক্ লাউদ' চন্দ্র চঙ্শিন্খি সঙ্গাই নাত্তা হৌরিবা
অদু নোংগী বকুল্ পাম্বী, কাখি তাপ্-তাপ্ কোন্দুনা ।
দক্ষ নিংথৌ সঙ্গাই মথোল্ অনি থত্তা লৈবা কা
চোংশিন্খ্রে মিহুৎথোঙ্ হাংদোক্তুনা, করি উখি সোম্ ?
ফমুং থত্তা রোহিনী শাংবা য়াতারম্মী লোংনা,
তুম্থবা কুইদ্রিবা মাল্লি, খোমলেন্ মঙ্ মঙ্লিবরা ?
মমিত্তা মপি শিন্থরী চিন্বান্দা খোয়রুম্ তৌরি ।
য়েংদুনতা লৈনীংবী য়েংবগী পেন্বা নাইদবী
মিকুপ্ খর য়েংলম্লগা ফম্থখরে মনাত্তা,
য়েৎকী খুৎ মখুৎনা পায় হায়রক্ই তপ্না নাল্লদুনা --
'তারিবরা রোহিনী ঐ লাক্লে চান্নথোইবী !'
মিকপ্ থোক্লে রোহিনী তপ্না তপ্না হৌগৎলি,
'লাক্লবরা ইবুংঙো করিগী অশুক্ থেঙ্লক্পা ?
থোঙ্সু হাংদোক্তে, কৌসু কৌবিরক্তে, মঙ্লা তাইবঙ্লা
কদাইদগী কম্দৌনা ?' ' মঙ্ নত্তেনে তাইবঙ্নি
কাউরবরা নহাক্পু ঐনা তত্তনা লাক্খি লম্বী ।'
খুদোন্বী থিন্ন-তাক্ মিহুৎ থোঙ্লোম্ য়েংনা উৎখি,
ভাব তারক্লে রোহিনী মখোয় হৌজিক্ মপাগী
কোনুং মনুং সঙ্গাই-মাগী নিংঙোল্ কাদনি,
হেক্ খঙ্লক্পদা নুংশা খংথি থীরে রোহিনী,
হায়জরক্ই মখোল্ নীক্লা --'কম্দৌনি হৌজিক্ ইবুঙো
ইপা নিংথৌ খঙলক্লদি শোয়দনা খুদোং থীরনি ।
কোরৌ নোংসু ঙাল্লক্লে করম্নসু হন্গনি ?'
'তাও রোহিনী, নত্তে ঐ অমুক্ হন্গে হায়না লাক্পা,
চান্নবী নঙ্বু উদনা ৱানা খাঙদৌ শরুত্তা
নঙ্বু উনা উনা চান্নথোইবী, নপা ইবুঙো দক্ষগী

অশাও মায়োক্লদুনা থব্রায় থাবনা হেন্না ফৈ ।।'
শুম্না ব্রারী শারিগৈ ব্রা ব্রা লাউনরক্ই উদ্যান্দা
সঙ্গাই শঙ্‌বা লাল্লুপ্‌চিংবা অকা মচা খরগা
মখুত্তা খুৎলাই পায়দুনা মৈরা পায়বনা মাঙ্‌দা থা
কোয়থি থিরক্ই লাউনরক্ই-- 'য়েংউ য়েংউ কোয়না থিয়ু
পঙ্‌লাপ লাপ্না চৎলম্মোই, সোম্‌দা চৎলম্‌সু য়াই ।'
অয়ুক্ ঙন্না হৌবা নিংথৌরেন্ দক্ষ প্রজাপতি
প্রাত স্নান্‌গী থোরক্‌পদা তারক্লে ময়াম্ লাঙ্‌লিবা,
হংলক্ই মাঙ্গোল্‌দা লেপ্তুনা ' করি তৌরে লাল্লুপ্‌চিংবা'
খুরুম্ খুরুম্ হায়রক্ই শঙ্গাই শঙ্‌বা লাল্লুপচিংবা
'অজ্ঞা ননাই ঐখোয়না পুজরিবা নাকন্দা
চেক্‌পল্ লান্না লোন্না চঙ্‌লক্‌পা য়েক্লবা অমা
মাঙ্‌খরে, য়ারেক্ শৈশিন্'মা লৈরম্লে ব্রান্থদুনা
য়েক্লবদু থিজবনি, চঙ্‌খ্রবরা সঙ্গাইদা ।'
'থিয়ু থিয়ু খঙ্‌নবা থিয়ু ।' দক্ষ খঙ্‌ই মিকুপ্তা,
অতৈ কনা ওইরম্লোই-- মা নত্তনা লমকেৎ লমহাইবা ।
অশাওবগা লোয়ননা চঙ্‌খ্রে ইমুংদা হন্না
অশাওবগা লোয়ননা থোঙ্ থীল্লি, লাউই রোহিনীদা ।
'থোঙ্ হাংদোক্উ থোঙ্ হাংদোক্উ, কদাইদা লৈ লম্‌কেৎপা
দক্ষ খোল্লাও তাবদা চেন্‌শিল্লক্ই প্রসুতী
দক্ষ কন্যা অতৈসু রোহিনীগী মচেম্ মনাও
পুম্নমক্ লোইনা থুংলরে রোহিনীগী থোঙ্‌জিন্দা ।
করি থোক্লগবা খন্, কিনা কিনা থোঙ্ হাংই
খ্বাই পুম্বা উরক্‌পদা পুম্‌ঙক্ ঙক্‌খ্রে রোহিনী
দক্ষগী অশাওবা উবদা ব্রাঙাং থোক্ত্রে নীংথিবী;
চন্দ্র লৈরম্বা উবদা শাউবনা লুপ্তোন কারবা
দক্ষ উদে চন্দ্রনা খুরুম্বা, হায়রক্ই খোল্ কন্না--
'অত্রিগী মচা ! করিগী লাক্লি লোন্না অহিংদা
হায়য়ু লাক্লিবরা নঙ্গী নুপী কুন্তরেৎমক্ লৌবা ?'
চন্দ্র খুম্‌দে তুমিন্ লৈ, খুম্‌দে অহুমলক্ হংল' ফাওবা।
শাউরবা দক্ষ ঙম্লক্ত্রে অশাওবা ফাধবা।
হায়রক্ই কন্না ঙংনা অয়াক্‌পা খোঞ্জেল্‌না--

'অত্রিগী মচা নিশাকর করিগী ঐবু উশিংত্রিবা !
ঐনা য়াদে খঙ্লমত্তা করিগী ঐবু লঙ্নরিবা
নিংথৌগী য়াথং ইন্দবা গুরুজন্বু উৎশিত্তবা
নরম্চৎ অদুই চপচাবা দণ্ডি ফংবা তাই মতীক্ থোক্পা,
ঐ ঋষিনি, প্রজাপতিনি, নঙ্গী গুরুজন্নি
ঐহাক্না পীবা শিরাপ্ নঙ্ ফংদবা খক্ তৌরোই ।'
অসি হায়না হায়না নিংথৌরেন দক্ষ প্রজাপতি
কমণ্ডলুদৈ ঈশিং খুত্তা হাপ্ চন্দ্রদা চাইশিন্ শাপ্ তৌখি
'ঙশিদৈ হৌনা নঙ্ পক্কসনু যক্ষ্মা হায়বা লায়না,
পীরবনি শিরাপ্ দক্ষ প্রজাপতি ঐনা ।
চৎখ্রো চৎলো তোল্লবা ! য়াররোই অমুক্ পন্থবা
ঐগী য়ুম্সিদা, দক্ষ প্রজাপতি ঐগী য়ুম্দা ।'
'তস! কল্লক্ পেল্লি ' হায়নখি দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্,
নংহৌদে খাম্জবা বিরন্ মমোম্ প্রসুতী,
থৌনা লৈজদে খাম্জনবা ব্বারবী রোহিনী;
থম্মোই খুদুম্ শু হিক্না হিক্না কপ্চবা নত্তনা।
চন্দ্র খাঙ্খি তুমিন্না রোহিনীবু য়েংদুনা,
দক্ষ প্রজাপতি ঋষিনি, ঋষিগী শাপ্ খুদত্তা ফংখি।
খোঙ্থাং দং দং থাংদুনা থুনা চৎখি প্রজাপতি
মনুং কল্লবা চন্দ্র শাপ্কী চৈথেং ফংলবা
শোল্লি শোল্লি হৌগত্তুনা চৎখি পোলি পোলি মরুলুক্না ।
হাইহত্তুনা তাখি রোহিনী ব্বান্থখি লৈমায় থত্তা ।

শাপ্ ফংলবা চন্দ্র অমুক্ হন্খিদ্রে ময়ুম্দা
চুমত্রিং চৎখ্রে কৈলাসতা ভোলা শঙ্কর মকাদা ।
শাপ্কী লায়না নারবা চন্দ্র কংশিল্লক্লে নোংমা নোংমা,
শোন্থরক্ই মথং মথং, কুপ্খ্রে শরুদা উন্তনা,
শদৌ থোংলে চৎপদা অমুক্ পোখা অমুক্ চৎ,
য়ৌখি ব্বানা কৈলাসচীং পোখা পোখা তপ্না চৎ ।
পোপ্ তানা ব্বান্থখি শিব সঙ্গাই য়ৌবদা,
ভোলা নাত্তা চঙ্দুনা শিব সতী অনিদা
খুরুম্জখি সুধাকর রোহিনীগী চান্নবা ।

শিব সতী অনিনা তারাম্ তারাম্ ওক্তুনা
আসন্ থক্তা ফম্হনখি, মঙ্গল্ পাউ হংনদুনা
অর্ঘ্য কৎখি চন্দ্রদা; ৱারম্ পূম্বা তম্দুনা
হায়জরক্ই শিবদা--'চঙ্জফম্ পীনৌ নহাক্না
লাইবক্ থীরবা ঐহাক্নী চঙ্জরি নঙ্গী নফম্দা ।
ওঁ নম শিবায়ঃ দেব দেব মহা দেব !
চঙ্জরকপবু কন্বিবা পূক্চেল্ চাউবা নহাক্নী,
হিদাক্-লাংথক্নী হৌরক্ফম্ নঙ্দি লাইয়েংবগী গুরুনি
দক্ষ শাপ্ লায়নাদি যক্ষ্মা থুংলবা ঐহাক্নী
পুন্শিগী মীরেম্ ওইরবা চন্দ্র কৌবা ঐহাক্সি
নঙ্গী থৌজাল্ লাইজনা তীনকোক্চগে লাইকোক্চগে
হান্নগী পাঙ্গল্ হজিঞ্জগে মীরক্ অমুক্ তিঞ্জগে,
থৌজাল্ লন্কু হৈরবা লন্কু বিয়ু নহাক্না,
দক্ষে শাপ্তগী কোক্পীয়ু থৌজাল্ হৈবা মহেশ্বর !'
শিব শঙ্কর ভোলানাথ চানবী হৈবা মহেশ্বর
নিলকণ্ঠ মহাদেব হায়রক্ই মোমোন্ নোক্না--
'ঋষি অত্রিগী মচা ! ঐগী কৈলাস অসিদা
নঙ্বু তারাম্না ওক্চরি লৈবীয়ু নীংতম্না নুঙাইনা,
ৱারনু, নুংশা থীগনু, খল্লুরনু অমুক্ হৌখিবা
য়ারে ঐ নঙ্না হায়বা কোক্লনি দক্ষগী শাপ ।
শাপকী লায়না কোক্লবা খন্নসি পাম্বে অথুবা,
মন্ত্র যন্ত্র লোয়ননা হিদাক্ লাংথক্ চারবা
শাজেন্ নুংজেন্ লোয়ননা কোক্কনি লায়না য়াম্না থুনা ।
অফবা থবক্তিং থুবা তাই মফম্ চানা তৌবা তাই,
অফবা ক্ষেন্ফম্ য়েংদুনা মতম্ চানা হৌবা তাই ।
যক্ষ্মা হায়বা লায়নাসে অঙীংবগা পক্লদে,
ঐগী কৈলাস লম্সিদি য়াম্না ঈংবা মফম্নে ।
আনর্ত্ত দেশ কুশস্থলী প্রভাস তীর্থ মপান্দা
লবন্ সমুদ্র নাকন্দা লৈবনি ঐগী সঙ্গাই 'মা
মফম্নি নুংশিৎ নুংশা মরাং কায়না ফংলবা
থুম্হী চেল্লবা নুংশিৎ সমুদ্র থক্তেং শীৎলক্পা
থৱায় হকচাং তেক্খৎহন্বা হকচাং শক্তিং হাপ্পীবা ;

সঙ্গাইদুগী মনুংদা জ্যোতীর লিঙ্গ অমা লাত্তুনা
অমৃতগুম্ থুম্লবা পাঙ্গল্ লৌশিং হাপ্লিবা
লায়না তীন্না কোক্লবা প্রভাস তির্থে ঈশিং থক্
সমুদ্রগী লাইজদা সন্ধ্যা অহুম্ স্নান্ তৌদুনা
প্রভাস তির্থ লাইজদা সন্ধ্যা তর্পন্ তৌদুনা
মন্ত্র অসি শোন্দুনা তৌজরু সেবা অর্চ্চনা
হিদাক্ অসি চাদুনা লৈরু সাধনা তৌনা
মরক্ মরক্তা লাক্কনি ঐ জ্যোতিরলিঙ্গদৈ থোরক্তুনা
নঙ্গী অনাবা য়েংগনি হিদাক্ লাংথক্ পীরনি
অনা লায়কোক্ল তুংদা চৎনীং মফম্ চৎকনি,
লৈনীং 'ফম্দা লৈগনি কৈলাসতা লৈগে ননীংনি ।'
হিদাক্কী মপু শিবনা পীরে হিদাক্ লাংথক্
লাইয়েংবগী গুরু শঙ্করনা হৌরে চন্দ্র লাইয়েংবা।
শিব য়াথং কোক্তা থোং লৈখ্রে চন্দ্র প্রভাসতা,
ভজন্ সাধন্ তৌদুনা মন্ত্র যন্ত্র লোয়ননা
জ্যোতির লিঙ্গ লাত্তুনা তৌজৈ সেবা অর্চ্চনা,
মরক্ মরক্তা জ্যোতির লিঙ্গ শিবনা লাইয়েংবী সোম্।
থাবুম্ অহুম্ শুবদা তীনকোক্ লাইকোক্লদুনা
লৈখ্রে কৈলাসতা নুংঙাইনা শিব আশ্রয় লৌদুনা ।
কৈলাস চীংদোন্দা চন্দ্র ঈরং লংনা ফজরে
শিব শঙ্কর মহাদেব চন্দ্র সেখর কৌখরে ।
লবন সমুদ্র মনাক্ প্রভাস তির্থ মপান্গী
শিব মন্দিরদা লৈরিবা জ্যোতির লিঙ্গ নীংথিবা
সোম্না পুজা তৌজখিবা অদু নুমিৎতুদগী
খঙ্নখি মালেম্দা সোমগী মবুঙো সোমনাথ ।

দক্ষ কোনুং থাদোক্তুনা চন্দ্রনা চৎখিবা নুমিত্তা
হাইহত্তুনা ব্রাম্হখিবী চন্দ্রগী চান্নবী রোহিনী,
মাগী মতৌ য়েংহৈদ্রে; নুংশি কায়না মৈচাক্লা
কাহৎলবী মহাক্কী লুখ্রা নত্ত' লুখ্রা ওই
মপা নিংথৌ কিবনা ব্রা ঙাঙ্বসু ঙম্জদা
থনুং ব্রামৈ চাক্তুনা লেপ্লি দক্ষ কোনুংদা।

খেংজদ্রবী মহাক্কী মৌন ব্রত কৎখরে
চহী কুম্জা হেল্লক্লে নুংশিবা মাবু উখিদ্রে ।
অকে অমৌ থাদোক্খ্রে চানি থক্লি থৌওইদ্রে
রোহিনী মতৌ উবদি মমা প্রসুতী মিপাইরে ।
দক্ষনা চন্দ্র ব্রারক্পা শিরাপ্ তৌবা নুমিত্তা
কল্লক্ পেন্না নুংঙাইখিবা দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্
নীংঙস্মত্ত্রে ঙসিদি থম্মোই নিংদোন্ পোম্লক্লে
নাপল্ কানা শাউরুবা অশুক্ ব্রানি খল্লুদে ।
নোংমা নত্র নোংমদি মখোয়বু উবিরক্কনি
লাইবক্ ফবা অহিং ওইনি লুহোংলবী ওইগনি,
দক্ষে চৈরাক্ ফংলগা চন্দ্র মাবু ফংগনি
খঞ্জরম্বা ব্রাখল্দু কংখরে থম্মোইদগী ;
নুংশিরবা মহাক্কী উদবদা লৈঙম্দে
নুংঙাইরবা দক্ষ কোনুং নুংঙাইফম্ খঙ্দ মফম্ ওইরে,
মপুরোইবা উদবা চহী কুম্জা হেল্লক্লে
অশুক্ কুইবা অসিদা নোংমা ফাওবা মোংলদরে ।
চন্দ্রনা হায়জরনি খল্লম্বা ব্রাখল্ অরেম্বা ওইরে
মপুরোইবা য়াওদনা নুপী ওইবীনা লৈঙম্দে,
নুংশিবদি কখোক্পনি খঙ্জরক্লে মমৈদা ।
নাপন্ কানা কল্লক্উবা মদুগী ফলনি ফংলিবা
খঙ্জরক্লে মখোয় পূম্বা চন্দ্র মাবু উদবদা ।
কল্লক্ খম্বন্ মাঙ্খিবা, রোহিনীনা ব্রারিবা
হাঙ্ল' থম্মোই পুদুনা পূমচীক্ চীক্পা, উলমুক্ ঈংবা
খাঙ্বা ঙম্লত্ত্রে মখোয় চন্দ্র মপাউ ঙাইবদা ।
নোংমা নারদ ঋষিদৈ তাখি চন্দ্র মশা ফরে
শিবগী থৌজাল্ ফংবদা তীন্কোক্লে লাইকোক্লে ।
লৈখ্রে নুংঙাইনা কৈলাসতা মখোয়বু শুক্লীং নীংশিংখিদ্রে ।
নোংমা লাক্ববরা মরাক্তে শুক্লাক্ লাক্পা লৈতরে।
মচে মনাও ওইবী মখোয় রোহিনী মতৌ য়েংঙম্দ্রে ।
মপুরোইবা উদনা লৈবা অশুক্ ব্রায় খন্বদা
দক্ষ কন্যা কুন্তরুক্ লৈফম্ খঙ্দ্রে মপাম্দা ।
মপুরোইবা চন্দ্রনা রোহিনীবু লুনা তৌবা

মখোয়বু মীরায়বীরসু উজবা ফাওদি ফংলক্ষ্মী,
নোংমা নত্র নোংমদি মখোয়গী ওইনি খজরম্বী
আশাদু ফাও মাঙ্খ্রবদা তৌফম্ খঙ্লক্ত্রে দক্ষ কন্যা
মপাগী শিরাপ্ অকন্বা ৱারৌলক্লে খোয়দৌ ফৃক্লা ;
মপানা থোক্হন্বনি খল্লক্লে মপাবুংবু শাওরক্লে,
শিরাপ্ অদু হক্মল্লি মবুক্লুংদা নুংনাঙ্লক্লে ।
তেংথাজবা কপ্চবা পাহোম্জবা মমাদা
কৈসু থোইনা কান্নদ-অৱা পোৎলুম্ পুঙম্দা
অতৈ উপায় লৈরক্তনা গতি লৈরক্ত্রবদা
ইকাই ইকি ৱাংমা লান্ হায়জরক্লে মপাবুংদা--
'ইপা ইবুংঙো ! নচাশিংবু থৌজান্বীয়ু নুংশিবীয়ু
মচা চান্বা পম্লৌও ! ঐখোই' অৱাবা কোক্পীয়ু,
ইপুরোইবা উদনা লৈবা ঙম্দরে ঐখোয় পূম্বা
ঐখোয়না খঞ্জরুবা পূম্ ওইরম্লে অরান্বা ।
নুপী ওইবৈ পৃক্লীং শান্তি মপুরোইবদা লৈরম্লে,
মপুরোইবৈ সেবা নত্তনা নুপীগী ধর্ম্ম লৈরম্দ্রে,
মপুরোইবৈ সেবানা নুপী ওইবৈ স্বর্গনি;
মাতনা ওইবিরি পুন্সিগী মঙাল্ ঐখোয়গী।
মপুরোইবনা হুন্দোক্পীরবা নুপীগী পুন্সি অরেম্বনি ।
ঐখোয়না হায়জবদৈ ৱারক্পীরে নঙ্না নমাক্ নুপা থাজ,
ঐখোয় পূম্বা হুন্দোক্তুনা চৎখ্রে ইপুরোইবা চন্দ্র,
ঐখোয়বু নীংশিংখিদ্রে লৈথোক্খ্রে নুংঙাইনা কৈলাসতা ।
ইপুরোইবা লৈতনা ঙম্লরোই ঐখোয় হিংবা
নচা ঐখোয়বু নুংশিবদৈ ৱারক্পীখি নমাক্ নুপা
নুংশিবিদুনা ঐখোয়বু কৌবিরু নমাক্ নুপা ।
উপায় অমা তৌদুনা উনবীরু নমাক্ নুপা শঙ্কর
উপায় অমা তৌদুনা কৌবিরু নমাক্ নুপা চন্দ্র
পীবিয়ু নচা ঐখোয়দা নমাক্ নুপা ইপুরোইবা ।'
মচা নুংশিবা দক্ষনা মচানা কপ্পদা মপি তাই
খন্খি--'অদু অদা খঙ্দে চন্দ্র কৌবা চৎপা তাই ।'
থিন্দে দক্ষ চৎখি থুনা য়াঙ্না কৈলাস তম্না,
শাউনা শাউনা য়ৌখি দক্ষ দেব পঞ্চানন্ নাক্তা ।

দক্ষ উবদা মহাদেব লৌখৎ লৌখত্ত' থিদনা
পাদ অর্ঘ্য কত্তুনা শিব সতী অনীনা
ব্যবহার তৌনা খুরুম্মী হঙ্গচৈ মোমোন্ নোক্লা
'করিগীদমক্ লেঙ্বিরক্পা করি তৌজৌ হায়বগে ?'
শিবগী মৱা তাবদা তুজুংলবা প্রজাপতি
অশাউবা পূম্বা ফাথদুনা হায়রক্ই তপ্না তপ্না --
'মহেশ্বর তাও ঐনা হায়বা, শশধর থাজ
ইচানুপীশিংগী মপুরোইবনি নুংশিজববা,
মপুরোইবা উদবদা য়াম্না ৱারে মখোয় পূম্বা;
ইমাক্নুপা শশধর পীয়ু শিন্নৌ ঐঙোন্দা।
করিগুম্বা পীদ্রবা ফংগনি নঙ্ ঐগী শিরাপ্ ।।'
দক্ষগী ৱা তারগা খুম্জৈ শিব নোল্লুক্লা
'শরণাগত ধর্ম্ম খঙ্বিরিবনি শাস্ত্রগী ৱা
শশধর চন্দ্র--আশ্রয় লৌদুনা লৈবি ঐগীদা
চঙ্জরক্পবু থাদোক্পা নিযম্ নত্তে চৎনদে ।
মশানা চৎনীংলবদি থিংজদে ঐনা, পীথোক্পদি হৌনদে ।
অদোম্গী শিবাপ্ কিদুনা থাদোক্কদবা নচচদে ।'
'শশধব কবি হায়রি চৎলসিদনা ইকুগা।'
'হায়বীগনু, চৎচখিরোই ঐদি অসুম্ লৈজখিগে
ঐবু থাদোক্পীগনু থৌজাল্ হৈবা মহাদেব !
ঐ অতৈদা চৎচরোই ।' তারবদা শিব চন্দ্র
শাউগল্লবা দক্ষ শাউবগী ঙম্খৈ লৈবত্তরে ।
শিরাপ্ পীবগে নীংনা মশা থক্ থক্ নীক্লক্লে --
শিবনা কৌরক্ই বিষ্ণু ব্রহ্মা --'য়েংলোরাও নমিৎ মক্লা
যেংলোবাও ব্রহ্মা নমিৎ মক্লা প্রজাপতি দক্ষনা
ধর্ম্ম মাঙ্হন্গে হোৎনরিবা মবম্ চাদনা শাউরিবা ।'
মতম্সিদা লাক্খি শক্লোৎপা বিষ্ণু ব্রহ্মা
ব্রাহ্মণ্ অহল্ ফিজেত্তা, হাযরৈ শিব শঙ্করদা--
'পীথোক্খ্রোদনা শশধর দক্ষ নঙ্গী গুরুনি,
গুরু য়াথং ঙাক্পা হৌনৈ দক্ষ থোইনা শাউগন্বনি
পীহৌদ্রবদি শিরাপ্ ফংনি, থৱায়দৈ হেন্না মমল্ য়াম্বা
অতৈ করি লৈবগে ? তাঙ্লবা থৱায় কন্ননবা

শশধর চন্দ্র পীথোক্‌খো ।' মশক্ লোৎপা ব্রাহ্মণ্‌দা
হঙ্গচ্চরক্‌ই মহাদেব--'করিগী তাক্‌পীরি ওন্ন-তৈনা
শরণাগত ধর্ম্ম কায়বা চঙ্‌জরক্‌পা মীবু থাদোক্‌পা
সিগুম্বা ধর্ম্ম কায়বা তৌজরোই ঐ কদৌনুংদা,
থরায়-হকচাং কৈলাস মাঙ্‌বা য়াই ঙম্‌নি পূম্নমক্ থাদোক্‌পা ,
চঙ্‌জরক্‌পবু থাদোক্‌পা ঙম্লোই ধর্ম্ম কায়বা ।'
চৈগদৌ ময়া কাখৎলবা দক্ষবু খাম্‌দুনা
হায়খি শক্ লোৎপা বিষ্ণু--' ব্রাহ্মণ্ ঐ তাবদা পেল্লে,
ধর্ম্ম থাদোক্‌পসু চুম্‌দে গুরু য়াথংসু ঙাক্ত'য়াদে ,
শিব দক্ষ অনী য়েন্নরো চন্দ্র তংখায় তানা ।'
ব্রাহ্মণ্ ওইরিবা শক্ লোৎপা বিষ্ণু য়াথং তুংইন্না
শশধর তংখায় অমা পীরে দক্ষদা পুখিনবা,
তংখায় অমনা লৈহৌরে শিবগী লাইবক্ কৈলাসতা।
দক্ষদা পীবা থা তংখাই হঞ্জিল্লে খুদক্তা শাপ্ লায়না ।
মাগী শাপ্‌না মীরেম্ ওইবা থাজ পুবা তারে য়ুম্‌দা ।
থরায় ব্রার'দক্ষ নিংথৌ খুরুম্‌জখি বিষ্ণুদা
হায়জখি নোল্লুক্লা--' ঙাক্‌পীয়ু ইরাল্ ঐহাক্কী
ইমাক্ ওইবা শশধর কোক্‌হন্‌বীয়ু শাপ্ ঐগী ।'
দক্ষ মতৌ উকবা নুংশিবিরে বিষ্ণুনা
পীরক্‌ই লেঙ্‌দবা য়াথং --'দক্ষদা পীবা থাজ
নোংমা নোংমা ফগৎপনা থাখায় ফাবদা পূম্ফ ফবা
নোংমা নোংমা হন্থবনা থাখায় ফাবদা নোংমা নাবা
ওইরসনু ঙসিদৈ' বর পীরে, দক্ষনা থাজ পুখরে ।
দক্ষ কন্যা হরাউজরে কুম্ভরেৎমক্কা লৈমিন্নরে,
লাই মরু বিষ্ণু য়াথং হিক্তোক্‌পা ঙম্‌খিদে দক্ষ ।
অদুবু মানা হায়বা য়াদবা মাগী য়াথং ঙাক্তবা
মাগী শাপ্লু শীংনবা থাজবু চঙ্‌জফম্ পীখিবা
মহাদেববু শাউবদি হন্থবা কৌবা লৈখিদ্রে ।
দক্ষ নিংথৌ শাউবনা মনা পায়বা য়াখিদ্রে ।

*সিদা লোইরে দক্ষ যজ্ঞগী 'দক্ষ চন্দ্র শঙ্কর' কৌবা*
*তরামাথোই শুবা মতাং ।*

# ১২ শুবা মতাং

মীগী মরাল্তা থিবা মীনা মশাই মরাল্দি উদে,
উরবসু উশিন্নদে লোৎশিল্লি ফোংদোক্তে,
ব্বারৌখি শাউনীংখি স্বয়ম্বরদা সতীনা তৌখিবা,
খল্লুদে মহাক্না করিগী শিব বার্ত্তণ্ তৌদবা ।
সতী স্বয়ম্বরদা শিবনা লাক্চ-ইকায় পীখিবা
থম্মোই প্রোক্-প্রোক্ চাক্না খোইদৌ থীৎনা শাউই দক্ষ,
বার্ত্তণ্ তৌদবা শিবৈ মুর্ত্তি থোঙ্শঙ্বা ওইনা থল্লুবা
শিববু ইকায়বা পীনবা করিগী হোৎনরুবা
হন্থনা খল্লুদে অমুক্তা 'সিবু তৌফম্ থোক্পরা ?
ব্রহ্মাই যজ্ঞ মণ্ডপ্তা অভিনন্দন্ সভাদা
মমাক্ ওইবা শিবনা মাবু ব্যবহার তৌদবদা
গুরুজন্ মশক্ খঙ্দে খল্লুই উশিত্তে হায়না,
'সিমদি খল্লুদ্রবরা লৌখৎত্রি দক্ষ মানা
লাই-তীন থাদ্রি চঙ্নদ্রি, শক্খঙ্ মায়খঙ্নদরি,
হৈজীং খরাই থাদুনা শাগৈ ঙাই কোন্নদ্রি ।
নাপন্ চাউবা মীগীদি মানা তৌবনা মচুশ্মী
মীগী ব্বা মনাদা হাপ্তে মাগী ব্বানা অরোইবনি ।
'ঐদি প্রজাপতিনি জগত পূম্বে মপুনি
মী-লাই-হিংচাবা দৈত্য দানব পূম্বগী নিংথৌরেন্নি
জগতকী জীব পূম্বনা ইকাই খুম্নরিবনি ।
ঐনা য়াদনা কনাসু করিসু তৌবা য়ারোই
ঐনা য়াদবা নিয়ম্ মালেম্দা চৎনবা তৌরোই ।'
নাপল্ তৌই দক্ষ প্রজাপতি লক্তা অথোইবা,
হন্থবা লৈতে মবুক্লীংদা শঙ্করবু শাউবা ।
'মপা মপু মশক্ খঙ্দবা শাগৈ ঙাই লৈতবা
মীরক্ তিন্দবা মোংফম্দা লৈবা গঞ্জা ভাং থক্পা,
ফিজেৎ চাক্চা লূদবা অমম্বগী মপু শিব
হৌনবা খঙ্দবা উৎব্বাই তৈবা লম্জা ছারা,

অভিনন্দন্ তৌবা শাই মখোয় ময়াম্ চঙ্দুনা
যজ্ঞগী শরুক্ থুংবা শাই ঐগী অয়াবা য়াওদনা ।
ঐদি প্রজাপতিনি যজ্ঞগী নিয়ম্ ঐনা শেম্বনি
ঐনা য়াদনা তৌরিবা পূম্বা অরেম্বা ওইনি ।
হন্দক্ তৌরিবা যজ্ঞসিদা ঐনা য়াৎলিবা নিয়ম্সিনা
তুংগী লীক্লম্ ওইগনি মালেম্দা চৎনহৌগনি ।
যজ্ঞসিদা শরুক্ ফংদবা লাই 'মত্তা ফংলোই তুংদা
মসি ঐগী য়াথংনি জগত পূম্বনা ইন্গদবনি ।'

দক্ষ যজ্ঞ হৌরে বার্ত্তণ ফংবা লাক্লবা হৌরে,
সতীগী মচীন মনাও দক্ষ কন্যা পূম্নমক্
সতী নত্তনা লোইনা থুংলরে দক্ষ কোনুংদা,
ৱারী ৱাতাই শা ৱাহং পাউহং ৱা ৱা নীন্ কোনুং মনুংদা
হংনখি মচীন মনাও 'সতীদি লাক্লরোইদরা ?'
ৱারম্ পূম্বা খঙ্বী অশিক্কী নুংবংনৈ ৱা ঙাঙ্দে,
তিল্লিবা লাইয়াম্লত্তা ঙাঙ্নৈ শিবদি উদে ।
শিবদি য়াউরোইদৌরিবরা হংনৈ আদিত্যশিংলত্তা
শিব সতী বার্ত্তণ্ তৌদ্রা ঙাঙ্নৈ মুশুক্ মুশুক্ খ্বায়না,
শিব য়াউদ্রবদি যজ্ঞ কায়বা শোইরোই নুংশা থীনৈ ঋষি।

বার্ত্তণ্ ফংলবা স্বর্গগী লাইয়াম পূম্বা ইন্দ্র বরুন্,
বায়ু,অগ্নি, যম্, কুবের, অশ্বিনি কুমার, বসুনিপান্
লোইনা থুংলরে দক্ষ প্রজাপতি কোনুংদা ।
চুম্বং লৈনা য়াল্লবা দলাই লেংদা তোংদুনা
ইন্দ্রানী শচি লোয়ননা গায়ত্রী, বারুণী, সবিতা
লাইরেম্মা কয়া মথং মথং য়ৌরক্লে যজ্ঞদা,
হংনৈ মখোয় পূম্বা 'সতীদি য়ৌরক্লবরা ?'
মুণি ঋষি কয়ানি ব্রহ্মর্ষি দেবর্ষি রাজর্ষি
অমত্তা ৱাত্তরে যজ্ঞ মণ্ডপ্ চোল্লেদো ।
মর্ত্তদগী নিংথৌরেল্ কয়া পাতাল্দগী দৈত্য কয়া
যক্ষ, রক্ষ, কিন্নুর, দানব চিখদ্রে মরু ওইবা ।

উর্ব্বশী, মেনকা, রম্ভা, ঘৃতাচি, তিলোত্তমা
স্বর্গগী জগোই শাবী শক্‌হেনবী ঈশৈ হৈরবা
হা হা হু হু, তুম্বুরু , চিত্রসেন্ গন্ধর্ব্ব
অমত্তা ৱাত্ত' য়ৌরক্লে দক্ষ কোনুং নিল্লক্লে
পূং ঈশৈ জগোই যন্ত্র নোপুর কয়াগী খোঞ্জেল্‌না ।
ধর্ম্মগা লোয়ননা দক্ষ কন্যা নিপাল্ মক্
চন্দ্রগা লোয়ননা দক্ষ কন্যা কুন্তরেৎ মক্,
কশ্যপকা লোযননা দক্ষ কন্যা তরাহুমদোই ,
রুদ্রগা লোযননা দক্ষ কন্যা তরামাথোই ,
ফিজেৎ লৈতেং কেনা নান্না দক্ষ কোনুং যৌরক্লে ঙম্লা ;
যাওববে মপাগী যজ্ঞ হৱাও মখে লাংনা ।
নিংঙোল্‌না লাঙ্‌জৈ মপাম্‌দা অথিংবা লৈতনা
মখোয মশেল্ হবাউজৈ উনবদা যাম্লা তাঙ্‌না,
পূল্লে ঙম্লা মচা মমাক্ প্রজাপতি দক্ষ
শিব শঙ্কব লোযননা সতীতনি ৱাৎলিবা ।
বার্ত্তণ তৌদে পাউ পীদে মপানা মাবু নীংশিংদে
শাওখিবনা শঙ্করবু থৌওই ৱাওই তৌবিদে ।
বোহিনীগী ৱাথোক্কী শশধবগী ৱাথোক্তা
নুংশিজবী মচা কুন্তরেৎকী অৱা-মতৌ যেংঙম্‌দা
দক্ষনা কৈলাস চত্তুনা শিবদৈ সোম লৌরুবা
থৌদোক্তুনা শাউহনখি দক্ষ, কাউবা লৈতে শিবৈ ৱাঙাং ৱাতা,
হান্না শাউবৈ মথক্তা শাউখি হেন্না হেন্না ।
শামু ৱারুম্ নিংথৌ ৱারুম্ মিকুপ্ খুদীং হেন্‌খি শাউবা
খন্‌খি দক্ষ -'জাৎ নাইদবা লম্‌চৎ শাজৎ লূদবা
মতীক্ চানা লমন্ খুম্লী দক্ষ ইতিক্ খঙ্‌হন্‌গনি ।'
দক্ষে ৱাখল্ মথৌ শঙ্‌বা দক্ষে থৌরাং মতেং পাংবা
দক্ষবু ঈন্‌শিন্‌বা মহাদেবগী য়েক্লবা
লাই কযা লৈতবা নত্তে, মখোয়না ঈন্‌শিন্‌বনা
হে থোংলে দক্ষ নিংথৌ প্রজাপতি অথোইবা ।
শঙ্করবু শাউবদা য়াওখ্রে মরাল লৈতবী সতী
মানা লুনা তৌজবী মচানুপী অতোম্বী

মচালক্তা অথোইবী মপুরোইবা নীংবী সতী ।
দক্ষদা হায়জবনি প্রসুতী--'লৌহল্লুসি সতী
কুম্জা কয়া হৌখরে ইচানুপী উদবা
ঐনা নীংবা থুংজগে হন্দক্কী মতাং অসিদা ।'
শুক্য়া য়াখিদে প্রজাপতি শঙ্করবু শাউরিবা
শঙ্কর পল্লুবা মিকুপ্ খুদীং শাউবা হেন্গৎখি দক্ষ --
হায়খি--' মপানা হায়বা ইন্দবী লম্কেৎ লম্হাইবী
মপাগী মান্ মর্য্যাদা শাগেগী ইজ্জৎ ঙাক্তবী
ইচা নত্তে মহাক্ শিথ্রবনি ঐগী সতীদি ।'
প্রসুতী ৱাঙাং থোক্তে তৌফম্ খঙ্দে লৈঙম্দে
অমুক্ হন্না হায়রুবা বিরনী থৌনা লৈজদে
মচানুপী ৱাখল্না লৈখি নুংশুক্ নুংজাননা ।
দক্ষ কন্যা পূম্নমক্ মহৈ মহৈ ৱারী শানৈ
নোক্নৈ ৱা ৱা হংনরক্ই মথং মথং সতীদি কদায় ?
মচেম্লক্তা সতীবু নুংশিবা কোঙ্গাই অমনি
নুংশি নুংশিনা কল্লক্পা কয়ানি -- মমাদা হংখি
'লাক্লরোইদ্রা সতী ? ' 'খঙ্দেনে' খুম্খি প্রসুতী ।

নিংথৌরেন্ দক্ষনা মনাই মশল্ থাদোক্তুনা
মতীক্ মগুণ্ মতুং ইন্ অঙম্ অথৌ কয়ানা
যজ্ঞ য়াওবা লাক্লিবা তারাম্ তারাম্ ওক্তুনা
মাগী মাগী য়ুম্থুংফম্দা লৈহন্খি নুঙাইনা ।
শক্ ফজবী নৌরিবী নিংথেম্নুবী কয়ানা
সেবা লাংবা তৌদুনা লেন্খি পেন্না নুঙাইনা ।
অৱাৎপা কৌবা লৈত্রবা নিংথৌরেন্ দক্ষনি
প্রজাপতিনি ব্রহ্মানি মালেম্ পূম্বৈ মপুনি
চাও থক্উ লৌবিয়ু হায়বনা পূম্নিন্ নিন্খি সভাদো
হরাও নুঙাই মরাংকাই মীপূম্ তিংনা শোন্নখিদো ।
স্বর্গগী জগোয় শাবী মখোয়গী মিৎথক্ জগোয়না
অউবা পূম্বা শুক্সৎয়াই-কা, গন্ধর্বগী ঈশৈনা
ময়াই কাহল্লি শুক্সৎলি মণ্ডপতা লৈরি পূম্বা ।

নাকন্ অমদা যজ্ঞ হোম্ মন্ত্রনা নিল্লি সভা
ওঁ যজ্ঞেশ্ববায় স্বাহাঃ ওঁ যজ্ঞেশ্বরায় স্বাহাঃ
ঘীগা লোয়ননা কৎলিবা চেং থোইদিং তিংথৌ লৈশু
লাম্-লাম্ লৌরিবা যজ্ঞাগ্নি মৈখুগা লোয়ননা
অমুক্ অমুক্ পূংঙান্ ঙান্ অমুক্ অমুক্ পূম্মম্ মম্
হোম্ মন্ত্র খোঞ্জেন্না জগোয় ঈশৈ খোম্থাংগা
মীযাম নিন্বা খোঞ্জেল্গা অমত্তা ওইনা তিন্দুনা
পূন্না ৱাংনা কাখি তিন্খি অহাঙ্বা আকাশতা ।
পুখি শান্তিগী পাউজেল ৱাত্ত পাদবা তাইবংদা
চাহোং ঙাহোং পুবক্পা খুঞ্জাও লৈচাও ওইনবা
অশুক্ চাউবা যজ্ঞদি মমাংঙৈদসু তৌখিদ্রি
মতুংদসু তৌবক্লবোই শীংথাবতনা ৱাৎপনি ।।

*সিদা লোইবে 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা ১২শুবা মতাংগী 'যজ্ঞ হৌবা'*
*কৌবা অহান্বা শরুক্ ।*

## ১২ (২)

পাতাল্ লৈবাক্ চৎলুবা শোনিত্পুর নিংথৌ বান্
বলি য়াথং পুদুনা হল্লক্লে বৃষপর্ব্ব কোনুংদা ।
দানব নিংথৌ বৃষপর্ব্ব গুরু শুক্র লোয়ননা
সভাদা লৈরি লাঙ্তক্লনা বলি মপাউ ঙাইদুনা ।
লৈরি অঙম্বশিংসু দৈত্য দানব লৈবাকশিংগী
লাইরৈবাক্তা লান্দানবা গুরু দেব য়াথং ঙাইনরি ।
হঙ্গচরক্ই বান্ নিংথৌ --'খুরুম্জরি গুরুদেব !
তাবিয়ু দানব অথোইবা ! ঐবু পোক্পা পন্থৌনা
হঙ্গচরক্ই গুরুদেব --মল্লবনি স্বর্গদি
নীংখায়রক্লনি মথন্নতা অমুক্ লান্দরুদ্রসু ঐখোয়না,
মশীং য়াম্লবা লাইগী লৈফম্ চন্দ্রবা স্বর্গ
লৈকংলা ওইরবা, নক্ত্রে হান্নগুম্ ব্রাত্ত-পাদবা,
জয় তৌরুবদা কান্নবা --অদুবু লমন্ খুম্লবা
অনৌবা খুৎলাই অমা অসুর বৈজ্ঞানিক্ ময়না
পুথোক্লে হন্দক্তা পাতাল্দগী স্বর্গ য়ৌবা
খুৎলাইসিনা পাল্লবদা শিহন্বদি নক্তবা
লেঙ্ওৎপা ঙম্হন্দবা খুৎলাইনি মীরেম্ ওইহন্বা ।
সঞ্জিবনি, অমৃত লৈররোই অমুক্ কান্নবা ।
খুৎলাইসি চাং য়েংল'তুং মপূং ফার' কান্দা
মায়থীখিবগী লমন্ খুম্ লান্দাসি স্বর্গদা ;
মতম্ খরদং ঙাইখিসি হায়জরক্ই পন্থৌনা
বসন্ত ঋতু লোইরক্পদা খুৎলাই চাংয়েং পাঙ্থোক্কনি ।'
তারবদা বৃষপর্ব্ব বলি নিংথৌরেন্ মপাউসি
হঙ্গচরক্ই গুরু য়েংনা --'দৈত্য নিংথৌরেন্ বলিগী
মপাউ তাবিরে গুরুদেব দৈত্য দানব পূম্বগী
অনীংবসু খঙ্বীরে, উবিরে স্বর্গগী ফিভম্,
পূম্নমক্ খঙ্বী উবিরবা গুরুদেব তাক্পীয়ু নয়াথং
হৌজিক্ করি তৌবা তাই শীন্গনি করম্বা লাল্লোং ।'
'চুম্মী দানব অথোইবা লাইরৈবাক্তা লান্দাবা

লমন্ খুম্বৈই লান্ তৌবা থৌদাংনি তৌফম্ থোক্পা,
ফংফম্ থোক্পা হক্ তানবা য়েক্লবগী খুত্তগী
ইরৈবাক্ মীখুত্তে লৌবা মতীং লৈবা জাতিগী
তৌফম্ থোক্পা থৌদাংনি; লাইশিংগীতা নত্তে স্বর্গ
দৈত্য দানব অসুর ঐখোয়গীসু ইরৈবাক্নী ।
সমুদ্র নৈবদা ফংখিবা অমৃত ঐখোয়গীনি ।
সিমসু খঙ্ঙু --গুপ্তচর পাউ স্বর্গদা কচ হল্লক্পা
সঞ্জিবনি ফংলবা লাই খঙ্লে দানবকী থৌরাং,
কচ পাউ তাবদা ইন্দ্র কোক্লে বিভুলা চুবা
পায়খৎলে অকন্বা থৌরাং লাল্হৌলূপ্ নম্থনবা,
লম্লুম্ , ফম্ মিহৌহন্ চঙ্জখ্রে লাল্হৌলূপ্ খরা,
খরনা নম্থখ্রে য়াম্ল' লাই লাম্মী শিজিন্নদুনা,
খরনা ৱারী শানরি লাই শাসন্ খাদা পুরক্লবা ;
সিমানা চেক্শিন্ খাজিনখ্রে মপান্ মতেং লাক্পা লুরে,
লাল্হৌলূপ্ পূম্বা মপান্দে মতেং পাংবা খুদোং থীরে ।
মরক্সিদা কচগী লুচিংখাদা বিশ্বকর্ম্মানা
অনৌবা ব্রহ্মাস্ত্র, পরমানু শক্তিগী খুৎলাই কয়া,
কাপ্লবা, হুন্নবা, লংনবা, কাপ্লক্পা থিংনবা
য়ৌনিং মফম্ য়ৌঙম্বা পান্নীংবা মফম্ পানঙম্বা
খুৎলাই চাংয়েং হৌখরে । চাংয়েংশিং মপূং ফাদ্রিঙৈ
খুৎলাই শুনা পুথোক্ত্রিঙৈ লালহৌলূপ্ পূম্বা নম্থদ্রিঙৈ,
লান্দাদুনা স্বর্গদা লাই পূম্বা মায়থীবা পীবা
অসুর পূম্বগী মথৌনি --পম্থবা য়াদ্রে অদুনা
দৈত্য নিংথৌরেন বলিনা থারক্পা মতমগা
খেন্নবা লৈতে ঐখোয়না হান্না লেপ্লখিবা মতমগা;
বসন্ত ঋতু চূপ্পা খুৎলাই চাংয়েং তৌগনি
লানগী থৌরাং তৌগনি লানগী লাম্হোং শীনগনি,
শরদ ঋতু হৌরক্পদা লানগী যাত্রা তৌগনি
স্বর্গে মায়গৈ মরিদা মতম'মত্তদা লান্দানি ।
শেম্ শারো পূম্নমক্ দৈত্য দানব অসুর লাম্মী
খুজু খুৎলাইগা লোয়ননা খোম্জিন্দুনা থম্গনি

য়াথং পাউ ফংবগা স্বর্গ হুপ্লা জয় তৌনি ।’
গুরুদেব য়াথং তাবদা মহৈ মহৈ হৱাউনৈ ।
তাঞ্জা অসি চপ্‌চানা দক্ষ মনাই অঙম্বা
যজ্ঞ বার্ত্তণ্ পুদুনা থুংলরে বৃষপর্ব্ব কোনুংদা ।
রাজ দরবারদা চঙ্‌লত্তুনা পঞ্চাঙ্গনা খুরুম্‌দুনা
বার্ত্তণ্ অদু কৎলগা হায়জরক্‌ই অঙম্বা --
‘তাবিয়ু গুরুদেব তাবিয়ু দানব অথোইবা
প্রজাপতি দক্ষনা যজ্ঞ অমা তৌজরি
দক্ষ কোনুং সুমেরুদা লেঙ্‌বিরক্লবা হায়জরি ।’
বার্ত্তণ্ কৎলম্লগা চৎখরে দক্ষ মনাই অঙম্বা ।
গুরুদেব শুক্রাচার্য্য মখা তারক্‌ই চীংলেম্না
‘হন্দক্কী তাঞ্জা অসিদি য়াদরে নাম্থোক্‌হন্‌বা
মতম্না পুরক্লবনি থাদোক্ ফদে খুদোংচাবা ।
শিব শঙ্কর দক্ষ প্রজাপতিগী য়েক্লবনি,
নাপল্ চাউবা দক্ষনি নাপল্‌না মরেপ্ থুম্লবনি
সতী স্বয়ম্বর মতাংদা শঙ্কর মাবু শাউখিবা,
নিশাকর চন্দ্র ৱাথোক্তা থোইনা হেন্না ৱারৌখিবা
প্রজাপতি দক্ষ হন্দক্ ব্রহ্মাগী যজ্ঞদা
শিব-সতী অনিবু অভিনন্দন পীখিবা
পিতা মহ ব্রহ্মানা লাইগী লাই ওইরে লাউথোক্‌খিবা,
দেব দেব মহাদেব মহেশ্বর মিংথোল্ পীখিবা
দক্ষ মাদি য়াদবনি মখোয় থীৎনা শাউবনি,
হন্দক্কী যজ্ঞ অসিদা বার্ত্তণ তৌরোই শিব-সতী,
শঙ্কর য়াওদবা যজ্ঞ মপূং ফাবা যজ্ঞ ওইরোই,
পুর্ণাহুতি পীবদা অকায়বা কয়া লাক্কনি,
করিগুম্বা শঙ্কর’ শাউরবা লাইয়াম্ পূম্বা অৱা’নঙ্‌নি;
দক্ষ যজ্ঞ কায়গনি প্রজাপতি শিগনি,
দৈত্যগী লাই ওইবা শঙ্করবু মানা নিন্দা তৌরক্‌পা
ঐখোয় খাঙ্‌দুনা লৈবা ঙম্লোই । খোয়দৌ থীৎনা শাউরবা
দৈত্য দানব পূম্বনা হৌরক্কনি মাগী থক্তা
মদুদা থোক্কনি লান্ লাই হিংচাবগী মরক্তা ।

খুদোংচাবা তাঞ্জানি তাঞ্জা অসি মক্তদা
দৈত্য দানব অসুর পূম্বনা স্বর্গ মায়গৈ মরিদা
মতম্ অমত্তদা পূন্না, লাইয়াম্ থক্তা লান্দাদুনা
লাই পূম্বা তুম্মা হাৎ স্বর্গ খুদুম্ চন্দুনা
অমৃতগা লোয়ননা স্বর্গ পূম্বা দৈত্য খুত্তা --
লমন্ খুম্বগী চপ চারবা তাঞ্জানি মতম্মা পীবা ।
থারো মখোঙ্ য়াঙ্বা দুত মালেম্ মরোল্ অহুম্দা।
থারো পাউসি দৈত্য দানব অসুর নিংথৌ পূম্বদা ।
'বসন্ত ঋতু চুপ্না খুৎলাই চাংয়েং তৌগনি
খুৎলাই খুদীং তৌঙম্ শক্তি ঐঙোন্দা খঙ্হল্লক্কনি ।
শরদ ঋতু হৌরক্পদা স্বর্গগী মায়গৈ মরিদা
মচি মচি খুদীংদা লান্মী খুজু খুৎলাই পৈশিন্বা
স্বর্গ কোয়শিন্ থম্বা পাউ য়ৌহল্লক্কদৌনি ঐঙোন্দা,
ঙাইদুনা লৈগদবনি বৃষপর্ব্ব য়াথং,
স্বর্গদা লান্দাবগী চপ্চাবা পূংফম্ ক্ষেন্ফম্ ।
পূম্নমক্ য়াম্না চেক্শিন্ কনা খঙ্হন্দ' তৌগনি
মকোক্ ওইবা দৈত্য দানবশিংগী মীতিন্ অমা
মথংগী চয়োল্দা ফম্গনি দক্ষ যজ্ঞ তৌফম্দা ।'
তাও বৃষপর্ব্ব নিংথৌ পূম্নমক তাক্খো বলিদা ।
গুরু য়াথং ফংলবদা দানব লৈবাক্কী মীহুৎশিং
হন্নখ্রে মাগী মাগী লৈবাক্তা হঙ্গৎলুরে পাউ নিংথৌশিংদা
বৃষপর্ব্ব বিদায় লৌ চৎখ্রে বান্ শোনিত্পুরদা ।
পূম্নমক্ শেম্ শাখ্রে মহৈ মহৈ চেক্মোক্ লাউদনা
গুরুদেব শুক্রাচার্য্য বৃষপর্ব্ব দানব নিংথৌ
অখন্নবা অঙম্বা পুম্ চৎখ্রে দক্ষ কোনুংদা ,
দক্ষ যজ্ঞ য়াওবা পীরম্ল য়াথং সেনাপতিদা ;
দানব লান্মী পূম্নমক্ পৈনবা অন্তরিক্ষদা ।।

*সিদা লোইরে 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা ১২ শুবা মতাংগী 'দানব থৌরাং' কৌবা অনিশুবা শরুক্ ।*

# ১২ (৩)

আকাশগী লম্বীদা মনীং তম্না চৎলিবা
দেবর্ষি নারদ মুণি য়ৌনিংবা মফম্ য়ৌঙশ্বা
লাক্‌খি কৈলাস লম্বীদা সুমেরু তান্না চৎপদা,
কৈলাস চীংদোন্দা লৈরম্বা শিব-সতী উবদা
'নারায়ন নারায়ন' চঙ্‌শিল্লক্‌ই শিব সঙ্গাই তম্না ।
'লেঙ্‌শিন্‌বিসি দেবর্ষি করি থবক্কী লেঙ্‌বিরক্‌পা
কদোম্‌দা লেঙ্‌ঙুবা, চুম্না শুম্ লাক্‌পীরিবরা ?
করি তৌজৌ হায়বগৈ ?' শিব-সতী অনিনা
অর্ঘ্য কৎনা কৎনা হংখি দেবর্ষি নারদতা ।
কুশ আসন্দা ফম্‌দুনা অর্ঘ্য লৌনা লৌনা
হায়রক্‌খি দেবর্ষি --' চৎলিবনি ঐ সুমেরুদা
দক্ষ যজ্ঞ য়াওরুনবা, লৈরবদি লেঙ্‌গদবা
লেঙ্‌মিন্নসি লাক্‌চবনি প্রভু !' 'অদুগী ওইরদি
লেঙবীরম্মো দেবর্ষি, তারে যজ্ঞ তৌনি হায়বদি
বার্ত্তণ্‌দি ফংদ্রি ।' 'ফনি প্রভু! য়ৌজরল্লগে ।
শোয়দনা লাক্‌উ দক্ষায়নী --চাউরবা যজ্ঞনি
নপাবুং দক্ষ নিংথৌগী মরোল্ অহুম্ তিন্দৌরিনি ।'
'নারায়ন নারায়ন' চৎখরে দেবর্ষি নারদ ।
মুণি মপাউ তাবদা সতী থম্মোয় খোয়রাংলে ,
মপাম্ লমদম্ সুমেরু য়ৌনিংবনা লাঙ্‌তক্লে,
মপা নিংথৌ দক্ষনা শোয়দনা বার্ত্তণ্ তৌরক্কনি
মাবু শোয়দনা কৌরক্কনি মাবু লৌবা লাক্কনি,
মাবু লুনা তৌবনি আশা তৌজরি সতী ।
লাঙ্‌তক্লনা ঙাইরি কৌরক্‌পা য়েংলি বার্ত্তণ্ লাক্‌পরা ?
নুমিৎ খুদীং থোঙ্গান্দা মপাম্‌গী মী লাক্‌পরা ?
থেংনৈ মরক্ মরক্তা দক্ষগী বার্ত্তণ্ পুবা
কৈলাস লম্বী ফাওদুনা কাতু কারল্ চৎলিবা
হংলুই করিগুম্বদা মখোয়গী বার্ত্তণ্ য়াওবরা ?
'য়াওদে' হায়না খুম্লম্বা নীংবা কায়না লৈহৌবরা ?

শঙ্করদি খঙ্ই --নাপল্ চাউরবা দক্ষনা
বার্ত্তণ্ শুক্তৌ তৌরক্লোই মাবু যজ্ঞ য়াওননবা ।
সতীনা খঞ্জে মবুত্তা লুনা তৌবনি মপানা-
চন্দ্র রোহিনী ৱাথোক্তা মপা ইবুঙো দক্ষনা
কৈলাস চীংদা লাক্খিবা শশধরবু লৌরবা,
মখোয়বু অমুক্ শাউদরে লৌখৎপীরে খঞ্জখি ,
মানা মপাম্ চৎপদা অথিংবা লৈত্রে নীংজখি,
মপানা মাবু কৌরক্কনি চেৎনা থাজখি সতী ।
মপাম্ লম্দম্ থাদোক্লম্বা কুম্জা কয়া হৌখরে
অশুক্ কুইরবসিদা নোংমতসু চৎলুদ্রে,
মপা মমা মচীন্ মনাও নোংমতসু নীংশিংলুদে,
করিননো খঙ্দে হন্দক্তিং হেক্তা চৎনীংলক্লে,
মপাম্লসু কৌবিরক্তে মশানসু চৎলুদে
মপাম্ লম্দম্ নীংশিংলুবা চৎনীংবনা খোয়রাঙ্লে ।
মুৎপা লৈত্রি আশাদি মপাম্দৈ বার্ত্তণ লাক্কনি ।
যজ্ঞ নুমিৎ নক্লক্পগা লাঙ্তক্লবা হেঙ্গৎলক্লী,
বার্ত্তণ্ চৎপা কাঙ্বুনা পীবিদবা ওইরম্গনি,
অহিংবা মীগী পুন্সিদা লোইবা লৈববা আশাগী ?
মপাম্ লম্দম্ নুংশিবী চেন্না চোংনা শান্নরম্বী
সুমেরু চীংগী নাপোম্ আকাশ গঙ্গা মপাল্,
ফজরবা উদ্যান্ কয়া দক্ষ কোনুং হৈকোল্ লৈকোল্
হৈরাং লৈরাং থল্লবী উচেক্ ৱায়া ৱাত্ত্রবী
মবুঙো শঙ্কর ৱাখল্তৌ কোয়না চৎনা য়েংলম্বী
ফুগায়না শাৎলগী থরো থম্বাল্না থল্লবী
দক্ষ কোনুং সরোবর লূরবা লাইজনা চোল্লবী
মপাম্ লম্দম্গী পাৎ তুরেল্ পুখ্রি ঈশিংচাইবী,
মফম্ খুদীং কোয়চৎ চৎ য়েংনা য়েংনা নুংশি ৱাখল্
তৌজখিবা কয়া নীংশিংলক্ই মথং মথং,
য়েংনীংবনা খোয়রাঙলক্ই সতী থম্মোই নৌরক্ই ,
সুমেরু চীংগী নাপোম্দা লোন্না থুপ্না লৈজরিবী
ঈফুৎ ঈচেল্ তোরৈদো উনারক্তা চেঞ্জরিবী,

মালঙ্ শউম্ থেংবদা শেংফাত্তনা লোল্লপ্পা
'সতী সতী 'কৌরক্পা পাঙ্না মঙ্বা মঙ্লান্না
ঈফুৎ ঈচেল্ তোরৈদা পাম্মু মাবু উজবা
শিব সতী অনিনা তোরৈ ঈফুৎ ওইখিবা
নীংশিংলক্ই তত্তনা য়েংনীংবনা খোয়রাঙ্লক্ই ।
মপাম্ লমদম্ সুমেরু চীংগী নাপোম্দা চেল্লিবী
আকাশ গঙ্গা তোরৈ তুথুপ্পা অচীক্পদা লৈবী
মনাক্তা লৈবা লৈকোন্দা কোইপাই পাইরিবী চেক্লানা
লৈকোন্দা ঙংলিবা খোইমুনা চীংনুংগী ঈশিং চাইবীনা
শঙ্কর ব্রাখল্না ঙাওরবী মাবু 'শঙ্কর লাক্লে' হায়না
তোয়না তোয়না লঙ্নখিবা মফম্শিং অমুক্ হন্না
য়েংনীংবনা খোয়রাংলে মপাম্ লমদম্ য়ৌনীংবনা ।
লেইদাম্ কয়া হৌখরে কুম্জা কয়া হেন্খরে
মপাম্গী মীসু উখিদ্রে মপাম্গী পাউসু তাখিদ্রে ।
মমা ইবেম্মা নুংশিবী মাবু লুনা তৌজবী
মাগী হাকন্ চঙ্বদা মপাগী মীচৈ খাঙ্খিবী
উনীংবনা লাঙ্তক্লরে মমা ইবেম্মা মহারানী ।
মপাগী যজ্ঞ অদুদা মচেম্ পূম্বা লাক্লম্গনি
মানা কৈলাস লাক্ঙৈদগী উনখিদ্রবা ঙাক্তনি
মব্রা মপাউ মখোয়গী খঙ্নীংবনা লাঙ্তক্লরি
মখোয়বু উননীংবনা ব্রাখল্ ঈরাং হৌরক্লি ।
মমান্নবী কয়া মরুপ্ মপাং কয়া মপাম্গী
হৌমিন্ কামিন্নরক্পী অঙাং ওইরিঙৈদৈ লোয়নরক্পী
মাবু হংলম্গনি ঙাইরম্গনি উনরুনি
খল্লুবদা অমুক্ খাঙ্বা ঙম্লক্ত্রে, পোত্থা ফংলক্ত্রে,
খল্লুবদা যজ্ঞদি হৌখরে বার্ত্তণ্দি ফংদরে ।
শঙ্করবু শাউখিবনা বার্ত্তণ্ ফংদ্রবী সতী
মপাম্মসু কৌবিরক্ত্রবী থৌওইবিদ্রবী
য়াওনীংবনা মপাগী যজ্ঞ, চৎনীংবনা মপাম্দা
পূম্নমক্ নম্হত্তুনা হায়জখি মবুঙো শিবদা--
'তাবিয়ু ইবুঙো ইপা নিংথৌ দক্ষনা শোয়দনা

থারক্লম্মি ঐখোই বার্ত্তণ্ -- বার্ত্তণ্ চৎপা কাঙ্বুনা
পিবীদবা ওইরম্মি লেঙঙুসিবা কৈদৌগে ?
ইপাগী যজ্ঞ য়াওরুসি চৎনীংখ্রেদা কৈদৌগে ?'
ব্রারম পূম্বা খঙ্লবা কৈলাসগী মবুঙো
থোক্লদৌবা উরবা ভোলা শঙ্কর মহাদেব
হায়রক্ই দক্ষায়নী য়েংদুনা--'তাও সতী চান্নবী !
দক্ষনা বার্ত্তণ্ তৌরক্তে-- শাউগল্লবা দক্ষনি
ঐবুদি শুকহায় হায়রক্তে নঙ্বুসু খক্ তাক্লক্তে
যজ্ঞ য়াওরো হায়রক্তে নঙ্বুসু কনা' কৌরদে,
দক্ষগী যজ্ঞ অদুদা মরোল্ অহুম্ তিন্গনি
চৎখিগনু সতী ইকায়বা শোয়দনা নংগনি ।'
'তাবীয়ু ইবুঙো থৌজাল্হৈবা ! ইপাগী যজ্ঞনি,
ইপাম্দা তৌবনি চৎচরুগে অমুক্তংদি,
কৈলাসতা লাক্ঙৈদৈ নোংমতসু চৎলুদ্রি ইপাম্দা,
ইপা নিংথৌ ইমা ইবেম্মা মহারানী উদবা
লোইদাম্ থাজ কয়া কুম্জা কয়া ওন্খরে
ইপাম্ লম্দম্ নুংশিবী উজদবা কুইরক্লে ।
খুরুম্জনীংই ইপাবু উনজনীংই ইমা
ইচিন্ ইনাও পূম্মক্ উনদবা কুইখ্রবা ,
লাক্লমগনি ঙম্মক্ ইপা নিংথৌ যজ্ঞ য়াওবা
উনজনীংই মখোয়গা ইচিন ইনাও কয়ানি
মরুপ্ মপাং কোঙ্গাইনি মখোয়না ঐবু হংলম্মি,
চৎচরুগে কৈদৌগে য়ৌজরুগে ইপাম্দা,
য়াওজরুগে দক্ষ যজ্ঞ-- ইবুঙোসু লেঙ্ঙুসি
ইপা নিংথৌগী যজ্ঞনি ইপাম্দা তৌবনি,
নিঙোন্না মপাম্ চৎপবু বার্ত্তণ্ অমুক্ লৈবরা ?
মচা নিঙোন্না লাক্পবু মপা মমানা শাউগদ্রা ?
চৎচরুগে ইবুঙো য়াওজরুগে দক্ষ যজ্ঞ
বিদায় য়াথং পীবিয়ু য়াবিদবা তৌবিনু ।'
থিংবা য়াররোইদৌ থৌদোক্ থিংনবা হোৎনবীরনু ।
সতীনা চৎনীংবা উবদা খাম্বা য়াররোই খঙ্দুনা

শিব শঙ্কর মহাদেব হায়রক্ই চিংনা য়েংনা --
'চৎলু সতী ননীং তৌনা অদুবু তাও চান্নবী !
নওবু থীনা তৌই তারবা লৈবা ওম্লোই ঐদি ।'
ৱারম্ অসি হায়রগা সতীনা নীংবা থুংনবা
মনাই মশল্ কয়ানি সতীগা লোয়ননা থাখিবা ।
খরনা হান্না চৎহন্খি খরনা লোয়ননা চৎখি,
থৌরাং চাউনা নিন্ খোংনা, সতীগী মাঙ্ চৎলি নন্দি
চুম্বং লৈনা লৈহাপ্পা স্নরুপ্পা দলাই তোংদুনা
গনশিংনা থৌগল্ তৌ দক্ষায়নী সতী হরাওনা
চৎখরে যজ্ঞ য়াওবা প্রজাপতি কোনুং তম্না ।।

*সিদা লোইরে 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা ১২শুবা মতাংগী 'সতী খোঙশান্বা' কৌবা অহুম্শুবা শরুক্ ।*

## ১২ (৪)

মহৌশা ওইবী সতীনি নাপল্ চাউরবা দক্ষনা
সতী পৃক্লীং খোয়রাংহল্লে মপা নিংথৌ খুজিন্না
নীংবা কায়রবী সতী জগত্তা করম্ লৈগনি ?
দক্ষনা যজ্ঞ তৌদুনা ফম্দিন্নবা হেল্লক্লি
মী-লাই-হিংচাবা, শা, উচেক্ মশীং লেপ্তুনা হেন্গৎলক্লি ।
স্বর্গদা লাইগী লৈফম্ চল্লক্ত্রে, তৃ-খোং ফুল্লক্লে,
উমং ৱামং লৈরক্ত্রে, চীংদোন্ চীংমায় তেম্খায়রে ।
স্বর্গদা লৈফম্ চল্লক্ত্রবা লাইশিংগী ফিভম উবদা
নোংমা হংখি সতীনা মবুঙো মহাদেবদা--
‘তাবিয়ু প্রভু কম্দৌনি লাইশিংশিগী খুৎশেম্মা
ঐগী মহৌশা ফিভম্ থুগাইরে, পাৎ তুরেল্ ফুন্দুনা
উমং ৱামং মাঙ্হন্বনা অঙ্গৈং অশা ওন্নরে
মরুভূমী ওইরক্লে মহৌশা মওং পূম্কায় কায়রে,
স্বর্গনা লৈকংলা ওইরবা ঙম্লরোই ঐদি হিংবা
সিবু থিংবা ঙম্লরোইদ্রা তাক্পীয়ু প্রভু অমুক্তা ।’
‘তাও সতী চান্নথোইবী ঐখোয় লাই-মরু অহুম্মা
মহৌশা ফিভম্ কায়দনবা হোৎনবনি তত্তনা
অদুবু কাল্গী চক্র লৈয়রক্পদা ওন্দবদি য়াদেদো,
অওন্বনা নিয়ম্নি নিয়ম্ কায়বা য়াদেদো ,
ঐখোয়গী মীফম্ অমা ব্রহ্মলোক্তা কৌরি ব্রহ্মানা,
খন্নরুনি তান্নরুনি মহৌশা মওং হোংদনবা ;
থোইনা ৱারুনু সতী মতম্গী শাসন্ মখাদা
ঐখোয় পূম্বা লৈবনা মতম্না লেপ্পা ৱায়েল্দো
ঐখোয় পূম্বা ইন্বা তাই অমুক্ য়েৎলুবা তৌদনা ’
ৱারম্ অসি হায়রগা চৎখ্রে শিব ব্রহ্মলোক্তা ।

ব্রহ্মাগী কোনুং ব্রহ্মলোক্তা শিব-বিষ্ণু থুংলরে,
লাই-মরু অহুম্গী বিশ্ব শান্তি সভা হৌখরে ।
ব্রহ্মানা নীংশিংলক্ই নারদ জগত থুংনা কোয়রিবা,
চৎনীংবা মফম চৎলিবা য়ৌনিংবা মফম য়ৌরিবা ।

জগতকী পাউ পূম্বা লোইনা খঙ্বা দেবর্ষি নারদ,
'নারায়ন নারায়ন' চঙ্লক্ই নারদ খুরুম্মী সভা,
'তাবিয়ু প্রভু অহুম্মক্ ! খুদোংথীবা লাক্লে স্বর্গদা,
দৈত্য দানব পূম্বনা লেপ্লখ্রে স্বর্গ লাম্দানবা
দৈত্য গুরু য়াথংনা য়াদরে বলিনা খাম্বা,
বিজ্ঞান্ হৈবা ময়াসুরনা শারিবা পরমানু শক্তি হাপ্লবা
অনৌবা খুৎলাই কয়া দেশ অমা তুম্লা হাৎঙম্বা
য়ৌনীং মফম্ য়ৌঙম্বা পান্নীংবা মফম্ পান্ঙম্বা
চাং য়েংবা হৌখরে লৈয়নুং ঈনুং আকাশতা,
স্বর্গদসু চাং য়েংলি অনৌবা খুৎলাই খরা
কচগী লুচিং মখাদা বিশ্বকর্ম্মানা শারবা
দৈত্য দানবশিংগী অনৌবা খুৎলাই লাম্বানবা ।
লৈয়নুং ঈনুং আকাশতা খুৎলাই চাংয়েং তৌবনা
আকাশ লৈয়মায় ঈমায়গী মওং শাথিনা থুগাইরে
মহৌশা ফিভম্ কায়বনা জগতগী জীব ব্রানরে ।
য়ুহারাবা ঈশিং ঈচাও মৈহৌ লাংপোক্ মশীং খঙদ' হেন্‌গৎলে,
মনীং তম্‌লে মতম্ নাইদ্রে অমাঙ অতা তোয়না থোক্লে ।
চাওখৎলবা নগর কয়া লৈয়নুংদা ফুম্‌জিন্‌খ্রে ,
মফম্ মতম্ খঙ্দা হৌরক্ মৈনা উমং কয়া চাক্‌থেক্‌খ্রে ।
অমৃত মুন্নবৈ হাক্তক্ লাই-হিংচাবা লান্‌ফম্‌দা
কাপ্লখিবা লংনখিবা ব্রহ্মাস্ত্র খুৎলাই কয়ানা,
মথক্ মখা ওন্‌খ্রবা স্বর্গ লম্‌দম্ কয়া কয়া
লৈকংলা ওন্‌খিবা হান্নে ফিভম্ হঞ্জিন্দ্রি হৌজিক্ ফাওবা ।
ঈচেল্ থৈয়রুরবা, মর্ত্ত লম্‌দম্ পাংলুরবা
আকাশ গঙ্গা বজ্রনা চীং কক্তুনা থিংলগা
পুরন্দর ইন্দ্রনা স্বর্গদা অমুক্ চেল্‌হন্‌খিবা
হেঙ্গৎলক্লিবা লাই লৈফম্ নাক্‌য়েৎ উমং কোক্‌থোক্‌পনা
ঈচেল্ পীক্‌থরক্লি অসুম্ অসুম্ লাইয়াম্‌গী খুৎশেম্মা ।
অমুক্ হন্না মফম্‌সিদা ব্রহ্মাস্ত্র কয়া কাপ্লরবা
অকন্‌বা লান তৌরবা লৈররোয় স্বর্গ জগততা ।।'
নারদকী ৱা তারবা তুং নীংশিংলক্ই ব্রহ্মানা
ঋষি বশিস্থ - নাকল্ 'নিমক্ শান্তাইনবা থাখিবা ।

চঙ্শিল্লক্ই বশিস্থ মুণি খুরম্মী সভা --
'তাবীয়ু জগতকী মপু ! তাক্পীবা য়াথং তুংইন্না
পরমানু শক্তি য়াওবা ব্রহ্মস্ত্র খুৎলাই পায়বা
নিংথৌশিং উনদুনা জগতশিদা লৈরিবা ;
লেপ্লজরে য়ানরে, খুৎলাই চাংয়েং তৌরোই হায়না,
য়ানরে খুৎলাই কয়া পায়নরিবা থিদোক্পা,
অদুবু খুৎলাই পূম্বা মাঙ্হন্দুনা জগত্তা ব্রহ্মস্ত্র থম্দবা
মসিমদি য়ানদ্রি থাজদে য়ানগনি হায়বা ;
করিগুম্বা লাঞ্জাও থোক্লবা কাপ্লরক্কনি শোয়দনা ।'

মহৌশা ফিভম্ হোংহন্বা হেন্না মওং কায়হন্বা
খুদোং থীনিঙাই অমদি মী হেনগৎলক্পা লেপ্তুনা
জগত্তা লৈফম্ চল্লক্তবা মহৌশা মচাং কায়রক্পা
চিঞ্জাক্কী শরুক্ ৱাৎলক্পা মীগী হিংশা হেল্লক্পা ।
নাপল্ চাউরবা দক্ষনা হেন্গৎহল্লি মীশিং লেপ্তুনা,
হায়বা ইন্দে খাম্বা য়াদে হায়র' ফাওবা মপু মক্লা ।
দক্ষনা খল্লি, মচিন্না হায় --'ঐ প্রজাপতিনি
ঐনা পোক্পনি শেম্বনি জীব পূম্বা ইচানি,
জগতকী জীব পূম্বগী নিংথৌরেন্নী ঐনা,
ঐদি শেম্বনি পোক্পনি, ঐ খঙ্দে মাঙ্হন্বা,
মাঙ্হন্বদি অমম্বনি, ঐ য়াদে মাঙ্হন্বা,
মাঙ্খ্রবা তুম্খ্রবা খঙ্দে কদায়দা লৈখিবা
মাঙ্হন্বগী মপুনি হায়বা শিব শঙ্কর মশক্ খঙ্দে ঐ।
মাবু লাইগী লাই ওইহন্বা শুক্য়া য়াদে ঐ।
ঐদি মাবু শুক্পাম্ পাম্দে । হুম্ফুগী নুংদা ইচানুপী
অমা নত্তনা অতৈদি জীব পূম্বগী মমানি,
অমম্বা মীচংওইবী সতী ইচা ওইরসু ইচা নত্তে,
ঐ পাম্দে মাগী শাজৎ মাঙ্হন্বা ঐ য়াদে,
ঐ প্রজাপতিনি নিংথৌরেন্নী জীব পূম্বগী মপুনি,
ঐগী ৱায়েন্ পথাপ্ জগত পূম্বনা ইন্গদৌনি ।'
দক্ষগী নাপল্ থৌশিল্না মহৌশা ফিভম্ কায়হল্লি,
খঙ্দ্রি মাদি মাগী শাজৎনা কয়াম্ ৱাহল্লী সতী ।

মশীং য়াম্লক্লবা লাইগী লৈফম্ লৈরক্ত্রে স্বর্গদা।
অৱাৎপা লৈরম্দবা স্বর্গ ওইরক্লে লৈকংলা,
য়াম্খৎলক্লবা মীগী লৈফম্ চন্দ্রে মর্ত্তদা,
লাইগী খুৎশেম্ য়ুহারাবা, নেংলৈনুংশিৎ, ঈশিং ঈচাওনা
মাঙ্ তাক্হল্লে মীওইবৈ য়ুম্কৈ মহৈ মরোং চান-থক্লবা
চাক্ তাঙ্লে চরা হেল্লে অশি-অনা থোক্লে মালেম্দা
য়াগ-যজ্ঞ তৌবা ঙম্দ্রে তৌনরক্ত্রে মীওইবা
যজ্ঞগী শরুক্ লাইগী লোইপোৎ য়াম্মা লাক্ত্রে স্বর্গদা
খরদং লাক্পসু অয়াম্বা মুল্হৌরে দৈত্যনা লম্বীদা ।
খজিত্তুং য়ৌরক্পা অঙম্ অঙম্ মুন্নরে লাইশিংনা
তাঙ্গম্ খৌরাং নংলবা আইন্ লৈত্রবা স্বর্গ
লৈঙাক্ শাসন্ লৈত্রবা হরাও-তয়াম্দা লূপ্লবা
লাইরৈবাক্ খঙ্দ্রে হোরেল্ হয়েং করি থোক্লগবা ?
হিংচা-য়াইতম্ দৈত্য দানব হেন্গৎলি লেপ্তুনা পাতাল্দা।
হিংচাবা মশীং হেল্লক্পনা লান্গী ঈরাং হেল্লক্লি
জগতকী মচি মচিদা উপদ্রোপ মশীং কূংলক্লি ।
হিংচাবশিংদি শোয়দ্রবনি প্রভু স্বর্গদা লান্দাবা
খুৎলাই পূম্বসিগী শিজিন্নফম্ লান্ফম্ ওইরবা স্বর্গ
লৈখিনি থাজদ্রে জগতসিদা অমুক্ হন্না ।।'

নারদ বশিস্থ মপাউ তার'তুং হায়রক্ই ব্রহ্মা--
'তাক্পীয়ু বিষ্ণু তাক্পীয়ু মহেশ্বর বিশ্ব শান্তি থম্নবা
করি উপাই লৈবগে, করম্ কন্সিগে স্বর্গ
করম্না তোক্হন্গনি লাই হিংচাবগী লান্,
দক্ষ নিংহৌসু হেন্মল্লি ৱারক্পা তাই মতম্ চানা
হায়বীয়ু মহেশ্বর খাম্বা য়াররোইদ্রা হিংচাবা ?
তাক্পীয়ু করি উপাই জগত শান্তি ওইনবা ।'
'অফববু কন্বা ফত্তববু মাঙ্হন্বা
ঐখোয় পূম্বগী ইথৌনি' হায়জরক্ই মহেশ্বর,
'লম্ হেল্লবা ফত্তবা হিংচাবা কয়া মাঙ্হন্খি
ঐ ইশামক্লা, লাই ওইবগী গুণনা অফবনি
হায়রবা, হিংচাবগী গুণনা ফত্তবনি হায়রবা,

ফত্তবনা হেল্লক্পা মতম্দা লাইসু ওই হিংচাবা,
অফবনা হেল্লি মখৈ হিংচাবসু লাই ওই,
হিংচাবা নিংথৌ প্রহ্লাদ, বিরোচন, বলিনচিংবা
করম্না ফত্তে হায়গনি ? লাইগী নিংথৌ ইন্দ্র
মতম্পূম্' ফদুনতা লৈবরা ফত্তবা অবান্বা তৌদবরা ?
মানা মানা তৌবা থবক্কী মহৈয় মশা মশানা ফংবা তাই,
হিংচাবশিংতা খাম্বনদি লান্সি থিংবা য়ারোই,
লাইনা মৎখিবা হক্ পীদ্রিমখৈ লান্ লেপ্পা লৈরোই ।
মরম্ চাদনা লাইনা হিংচাবগী হক্ মৎলুবা,
অমৃত শরুক্ থুংখিদবা, স্বর্গদগী তাম্থোক্খিবা,
হিংচাবগীদি হক্কী লান্নি, তোক্লোই হক্ ফংদ্রি ফাওবা ।
অওইবমক্ লান্দি ঐখোয়গী থৌবম্গী উপাইনি,
মরু ওইবা ব্রাফম্দি দক্ষগী অরান্বা থৌশিল্নি,
মহৌশা মচাং কায়বদি মাগী অয়াম্বা থৌরাংনি ,
মীশিং হেন্গৎলক্পনা উপদ্রোপ্ পূম্বৈ মরুনি ।
লৈফম্ লৈরক্ত্রবা লাই. লৈফম্ চন্দ্রবা হিংচাবা,
চানিঙাই ফংলক্ত্রবা লাই, চানবা ব্রাৎলবা হিংচাবা
করম্না থেংনবোই লান চিঞাক লৈফম্ মুন্নবা
সিসু হিংনবা হক্কী লান্নি, হক্কী লান্দি লৈরোই লেপ্পা।
তৌফম্ থোক্পা ঐখোয়গী লান্দা মহৌশা মাঙ্হন্দবা
উপাই অদু তাক্পীসি লাই মরু অনিমক্কা ।'
'দৈত্যদা অমৃত থুংদবদি' শম্থরক্ই বিষ্ণুনা --
'মপাঙ্গল্ মথৌনা লৈরবা অঙন্ অরায় খঙ্দবা,
অফ-ফত্তা খন্দবা মশাগীতা য়েংবদা
অনীংবতা তৌবা হিংচাবা, চৎনবী নিয়ম্ ঙাক্তবা
তম্থীরবা শিংদুদা করম্না পীরুনি অমৃত ;
শিদয়াই নাদয়াই ওইরিবা পাঙ্গল্ থৌনা হাপ্লিবা ।
অমৃত য়াওদবা ফাওবদা লাইনা লাম্বা ঙম্দবা
অমৃত অমুক্ থক্খ্রবা কনানা ঙম্নি থিংলুবা ?
চৎনবী নিয়ম্ ঙাক্লবা হিংচাবা লাম্বা য়ানবা
লাইতদা অমৃত থুংবনি য়ৌদবনি হিংচাবা ।'
'লাইনা শেম্বা চৎনবী লাইনা শেম্বা নিয়ম্নি,
মখোয়গী ফননবতা খন্ শেমখিবা নিয়ম্ চৎনবী

হিংচাবৈ মৱা তাদনা অফ-ফত্তা লেপ্পনি,
সিগুম্বা চৎনবী নিয়ম্ হিংচাবনা করম্ ঙাক্কনি ?"
'শেম্লিবা চৎনবী নিয়ম্ মীওইবা জাতিগীদমক্নি
মী লাই হিংচাবা পূম্নমক্তা চৎনবা য়াবা নিয়ম্নি,
নিটি নিয়ম চৎনবী পূম্নমক্কী ফনবনি
নিটি নিয়ম ঙাক্লবতদা লেঙ্লোই জগত সৃষ্টি ;
মসিবু হেক থুগায়বদা সৃষ্টি মথক্ মখা ওন্গনি ।'
'দৈত্যনা অমৃত নৈবা য়াওরমদ্রবা লৈরম্লোই হক্কী লান্ ।'
'দৈত্য শুক্য়াও য়াওদনা সমুদ্র নৈবা ওইথোক্তে
সমুদ্রবু নৈদ্রবা অমৃত ফংবসু ওইথোক্তে ।'
'সমুদ্র নৈমিন্নরগা ফংলক্পা পোৎ পূম্বা
লাইনা লোইনা লৌখিবা অমৃত শরুক্ফাও থুংদবা
মখোয়গী হক্ মৎপনি মখোয়বু লৌনম্বীবনি,
মখোয়গী হক্ ফংনবা দৈত্যনা লান্ তৌবনি ।'
'হক্কী লান্ নত্রবসু লান্দি খক্ লেপ্পা লৈতে
মীওইবগী আশা, অপাম্বা, ঙমখৈ শুক্লাই নাইদে
সমুদ্র নৈদ্রিঙৈ মমাঙ্ দৈত্যনা স্বর্গ লান্দাবা
লাই হিংচাবা স্বর্গ মুন্নবৈ লান্ মশীং থীবা ঙম্বরা ?
চাব-থক্পা ৱাৎত্রবা লৈফম্ মরাং কায়রবা
লৌনীং-চানীং লৈত্রবা পীথোক্পনা নিয়ম্ ওইরবা
ৱাত্ত-পাদবা মফম্দা লৈগনি শান্তি শোয়দনা ;
অদুবু কল্লক্-নাপন্না মাঙ্হল্লি শান্তি লেপ্লা ।
মীগী মশীংনা য়াম্লবা পীথোক্পা লৈবা হৌনদে ;
জগতকী মঙ্গল্গী দমক্ লৌনম্বা অমদি তৌখরে,
তৌরসনু লাই হিংচাবৈ লান্ মুৎপা তারসু স্বর্গ ;
লান্সিনা তেঙ্বাংলসনু ঐখোয়গী থবক্ মরু ওইবা
মহৌশা ফিভম্ কায়হন্দবা দক্ষগী নাপল্ য়ৈথেক্পা ।
মাগী থৌশিল্ হন্থহন্বা মসি পাঙ্নবা শীন্বা
ঐখোয়গী থবক্কি মরু ওইবা হৌজিক্ মতম্ চারবা ।
কাল্গী চক্র লৈয়রক্পা অনৌবা য়াওল্ য়ৌরক্লে
দক্ষ যজ্ঞ অসিনা থবক্ পাঙ্নবগী মরমনে ।"
অচুম্বনি তাক্পীরিবা ৱা' খুম্লক্ই ব্রহ্মানা
লান্সিনা উপায় অমনি মহৌশা চাং থম্লবা ।

লাই হিংচাবা মচীন্ মনাওনি ব্রাখলগী মওং অনিনি
জগত মপূম্ অসিদা অনি পূন্না লৈমিন্নবনি ।
তোখাই তোখাই তোপ্না তোপ্না লৈবা খক্ ওইথোক্তে,
মমাঙ্ঙৈদসু লৈখিদ্রি হৌজিক্সু লৈতে
মতুংদসু লৈবক্লোই নাইতোম্ লৈবা য়াবা নত্তে ।
অফবনা ঙম্বা কাল্ হিংচাবসু লাই ওই,
ফত্তবনা ঙম্বা কাল্ লাইসু হিংচাবা ওই ।
অফ-ফত্ত য়েৎনবা লোইবা লৈবা হৌনদে,
অনি অনি তুম্মা শুদ্রবা জগত অসি মপূং ফাদে ।
লাই হিংচাবগী লান্ শুক্লোই লোইবা নাইববোই ।
অনি অনি চৎপা জগত্তা অনি লেপ্না লৈফম্ থোক্ই ।
লাইগী লক্তসু হিংচাবা লৈ, হিংচাবৈ লক্তসু লাই লৈ ।
জগত অসিগী মী লাই হিংচাবা মীওইবা ঙাক্তনি,
মশাগী যেংবা হাযবসি মীওইবগী লিচৎনি ।
থাদোক্পা শুক্যা য়াদ্রবা মশাগী যেংবা ব্রাখল্না
অতৈগী যেংলক্তবা মতম্দা বিতি নিটি চৎন-লোন্চৎ
অফ-ফত্ত জ্ঞান্ পূম্বা লোইনা মাঙ্খিবা মতম্দা
লাঞ্জাও অসি তত্তনা থোক্ই খাম্বা যাদে ।
মাঙ্বা তোংবা থিদনা অঙম্ তান্বা তোক্উ যাদে
থব্রাযনা পোন্থা ওইবফাও হন্বা খক্ নাইনদে ।
মশাগী নুঙাইনবা যেংবদা মী লাই হিংচাবা,
মহৌশা ফিভম্ ঙাক্লক্তে, উমং ব্রামং যান্থৎলি
তূখোং ফুঞ্জিল্লি, শা-ঙা উচেক্ মশীং লৈত-মাঙ্হল্লি ।
মখোযগী লৈফম্ থিবদা শা-ঙা উচেক্কী লৈফম্ মুন্দুনা লৌই ।
লৈফম্ লৈত্রবা শা-ঙা উচেক্ হিংবা ঙম্দে মুৎখি ।
মহৌশা ফিভম্ কাযববদা উপদ্রোপ্না থল্লক্ই
অসিগুম্বা থৌবম্দা দক্ষ মানা হিক্থোংই ।
মহৌশা ফিভম্ থম্নবা মালেম্গী লূম্বা কোক্লবা
জগত শান্তি ওইনবা বিষ্ণুনা হাযবা অশুম্না
থৌবাংবীবো মহেশ্বর হন্দক্কী দক্ষ যজ্ঞ অসিদা ।”

*সিদা লোইবে দক্ষ যজ্ঞ কৌবা ১২ শুবা মতাংগী*
*‘জগত শান্তি থৌবাং’ কৌবা ৪শুবা শরুক্ ।*

# ১২ (৫)

মপানা হায়বা ইন্দবী দেবী সতী মথন্তনি
জগত মপূং ফানবা প্রলয়গী মশক্ ওইখিবী ।
শিবগী চান্নবী সতী রুদ্রগী প্রলয় খুৎলাইনি ।
নাপন্ তৌরবা দক্ষগী মতম্ য়ৌরক্লে লোইশিন্বা
শিবনা থাদোরক্লে সতী দক্ষ যজ্ঞ য়াওরুনবা ।
গন থৌগল্না ইকোয় কোয় নন্দিনা মাঙ্দা থা
চুম্বুং লৈনা লৈহাপ্পা স্নরুপ্পা দলাই তোংদুনা
শিবগী চান্নবী সতী হরাও মোমোন্ নোক্তুনা
চঙ্লক্লে দক্ষ কোনুং যজ্ঞ মণ্ডপ তম্দুনা ।
দক্ষগী সঙ্গাই চঙ্লুবা কনা লৈবা উদ্রবী
যজ্ঞ মণ্ডপ তান্না অদুম্ লাক্খিবনি সতী ।
'কৈলাসকী মবেম্মা শিবগী চান্নবী সতী
লেঙ্লক্লি, লম্বী থাদোক্উ, লম্বী থাদোক্উ' হায়না
নন্দিনা লম্বী ফাত্তুনা গনশিংনা ঙাক্তুনা
ছোরোক মীয়াম্লক্তা লাক্খিবনি দক্ষায়নী সতী ,
যজ্ঞ মণ্ডপ্নুংদা উনরনি মমা মহারানী,
থেংনরুনি মচেম্শিং , ৱারী ৱাতাই শাগনি
ফাগী জোগাই তৌদুনা হরাও - নোক্মিন্নগনি,
মপাম্ লম্দম্ নুংশিবী মচেম্-মনেম্ লোয়ননা
যজ্ঞ লোইর-তুং ফাও মতম্ খর লৈদুনা,
কোয়না-চৎন-য়েংদুনা হরাও-নুঙাইমিন্ননি
আশা তৌ, মোমোন্ নোক্লা লাক্খিবনি সতী;
য়ৌরক্খি যজ্ঞ মণ্ডপ মীনা চোন্না তিল্লবা
অয়ুক্কী অনিশুবা প্রহর লোইরম্দাই মক্তদা,
মেঙ্লম্বা নুমিৎকী মঙাল্না ময়াক্ কন্বা হৌরক্পদা
দেবী সতী চঙ্লক্খি দক্ষ যজ্ঞ মণ্ডপ নুংদা ।।
মণ্ডপগী অৱাং বৈথোপ্ যজ্ঞ বেদী মমাঙ্দা,
ফল্লি নিংথৌরেন্ দক্ষ মহারানী প্রসূতী,
হোম্ পীরি মৈগী কুণ্ড'হোম্ মন্ত্র থীনা থীনা,
উদগাতাগী মন্ত্র খোন্থাংনা পূম্নীন্ নিল্লি যজ্ঞ মণ্ডপ

তিন্খ্রি খোঞ্জেল্দুনা পূং ঈশৈ জগোয খোম্থাংদুদা,
অপূনবা খোঞ্জেল্দু পূন্না হাইগৎখ্রি অহাঙ্বা আকাশতা ।
যোগী ঋষি মুণি তান্ থানা তাবি সাম গান্
ভাবক্ পূম্বা মযা কানা যেংলি অঙ্গবাগী জগোয ।
অযুক্কী পুর্ব্বান্হ্ন প্রহব লোইবক্পা তুংদা
অযুক্কী হোম্ পীবা লোইদুনা নিংথৌ মহাবানী
অনিনা, সভা তম্না লাক্পা মতম্দা থুংলখি দেবী সতী;
মণ্ডপতা নন্দিনা লাউবক্ই লূম্ন-ঙংল' খোম্থাংনা-
'কৈলাসগী মবেম্মা সদা শিবগী চান্নথোইবী
লেঙ্লক্লি যজ্ঞ যাওবা দক্ষাযনী দেবী সতী ।'
চুম্বং লৈনা লৈহাপ্পা স্নকুপ্পা দলাই নুংদগী
অমংবা নোংলত্তা কুপ্লক্পা অবংবা নোংথাংগুম্ ,
দেবী সতী দক্ষাযনী কূম্থবক্ই তপ্না তপ্না,
হাইফেৎ উবা যাতোন্না নোংথাং লৈমনা নোক্লুম্না
মাযগৈ পূম্বা ইঙান্ ঙান সতী মানা চঙ্লক্পা
যজ্ঞ মণ্ডপতা লৈবিবা ঋষি মুণি পূম্বনা
নিংথৌ নিংথৌ মচা পূম্বনা মচে-মনেম্ খিবিক্লা
প্রজাপতি'প্রজা পূম্বনা উগনি থাজকদ্রবী মবেম্মা
দক্ষাযনী সতী উবদা হাযনবক্ই লাউনবক্ই ব্রা ব্রা -
'লাক্ এনহে লাক্ এনহে মজা ইবেম্মা সতী
যেংউ যেংউ যাওবক্পবা কৈলাস মবুঙো মহাদেব ।'
'উদে, যাওবক্পা উদে মহেশ্বব, ওইবমালে সতী মথন্তা
মঙক্ থাঙ্গৎ থাঙ্গৎ যেংনৈ খুনীং কাঙ্না কাঙ্না যেংনৈ,
মমায লৈযনা লৈযনা যেংনৈ অমগা অমগা হংনৈ
হাযনৈ মহৈ মহৈ 'ওম্থোক্লসু ফজৈদা
জগত্তা অনি শুদেকো মিৎফম্ হোংবা যাদেদা ।'
চঙ্শিল্লক্ই দেবী সতী খুকম্জৈ মপা মমা
হাযজৈ--'ঐ লাক্লে ইপা ইবুঙো ইমা ইবেম্মা !'
শিবগী মমিং তাবদা হান্না শাউদুনা লৈববা
সতীবু হেক্ উবদা মৈ হৌনা শাউববা দক্ষ,
মখুৎ অনি শ্রু শ্রু নোই মমিৎ ঙাং হুমাং শন্দোই কানা
খংলাউ লাউবক্খি ঙংনা লূম্না হৌববা খোঞ্জেল্না

'হন্দোক্‌উ নখোয় পূম্নমক্‌ মাগী মনাক্‌ নক্কনু
শোক্লরুনু মহাক্না থাপ্ন-থাপ্না লৈয়ু ।'
চপ্‌ লেপ্লী মহারানী প্রসূতী, মচেম্‌-মনেম্‌ পূম্বা,
খোঙ্‌ফম্‌ তুংদা হন্দোক্লে, খংপ্রেক্‌ খংনৈ খ্বাই পূম্বা,
খল্লি সতী-'করিনো, করি করম্‌ থোক্লগবা ।'
মাবু শাউবা হন্থরম্দ্রি খঙ্‌খি দক্ষায়নী ইবেম্মা ।
খংবা চপ্‌ মান্নে মণ্ডপতুদা লৈরিবা পূম্বা ।
জগোই ঈশৈ চপ্‌ লেপ্‌খি তুমিন্‌ তুমিন্‌ লৈনখি,
দক্ষ সতী অনিদা চপ্‌ মান্ননা য়েংনখি ।
শাউবনা মমিৎ ঈ কা-রবা মিহুন্‌ দং দং চোংলবা
প্রজাপতি দক্ষ-- মখা তারক্‌ই থৱান্‌ নোংজু
অখাক্‌ অরাউ লোক্‌চপ্তা তাবা নেংমৈ শীংজং
দক্ষ কোনুং চীংমায় যজ্ঞ মণ্ডপ থক্‌ থক্‌ নীক্‌ -
'লাক্লিবরা নঙ্‌, নঙ্‌গী নুপাগী যজ্ঞে শরুক্‌ য়াবা
বার্তণ্‌ পীদ্রবা ফাওবদা করিগীদমক্‌ লাক্লিবা ?
কনানা নঙ্‌বু কৌরবগে লাক্লিবরা যজ্ঞ থুগাইবা ?
খঙ্‌ঙু ঐ প্রজাপতিনি জীব পূম্বগী মপানি
শেম্বনি জগত জীব ঐনা জীব পূম্বগী নিংথৌরেন্নি ।
ঐদি শেম্বনি, হিংহন্‌বনি, অহিংবদি অঙান্‌বনি,
মাঙ্‌হন্‌বা অশিবনি, অশিবদি অমম্বনি ।
মাঙ্‌হন্‌বা ওইরিবা শিব ঐ মশক্‌ খঙ্‌দে
অশিবা অমম্বগী মপু শিব ঐ য়াদে
মাবু লাইগী লাই মহাদেব ওইহন্‌বা ঐ য়াদে
মাবু মহেশ্বর মিংথোন্‌বা ঐদি শুক্‌য়া য়ানিংদে
মঙোন্দা যজ্ঞগী শরুক্‌ থুংবসু ঐদি য়াদে
অমম্বা অহাঙ্‌বগী মপু শিব ঐ মশক্‌ খঙ্‌দে ।
ঐ প্রজাপতিনি নিংথৌরেন্নি জগত পূম্বগী
ঐনা শেম্বা নিয়ম্‌ পথাপ্‌ জগত পূম্বা ইন্‌গনি ।
ঐনা তৌবা যজ্ঞদা শিবগী শরুক্‌ য়াওদে
অশিবা, মাঙ্‌হন্‌বা, অমম্বা, অহাঙ্‌বা ঐ য়াদে ।
ইচানুপী হুম্ফুই মনুংদা নঙ্‌ নত্তনা অতৈদি

মমানি, জীব পূম্বা পোক্পীনি, অহিংবনি;
নঙ্তনি লম্কেৎপী লম্হাইবী ঐনা হাযবা ইন্দবী
অমম্বগী মীচং ওইবী নঙ্দি ঐগী যেক্লবনি ।
নঙ্দি ঐনা ইস্থোক্লবীনি -- অমম্বগী চান্নবী
নঙ্ ইচা নত্তবনি ; গঙ্গা ভাং মনম্ নম্লবীনি ।
বার্ত্তণ্ তৌদ্রবা নঙ্বু কৌসু কৌবদ্রবা ঐনা
নপুবোইবা ফি শেত্তবা, লাযব-চুদৎনবা অদুনা,
থাবক্পবা নঙ্বু যজ্ঞগী শকক্ যাকনবা ;
খঙ্ঙু মাগী শকক্ যাওদে ঐনা তৌবা যজ্ঞদা ।'
সতীনা খুম্লক্ই ইচঙ্ থৌনা --'তপথবীযু পাবুং মহাবাজ !
নিঙোন্না মপাম্ লাক্পবু বার্ত্তণ্ তৌবা ঙাইগদ্রা ?
মচানা মপা মমাই নাক্ চৎপবু কৌববা ঙাইগদ্র ?
ইপা নিংথৌগী যজ্ঞসিবু ইপাম্দা তৌবিবা ,
হৌনববনে মচানুপীনা হেক্ থুগাইবা ?
ইস্থোক্পীবসু নচানি, লৌখৎপীবসু নচানি,
মচাগী মফম্দদি মপা মমাদি লাইনি
লাই খুকস্বা লাক্পবু কৌববা বার্ত্তণ্ থিখিদ্রা ?
ব্রাবক্পীযু চৈবীযু নচাবু চৈবিনু মীগী মচা ।'
মতম্সিদা হংনবক্ই ঋষি মুণি লাইযাম্না
'শিব বার্ত্তণ্ তৌদববা যজ্ঞ যাওবা লাক্লোইদ্রা ?'
দক্ষনা খুম্মী কবেম্মনা--'কবিগী লাক্কনি
শঙ্কব, ঐগী যজ্ঞদা ; নিংথৌবেনগী যজ্ঞনি
জগত পূম্বা তিল্লবনি অব্দ-অহেন্ তান্নফম্নি
কবম্ লাক্কনি মানা, বিভুৎ তৈবা মোংফম্দা লৈবা,
শেৎনিংঙাই লৈতদুনা কৈঙ্গী মউন্ শেৎপা
সঙ্গ তৌদবা, গঙ্গা থক্পা কবম্ লাক্লি মীযাম্লত্তা ?'
'শঙ্কব মহাদেবসু ফংফম্ থোক্ই যজ্ঞগী শকক্ ।'
লাইযাম্গী ব্রানি ঋষিগী ব্রানি দক্ষদা হাযবা ।
হেন্না হেন্না শাউববা দক্ষ খুম্লক্ই মমায ঙাঙ্না
খোঞ্জেল্ যাক্লা --'প্রজাপতি ঐগী যজ্ঞদা
শঙ্কব শকক্ থুংলবোই, মতুং যজ্ঞ পূম্বদা
মাগী শকক্ যাওববোই-দক্ষ ঐগী য়াথংনি,

মসিনা তুংগী পথাপনি মীপূম খুদীং ইন্‌গনি।
মপা মমা মশক্ খঙ্‌দবা লম্‌জা ছারা শঙ্কর
ময়ুম্ মকৈ লিংদবা, চীংচেপ্, উমং, মোংফম্ য়াহিপ্পা
গঞ্জা ভাং থক্‌পা, বিভুৎ তৈবা, ফি শেত্তবা
ভুৎ - প্রেতকী মপু, মীরক্ তিন্দবা হৌনবা খঙ্‌দবা
শিব, লাইগী লাই ওইহন্‌বা, মহাদেব মিংথোল্‌পীবা
য়াদে শুক্‌য়া য়াদে ঐদি, থুংলোই শরুক্ যজ্ঞদা।'
মহাদেব নিন্দা দক্ষনা তৌবা তারবদা সতী,
নিংদোন্ পোম্মা থম্মোই ওম্‌চাক্করবী ৱারৌচাউবী,
মপা ওইবা দক্ষদা শাপ্ তৌবদি ঙম্‌দ্রবী
পিরাংনা চোৎল' মিৎস্না লৈয়দা লুক্, হায়জরক্‌ই নোল্লুক্লা।
'ইপা ইবুংঙো অপোক্‌পা, হায়বীগনু অদুম্‌না
শিব শঙ্কর মহাদেব নচাগীদি থৱায়নি
ইপুরোইবনি, থৱায় হকচাং পূম্বগী মবুঙোনি,
নচাবু চৈবীয়ু ৱারক্‌পীয়ু, অদুবু নচাগী
থৱায় ওইবা শঙ্করবুদি নিন্দা তৌবিনু ইমাঙ্‌দা।
মরম্ চাদনা হায়বীনু অদুম্মা খ্বাই-মাঙ্‌দা।'
সতীগী ৱা তারগা মৈ হৌনা শাউরবা
দক্ষ প্রজাপতি-- খন্‌খিদ্রে অফ-ফত্তা
হায়নি হায়রোই খঙ্‌খিদ্রে-- হায়রক্‌ই হেন্না থীনা থীনা--
'করিয়ে সতী হায়বী, লম্‌কেৎ লম্‌হাইবী, মপানা
হায়বা ইন্দবী, শঙ্কর হায়বা, ঈরুদবা, অমোৎপা
উৎ ৱাই তৈবা, মোংফম্‌দা লৈবা, সঙ্গ তৌদবা
হৌনবা খঙ্‌দবা, ভুত প্রেতকী মপু, লায়র-চুদৎনবা
গঞ্জা ভাং থক্‌পা, মপা মমা মশক্ খঙ্‌দবা
হৌরক্‌ফম্ খঙ্‌দবা লম্‌জা ছারা শঙ্করবু
নপুরোইবনি হায়বা শাই, ইকায়বা খঙ্‌দ্রবরা নঙ্‌বু ?
করম্বা শুক্ষৎনবা লাইৱানা ফা-খ্রবগে নঙ্‌বু ?
খঙ্‌ঙু ঐসে নিংথৌরেন্নি, নঙ্‌না ঐগী ইচানি
নিংথৌরেন্‌গী মচানুপী নঙ্‌না ভুৎ মপু শঙ্করবু
শাগে নাতৈ লৈতবা লম্‌জা ছারা শিববু
অদুম্ হায়না থাগৎপা মতীক্ চাদে সতী।'

হায়র-হায়রা হেন্ন-হেন্না থীনা থীনা হায়রক্লে
প্রজাপতি, খ্বাইগী মাঙ্দা হেন্না নিন্দা তৌরক্লে ।
মথোইনা মথোই পোক্পা শেন্দোই শেল্লেপ্ লাক্খত্তুনা
শিববু নিন্দা তৌরক্পা থাক্-থাক্ হাপ্কত্তুনা
পুন্সি চুপ্পা শাউরক্পা শাউদুনতা লৈবা দক্ষনা
হৈথরক্লে অশাউবা মরাল্ লৈত্রবী সতীদা ।
মানা লুনা তৌজবী খ্বাইদগী হেন্না নীংথিবী
মহৌশা শক্তম্ ওইরিবী জগতপু য়োক্লিবী সতী
খুঙ্গোইনবীরে খ্বাই-মাঙ্দা লৈবাক্ পূম্বা তিন্বদা ।
হায়র-হায়রগা হেল্লবা দক্ষগী শিব নিন্দা
তা-ঙম্দরে দেবী সতী মেন্শিল্লে নাকোং অনি
ময়াম্ মাঙ্দা ইকাইবা নংলবী মপুরোইবা নীংবী সতী
ৱাঙাং থোক্ত্রবী, ঊংলবী, কঙাওনরবী শঙ্করী
শঙ্কর নিন্দা তা-ঙম্দনা মখা চিক্ল-খাঙ্লিবী,
ফম্থখরে সতী যোগাসন্দা, যজ্ঞ সভা মণ্ডপতা,
মমিত্তা মপি তানা মপা দক্ষ মুন্না য়েং
নীংঙম্দনা শাউনীংবনা, মশাপূম্বা পূম্ন-চাক্
খোম্থোত্তবা খোঞ্জেল্না যোগশক্তি মতেংনা
শ্বরগী থক্তা তোংদুনা কৌজরক্ই শিব শঙ্কর-
'ভোলা শঙ্কর নুংশিথোইবা সতীগী থৱায় ওইবা !
নঙ্গী য়াথং ইল্লুদবা লান্খ্রে ঐবু ঙাক্পীয়ু,
নঙবু হিংনা উনি হায়বা থাজদরে শাউবীনু,
ইপা নিংথৌ দক্ষনা নঙ্বু নিন্দা তৌবা ইমাঙ্দা
তাঙম্দরে অমুক্ হন্না লৈনীংদ্রে ঐদি জগৎ তা,
নহাক্ নশামক্ লাত্তুনা লৌবিররো ঐহাক্পু
লালহৈদবা নঙোন্দা লাল্লুবা , ইরাল্ পূম্বা ঙাক্পীয়ু ।'
সতী আচমন্ তৌদুনা শেংদোক্চরে থৱায় হকচাং,
যোগ শক্তি মতেঙ্না স্বরগী থক্তা তোংলিবা
সতীগী থৱায় অপিখক্ হকচাং পোলাং থাদোক্তুনা
মবুঙো নাক্তা চৎখরে অহাঙ্বদা তিন্খরে ।
যজ্ঞ সভা ময়াম্ মাঙ্দা সতী থৱায় থাখরে ।
হাহা কার লাউনখি, তেংথা তেংথা কপ্খি প্রসুতী -

'ইমাগী ইবেম্মা ! করি ওইরসিগে ইমাদি !'
মচিন্ মনাও মচেম্-মনেম্ পূম্বা ইঙক্ ঙক্
ইকোয় কোয়না ফম্দুনা কপ্পরক্লে ৱা ৱা ।
মবেম্মা সতীগী হকচাং শঙ্হৌরগা নন্দিনা
শিব মনাই অতৈনা চেন্খ্রে থুনা য়াঙ্না
কৈলাস তম্না শঙ্কর নাক্তা সতী শিবগী পাউদম্নবা ।
দক্ষনা চৈবা তারম্বা তুমিন্ তুমিন্ লৈরম্বা ।
'করিনো করিনো' হায়না ইঙক্ ইঙক্ ঙক্লা
সভা পূম্বা হংনৈ, ৱা ৱা লাউনৈ 'ওম্থোক্ইদা ।'
শোন্না শোন্না মুরুম্ মুরুম্ ঙরং ঙরং নিল্লম্লগা
চেক্ মোক্ লাউখিদ্রে তুমিন্ লৈনখ্রে য়েংদুনা ।
মমায় ঙাঙ্না শাউরম্বা দক্ষ ৱা ঙাঙ্খিদরে
নীংঙম্দবগা লোয়ননা ঙক্লা য়েংদুনা লৈখরে ।
নুপীশিংগী অকপ্পা খোঞ্জেল্লক্তা উদ্গাতাগী সাম্গান্
যজ্ঞ হোম্ খোঞ্জেল্ নক্তনা অতৈ অমা তাখিদ্রে ।
'সতী করি থোক্লম্দগে ?' মিপাইনা লৈহৌবা শঙ্কর
ৱাখল্না উংদুনা লৈরিঙৈ পূক্নীংনা তাখি সতীগী মিরখোঞ্জেল্--
'ইপা নিংথৌ দক্ষনা নঙ্বু নিন্দা তৌবা ইমাঙ্দা
তা-ঙমদরে অমুক হন্না, নহাক্ নশামক্ লাক্তুনা
লৌবিররো ঐহাক্পু ।' শিব ফুক্ হৌগৎলি
পিনাক লীরুং লেংদ থোং, পশুপাৎ তেন্দোং নম্দা-পো
খুত্তা ত্রিশুল্ পায়দুনা খোঙ্শাল্লক্লে খোংলৈ থুনা
দক্ষ কোনুং সুমেরু তম্ বিরভদ্র তুংদা ইন্ ।
লম্বীদা থেংনৈ মনাইশিং মবেম্মা সতী শিবগী
অৱা-পাউ পুরক্পশিং । দক্ষ যজ্ঞ মণ্ডপ্তা
সতী শিরে তারবদা থম্মোই চাক্লা শাউর শঙ্কর
য়াথং পীরক্ই--'বিরভদ্র দক্ষ যজ্ঞ থুগাইরু ।'
থিন্দনা য়ৌখি শিবসু দক্ষ কোনুং সুমেরু ।
ভুৎ প্রেত-গন-লান্মী লুচিংবা বিরভদ্র লান্দারক্লে
দক্ষে লান্মী তেঙ্গোল্গা অঙক্পা ফংনা য়ান্নরক্লে ।
মিকুপ্ খরদংগী লান্দা দক্ষে লান্মী তুম্খরে
থুগাইরে, চাইখায়রে, দক্ষ যজ্ঞ পূম্তোই তোইরে ।

ব্রাহ্মণ্ বৈষ্ণব লাইযাম্ পূম্বা কাযদুনা চেল্লে মাযগৈ ফাংনা ।
কয়া অমনা হাৎখবে, অশোক্ অপন্না কয়া'মা
বার্ত্তণ্ ফংবা যজ্ঞ যাওবা অচৌ-অশাং কযা অমা
মহৈ মহৈ চেন্নখবে হন্নখবে মবৈবাক্তা ।
দক্ষ যজ্ঞ মণ্ডপ্তা শিববী সতী উবদা
শাউববা মহাদেব হোৎচিনখবে দক্ষ তম্না
দক্ষগী মঙক্ কত্তুনা হুন্জিন্খ্রে যজ্ঞ কুণ্ডদা ।
খুৎলাই পূম্বা হুন্দোক্লে শিন্নবে নন্দি খুত্তা ।
সতীগী শিববা হকচাং লৈমায থক্তা তাবিবা
কোন্খৎলুবে মহাদেব; সতীগী হকচাং লেংদ-থোং
কঙাওনব' মহাদেব সতী কায়না মৈচাক্লা
মফম্ মবাং খঙ্দনা কোয়চৎ চৎলি ইঙাও ঙাওনা ।
চানি থক্লি কাউখবে তাণ্ডব জগোয শাবক্লে,
জগত পূম্বা মাঙ্হল্লগে প্রলয জগোয ওইবক্লে ।
শিবনা শাউখিবা তাঞ্জা যেং দৈত্য দানব লান্মীনা
বৃষপর্ব্বনা লুচিংদুনা লান্দাখবে লাইবৈবাক্তা ।
অকন্বা লান্ফম্নি লাই হিংচাবা যান্নখবে
অবোইবা মতম্ লাক্লবগুম্ খুৎলাই অমত্তা খাক্লখিদ্রে ।
কাপ্লখ্রে লংনখ্রে, ব্রহ্মা বিষ্ণুসু তুমিন্ লৈখ্রে,
খাম্খিদ্রে, থিংখিদ্রে, কনাগীসু মীচঙ্ চঙ্খিদ্রে,
ব্রহ্মাস্ত্র খুৎলাইতনা নাকল্'নিমক্ তাত্তক্ হাৎনবে,
বিষ্ণুনা হাকন্ চঙবিদ্রবা লাই শোম্থবক্লে,
কযা কুইনা খাঙ্গনি কল্লবা হিংচাবৈ মাঙ্দা ;
লাইগী নিংথৌ ইন্দ্র লোযননা বাযু, বরুণ. অগ্নি
লাই পূম্বা খাঙ্বা ঙম্দবে মাযথীবে লান্দা ।
অযাম্বা লাই লান্ফম্দা শিখ্রে লেম্হৌবা খবনা
ইন্দ্রনা চিংদুনা লাঞ্জেন্নখ্রে মর্ত্ত লম্দম্ জম্বুদ্বিপ্তা,
লোৎখ্রে মীবক্তা মী ওইনা স্বর্গ লম্দম্দি উৎ ওইখ্রে ।
তেক্ কাযববা পূমচাই চাইববা যজ্ঞ মণ্ডপ্তা
লোংনা তাবি মকোক্তি য়াওদ্রবা শিদি শিদ্রিবা দক্ষ,
ঙক্লবী ব্রাববী মিকুপ্ অমত্তদা মচা মপুবোইবা কাযনববী,
মপুবোইবা দক্ষৈ হক্চাং শঙ্দুনা ফম্লি প্রসুতী

লোয়ননা ফম্লি মচানুপী পূম্বা সতী নত্তনা ।
উনা উনা মমাঙ্ মত্তন্দা মথৱায় থাখিবী সতী
মহাদেবনা পুখিবা, মপা নিংথৌ হাৎখিবা
মিকুপ্ খরদংগী মনুংদা থোকখিবা ঙক্লবা,
মখোয় পূম্বা ফম্লি মমাগী মনাত্তা ইকোয় কোয়না ;
জ্ঞান্ তাদ্রি পঙ্থরি শুম্মৎপা পাখৎপা ৱাবনা ।
চেক্ মোক্ লাউদে পূমচীক্ চীকখ্রে পূমচাই চাইরবা
যজ্ঞ মণ্ডপ অশি-অনা, অশোক্-অপন্না থল্লবা ;
ৱাখল্ থোক্তে নুংবংনরি মহারানী প্রসুতী
ধ্যান তৌজৈ হংজৈ ওইররোইদ্রা যজ্ঞ পুর্ণাহুতি ।
সতী কায়ন-মৈচাক্লা পূম্ঙাও ঙাওরবা মহাদেব
চানি-থক্লি খঙ্দনা কোয়চৎ চত্তুনা লৈরিবা
ঙাওন-ফৈনা শারক্পা মাগী প্রলয় তাণ্ডবতা
থক্-থক্ নীক্লে মলেম্সে ; নীংঙমদ্রবা মহাদেব
খোঙ্থাং খুনেৎ অমদা চেক্খায়রক্লে মালেম্সে,
লৈয়নুংদগী পাইথোরক্লি মৈরি, মৈখু, নূংচাক্ কয়া
অতিয়া পক্ল 'হাইগৎল' চুথরক্লি মৈকুপ্ নূংকুপ্;
প্রলয় তাণ্ডব খোঙ্থাঙ্ অমদা হাইগৎলক্লি সমুদ্র জ্বার,
চাউরবা থিংঙম্দ্রবা ঈথক্ ঈশিং মপৈনা
থূম্খ্রে মালেম্ পূম্বা, লৈত্রে কংফাল্ তাইবঙ্দা ;
প্রলয় তাণ্ডব শারিবা সতী কায়নর' শিবনা
ফুয়ন-ফুয়না হোন্দোরক্পা মৈ হৌর' নুংশাশ্বর
নোংলৈ নুংশিৎ ওইদুনা লেপ্প-লৈতা শিৎলক্লে
লম্মৈ ওইনা চাক্লক্লে ফুরা চলান্ উ-ৱা নাপীশিংবী
হুম্দোক্খ্রে থুগাইখ্রে চীংদোন্, চাক্থেক্খ্রে ঙম্না,
জগত প্রলয় ওইরক্লে সৃস্থি অসি মাঙ্বা তারে
জ্ঞান্ তাদ্রি শিবদি মালেম্ অসি মুৎপা তারে ।

যজ্ঞ সভাদগী হোবে হোবে চেল্লক্লে ব্রহ্মা
বৈকুণ্ঠ য়ৌরে হঙ্গৎলরে লাই মরু বিষ্ণুদা -
'তাবিয়ু তাইবঙ্ পান্বগী মপু লাই অথোইবা !
সতীগী হাত্তক্কীদমক্ তাইবঙ্ প্রলয় ওইরে

শিব শঙ্কর মহাদেব খাম্বীদবা য়াদরে ।
প্রজাপতি লৈত্রবা জগত জীব লৈররোই
মকোক্ য়াওদ্রবা দক্ষ অমৃতনা শিহন্দ্রি,
নঙ্গী সৃষ্টি মুত্তনবা পায়খৎপীরো থৌদাং পূম্বা ।'
য়াথং পীরক্ই শ্রী হরি --'ব্রারুরনু ব্রহ্মা !
য়ারোই শঙ্কর মহাদেবগী যজ্ঞ শরুক্ থুংদবা ।
অয়ুক্তা উবা জীবদুগী নোংচুপ ওন্না তূম্লম্বা
মকোক্লা দক্ষে মকোক্ ওইগনি, দক্ষ অমুক হিংলগা
লোইদবা যজ্ঞ লোইশিল্লু; শঙ্করগীদমক্ ব্রারুনু ।'
যজ্ঞেশ্বর শ্রী হরিগী য়াথং ইন্দুনা ব্রহ্মানা
থাবা মনাইনা, নোংচুপ্ ওন্না তূম্লম্বা উচৈচশ্রবা
মঙক্ কক্ ওইহন্খি দক্ষ প্রজাপতিগী মকোক্,
অমুক্ হিংগৎলবা জ্ঞান্ তারবা দক্ষ, শঙ্কর
অমুক্ শাউখিদ্রে, ব্রহ্মা য়াথং যজ্ঞ থুনা লোইদুনা,
পুনাহুতি পীখরে, যজ্ঞগী শরুক্ য়েন্নবদা
শঙ্করগী শরুক্ থুংখরে মাগী অশাওবা নেম্মবা ।
শঙ্করগী অশাওবা নেম্দরি, প্রলয় তাণ্ডব লেপতরি,
সৃষ্টি মুৎপা তারক্লে --পূম্মমক্ খঙ্বা শ্রীহরি
থাখ্রে সুদর্শন চক্র- হরি য়াথং কাল্ চক্র
সতীগী হক্চাং শিবগী লেংদা থোংলিবা
জগোয় শারিবা শিব মহাদেব খঙ্হন্দনা
মতুপ্ মতুপ্ কক্থৎখি ; সতীগী হক্চাং মচেৎনা
তাখিবা মফম্ পূম্বা ওইখি তির্থ অথোইবা ।
লেংদ-থোংবা সতীগী হকচাং লৈরম্দ্রবদা
জ্ঞান্ তারক্লে মহাদেব --মাঙ্খরে অশাউবা পূম্বা ,
পুক্নীং শান্তি ওইনবা অপাম্বা পূম্বা থাদোক্তুনা
লৈখি কৈলাসতা চীক্লা ধ্যান্ তপস্যা তৌদুনা ।

*সিদা লোইরে 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা ১২ শুবা মতাংগী*
*' সতী নোঙ্গাবা' কৌবা ৫শুবা শরুক্ ।*

ব্রহ্মানা হায়খি --'তাও নারদ দক্ষ যজ্ঞ লোইশিন্খ্রে
দক্ষ যজ্ঞ তুং যুগ ওল্লে, অনৌবা য়াওল্ লাক্লে,
মুৎখ্রে স্বর্গ লৈখিদ্রে পাতাল্ লাই হিংচাবৈ লান্দা ।
কাপ্পখিবা লংনখিবা ব্রহ্মস্ত্রনা স্বর্গ পূম্তোই তোইখ্রে ,
চাওখৎলবা অমরাপুর ফজরবা নন্দন্ কানন্,
ফংঙম্দ্রবা পারিজাৎ লৈরাং ঙম্না মাঙ্খ্রে উৎ ওইখ্রে ,
তুম্খ্রে লাই হিংচাবগী মশীং লাক্ঙমদ্রবা লাম্মী ।
সতী কায়ন-মচাক্ল-ঙাওর' শিবনা শাবা তাণ্ডব
জগোয় খুনেৎ অমদা চেক্খায়রবা মালেম্দগী
কাম্থোরক্পা মৈকুপ, নূংকুপ, উৎনা ফুম্জিন্খ্রে
পূম্তোই তোইরবা স্বর্গ কায়রবা অমৃত চফুগা লোয়ননা ।
শিব তাণ্ডব খোঙ্থাং দ্রং দ্রং, মালেম্ থ্রক্ থ্রক্ নিক্, থক্-খা ওন্
নীংখায়রবা চীংদোন্ চীংমায়না ফুম্জিন্খ্রে লাঞ্জেল্লিবা
লাই-হিংচাবা কয়া, থৈইখ্রে আকাশ গঙ্গা ঈচেল্ --
জগোয় খোঙ্থাঙ্ খুদীং হাইগৎলক্পা সমুদ্রে ঈপোম্না
য়ুহারাবদা নীংখায়রবা স্বর্গে ফুরা-দলান্
শিরবা লাই হিংচাবা ফুম্জিন্খ্রবা লৈয়নুংদা
লূপখরে লোইনা ঈনুংদা তিন্খ্রে অমৃত লৈবাক্- ঈশিংদা ।
স্বর্গ হৌজিক্ ওইখ্রে লৈকংলা, ঈশিং ঈপাক্, লম্দম্ উন্না কূপ্লবা
লৈঙম্দ্রবা, খরদং হিংহৌবা লাই-হিংচাবা
লাঞ্জেন্নখ্রে মর্ত্তদা মীরক্তা, ওইখ্রে ঙম্না মীওইবা ।
মুন্নরম্বা অমৃত তিন্খ্রবদা লৈবাক্ ঈশিংদা, মুন্নরম্বা স্বর্গ
ওইখ্রবদা লৈকংলা, ঈশিং ঈপাক্, লাই-হিংচাবৈ লান্ কদাইদা ?
মুৎখ্রে স্বর্গ, লৈখিদ্রে অমৃত, পূম্নমক্ ওইখ্রে ব্রাখল্গী মঙ্
লাই-হিংচাবা ওইখ্রে ঙম্না মীওইবগী ব্রাখল্ মওং ।
অফ-ফত্ত ব্রাখল্গী লান্, ব্রাখল্গী চয়েৎনবা
লোইবা লৈতে মীওইবৈ লক্তা লাই-হিংচাবা পূন্খ্রবা ।
মীওইবা ওইখ্রবা লাই-হিংচাবা, কাউবা লৈতে
হক্ তান্বগী মুক্লখিবা স্বর্গদা, লেপ্পা লৈতে
লান্ মচি মচিদা ব্রাখল্না মুক্লরক্পদা,
লান্ তৌদবা মতম্ করম্বা কাল্দা লৈখ্রবগে মালেম্দা ?
হক্কী লান্, খুদোংচাবা লৌনবা মশাই ওইজা' ফংন' লান্
অফ-ফত্ত মূক্লবা লেপ্পা লৈরোই লৈরিমখৈ মীওইবনা ।

সতীনা মথৱাই কখোত্তুনা হোৎনখি মহৌশা কায়দনবা
ৱারক্খি নাপল্ চাউরবা শাউগন্বা মপা দক্ষ,
পুরক্খি অনৌবা য়াওল্ চৎনবী নিটি নিয়ম্,
শেম্খি মীওইবৈ পৃক্লীং লাই-হিংচাবনা য়ানবা মওংদা ।
মতম্গী শাসন্ মখাদা ওইরক্লি অনৌবা য়াওল্,
লৈখিগনি অশুম্না হোং-হোংনা কল্প অমা লোইদ্রিফাও ।
দক্ষদি মাঙ্খ্রে অদুবু অশাউবদি লৈহৌরি,
যজ্ঞসু তৌখিদ্রে অদুবু নাপল্দি লৈহৌরি,
হিংলি দক্ষগী পথাপ্ ফম্দিন্নবা লান্গী হৌফম্ ।
জগত অসিনা লৈবগী মতীং লোইরক্পদা
মতম্না পুরক্কনি মহা প্রলয় শিব তাণ্ডব
পৃম্নমক্ লোইনা মুথৎপা অহাঙ্বা ওইহন্বা ,
অনৌবা পৃম্নৌ নৌবা সৃষ্টি অমা লাক্কবা ।
বিষ্ণুগী কাল চক্র শুক্লেপ্ লেপ্তুনা লৈয়রি ঊংলি
পুরক্কনি অনৌ অনৌবা য়াওল্ মথং মথং
অদুবু মহৌশা ওইবী সতীবু কাউবদি লৈরোই
নীংশিংহন্গনি সতীগী ৱা মতম্ পৃম্বদা,
মীওইবনা লৈরি মখৈ, য়েৎনরিমখৈ অফ-ফত্তা ।

*সিদা লোইরে 'দক্ষ যজ্ঞ'গী ১২ নিথোই শুবা 'দক্ষ যজ্ঞ' কৌবা মতাং ।*

---

# জম্বুদ্বিপ ভারতবর্ষদা লৈবা সতীগী পীঠস্থান্

বিষ্ণু চক্রনা কক্থৎখিবা সতী' হক্চাং মচেৎ পুম্বা
তাখি তোঙান্ তোঙান্না জম্বুদ্বিপ্কী মফম্ কয়াদা ।
সতীই হক্চাং মচেৎ তাফম্ ওইরি শেংল' পীঠস্থান্
ওইরি' সিনা মাই গুণ্ খঙ্নফম্, মাবু নীংশীংনফম্ ।

১। হিন্দুলা (পাকিস্থান)দা তাখি সতীগী লৱাই লেম্ফু
লাৎলী দেবী কোট্টরী লোয়ননা ভৈরব ভীমলোচন্
মফম্সিই অমম্ গুহানুংদা উই মৈঙাল্ অমা ।

২। শর্করা/কর্বরীপুর (পাকিস্থান)দা তাকি সতীগী মিৎ অহুম্
লাৎলী দেবী মহিষমর্দ্দীনি লোয়ননা ভৈরব ক্রোধিশ ।

৩। জ্বালামুখীদা তাখি সতীগী লৈয়েং
লাৎলী দেবী অম্বিকা-মন্দিরদা লৈতে মুর্ত্তি ।
লৈয়েং শক্ওইবা মুৎনাইদ্রবা শংবান্নবা মৈখি
উবা ফংই চাত্তুনা লৈবা ; মন্দিরগী সনা চুনা
কৎলম্মী সম্রাট আকবরনা, পঞ্জাব হিন্দু নিংথৌশিংনা
কৎলম্মী সনাগী থোঙ্জাও; এপ্রিল ওক্টোবরদা নববাত্রী মেলা

৪। সুগন্ধাদা তাখি সতীগী নাতোন্
লাৎলী দেবী সুনন্দা লোয়ননা ভৈরব ত্র্যম্বক্ ।

৫। ভৈরব পর্ব্বত অবন্তীদেশতা তাখি সতীগী চিন্বান্ মথক্কা
লাৎলী দেবী অবন্তী লোয়ননা ভৈরব লম্ব কর্ন ।

৬। আট্টহাসতা তাখি সতীগী চিন্বান্ মখা
লাৎলী দেবী ফুল্লরা লোয়ননা ভৈরব বিশ্বেশ
দেবীগী চাউর' নৃংগী মুর্ত্তি খুদুপ্ ১২ শাংবা চিংখান্ মখা
শিব ভোগনচিংবা অঙক্পা দৃশ্যানি য়েংলুবদা ।

৭। প্রভাস (মথুরা)দা তাখি সতীগী চনীং (পুক্লোপ্)
লাৎলী দেবী চন্দ্র ভাগা লোয়ননা ভৈরব বক্রতুণ্ড ।

৮। জনস্থান্দা ঈশিং কংফান্ তৃনা তাখি সতীগী খদাং
লাৎলী দেবী ভ্রামরী লোয়ননা ভৈরব বিকৃতাক্ষ ।

৯। গোদাবরী মপান্/সর্বশৈলদা তাখি সতীগী ওইথংবা চুবা ।
লাৎলী দেবী বিশ্বমাত্রিকা লোয়ননা ভৈরব দণ্ডপানি ।
সর্বশৈলদা দেবী বাকিনি লোয়ননা ভৈরব অমায়ী ।।

১০। গণ্ডকীদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা চুবা
লাৎলী দেবী গণ্ডকী চণ্ডী লোয়ননা ভৈবব চক্রপানি ।
১১। শুচিদেশ অনলদা তাখি সতীগী যাথক্পবেং
লাৎলী দেবী নারায়নী লোয়ননা ভৈবব সংহাব ।
পঞ্চসাগবদা তাখি য়াখা পবেং—দেবী ববাহি ভৈবব মহাকুদ্র ।।
১২। কবতোয়া মপান্ (বাঙ্গলাদেশ)দা তাখি সতীগী ওইথংবা নঙ্গন্
লাৎলী দেবী অর্পনা লোযননা ভৈবব বামন্
তৌই মেলা বৈশাখ থাংজ, নৈবাক্পোক্পা, বাম্নবমী দ্বিপান্বিতা ।
১৩। শ্রীহট্ট (বাঙ্গলাদেশ) তা তাখি সতীগী গুক্শম্
লাৎলী দেবী মহালক্ষ্মী লোযননা ভৈবব শম্ববানন্দ
শিববাত্রী অমসুং অশোকাষ্ঠমীদা মেলা ।।
১৪। জযন্তী (বাঙ্গলাদেশ) দা তাখি সতীগী ওইথংবা খ্বাং
লাৎলী দেবী জযন্তী লোয়ননা ভৈবব ক্রমদীশ্বব ।
১৫। যশোব (বাঙ্গলাদেশ) দা তাখি সতীগী খুৎ থম্বাল
লাৎলী দেবী যশোবেশ্ববী লোযননা ভৈবব চণ্ড ।
১৬। চট্টগ্রাম্ (বাঙ্গলাদেশ) দা তাখি সতীগী যেৎথংবা পাম্বোম্
লাৎলী দেবী ভবানী লোযননা ভৈবব চন্দশেখব ।
১৭। শ্রীপবর্ততা তাখি সতীগী য়েৎথংবা নঙ্গন্
লাৎলী দেবী সুন্দবী লোযননা ভৈবব সুন্দবানন্দ ।।
১৮। কনার্টতা তাখি সতীগী নাকোং অনি
লাৎলী দেবী জয়দুর্গা লোযননা ভৈবব অভীরু ।।
১৯। বৃন্দাবনদা তাখি সতীগী শম্লাং
লাৎলী দেবী উমা লোযননা ভৈবব ভুতেশ ।।
২০। কিবীট তা তাখি সতীগী লুহুপ্
লাৎলী দেবী কমলা লোযননা ভৈবব সম্বর্ত ।
২১। নলহাটিদা তাখি সতীগী খুজিন্
লাৎলী দেবী কালিকা লোযননা ভৈবব যোগেশ ।
২২। অমবনাথ কাশ্মীবদা তাখি সতীগী খৌবী
লাৎলী দেবী মহা মাযা লোযননা ভৈবব ত্রিসন্ধ্যাশ্বব ।

২৩। রত্নাবলীদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা লেংজুম্
লাৎলী দেবী কুমারী লোয়ননা ভৈরব শিব ।।
২৪। মিথিলাদা তাখি সতীগী ওইথংবা লেংজুম্
লাৎলী দেবী উষা লোয়ননা ভৈরব মহোদর ।।
২৫। মানবক্ষেত্র হায়বদি মানস সরোবরদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা খুৎ তংখাই
লাৎলী দেবী দক্ষায়নী লোয়ননা ভৈরব অমর ।।
২৬। উজানী (হৌজিক্কী কোগ্রাম্) দা তাখি সতীগী ওইথংবা খুৎকী খুনীং
লাৎলী দেবী মঙ্গলচণ্ডী লোয়ননা ভৈরব কপিলাশ্বর
২৭। মনিবেদ তা তাখি সতীগী খুদাং
লাৎলী দেবী গায়ত্রী লোয়ননা ভৈরব সর্ব্বানন্দ ।
২৮। প্রয়াগ্তা তাখি সতীগী খুৎকী খুৎশা
লাৎলী দেবী ললিতা লোয়ননা ভৈরব ভব ।
২৯। বহুলাদা তাখি সতীগী ওইথংবা পাম্বোম্
লাৎলী দেবী বহুলা লোয়ননা ভৈরব সর্ব্বসিদ্ধ প্রদায়ক ।
৩০। জলন্ধরদা তাখি সতীগী ওইথংবা খোম্
লাৎলী দেবী ত্রিপুর মালিনী লোয়ননা ভৈরব ভীষন্
৩১। রাম গিরি নত্রগা চিত্রকুট চীংদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা খোম্
লাৎলী দেবী শিবানী লোয়ননা ভৈরব চণ্ড
৩২। বৈদ্যনাথদা তাখি সতীগী থম্মোয়
লাৎলী দেবী জয়দুর্গা লোয়ননা ভৈরব বেদ্যনাথ ।।
৩৩। উৎকল্ বিরজা ক্ষেত্রদা তাখি সতীগী খোয়দৌ
লাৎলী দেবী বিমলা লেয়ননা ভৈরব জগন্নাথ ।।
৩৪। কাঞ্চিদেশতা তাখি সতীগী শরু ।
লাৎলী দেবী দেবগর্ভা লোয়ননা ভৈরব রুরু ।
৩৫। কাল্মাধব্তা তাখি সতীগী ওইথংবা নীংজোল্
লাৎলী দেবী কালী লোয়ননা ভৈরব অসিতাঙ্গ ।।
৩৬। শোন্ নদ (তুরেল) দা তাখি সতীগী য়েৎথংবা নীংজোল্
লাৎলী দেবী শোনাখ্যা লোয়ননা ভৈরব ভদ্রসেন্ ।।
৩৭। কামরূপ্ নত্রগা কামাখ্যাদা তাখি দেবীগী অথিভম্
লাৎলী দেবী কামাখ্যা লোয়ননা ভৈরব উমানন্দ ।।

৩৮। নেপাল্দা তাখি সতীগী খুক্উ অনি
লাংলী দেবী মহা মায়া লোয়ননা ভৈরব কপালী ।

৩৯। মগধদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা খ্বাঙ্
লাংলী দেবী সর্ব্বানন্দময়ী লোয়ননা ভৈরব ব্যোমকেশ ।।

৪০। ত্রিপুরাদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা খোঙ্
লাংলী দেবী ত্রিপুরা লোয়ননা ভৈরব ত্রিপুরেশ ।

৪১। যুগাদ্যাদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা খোঙ্গী খোঙ্বী
লাংলী দেবী মহামায়া লোয়ননা ভৈরব ক্ষীরখণ্ডক্ ।।

৪২। কালীঘাটতা তাখি সতীগী খোঙ্ য়েৎকী খোঙ্শা মরি
লাংলী দেবী কালী লোয়ননা ভৈরব নকুলেশ্বর ।।

৪৩। কুরুক্ষেত্রদা তাখি সতীগী য়েৎথংবা খোঙ্গী খুনীং
লাংলী দেবী সাবিত্রী লোয়ননা ভৈরব স্থানু ।

৪৪। বক্রেশ্বরদা তাখি সতীগী পিশুম্
লাংলী দেবী মহিষমর্দ্দিনী লোয়ননা ভৈরব বক্রনাথ ।

৪৫। নন্দীপুরদা তাখি সতীগী লীক্লাং পরেং
লাংলী দেবী নন্দিনী লোয়ননা ভৈরব নন্দিকেশ্বর ।

৪৬। বরানসীদা তাখি সতীগী কুণ্ডল্ নাইন্
লাংলী দেবী বিশালাক্ষী লোয়ননা ভৈরব কাল্ ।

৪৭। কন্যাশ্রম্দা তাখি সতীগী নঙ্গন্
লাংলী দেবী সর্ব্বানী লোয়ননা ভৈরব নিমিষ ।

৪৮। লঙ্কাদা তাখি সতীগী নুপুর
লাংলী দেবী ইন্দ্রাক্ষী লোয়ননা ভৈরব রাক্ষশেশ্বর ।

৪৯। বিরাটতা তাখি সতীগী ওইখোঙ্গী খোঙ্শা
লাংলী দেবী অম্বিকা লোয়ননা ভৈরব অমৃতাক্ষ ।

৫০। বিভাসতা তাখি সতীগী ওইখোঙ্গী খুনীং
লাংলী দেবী ভীমরূপা লোয়ননা ভৈরব কপালী

৫১। ত্রিস্রোতা তাখি সতীগী ওইথংবা খোঙ্
লাংলী দেবী ভ্রামরী লোয়ননা ভৈরব অম্বর ।

---



শ্রী এলাংবম সোনামণি সিংহ (১৯২৫-), কলিকতা বিশ্ববিদ্যালয়দা এমঃ এঃ পাস তোরগা ধনমঞ্জুরী কালেজ, ইম্ফালগী প্রোফেসার ওইনা থবক তোবা হোরগা, সিভিল সার্বিসতা আইঃ এঃ এসঃ ওইনা থবক্তগী পোত্থাখি।

সমাজ সেবা অমসুং মণিপুরী সাহিত্যগী সেবা তোজরকই। সাহিত্য অমসুং কলচরগী সংস্থান কয়াগা মরী লৈনজরকই। অইবা অসিগী হৌজিকফাওবদা অনুবাদ থারগা লাইরিক কুল্লা হেন্না ফোঙাখ্রে। মহাক্কী 'মমাঙথোঙ লোল্লবদি মনীংথোঙদা লাকউদনা' হায়বা রারী মচাগী লাইরিক অদুদা মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমী, ইম্ফাল অমসুং নেসানেল সাহিত্য একাদমী, নিউ দিল্লীগী সাহিত্যগী এরার্ড ফংখি।